# বৈষ্ণব পদাবলীগী শায়োন্-শৈখন্

অহানবা শরুক

হন্দোকচবা

শীতলজিৎ

[কি ডাক্লবা ]

মমল লুপা ১৸০

# বাহৈদোক

'বৈষ্ণব পদাবলীগী শারোন্-শৈথন্' হায়বা লাইরীকসি শরুক অনী থোক্না কোওজরে। অহানবা শরুক অসিদা য়াওরিবা ইশৈদি মথাদা ইরিবা পদকর্তাশিং অসিগী পদাবলীগী অনুবাদনি। মখোয়হুদি :

১। জয়দেব ; ২। চণ্ডীদাস ; ৩। বিদ্যাপতি ; ৪। রামানন্দ রায় ; ৫। গুণরাজ খান ; ৬। মুরারিগুপ্ত ; ৭। নরহরি সরকার ; ৮। বাসুদেব ঘোষ ; ৯। বসুরামানন্দ ; ১০। রামানন্দ দাস ; ১১। যদু কবিচন্দ্র ; ১২। যদুনাথ।

শরুক অসিদা য়াওরিবা ইশৈগী মশীঙ্দি ১৬১-থনী। অনুবাদ তৌরিবা ইশৈশিংসিগী মূলদি কলিকাতাগী সাহিত্য-সংসদ-না কোঙ্বা শ্রীহরেকৃষ্ণ মুখোপাধ্যায়না খোমজন্বা অমসুং সম্পাদন তৌবা 'বৈষ্ণব পদাবলী' কৌবা লাইরীকুদা য়াওবনী। অতোপ অতোপ্পা সম্পাদক-কী মূলগা করিগুম্বা খেন্নবা য়াওববসু ঐগী লোথোককম মূল অসি য়েংবিরগা ঐগী অনুবাদশিংগী বিচার-বিবেচনা অপাবা মীশিংনা তৌবিগনি।

করিসু থঙ্দবা ঐহাক্না অঙাংনা মৈ কিদবগুম্ অনুবাদ তৌজবসিদা করিগুম্বা রস কায়বা য়াওরবদি অহৈ-অশিংশিংনা চান্‌বিদুনা ভাকপীরক্নবা প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

ইম্ফাল,

তাং ২০। ৯। ৭২ ইং

শীতলজিৎ

ইমা পোকপা ইবুধৌ
৺র'মজাজ পাজনী ইষ্টদেব
৺শ্রীশ্রীরাদেশ্বরী গে কুলানন্দজীউ
অনীগী চরণথাদা তাক্লিবা উফ্‌ল
মরীক মরক্তা কিনা কিনা থগৎলরগা
কচ্চরিবা বৈষ্ণব পদাবলীগী শ'যো'ন্-শৈথন্
অঙ'ং-মরা খুদো'লঙুম্ অনীনা তম্মাম তম্মাম কৌথিদি।

দালাম্বাস
শীতলজিৎ

# বৈষ্ণব পদাবলীগী শায়োন্-শৈখন্

## জয়দেব

( শ্রীগীতগোবিন্দ )

### দশাবতার বন্দনা

প্রলয়পয়োধিজলে ধৃতবানসি বেদং·························

প্রলয়-ঈপাক ঈথক্তা হীরেল হীজাও মতোদা
ইলায় হেক্তা লায়নদা বেদ পায়খৎ লেপ্‌খিদা ॥
ঙাগী শায়োন্১ কেশব টাইবং মপু হরিও। ১
পাকপা ননম্ থক্তুদা মালেম নৈমা পোখিবা
পৃথ্বী মানা তক্‌পদা কোইরোক কোয়না তঙ্‌খিবা,
থেঙ্গু-শায়োন্২ কেশব টাইবং মপু হরিও। ২
নোংদোন্-থাজ মায়থোংদা মায়হিং মচেৎ কাবমান্
নয়াতোন্দা পৃথ্বীনা তোংখি চেৎনা নপ্পমান্
ওক্‌কী শায়োন্৩ কেশব টাইবং মপু হরিও। ৩
নখুৎ-থম্বাল ফজবা ঙক্ল' খুজিল্ মতোন্না
হাৎখি দৈত্য হিরণ্য হকুচাং-খোইমু খোগায়না
নরসিংহ কেশব টাইবং মপু হরিও। ৪
ঙক্ল' বামন্ শক্তম্‌গী বলি-লৌনম্-খুয়াদো
খুয়াহুগী খোঙজুম্না মরোল অহুম্ শেংখিদো
বামন্-শক্তম্ কেশব টাইবং মপু হরিও। ৫
ক্ষেত্রি-ঈনা লাইজ ওই তাইবং-পাপ্প চাম্‌থোক্‌পা
ঈখেংদুদা ইরুহন্ টাইবং-মৈচাক্ নেম্‌হন্‌বা
ভৃগুপতি৪ কেশব টাইবং মপু হরিও। ৬

---

১। মীন অবতার। ২। কচ্ছপ অবতার। ৩। শূকর অবতার। ৪। ভৃগু মাইদা লোকপা পরশুরাম।

মায়কৈ-ঙাক্পা লাইশিংনা পাম্জবদি রাবন্-কোক্
মায়কৈ শীন্না য়েন্খিবা বলি ওইনা রাবন্-কোক্
রঘুপতি, কেশব টাইবং মপু হরিও। ৭
লাঙ্গোল-কিবী যমুনা নোংঙম্ শংবান্নখিবা
শংবান্নবা খাঙ্চেৎনা ঙোর' শাবান্ কুপ্লিবা
হলধর, কেশব টাইবং মপু হরিও। ৮
যজ্ঞ-শাহাৎ উবদা পেৎখিদুনা থমোইদো
বেদ-বিধি-যজ্ঞবু, য়ানিংদবা উৎখিদো
বুদ্ধ-শায়োন্ কেশব টাইবং মপু হরিও। ৯
ম্লেচ্ছ-পুম্বা, হাৎনবা শঙাইশেন্‌ঙম্ কিরবা
হায়ফম্ খঙ্দা ঙল্লবা থাংশাংবু দি পায়রিবা
কল্কি-শায়োন্ কেশব টাইবং মপু হরিও। ১০
জয়দেব কবিগী পুক্লিং হূবা লাইশোন্‌সে
য়াইফ-মুংঙাই-পীবনে তাওকো টাইবং-মচিসে
শায়োন্ তারা কেশব, টাইবং মপু হরিও। ১১

## নায়ক নারায়ণ

শ্রিতকমলাকুচমণ্ডল ……………… ………

লক্ষ্মী মথা কোল্লিবা কুণ্ডল্-নাইন্ থোল্লিবা
পুক্লিং হূনা ফজবা বনমালা, লৈতেংবা
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ১
কোরৌ-কোন্বু, লৈতেংবা টাইবং-থৌরি-কল্লিবা
মুনি-পুক্লিং জাগরদা, কাঙঙ ওইনা শান্নবা
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ২
কালিয়বু লাক্থুবা, মীবুক্ পেল্হন্ লেন্বও
যদুশাগৈ থম্বাল্গী মুংখিল্ মপু মুমিৎও
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৩

---

৫। রঘু রাজাগী বংশদা পোকপা শ্রীরামচন্দ্র। ৬। বলদেববু লাঙ্গল (হল) পায় হায়দুনা হলধর কৌরি। ৭। বেদবিধি যজ্ঞ—(২২৭ তাঁ'রুবা যজ্ঞ। ৮। ম্লেচ্ছজাতি। ৯। শায়োন্—অবতার; শায়োন্ তারা কেশব—রূপ তারা লৌরিব শ্রীকৃষ্ণ। ক (ব্রহ্মা) অমসুং ঈশ (শিব) অনীনা মহাক্তী মথা পোল্লি হায়বগীদমক বিষ্ণুবু কেশব কৌরি।
১। লৈপমেং। ২। সূর্য্যমণ্ডল। ৩। জ.গয়—সরোবর, পুখ্রি।

মধুমুর-নরক হিংচাবব্ মাঙ্ হন্ বা
গরুড়দা শাদোংবা স্তুর-শাগৈ৪ পেল্ হন্ বা
জয়ব্ ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৪
শেংল'-খম্বাল্ মিৎতা-পান্ টাইবং-থৌরি-তৎহন্ বা
ময়োল্-অহুম জগৎকী থোরক্ফম্ ওইরিবা
জয়ব্ ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৫
জনক-মমোম-লৈতেংবা দূষণ্ দৈত্য লাক্থুবা,
তারাকোক্পান্ রাবণবু লান্দা উঙ্কার৫ তৌখিবা,
জয়ব্ ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৬
ফুইনা হৌবা নোংমান্ বা মন্দর-চীংচুম্ থাঙ্গৎপা
লক্ষ্মী মায়থোং-থাজগী চকোর-নোংইন্ ওইরিবা
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৭
নখুয়াদা ঐখোয়না খুকম্জরি খন বিয়ু
খুকম্জবা ঐখোয়গী য়াইফনবা শীন্ বিয়ু।
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৮
জয়দেব কবিগী মঙ্গল মশক ওইরিবা
উজ্জ্বল-রসগীতিনা৭ ওইনি লোইনা মুংঙাইবা
জয়বু ওইরো জয় ওইরো হাদা দেব হরিও। ৯ ॥ ২ ॥

## শ্রীবৃন্দাবন-দা বসন্ত

ললিতলবঙ্গলতাপরিশীলনকোমলমলয়সমীরে...................

মলয় মুংশীৎ নামিবা লবঙ্গগা১ কোয়রে
খোইমু লোইনা ঙংলরে কোকিল্শিংসু খোংলরে
হরি-বিহার২-কুঞ্জশং পুম্নিল্ বুদি নিল্ থরে

৪। লাইরাব। ৫। দপাবন। ৬। লানবোধা। ৭। উজ্জ্বল রস—শৃঙ্গার রস। কাব্যালঙ্কার মতুং ইন্না রস ৯-নি মহাকি—শৃঙ্গার মন্নগা আদি, বীর, করুণ, অদ্ভুত, হাস্য, ভয়ানক, বীভৎস, রৌদ্র অমসুং শান্ত। মত অমদা বাৎসল্য রস হাপচনা রস ১০ নি হায়। কবিত্তদা বিষয় অমবু উকবা, তাকবা, পাক্কবা মন্নগা খল্লুবা মতমদা থম্মোইদা হাবকম-খঙ্ দবা নু ওন অমদগী থোরকপা আনন্দ (নুংঙাইবা), দুঃখ (অয়াবা), উৎসাহ (পুক্কীং থোগৎপা), ক্রোধ (অশাউবা), অনুরাগ (নোঙ্গমত্তা লৈবা প্রেম), ভয় (কিবা), বিস্ময় (ঙকপা), বৈরাগ্য (থাদোকপা) অসিনচিংবা ভাব পোক্নি। ভাব অমুনা স্থায়ী (লেংদনা লৈবা) ওইদুনা অন্তঃকরণবু (থম্মোইবু) পেৎহন্নবা ভঙবদি মহুবু রস কৌবা য়াবে। স্থায়িভাব অসি বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিকভাব অমসুং ব্যভিচারিভাবশিংগী ওইরকপনি।

১। লবঙ্গ কৌবা লৈ। ২। হরিগী শান্নবা।

খাইন-মৈশা হেঙ্গৎহন্ বসন্তদি থুংলরে
রস-তিন্‌বা মতমসি হরি হরাও তয়াংনা
মথোক্-কাবী মুজ্রাগা তৌরি বিহার জগোয়না। ১ ॥
লংকৈ লাপ্পা পাংখ্রবা মীতাশিংগী মৌশিংনা
মদন্-তেন্না, নৈবদা কপ্প-খোঙ্গেল থোক্‌য়িনা
লৈশাং-ফনা শাৎলিবা বকুল পাম্বী মথক্তা
খোইমুশিংনা তোংদুনা খোংলি লৈরাং মথক্তা ॥ ২
য়েন্নীং-হুন্‌বা তমাল্‌শিং কস্তুরীনা তৌবগুম্
য়েন্নে লৈনম্ মুংশিবা মথুম্ মরাং হৌবগুম্
লৈকা কন্না শাৎলম্বা নাওইদোংদি লৈরাংনা
পাখং থম্মোই-কায়হন্‌বা মদন্-খুজিল্, ওইরিনা ॥ ৩
নাগকেশর লৈরাংনা শাৎলকপদি ফিভমদো।
নিংথৌ মদন্ দেবগী স্বর্ণছত্র, গুম্মিদো।
খোইমুশিংনা কোয়শন্‌বা লৈরাং পাটলিশিংদো,
কামদেব-তেন্দোংদি য়েংবদবু মাল্লিদো। ৪
ঈকাইদবী জগৎ উ লৈপাল্লবা চম্‌প্রানা
কায়ন-মৈশা লাংবগী নৈহৎ তাপাক্ ওইবগুম
কেতুকীদি লৈরাংশিং মাল্লি মায়কৈ-মাত্তাগুম্, । ৫
মাধবীগী লৈনম্না পুক্লীং হুনা মুংশিরে
মালিকাদি লৈনৌনা লৈনম্ ফনা য়েল্লক্লে
মুনি-পুক্লিং গুম্‌হৎলে, শাবী-শানৌ মফমদা
ওইজ-থাব মরুপ্প, বসন্তনা ওইরিদো। ৬
তনীক্লবী মাধবী উরীরৈনা কোন্‌বদা
য়েন্নীং-তুজুং চোংলম্মী হৈনৌ-পাম্বী শিংদুদা।
যমুনাগী ঈচেম্না চাম্‌থোক্লবা বৃন্দাবন্
থৌগল্লিয়ে অন্নুম্না বসন্তনা বৃন্দাবন্। ৭
জয়দেব কবিনা বসন্তগী রসদা
বন্‌গী শোভা শক্তম্বা কাম্‌গী নাওং য়েকপদা

৩। কামদেবনা খুংগি-মুংঙল্ পোক্‌হন্‌বা কান্না তেন। ৪। মদন হায়বা কামনা লীব্‌বা খুজিল্। ৫। মলাগী পে।
৬। পাটলি লৈরাং অমগী মমিংনী। ৭। মায়কৈ ভত্ত অসিগী মমা পাল্লী হায়রা লৌরগা হায়বনী।

হরিখুন্না-নিংশং-ন্না মচি-ওইবা ন্নাকম্‌ সে
পাইমা-মুংদি খুদিংদা ঙান্দুনবু লৈউসে ॥ ৮। ৩

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপগী লীলা

চন্দনচর্চ্চিতনীলকলেবরপীতবসনবনমালী…………………

শংবান্নবা দেহদা চন্দন ঙৌনা থোনখরে
সনা ফীগে থোনগৎলে বনমালা শিখরে
শান্নবগী খোঙ্‌থাঙ্‌দা মণিকুণ্ডল্‌ হাইজরে
মোমোন নোকপা হাইনোক্লা নাপ্ল অনি ঙাল্‌হল্লে।
শান্নহৈবী য়েংউসে শুম্‌হৎলবী মৌশিংগা
বৃন্দাবন্দি ধামসিদা শান্নরিবা হরিগা। ১
গোপী কনা অমনা রাগ য়াওনা হরিবু কোন্ন' তোঙ্‌বা মথাদা,
হরিগবু লোয়ননা শকমিন্নরি কনানা পঞ্চমদি ন্নাগদা, । ২
শান্ন' মীৎতা কাপ্ত্‌না কনানম্‌ক কৃষ্ণবু শান্ন পুক্‌চেল্‌ চেল্‌হল্লি
মুগ্ধা বধূ, কনানা মায়থোং-থাজ কৃষ্ণগী ধেয়ান্‌, কন্না তৌজরি। ৩
নিংদাফবী কনানা লোন্না চিবোগ তৌদোগী নাপ্ল তন্না নকশিল্লি
মতম চাবা উত্তুনা মুংশিজবা হরিবু নিংথি নিংথি চুপ্‌চরি। ৪
যমুনাগী তোর্বান্দা হৈরি-পান্দী-কুঞ্জ চং মুংঙাই মুংঙাই শান্নজৈ
শান্নবগী ময়াইনা কৃষ্ণ-ফীজি পায়তুনা খুৎনা চেৎনা চিংশনজৈ। ৫
যুবতীদি কনানা বংশী খোঞ্জেল্‌ তুংইন্না খুবাক্‌ খুনা তাম্থাজৈ
মেংনা থোক্‌য়ি খুজি-খোন রাস-জগোই-শাবীবু হরি মানা থাগচৈ। ৬
কোল্লি হরি কনাবু, চল্লী গোপী কনাবু, রমণ তৌয়ি কনাগা,
মোমোন্‌ নোক্‌চৈ কনাদা, ওইনচাওবী কনাগী চৎচৈ তুংবু ইল্লগা। ৭

১। তোঙ্‌বা মথাদা—অতোঙ্‌বা ( অৱাংবা ) থোক্‌লক্ল।  ২। পঞ্চম রাগ হায়বদি পঞ্চম স্বরবুনি। চৌদশী ষড়জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ হায়বা স্বর তরেৎ অসিগী মরাগুবদা লৈংবিবা কোকিল-থোম-মাংবা স্বরবু পঞ্চম স্বর কৌই। পঞ্চম স্বর অসি নাভিদগী ( খোয়াদাদগী ) হৌরগা নাভি, বক্ষঃ ( থবাক ), হৃদয় ( থম্মোই ), কণ্ঠ ( খোরী ) ১সুং মস্তক ( কোক ) মকম মপাসিদা কোয়চুন। চৎলি হায়রুগা পঞ্চম স্বর কৌই। স্বর অসি কোকিল কণ্ঠদা তাবা ফংই। মত অমদা হকচাং মপুংদা লৈবা মুংলীং মপান পুরগা থোরকপা খোনজেল হায়ৰুনা পঞ্চম কৌরিবনী হায়।

৩। নায়িকা মথক অমগী মিংনী। কামদি থদিক্ত লৈজবী অহুগা বত্তি বিবরদা থবতক রূপাথো, অতুলা অপরাধী কান্তগী মকমদা শীরাং চেনবা মিথবেং থোংবী, মুংশিবা মুংশিদবা বাহৈ অমত্তা ওাঙ্‌থোকপদি ওমদনী, অতুগা মান কয়া তৌহুনা মমাগ মুকথতুনা লৈজবী অহুনু মূঢা কৌই।  ৪। ধাম।

বৃন্দাবনদা কৃষ্ণগী কেলিকথা, অঙকপা লেংঙৈ জয়দেবনা
ফাওর-লীলা অথুম্বা য়াইফনবা ওইসনু মীপুম্ খুদিং অসিনা । ৮ । ৪

## রাসগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা রূপ

সঞ্চরদধরসুধামধুরধ্বনিমুখরিতমোহনবংশম্..............

সখি—

অমৃতবু চেল্লিবা চিন্বাম্নবু কাম্বদা মোহন বংশী, খোম্থোক্পা
তথক মীৎয়েং-কোক্লাইদা নাপ্লনাক্তা কুণ্ডল্না নিংথিজনা হাইজধা ।
রাসক্রীডা-থরাই-লুপ্ করেম্-মীনোক্-নোক্চবা হরি মাবু নিংশিংঙি । ১
রাহোংমতু চূড়ানা থাচেৎশানা কোয়রিবা শম্লাং মাগী ওইরিবা
চাওবা শাংবা চুমথা'না নোংগী মচু থৌগৎকুম্ হরি মাম্থ নিংথিবা । ২
নিংদাফবী গোপীগী চিন্বান্ চুপ্লীং মিৎহৌবা
বন্ধুক্-লৈরাং, ঙাঙ্বগুম্ হাইনোক লৈত্তেং চিন্বান্বা । ৩
তুজুং-ব অচৌবা পাম্বোম্গীদি খুৎলাম্না গোপী লীশিং কোম্সনবা
খুৎকী খোঙ্গী থবাকী মণি-লৈত্তেং মঙাম্না অমম্বব মাঙ্হনবা । ৪
মরাইবকী চন্দন্না নোংনা কোয়বা থাজবু হেন্নবুদি ফজবা
খোল্লাং-কোনফ্ পোপ্চাওবা মেৎখায়বদি হালেংদ থমোই
তম্থিজরিবা । ৫
সনাফীগে থোনবগী মণিমকর কুণ্ডল্না, কৃষ্ণ-নাপ্ল লংহন্বা
মুনি-মী-লাই-হিংচাবা লোইনমকী মুপীনা মহাক্পুদা পাম্জবা । ৬
ফুগায়রবা কদম্নাক্ উমরগা কোক্হন্বা মুংশি-খৎন-অকিবা
কামগী তথক মিৎয়েং শা পায়মনুংদা পাম্জনা ঐগা রমণ তৌরিবা । ৭
ফজ শক্ফম মাধবকী শুম্হৎনঙাই শক্তম্গী জয়দেব শৈরেংনী
পুণ্যচেনবা মীভানা হরিচরণ নিংশিংবা নিংশিংবগী পাংথক্লী । ৮ । ৫

## শ্রীরাধাগী থেব,

নিভৃতনিকুঞ্জগৃহং গতয়া নিশি রহসি নিলীয় বসন্তম্...................

মীভাদবা কুঞ্জশং অহিং ঐনা থুংবদা থুপ্না লোৎপা মহাক্তো

৫ । কেলি কথা—শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা শান্নবা শান্নবগী হায়ৈ ।

১ । অহৎনবগী মখক ওইবা বাঁশী। ২ । লৈরাং অমগী মমিংনী । ৩ । মবি থাবা কুজম অচু মকর (ঙা ফিহোম ) গী মওংগা শাবনী ।

১ । মুংথাংবা ; অরাবা ।

মায়কৈ তরা পাংনবু তথক্ ঐনা য়েংবদা রতি-ঈরাং নোকৃপদো
কেশী-হাৎপা পুকচেন্জাও মাগী পায়মা মুংনাংবা ঐগা শান্নিংবনা
হান্দা সখি ইতারোয় ঐগা মাগা অনিব, উনহল্লু নিন্দুনা। ১
উনবগী চৈকোক্তা ঈকায়থীবী ঐহাকপু চীয়োণ হৈনা রাঙাংবা
হরাও মোমোন্ নোক্তুনা ঐনা রারি শাবকাল্ ঐগী খাংচেৎ কোম্হন্বা। ২
নানৌ-শয্যা হিপ্পকাল্ ইথবাক্তা নন্দুনা শাংনা য়াহিপ্ তান্বদো
ঐনা কোন্সিন্-চুপ্পদা অমুক মানা কোল্লগা ইচিন্বান্ব, চুপ্পদো। ৩
রতি-লান্দা আমোল্চল্ ইমীৎ উইশল্লবদা নাপ্প মাগী তুজুংবা
হুমাং-চেন্বা ঐহাকপু উরুবদা মহাক্কা মদন-ইরাং হেঞ্জবা। ৪
কোকিল্-মান্বা ইখোঙ্গাং রতিকাল্দা তারগা রতিরায়েন্ তৌবিবা
শন্নাং শম্বুল্ নাম্থোকাল্ শম্জিরৈনা চাইবদা খোক্ষ, খুজিল্ শিকন্বা। ৫
ইখোংমণি-মুপুরনা রুনু খোন্জেল্ থোক্লকৃকাল রতি মপুং ফাজবা
খোম্থোক্নাইবী খ্ংলীনা কোম্থরক্পা মতমদা ইশম্ চিংল চুপ্পীবা। ৬
রতিমুখ মতমদা ঐনা তম্বরক্পদা মমিৎ থম্বাল্ পাঙ্-উইবা
খাঙতম্দবা ঐহাক্কী হকচাং চোক্থরকপদা মাগী মুংশি নোহৌবা। ৭
মুংঙাইনিংবী-গোপী-খোন রতি-লীলা কৃষ্ণগী নিংশিংনঙাই ওইরিবা
জয়দেব কবিগী খোজৈনবু খোৎচবা শন্দোক্শনু মুংঙাইবা। ৮। ৬

## শ্রীকৃষ্ণগী অনুতাপ,

মামিয়ং চলিতা বিলোক্য বৃতং বধূনিচয়েন ...................... ..

গোপীশিংনা ঐহাকপু কোয়শন্ববু উবদা চৎচখিনে মহাক্না
ইরাল্ লৈরে খন্বনা য়াম্না কম্না কিবনা খাম্হোববু ঙম্দেনা।
হরি হরি মহাক্তো থোওইবিখিদবনা শাওনা শাওনা হন্গ্রেদো॥ ১
কুইনা কায়নরবদা করি করম্ তৌরিনি করি করি হায়রিনি
লম্না মীনা কৈদৌনি ঐনা হিংল বৈদৌনি ইয়ুম্ লিংল কৈদৌনি। ২
শাওবদগী খোইখোইবা পীশুম্ শুব্পা মাঃথোংদো মতুদবু খল্লেনে
থম্বাল ঙাঙ্বা মথক্তা খোয়রাংজবা খোইমুনা কোয়রৈ লৈবা মতানে। ৩
ঐনা মাব, থম্মোইদ, ইতৎ-তৎতা লোয়ননা রমণ তৌবা লেপ্লেনা
বন্দা তুংইল্লুবনা করি অমুক কার্মনি করি কাম্নৈ বিলাপ্পা, । ৪

১। তৌখোন্ন বা থবকী তুংদা করিমুংগী তৌকরবমো হায়বগী মৈচাক্। ২। তেংথাবা।

হাদা রাধা তবাব্দী খম্বল্-থম্মোই খোয়রাংলি ঐহাক মহু থঙিওদা
নংনা কদায় চৎগ্রবা শাওনু হায়না হায়নিংবা হায়জকম্বু থঙ্ত্রেদা। ৫
নংদি ঐগী ইমাঙ্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপগুম্ উরিনেসে ঐহাক্না
করিদোনা হায়গুম্ হয়াও হয়াও ঐহাক্পু কোন্দ্রিবনো নহাক্না। ৬
ঐগী ইরাল ঙাক্পীয়ু অমুক হন্না তৌরমোই অসিগুম্বা ইরান্দি
পীরো দর্শন্ শক্হেন্বী কামগী মৈচাক্ থাঙ্বদা থম্বু থেংলে রাবদি। ৭
কেন্দুবিল্ব-ঈপাকী থাক্ত-থানিল্ ওইরিবা জয়দেব কবিনা
হরি-বিলাপ, রাকমসি বর্ণনাবু তৌজৈয়ে য়াম্না তোম্না নোল্লুক্না। ৮। ৭

## রাধাগী বিরহ,

( শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা সখীনা হঙ্গৎলবা )

নিন্দতি চন্দনমিন্দুকিরণমনুবিন্দতি খেদমধীরম্.................

হে মাধব্ রাধানা চন্দন-থাবল্, চৈরিনে রাবনবু তপ্থদে
মলয়া সুংশীৎ হূগুয়ে তাঙ্জ-উক্রোং শম্নবোই খন্গ্রেদকো রাখন্দে
নংগা কায়নবদবু রাজবনা লোইরেনে।
মদন-তেন্জৈ কিবগী রাখম্নবু নঙোন্দা লুপ্না মতৌগুম্নেনে। ১
থম্মোইসুংদা নহাকপু অতৎ অথম্ নাইদবা মদন-তেন্দৈ কম্নবা
লাইজ-শাপ্না থম্নানা হক্তন্-লাংবু শাদুনা মথবাক্তা কূপখিবা। ২
বিলাসকলা, শাম্নঙাই নৈগী শয্যা অপাম্বা ওইরে তেন্গী শম্বাদি
নংগী থাগোন্ আশাদা ব্রত তৌবী অমগুম্ শেন্মী নৈগী শয্যাদি। ৩
নোংগী শক্ফম্ মিৎলুদৈ লুবা মায়খোং থম্বান্দা পিরাং নোংজুই তত্তনা
কির' রাহু য়াছাইদা থাদৈ, তাবা অমৃত ঈচেন্গুম্না ওইখিব। ৪
অচিক্পদা নশক্তো কামদেব চংচংগুম্ কস্তুরীনা য়েক্খিদো
মকর্ বাহন্, তোংহল্লি হৈনো মপাল্ তেন্জৈ হাপ্ খুরুমজখি
মুর্ত্তিদো। ৫
হয়া হয়া হায়জখি নথুয়াদা মাধব তুজরেদো ঐহাকসে
নংনা হয়া য়েংত্রদি সুধানিধি, চন্দ্রনা চাকথেক্লনি ঐহাক্লে। ৬

৩। জয়দেব কবিগী প্রাথমী মমিংশী। ৪। হরিনা তৌবা বিলাপ।

১। থাইনবা, কায়থবা। ২। চন্দন অমসুং থাবল্দু। ৩। রাত কেলি। ৪। থাদনী। ৫। মকরনা ওইবা শাগোং।
৬। সুধা—অমৃত। নিধি=মুক্তম্।

রানা ফংবা নহাকপু থ্যাম্না মাঙ্দা লাক্লগা বিলাপ তৌরি মহাক্না
অমুক হেন্‌স্থ নোকখোক্‌রি রাথরক্‌রি কপ্‌খোকরি চোংই মৈচাক
খাংজৈনা । ৭
থম্মোই-হরাও জগোইবু শানিংবদি কনানা জয়দেব শৈরেংদা
হরি-কায়নখোয়রাংবী রাধা-সখী-বচন্‌সে পাবিবনা চুম্মীদা । ৮ । ৮

## শ্রীরাধাগী বিরহ

### শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা সখীগী বচন

স্তনবিনিহিতমপি হারমুদারম্............ . ... ..

হে কেশব তাবিয়ু বিরহিনী, রাধাদো
মথবাক্না শিরিবা ফজরবা লীক্লাংদো
কায়ন-য়াঙ্গংলকপনা খোইনবুদি লুম্‌শিদো । ১
মলয় চন্দন, অঙ্গদা নৌনা লংনা থোন্‌বদো
হুনি হায়বা মতাগুম্‌ চীংন চীংন, য়েংখিদো । ২
মতম লৈবা খিবিক্না সোর শানা শাংইদো
কাম-খাম্বী মৈরিনা লাম্বা মতৌগুম্মিদো । ৩
পিরোয়নন। মীৎতারি মায়কৈ মায়কৈ লৈতুনা,
লৈখোক্‌-তৎপা থম্বাম্না লাইজ-ইরিক চোৎকুম্না । ৪
উনা-নানো শয্যাবু উরফাওদা মীৎমক্না
যজ্ঞ-মৈরী অকন্‌বা ওইরমাগ্নে নিংখিনা । ৫
থাদোক্‌খিগ্রে খুবাক্না তাইফেৎ তাইবা নাপ্লদো
য়াচংবদা থাজনা লেপ্‌না লৈবোই মাল্লিদো । ৬
খায়ন মৈনা চাক্‌পনা শিবা শোয়রোয় খন্দুনা
মপোক্‌'মদা ফংনবা হরি হরি শোল্লিনা । ৭
জয়দেব কবিনা লেংজরিবা শৈরেংনি
হরি-থুম্না-চংলিবা ভক্ত হরাওনবনি । ৮ । ৯

## শ্রীকৃষ্ণগী বিরহ

### শ্রীরাধাগী মফমদা সখীবচন

বহতি মলয়সমীরে মদনমুপনিধায়..........................

সখি কায়না মৈচাক্না বনমালী, বারেদো

---

১। নিশিবা মীগী কায়নরবী । ২। মচম্‌ চৈঙ্লা হোৎবা চন্দন । ৩। চীংন-চীংনবা । ৪। বায়ুতম্বুনা ।
৫। শা পাৎপা টৈ হেক্লপা লেংবা খুমুট কাওবা হোয়বা লৈ পরেন খোম্বা শ্রীকৃষ্ণ ।

মদন-ইরাং-হৌহন্বা মলয় মুংশীৎ শীৎলেদো
কায়ন-থম্মোই-নৈহৎপা লৈরাংপুম্বা শাৎলেদো । ১
থাবয়সু মৈওয়ে শিবগবু পাংখক্লে
লৈরাংনবু কেন্‌বদা মুংশিতেন্‌গুম্ খন্দুনা বিলাপ কয়া তৌরক্লে । ২
খোইমুশিংনা গুঙ্‌বদা নাকোং মেয়া খাঙ্‌খরে
থাইন-মৈচাক চাক্‌পনা অহিং অহিং নাথরে । ৩
মুংঙাইরবা ময়ুম্ থা উমং-য়ামং লেন্‌খরে
লৈপাক্‌থক্তা লৈওয়ে নংগী নাম্বু, শোন্দুনা বিলাপ য়াম্না তৌখরে । ৪
জয়দেব কবিনা লেংজরিবা কায়ন-বা
ভাবগীবু পুণ্যনা প্রেম্না থন্‌বা থম্মোইদা ওইনি হরি-উদয়, । ৫ । ১০

## অভিসারিকা।

শ্রীরাধাগী মফমদা সখীবচন

রতিসুখসারে গতমভিসারে মদনমনোহরবেশম্...... ..............

রতিসুখসারগী, অভিসার, তৌখরে মদন-শুম্বা-বেশদা
নিংদাফবী চৎপবু থীল্লগনু নহাক্‌সু থম্মোই-মপু তুংইন্দা ।
লিরিশীৎপা মুংশীৎতা যমুনাগী তোর্ব্বান্দা ঙাইরে বন্দা মালাথোন্
নোইনোই-লাওবা নথাদো পায়নিংবগী লেংলবা খুত্তা অনী মানা থোন্ ॥১
নংগী নাম্‌গা লোয়ননা সঙ্কেত্ তৌনা বেণুদো মেংনা মেংনা খোঙ্‌লক্লি
নংগী অঙ্গ শোক্‌লুবা মুংশীৎনবু হুম্নক্‌পা উফুল্ মরিক্ থাগৎলি ॥ ২
চেক্লা-তোংবা উশাদা উনা লেংবা ভাববু নহাক্ লাক্‌পোই নিংজৈদো
শয্যা-রচন, তম্না তৌ ন না লাক্‌পা লম্বীবু তথক্ তথক্ য়েংজৈদো ॥ ৩
খোংস্থাক্-তয়াং-তয়াংবী বিহারকাল্‌গী য়েরগুম্ থাদোকউকো মুপুরদো
চৎলু সখি কুঞ্জতান্ অমন্দগা লোয়ননা শাড়ীমুবা থোয়দো ॥ ৪
লীকী পরেং থোল্লিবা মুরারিগী, থবাক্কো উরোক্ পাইবা নোংমংগুম্
নংগী পুণ্য কর্ম্মনা রতি থক্-থা ওন্‌বকাল্ ঙাম্নি নংনা লোংথাংগুম্ ॥ ৫
থম্মালমীগুা-ভাবীও নানৌ-শয্যা হিঙ্‌কাল্ বসন, নংগী শীৎথৌদা
চিংথোক্‌উকো মেখলা, মমাং-লৈকাই হাংদোকউ য়েংনি হরাও বক্কদো ॥ ৬
অহি অসি থম্‌দোরে নংবুদবু নিংজবা হরি মানী শঙ্‌জল্লো

১ । [illegible] । ২ । হরি-মূর্ত্তি [illegible] ।
৩ । [illegible] । ৪ । রতি বিহারবা পোক্‌পা [illegible] ।
৫ । [illegible] । ৬ । শয্যা [illegible] । ৭ । মুরলী অহি ( [illegible] ) [illegible]
৮ । [illegible] । ৯ । [illegible] ।

ঐগী রাসি ঙাকউনে মধুরিপু, কামদি থীন্দনবু খুংহল্লো ॥ ৭
হরি-সেবা-কংলিবা, জয়দেব শৈরেংসে সুংঙাই মপুং ফাবনী
ভক্তশিংগী পাম্নঙাই থৌজান্‌হৈবা হরিবু হরাওনবু খুরুম্মী ॥ ৮ । ১১

## বাসকসজ্জা

### শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা সখীবচন

পশ্যতি দিশি দিশি রহসি ভবন্তম্‌...................

য়েংজে মায়কৈ মায়কৈদা অচিকপদা নহাকপু
মাগী থুম্বা চীন্‌বান্‌গী থোইদী থকপা নহাকপু ॥
নাথ হরে রাধাদো রাজৈ লতাকুঞ্জদা, ॥ ১
অভিসারগী রাখল্লা থৌনা কংনা হৌগৎচৈ
থোঙ্‌থাং কযা থাংলগা লৈমারথক্তা মতূজৈ ॥ ২
থম্মো ডৌবা নানৌগী খুজি লৈতেং শিন্দুনা
রতি-কেলি নহাকা শান্নবা হিংলিনা ॥ ৩
ফিজেৎ শেৎল নংগুম্না কম্না য়েংজৈ মথন্তু
'মধুরিপু ঐলাক্নি' হায়না থজৈ মথন্তু ॥ ৪
লাক্তবদি থুনমক্‌ করি তৌরে হরিনা
রাফম অসি সখীদা হঙ্গন্‌ হঙ্গন্‌ হংখিনা ॥ ৫
নোংগী কুচু ঙম্‌জবা হরি লাক্লে হায়দুনা
কণ্ঠ্‌লবদি অমম্বা কোজৈ চুপচৈ রাধানা ॥ ৬
নহাক লাক্‌পা থীনবদা বাসকসজ্জা রাধানা
ঈকায়-হঙ্গোয় থাদুনা তেংথা নাওই কপ্‌চৈনা ॥ ৭
জয়দেব কবিগী ঈশৈ অসি ভাবদা
রসিক, শিংগী থম্মোইদা হরাও মথোই কানিদা ॥ ৮ । ১২

## উৎকণ্ঠিতা,

### শ্রীরাধাগী খেদ

কথিতসময়েঽপি হরিরহহ ন যযৌ বনম্‌....... .

হায়নবদি মতম্‌দা বন্দা লাক্লে হরিনা

১। মধুগী যেক্লবা কৃষ্ণ। ২। শ্রীহরিগী সেবক।

। মপুরোইবা লাকনী বাবরগী আশাদা মশাগী মকে অমুগা বাসর গৃহ (লুহোংবা থুরীগী বর-কন্যা অনীগী হারেকপাঙ) শেম শ তুনা থম্বী নুপীবু বাসক সজ্জা কৌই। ৪। উরীরৈগী লৈনম্‌ পামহুনা থোইবুশিংনা হায়লোকপম্‌ থজনা অমুম থেম হংনা উরীগী মুম। ৫। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রস তত্ত্ব থজনা বী।

১। অপাবা পোৎ কংবা মতম হৌরবদা থাজবদবু উৎকণ্ঠা কৌই। উৎকণ্ঠা তৌরিবী নায়িকাবু উৎকণ্ঠিতা কৌই।

রূপযৌবন মক্তুবা অরেম্বদা তাৱেনা।
সখীবচন শোয়বদা কনাদবু চংজনি ॥ ১
মাগীদমক অহিংদা শূরু-উমং লাক্পদো
মহাক্মক্সা থম্মোইদা সুংশি তেম্না থিল্লেদো ॥ ২
শিবনত্থুম্ ফরনি কাম্রেদা দেহনি
কায়নমৈচাক্ খাঙবদা চেতন লৈত্রে থ্রৈহাক্নি ॥ ৩
বসন্তগী অহিংসে ঐগী অৱা মরক্নি
পুণ্যবতী কনানা হরি সঙ্গ ফংলম্নি ॥ ৪
মণিভুষণ বলয়, মাগীদমক শিবনে
হরি-কায়ন-মৈচাক্পোক্ দোষবুদি ওইরেনে ॥ ৫
লৈরাংদগী মে লবা ওইরিবদি ককচাংদা
থাগোম্নবা লৈপরেং মদনশর ওইরেদো ॥ ৬
হৈরী-বনগী অকিবা খন্দমখৈ লৈজেদো
মধুহাৎপা মহাক্কি ঐবু কাও.থাক্পিরিদো ॥ ৭
হরিচরণ চংলবা জয়দেব শৈরেংসে
কলাবতী, তথোংকুম্ থং না ংসুংদা লৈউসে ॥ ৮ । ১৩

## বিপ্রলব্ধা।

### শ্রীরাধাগী খেদ

স্মরসমরেচিতবিরচিতবেশা....... ... ...........

রতিলাল্গী ফীজোন্ শেৎ শুণবু হেন্বী যুবতী
কনাগবু শায়নি মধুরিপু মহাক্তী
মুজা মাগী শম্বুং্ কোম্ শম্জিরৈবু কেনখিয়ে ॥ ১
হরি-থাগোন তুজুংনা নীক্রংপদি ফীভম্দো
খোম্কু থক্কী লীক্লাংনা হাইনা ছম্না ফজৈদা ॥ ২
মুজা মায়থো থাজদা শম্লাং চোইজাই ভাজৈদো
হরি-চীন্বান্ চুপ্পদা আমোল্ মীৎনা উইখিদো ॥ ৩

১। খুজি। ২। কামগী ফেন্। ৩। পুং ইশৈ অগোইবা... কনা। ৪ খঙলবা মত্রগ র্সিকা
৪। সংকেত তৌনবিবা মফমদা চৎলগা পাভিবু ফংজবী নায়িকাবু বিপ্রলব্ধা কৌই।

হাইনা হন্না কুণ্ডল্-না মুক্তা-নাম্ন লৈতেংখি
জঘন-লেঙ্বা[1] খুৎলেঙ্না মেখলাদো খোঙ্ম্খি[2] ॥ ৪
পাম্মুববু য়েংবদা ঈকায় ঈকায় নোক্চৈদো
রতিরস মযায়না মুকম মুকম্ শোক্লৈদো ॥ ৫
তুজুং তুজুং নীক্চৈদো মুংশাসোর ফুইজৈদো
মীৎম্না-থম্বাল উইশঙ্কে রতিরঙ্গ ফোংজৈদো ॥ ৬
লাইবক ফবী দেকেদো হম্মাং-মরিক থোকচখি
রত্তিলাম্না হৈবীদো[3] কৃষ্ণ-থবাক্ কোনতুখি ॥ ৭
জয়দেব খোর্জৈনা খোৎপা হরি-বিহারসে
কাম্নচিংবা কলিদোষ[4] মাঙনববু ওইনিসে ॥ ৮ । ১৪

## বিপ্রলব্ধা

সমুদিতমদনে রমণীবদনে চুম্বনবলিতাধরে ........................

যামুন[5] তোর্বান্ উমংদা মুরারিদি লান্থম্বা শাম্নৈ হৌজিক রতিলাল্
ক ম-ইরাং হৌহনবা রমণীগী মায়থোংদা শোক্লৈ চৌন্বান্ থেংনলাল্
অহিং-থাঙ্গ-মাযহীংগুম্ মৃগমদ[6]-লৈতেংবী মুক্তা মায়থোং তুজুংনা ॥ ১
মদন্ শক্তি শাম্নবুং ফঙ্গনা কৌবা নোংগুম্বা মুক্তা মাগী শম্নাংদা
নোংথাং ঙান্গুম্ লংজবা কুরুবক নৈনুংশি পাখংশ্যাম্না[7] থেৎপীদা ॥ ২
মৃগমদ লৈতেংবা খজিল্ মমি থাচেৎনা লোতেংলিবা নোইনোইবা
কুচযুগ[8] অতিয়া থরাম্নিচাক পবেংমান মুক্তা পরেং শিবিবা ॥ ৩
উল্লেন ঙম্না ইংজবী থম্বালখুন্তা পাল্লিবা থম্মো হেরা-ঙমজবা
পাম্বোম তুমা মহাক্কী মরকত[9]-শক্লোনা খোইমু-খুজি শিবিবা ॥ ৪
রতিগৃহ ওইরিবা কামদেব চংজফম মুক্তা মাগী জঘনদে।
থোঙ জং লৈতেং মালাগুম্ ফজবিন খাংলীনা নিংথিনবু পুনবীদো ॥ ৫
কমলাগী[10] ভূঙ্জফম্ মণিশক্তম্ খুজিন্না লাৎচরিবা খুযাদো
হবি পাদা[11] থাঙ্গচ্চ থরুপ্ফীবু মাঙ্গনা যাবক[12] কৈশীন্বিখিদো ॥ ৬
সখি লৌনম্চাওবদো হলধর মনাওদো শব্হেনবীদি কনাগা
কন্ন পাম্নৈ হায়রদি মুংচাইতনা কুঞ্জদা করি কাম্নৈ ঙাইরগা ॥ ৭

১। মুক্তী মবুকী খাং না শক্তকপু চাযংনি নিতম্বগী মমাঙথ না শক্তকপু জঘন কৌর। ২। জঘন লো মকলদা মেখলাদগী অখুবা মখাম থোক্খ। ৩। রাং কনিবু ম যক নাশিক। অন ম। কম্না শাম্নবম্নদা লাল্ অমঙুম্ প্রমাব ত্তোবনী। ৪। কলি যুগকী পাপ।
৫। যমুনা। ৬। কস্তুরী। ৭। শ্রীকৃষ্ণদা। ৮। খোমদ অনী। ৯। মণি অমগী মিং। ১০। লক্ষ্মী। ১১। যবাক্তা। ১২। আলতা।

মধুরিপু-মনাইতোন্[1] কবি-নিংথৌ জয়দেব হরিগুণবু শক্চবা
শৃঙ্গার রস[2] লেংজবা কলিযুগকী হোনশা ওইদসমু পাপ্ চঙ্বা ॥ ৮ । ১৫

## বিপ্রলব্ধা

অনিলতরলকুবলয়নয়নেন..............................

মুংশীৎ হুল্লেঙ্ চারিবা থম্বান্শংগা মীৎতাপান্ বনমালী মহাক্কা
মুংশিনবী মুজাদো নানৌশয্যাথক্কবু লাংলোই সখি মৈশাকা ॥ ১
ফুগায়নবু শাৎলবা ইমুংবুংগী থম্বান্গুম্ ফজরবা মায়খোংদা
হরি মানা চুপ্পদি মদন তেন্গী তেঙ্গৈনা পান্বা ঙম্লোই মঙোম্দা ॥ ২
অমৃতগুম্ থুম্নবা হরি-রাহৈ অমেংবা তাজরিবা মুজাদো
মলয়-মুংশীৎ হুম্বদা চাক্লোইদকো চাক্লোইদা মুজা মাগী হক্চাংদো ॥ ৩
লৈকং-থম্বানগুমবা খুৎকা খোঙ্গা হরিগী ফংজরবী মুজাদো
থাজথাবন্ মৈশাকা চাক্তুনবু লৈওন্বা ওইরোই ওইরোই মহাক্তো ॥ ৪
লাইজপুবা নোংলেন্গী কুচ্-পানবা হরিগা রমণ[3] ফংবী মহাক্তো
খাইনমৈচাক্ পুবগী অকম্বনা নন্বদি ওইরোই মাগী থম্মোইদো ॥ ৫
চাংয়েং নুঙ্দা তারবা সনা-লৈয়ি মচুগী খাংচেৎথোনবা মহাক্না
রমণ তৌবা মুজাদি ইমুংমীনা লোক্পদা সোরমপী হোল্লোইনা ॥ ৬
ত্রিভুবনগী যুবকলক্ পুঙ্থোই-থোইবা হরিগা শান্নরিবী মহাক্তো
য়োনা কপ্পা য়ারবা অরাববু লাক্পদা চৈনাখোন্বু খঙ্দেদো ॥ ৭
জয়দেব কবিগী খোর্জেদগী থোক্চবা রাধাবচন অসিনা
পুম্নমক্কী থম্মোইদা চংজববু ওইসনু হরিগবু লোয়ননা ॥ ৮ । ১৬

## খণ্ডিতা[4]

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু তিরস্কার তৌবা ( থীনা চৈবা )

রজনিজনিতগুরুজাগররাগকষায়িতমলসনিমেষম্.....................

অহিংশাংনা মীৎশেল্ থাঙ্ ঙাঙ্লৈনবা মীৎ অদো আমোল্চম্না উইশিন্নে
উইরুম্নবা মীৎঙাঙ্না অতৈ মুপী অমগা অহিং লেপ্লুই ম তাক্লে,

---

১। মধুরিপুগী তোপ্পবা মনাই। ২। রূপ রস পুংশিনবগী আদিরস।
৩। রতিক্রিয়া।
৪। মপুরোইবনা অতোপ্পা মূপী অমগা লৈশিন্নকবগী খুদমচিংবা উবদা শাউরবী অহুগা কলঙ্ক-রেংখি-পুক্নেপ্ চেনবী মূপীমু খণ্ডিতা নায়িকা কৌই

হরি হরি মাধব চৎলো চৎলো কেশব কাঙ্‌মু লৌনম্‌ ব্রাহৈদো
নংগী অরা কোক্‌হন্‌বী থম্বাল্‌-মীৎতা-পাঙ্গবী মাগী তুংবু ইন্নুদো ॥ ১
তাবিউদা কৃষ্ণ হে ঙাঙ্‌ঙ্‌নবা নচীন্‌বান্‌ কাজোল্‌-চুবা-মীৎ-চুপ্পা
মুরৈনখিবনবু নংগী অঙ্গ-কুচুন্নম্‌ শন্দোকয়িদো তম্‌জনা ॥ ২
রতিলান্দা মহাক্না থৌর' খুজিল্‌ খোৎতুনা মম্নি-তাবা অঙ্গদো
মরকত মণিদা সনা-কালি-লৈয়ি চিং লান্‌ঙম্‌ ফিরান্‌ মাম্লিদো ॥ ৩
মখোঙ্‌-থম্বাল্‌ অতুগী আল্‌তা মচু চুরবা নথবাক্তি অপাক্‌পা
মদন-পামেল্‌ উজাওদা হুন্দোরক্‌পা নানৌগুম্‌ য়েংবদবু মাঙ্গৈবা ॥ ৪
নচীন্‌বান্দা তারিবা য়াগী খোঙ্‌ফম্‌ মমিনা, ঐগী থরাই চাক্লেনে
নহাকীবু হকচাংসে ঐহাক্কীগা খেন্নদে হায়নি করম্‌ হৌজিক্লে ॥ ৫
কৃষ্ণ নংগী মপাম্মোং মোৎলে হায়বা শারিদো হেক্লে ননুঙ মোৎপনা
মুংশি-তেম্না পাল্লবা চংজরবা ঐহাকপু ফংহন্দবা করম্না ॥ ৬
মুপী হাৎকে হায়তুনা বন্দা কোয়রি নহক্না ঙক্নঙাইবু করি লৈ
অঙাং ওইখৈ মৌহাৎপা মুংশি-হৈত লীচক্তো পুতনানা শন্দোক্লৈ ॥ ৭
অথঙ-অহৈ তাবিয়ু খণ্ডিতানায়িকাগী রতিবঞ্চন্[২] বিলাপ্‌সে
জয়দেব খোর্জৈনা শৈরাংজবা অমৃত স্বর্গদসু তাঙ্‌বসে ॥ ৮ । ১৭

## শ্রীকৃষ্ণগী অভিসার

### শ্রীরাধাগী মফমদা সখীবচন

হরিরভিসরতি বহতি মৃদুপবনে.........................

হরি লাক্লে অভিসার শীৎলে মুংশীৎ নামিবা।
সখি য়ুমদা হল্লগা করি হেন্না মুংঙাইবা॥
ওইনচাওবী ওইনমু মাধব মাগী মফমদা॥
কোণা-হৈমুন্দগীসু হেন্না চাওবা ফজবা
খোন্নাং-খোম্‌ফু অনিদো ওইহন্‌গেরা অরেম্বা॥ ২
কৃষ্ণ য়াম্না ফজৈনা থাদোকমু মাবুদা
হন্না হন্না হন্দক্তা হায়খ্রে ঐনা নঙোন্দা॥ ৩
রাম্নি কম্নি করিগী নংগী রাবা উরগা
থম্বন্‌চাওবী পুন্বনা নোক্নখিনী হায়রগা॥ ৪
ইতিংলুবা থম্বাম্না শেম্‌জরিবা শয্যাদা

১। রাখুল্‌। ২। রতিবিহার কংদবা।

চেপ্পা-হরি য়েংজহৌ অদুক রাবা পোকহন্‌বা
ঐগী পাওতাক তাশল্লু কায়নমৈচাক্ কোল্লবা ॥ ৬
হরি ননাক্ চংহল্লু রাহৈ থুম্বা ঙাংনবা
করিগীনো নহাক্না পুক্নীং ৰাবা কৌশন্‌বা ॥ ৭
হরি-চরিৎ নিংথিবা লেংবা জয়দেবনা
নুংঙাইনবা ওইসনু রসিক ওইবা মীতানা ॥ ৮। ৮

## মানভঞ্জন

শ্রীরাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী অনুনয় ( হায়জবা )

বদসি যদি কিঞ্চিদপি দন্তরুচিকৌমুদী হরতি দরতিমিরমতিঘোরম্......................

রাহৈ-মত ঙাংলদি নয়া পরেং থাদনা হুনি অকি-অমম্বা।
মায়থোঙ্-থাজ-ঙাল্লিবা চান্‌বান্দিনা অমৃত নোংইন-মীৎনা খোরাংবা ॥ ১
চংখোল্লবী নুংশিবী মরম চাদ ঐঙোন্দা ওইনবদু থারোনা।
মান্দো হৌঙৈদগীব্ চাক্লে ঐগী থনুংসে মদন খাম্বা মৈরিনা মায়থোঙ থম্বাল খোইহাদো পীনবিউ থক্কেনা ॥ ২
য়াতা-ফবী নহাক্না ঐব্ তশেং শাঙরদি মীৎকী তেঙৈ অথোবা পাল হল্লুদা ঐঙোন্দা।
নপাম্বোম্না ( নিংশল্লু চাব্উ মফম মফমদা তৌরো য়ারে ঐহাক্তো নংনা নুংঙাইদোবদা ॥ ৩
নংসে ঐগী ভূষণি, নংসে ঐগী থরাইনী নংসে ঐগী ওইরিকো তাইবং ঈপাক রত্নদি।
মতম লৈবা খিবিক্তা নংনা ঐব্ চান্‌বীবা মতুঙনি থম্মোইনা পাম্জরিবা কন্নদি ॥ ৪
নংগী মীত্তো তবাবী থম্বালশংবা মান্‌বদো থম্বালঙাংবা কুচুব্ লোৱদুনা শক্ওন্‌বা।
মদন-তেঙৈ মতোদা ঐগী কুচু অমুবা ঙাওহন্‌ববু ঙম্নদি মীৎঙাও মমল্ ফংনিবা ॥ ৫
কুচকুম্ভ মথক্তা লেংলেং লাউনা লেংলিবা মণিমালা অদুনা লৈতেংসনু থবাক্তো।
নোম্বা জঘন-মণ্ডলদা ঙছ্জরিবা মেখলা লাওথোক্‌সনু মদনগী অথুম্বদি য়াথংদো ॥ ৬

১। মান—ওইনবা। ভঞ্জন—থুগায়বা। ২। ভূষণ—লৈতেং।

য়াথং পীয়ো খোম্ব্খী ঐগী থবাক লৈতেংবা স্থলকমল₄ ওমজবা
নখোঙ্ খল্লাল অনিদো।
রতিরঙ্গ₅ মতমদা য়ৌনা পাম্বা খুয়াদো অলক্তকরাগদি₆ নিংবা
থুংনা থাগেদো ॥ ৭

কাম্গী ছুব্ মাঙ হন্বা ঐগী ইকোক লৈতেংবা অনিং অনিং
থুংহন্বা পীয়ো পদ পল্লব₄
শাথিরবা মদম্না নৈরকপগী মৈচাক্লা চাক্লিবসি থম্মোইদা
নথুয়ানা মুৎনিবা ॥ ৮

রাধিকাগী মফমদা নিংথিজবা রাহৈনঃ মুরারিনা হৈনবু
তৌথিবদি চীয়োন্দো
পদ্মাবতী₅ মবুংঙো জয়দেব কবিনা মুংঙাই-ঈশৈ লেংবসে
জয়বু ওইবা ওইনিদো ॥ ৯। ১৯

## মিলনগী মমাঙ্বা

### শ্রীরাধাগী মফমদা সখী

বিরচিতচাটুবচনর্চনং চরণে রচিতপ্রণিপাতম্……………… .. .

চীয়োণ হৈনা রাঙাঙ্বা খুয়াখাদা খুরুম্বা বেতস্₃ লতা কুঞ্জদা
কেলিশয্যা₃ য়াতাবা।
হে হে মুগ্ধে রাধিকে নিংথিরবা কুঞ্জদা মধুমথন₆ মহাক্কী
তুংইন্দুনা চৎলোবা ॥ ১
কুচ-জঘন্ অনোয়বা লুম্বগীবু খোঙথাং তপ্ থাক্সুম্ থাক্সুম্ থাংদুনা।
কাঙঙ-খোজেল্-ওমজবা নুপুর-খোন্থাং হোইহন্না হরি নাকপু চংলোনা ॥ ২
মুক্তা-থম্মোই-শুম্হৎপা মধুরিপু কৃষ্ণগী খোয়থুয়বা রাহৈ তাও।
কোকিল্শিংনা হায়রিয়ে কামদেব-ইড়াৎপা মখোয়গবু চান্নৌও ॥ ৩
শামু-নাতোন্-ফৈ-পান্বী মালং হুম্বা ঊনাখুৎ হাইনা উৎলি ঊরীনা।
নংগী পান্মু নাক্তবু য়ৌননবা ইঙ্গিত্নি নখোঙ্ তপ্থাঙ্ তোক্লোনা ॥ ৪
মুংশি-ইথক্ তনিক্পা কুচনবু উৎলিয়ে হরি শাগোন্নিংবদু।
মক্ত-ইচেন্গুল্লবা লীক্লাং-তোংবা কুচদা হংউ হংউ রারমদু ॥ ৫
রতিরণ সজ্জাদা নংগী দেহ শেম্শাবা সখীশিংনা খঙ্নরে।

১। লৈকংগী থবাল, উৎবাল। ২। রাঙ শায়বগী ইরাং। ৩। যাবক মচু। ৪। পদ=খোঙ্। পল্লব—মানৌ। পদপল্লব—মানৌ মাদুবা খোঙ্। ৫। জয়দেবগী মুণী।
৬ লী পাম্বী। ৭। রতিবিলাসকীদমক শেম্বা কয়ুং। ৮। মধুরিপু শ্রীকৃষ্ণ

ঈকায়রম্নু লাল্হৈবী মেখলাগী তিন্তিম্থোন্, থোক্ল চৎপা তাঝরে ॥ ৬
কাম-তেন্ থৈ-খুজিমা লৈতেংলবা নখুৎনা লায়না সখী কোন্লল্লো
নহাক্ লাক্লে হায়ছুনা পাওতাক্লবা বলয়খোন্ হরিদম্নু তাবল্লো ॥ ৭
পুক্লীং কৎনা হরি নীঙ্ নীঙবশিংগী কণ্ঠদা লৈরসন্নু তত্তনা।
লীক্লাং-পরেং-ঙম্জবা রমণীবু, হেন্জবা জয়দেব-শৈরেংনা ॥ ৮ । ২০

## মিলনগী মঙাঙদা

### শ্রীরাধাদা সখীনা হায়জবা

মঞ্জুতরকুঞ্জতলকেলিসদনে·························· ··········

ফজরবা কুঞ্জগী কেলি শয্যা শঙ্দুদা
মোমোন্ মোমোন্ মায়থোংদা রতিবিলাস্ তৌরোদা ॥ ১
চংলো রাধে মাধবনাক্ রতি-ইরাং শঙ্দুদা। ধ্রু
অশোক্ নানৌ-শয্যাদা কুচথক্তা হাইজবা
লীক্লাং থোন্বা থবাক্তা মাগা বিলাস তৌজোবা ॥ ২
শিঙেল্ মাম্না থোৎচবী শিঙেল-লৈরাং-লৈচন্বা
শেংল' কেলি-শঙ্দুদা মাগা বিলাস তৌরুবা ॥ ৩
মলয়-মুংশীৎ-লৈনম্না ঈংজরিবা কুঞ্জদা
চৎলো মুংশি-ঈশৈ শক্ মাগা বিলাস্ তৌরুদা ॥ ৪
জঘন্-নোয়বী তঞ্জবী নানৌ-কুঙ্বা উৱীনা
কুঙ্না য়েৎপা কুঞ্জতান্ চৎলো শাম্নৌ কুইজনা ॥ ৫
ময়াই-কানা থোইহীথক্ থোইমুশিংনা ঙঙ্বদা
মদন্-রস ফান্দুনা ময়াই কানা শাজোদা ॥ ৬
ককোই মরূ অমুন্বা মাম্না রাতা লংলিবী
কোকিল-নিন্বা কুঞ্জদা চৎলো শাম্নৌ নিংথিবী ॥ ৭
কবিরাজরাজদি, জয়দেব শৈরাংসে

১। শুম্ভ্রোলগী মথোৎ। ২। ভূপীবু।
৩। রতিক্রীড়া শাম্লবা। ৪। অশোক্ব থোবা ঊ পাখী। ৫। কবি মকোক্।

## শ্রীরাধাগী চরন্দা শ্রীকৃষ্ণগী নিবেদন

কিশলয়শয়নতলে কুরু কামিনি চরণ-নলিন বিনিবেশম ......................

কান্না হাবী রাধিকে নানৌশয্যাথক্তবু নখোঙ্‌খাল্ থাঙ্‌থলো।
নখোঙ্‌খাদা চংজবা নারায়ণবু ঙাইহক্ত' হৌজিক্ নহাক্ লৌখৎলো ॥ ১
নহাক্ লাপ্না লাক্লেদো ঈখুৎ থম্বাল্ অনীন, নখোঙ্ নোইবা য়াথংলো
মীৎকুপ্মক্তং ঐহাক্পু নখোঙ্-নম্না নুপুরগুম্ শয্যাথক্তা লৌখৎলো ॥ ২
সুধা-তুংফম্-চীন্দগী রাহৈদিনা অমৃত ওইনম্বদো ঙাংবিসি।
নথবাকী খোম্‌খুম্‌দি খাইনমৈনী খন্নুনা হাইদোক্পবু য়াবিসি ॥ ৩
মুংশি-থাগোম্নিংবনা চপ্-চপ্ য়ুংনা তুজুংবা ফংবদর রারবা
কুচকলস, অহুবু ইথবাক্তা থম্নীরো মুংশিমৈচাক কোরুবা ॥ ৪
মোন্‌শাওজবী নঙোন্দা থরাই-কৎপা ননাইনি শিবগবু পাঙ্‌খক্পা
কায়নমৈচাক্ চাক্পা হক্, বিলাস কেলি-ফংব্রবা, ঐগী থরাই কল্লুবা ॥ ৫
থাজমায়খোং-পাঙবী কোকিলস্বর তাবদা নাকোং অনী কায়রেদো
নখোন্‌জেনবু তম্‌জবী কাঞ্চী, মখোন্ থোকহল্লো মু'শাং-মৈশা কোকেদো ॥
মরমচাদ শাওহুনা রাহন্‌খিবা ঐহাক্পু হৌজিক নংনা উরগা
মীৎউম্‌শল্লে ইকায়না হন্থবিরো অশাওবা ওইনবদি তোক্লগা ॥ ৭
জয়দেব কবিনা লেংবা রাহৈ খুদিংনা ফোঙ্‌জৈ কৃষ্ণ হরাওবা
রতিরস, চৃপ্নগী মু'ঙাইজবা কৃষ্ণনা ওইনি ভক্তহরাওবা ॥ ৮ । ২৩

## স্বাধীন ভর্তৃকা.

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শ্রীরাধাগী উক্তি

কুরু যদুনন্দন চন্দনশিশিরতরেণ করেণ পয়োধরে ..............

পেম্না শাম্নহৌরিবা যদুনন্দন কৃষ্ণদা হায়জরকখি রাধানা—
যদুনন্দন থিন্‌বিরো কাম-য়াইফ-পুন্‌মান্‌বা ইথোমসিদা নহাক্লা
চন্দন ঙম্না ইংজবা নখূৎতুনা কস্তুরী পত্র, অমা য়েক্নুনা। ১

১। কুরু—থৌরু। কমল— চক্ষু। ২। হকচাং। ৩। নায়ক নায়িকা অনীগী শান্নবা কংব্রবা। ৪। কাঞ্চী—খ্বাংলী
৫। রাধা কৃষ্ণগী প্রেমনম।
৬। নায়কপু খুদুম্ চজিবী নায়িকা। ৭। কস্তুরীনা পত্র মায়া য়েকপা।

প্রিয় কৃষ্ণ তাবিয়ু মদন তেঁজৈ মাঙনা মীংচি-কাপ্পা ইথীত্তা
খোইমু ওৎবা কাজলদো নচীনবাম্না চুম্নমা মুখগ্রে অমুক হাম্লোদা ॥ ২
মঙ্গলবেশ খোন্‌বা-ও মীন্না-শামু ঈশকুহল হুন্নকপদি থিংনবা
মদন-পাশ-থৌরিমান্, কুণ্ডল্‌-নাইন পিবিয়ু ইনাকোঙ্‌বু খন্নবা ॥ ৩
ঐগী থম্বান্‌-কলক্কম্ মক্তবদি মায়খোংদা চোম্বরবা শম্লাংসে
সখীশিংনা নোক্লরে খোইমু-পরেং মামবু শম্লাং লেংহন্‌গম্মুসে ॥ ৪
থম্বাল-মায়থোং পান্‌বা-ও ঐগী লাইবক-থাজগী হুমাং মরিক তৈখোকউ
থাজ-মায়হিং কাগুম্না কস্তুরীগী তিলক খিন্ লৈতেংবুদি শেম্বীউ ॥ ৫
ইকায়খুম্বাহৈবা-ও মদন ফিরাণ চামর ওই রাহোংমখৈ থৌগৎপা
ঐগী শম্লাং নিংথিবা রতিলান্দা কাদোক্‌গ্রে খোইমু লৈরাং খেৎনবা ॥ ৬
য়াইফ-পূকচেল্ চেমবা-ও মদন-শামু-লোক্লুংমান্ সরস সুন্দর জঘন্‌দা,
মণিময় রসনা বসন ভূষণ, অপুম্বা নিংথি নিংথি শেম্লোদো ॥ ৭
জয়দেব কবিগী য়াইকনঙাই ঈশৈসে হরিস্মরন সুধাসে,
কলিকলুষ, কোকপ্‌সে প্রেম্না পেৎপা ভক্তগী থম্মোই হূবা
ওইহল্লুসে ॥ ৮ । ২৪

১। কামদেবনা পুন্নবা পাশ (থৌরি)। ২। ধন রাওবা কজরব। জঘন। ৩। রসনা—খ্বাংলী। বসন—ফিজেৎ। ভূষণ—লৈতেং। ৪। হরি নীংশিংনবা অমুক্তলে। ৫। কলি কালগী পাপ।

# চণ্ডীদাস পদাবলী

## শ্রীরাধাগী পূর্ব্বরাগ

### সখী অমগী মফমদা সখী অমনা

ওঝা রোঝা আন গিয়া পাইয়াছে ভুতা......... ................

ওঝা মাইবা কৌরুচো তোংলেনেসে ভুৎন'দা
থক্ থক্ থক্-থক্ নিক্রেদো বৃষভানু মমোম্‌দো ॥
সনা ফিগে থোন্‌জবা কালাবরণ, নিংশিংলক্
লৈওন্দুনা কপ্লিদো রাম্ব রাম্ব লৈপাক্‌থক্ ॥
রক্ষা-অক্ষা-মন্ত্র, শোন্ থনী মশম্ পায়নখি
কালা ঙক্নী লৈরাংনু লৌর পীয়ু হায়নখি ॥
কুচুমুবা মহাক্কো লৈয়ে কদম্, উশাদা
মুক্তা মানা উথরে অঙাং ওইঙ্গে মতমদা ॥
চেতন ফংলে হায়রগা হৌগৎকনি মুক্তাদো
ভুত-প্রেত কোক্লনি ফরগনি মৈচাক্কো ॥
চণ্ডীদাস্‌না হায়জৈয়ে ভুত্‌নি হায়বা মহাক্কো
নন্দ নিংথৌ মপারি শ্যাম-চিক্কণ, মানিদো ॥ ১ ॥

## শ্রীরাধাগী পূর্ব্বরাগ

কালিয়া বরণ হিরণ পিন্ধন যখন পড়য়ে মনে ।................

মুরৈনবা কুচুপান্ সনা ফিগে নম্‌থাঙ্ থোন্
মাবু নিংশিং মতমদা
রাম্বচুনা লৈওল্লে পায়র পায়র কপ্‌চৈয়ে
সখী খুদিং খুদিংদা ॥
কনামনা হায়রকখি ওঝা, কৌর কয়োক্নি
রাধা অসে ভুৎ তোঙ্‌লে ।

১। অহুবা হৃদ্‌। ২। রক্ষামন্ত্র ১সুং অক্ষামন্ত্রগী অর্থ অমত্তনী। তুংদা অমত্তন মন্ত্রশা পুনোংথৌবা অদৈ লাক্কপবা পোবপা মন্ত্রগী পাবা মন্ত্র। ৩। কদম পাম্বী। ৪। অমংবা শ্যামবর্ণ।

নীকৃয়ি চোঙিও খঙ্‌চোঙ্‌দি  ক্ষৌর লেংদে মপাদি
মাদি ভানু, মযোম্নে ॥
রঙ্কামল্ল শোন্‌বা য়াউ  মশঙ্গবু কন্থোক্‌ য়াউ
কনামনা হায়শল্লে।
পুরকনি নংঙোম্দা  হায়রিসিনি লেপ্পদা
কালাগীদি ঙকথোল্‌-লৈ ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা  পাওমেন্‌ পাওমেন্‌ লৌরুনা
শাগৈ বৈরী, কালাদো।
উহল্লুনে চেকশমা  চেতন, ফংনি মহাক্লা
কোল্লি দেহে-মৈচাক্তো ॥ ২ ॥

---

একে কুলবতী ধনী তাহে সে অবলা।......................

অমরোমদা শাগৈ পান্‌ অমুক ধনী, পাঙ্গল্‌ শোন্‌
বিষম্‌, প্রেম্‌দা খুদি থি খাঙ্‌নি কয়া মৈচাক্‌ কোন্‌ ॥
হায়কম্‌ খঙ্‌দ লাইওংনি হায়বা লাক্‌পা ঙম্‌দেনে
কানু, শোন্‌বা মীগীদি মখোঙ্‌ মখোঙ্‌ পায়জেনে ॥
খোঙ্‌ পায়দুনা কল্লীদো শম্লাং থরো ওল্লিদো
সনাগীদি লাইথীনা লৈওন্‌বদি মাল্লিদো ॥
কানু মপাও হংজৈয়ে মীৎলু পীরাং চেম্দুনা
শ্যামদো কদায় উমগে সখী তাগে হায়মুনা ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা করিগীনো কল্লীবা
মথম্মোইবা চংচংনা কলা মানা লৈরিবা ॥ ৩ ॥

---

ঘরের বাহিরে দণ্ডে শতবার...... ......

মুমুগী মাপান্‌ থোক্লকয়ি দণ্ডদবু চামরক্‌
মীৎকুপ খুদিং থোক্লকয়ি চংখিবনা কয়ারক্‌ ॥
পুক্লীং অদো থোয়রাংজৈ সোর কী কী কাম্মীদো

---

কুত চঙবা তাহে হবা থাইবা। ২। রাধাগী মপাবুং বৃষভানু। ৩। রেকবা। ৪। জ্ঞান তাবা।
ধনী (স্ত্রীলিঙ্গদা) ধন্তা (ধ শ্রেষ্ঠাই ওইবী) যুবী। অর্থ অতেনা সুন্দরী যুবতী অহুগা লজাগী হায়বনী।
বিষম—মক্তা চাদবা, শাথিবা। ৭। কৃষ্ণ।

কদম্বগী কানন্,ভন্ ফুইনা ফুইনা য়েংজৈদো ॥
রাইদো অসুম্ ওইরিসে কন্নিগীনো হায়র্বা।
মীকত্তবা গুরুজন, কিবা লৈত্রে পুন্নীংদা
করি লাইবু ওক্করই করম্বু লম্দম্দা ॥
মতম পুম্বা পাখংচৈ খাংচেৎ-নম্খাঙ্ কিজিদি
তাচ্ছন-খোম্জন্ ভৌদরে ভৌদরেদো মচুদি ॥
কম্বদগী মরক্তা খংখংনবা হৌগৎলি
কিজেৎ-লৈতেং নাম্বেদো নাম্ভনমু লৈগল্লি ॥
নিংথৌগীদি মমোয়োই চহীমতাং কিশোরী,
অত্তুগমুক শাগৈগান্ নহাদিনা কিশোরী ॥
করি পাম্বা লৈহুনা লালসাদো কাহেন্বা
খংজবু ওমদরে মতাৎপুদি তৌরিবা ॥
মহাকীদি মতৌসে থম্মোইসুংদা খন্জৈনে
চন্দ্রথাজ খুৎলাম্না য়োগে হায়না নিংজৈনে ॥
চণ্ডীদাস্না হায়জরি অসুমান্বু তৌবদা
কালিয়াগী, লাংদবু খুদিবুদি থীবোইদা ॥ ৪ ॥

---

রাধার কি হলো অন্তরে ব্যথা···· ···

থম্মোইসুংদা রাধাগী কন্নিগীনো রারিদো।

অচিকপদা ফমহুনা মথন্তমক লৈজৈদো

মীগী রাবু তাদেদো।

মতম চুপ্পা ধ্যান তৌরি নোংগী মায়কৈ ওল্লৈ

মমীৎ নহা লেংজদে।

চাবা থক্পা লেপ্‌খরে কিভাংবুদি থোন্খরে

যোগিনীবু মান্বদে ॥

বেণী লোন্বা থোক্তোক্লে লৈরোন্বসু লোথোক্লে

য়েংস্তি শঙ্লাং নাম্বা।

চীন্বান্ নোক্চ থাজ য়েং মথুৎ অনী থাজৎল

কৈনো অমা হায়জৈবা ॥

---

১। বন। ২। রাধাগী মনেখোক ১সুং বনন্নবুনী। ৩। চহী ১১ দগী ১৫ কাওবগী বুনীমল ৪। কৃষ্ণগী

মীৎয়েং হোংবা লৈতনা রাহোং লাবা অমোম্গী
কণ্ঠশিংদা য়েংঙিনা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা নৌনা শকথংনরুরে
বন্ধু কালা লোয়ননা ॥ ৫ ॥

## রাধিকাগী মফমদা বড়ায়িগী উক্তি

সোনার নাতিনি কেন আইস যাও পুনঃ পুনঃ....................

ইশু ঐগী সুংশিবী অমূক্ লাক্ অমূক্ চৎ
করিগীনো খঙ্রেদা।
কপ্পা উরি তত্তনা মীৎলু পীরাং শিষ্টেদো
জাতিকুল চৎখ্রেদা ॥
চৎলি যামুন লাইজ তান কদম মখোঙ মায়ওল্লি
কনা উরুই খঙ্দ্রেনে ॥
মুরৈনবা লাই অমা চাংদম্নফম্ খঙদবা
মানা থম্মোই চংলেনে ॥
যুমদা লাক্ল চাক্ চাদে মাবু য়েংঙি তত্তনা
খঙ্লে মপুক্ রারোন্দো।
হৌজিক যুমদা তারদি করি হায়নি নহাকপু
নকোক থুগাইখিনিদো ॥
শাগৈ-নাইবী নহাক্লি অচৌ-অশাং-ওংবিনী
ওইরে বৈরী শাগৈনা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা কালা প্রেম্গী খোইহী পক্
শাগৈ লমচৎ তাওরেনা ॥ ৬ ॥

## রাধিকাগী মফমদা সখীগী উক্তি

না যাইও যমুনা জলে তরুয়া কদম্বতলে.......... ............

যমুনাদা চৎলম্মু কদম পাম্বী মখোঙ্দা
থানা ফম্গ্রে কালানা।
ফুইনা হৌবা নোংশক্লী মুনি-পুক্নীং শুমহৎচৈ
চৎম্মু হায়রি অত্তুনা ॥

শাথেক্ অহুম থোক্লা ঙান্ মদন মায়থী পীবিদো
মায়থোঙ-চন্দন থা ঙম্জৈ।
ভুবন-লান্ঙম্ মালানি নোংগী নোংথাং শকতম্নি
শ্যামগী ঙকৃতা মঙান্জৈ ॥
মীৎচি তেন্বু কাপ্পদা থমুং য়ৌনা চংঙিদো
লৈরি অমুক বাঁশী-তান।
বাঁশী-ঈশৈ তাবদা থরাই তপ্পা ঙমদরে
উরুবদি মাঙ্নি প্রাণ ॥
থম্বাল-শংবু ঙমজৈদো শ্যামগী কুচু মঙাম্না
মীৎচিনকা য়েংলদি।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা গোবিন্দদা য়েংলগা
হিংনি সখি কনাদি ॥ ৭ ॥

## শ্রীরাধাগী উক্তি

বেলি অবসানে সখীর সহিতে ......................................

সুংথিল্ তাংলৌ থেংলকাল্ সখীগবু লোয়ননা
যামুন লাইজ শোক্ল ইয়ে।
মীৎকী ঈথক্-ঈপোমদা করি শক্লো উরুরে
মিহুন্ থপ্ থপ্ চোংহল্লে ॥
সখী বাসি কনাদা হাইসিগেনে ঐহাকপু।
চীক্লে তাংজ অমোম্না হুনা পুংশন্ শন্থরে
হকচাং চাক্লে প্রোক্ প্রোক্পু ॥
ঈরম্নাইগী অবাবা ঈরম্নাইগী থনুংদা
হায়রুগনি কনাদা।
ইনেম্বোক্না ইচন্গা বাঙাংলক্পা মতমদা
হুবু কায়নে থম্মোইদা ॥
অঙ্গগীদি অঙ্গিনী[1] সঙ্গগীদি সঙ্গিনী[2]
থংজৈ অবা-অনাদি।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অবা-মৈচাক পুম্বদো
কোক্লোই কালা লৈত্রদি ॥ ৮ ॥

---

১। অঙ্গিনী—অঙগী অংশী (বপুন্) ওইরিবী। ২। লোয়নবী।

কেবা শুনাইলে শ্যাম নাম ……………………

তাহল্লরি কনানা সখী শ্যামগী নামসে।
নাকোংমুংদা ফাওহুনা থম্মুংদবু চংলেনে
খোয়রাংহল্লে থরাইসে ॥
খোইহী কয়া চেন্‌বনো শ্যাম নাম অহুদা
ইচীন্‌সিনা থাঙমদে।
শোল্ল শোল্ল মিং অদো পংথরেনে হকচাংসে
করম কাউনি মাবুদে ॥
মমিংগীদি প্রতাপ্পা, অম্মুম্নবু তৌহল্লে
শক্ উরদি কম্‌দৌনি।
মানা লৈবা লম্‌হুবু মীৎনা য়েংলুরগদি
মৌগী ধর্ম্ম কম্‌দৌনি ॥
কাউগে নিংঙি পুক্লিংদা কাউবা ইয়[১] য়াদেবো
লৈরি করি উপায়দি।
হায়জৈ দ্বিজ চণ্ডীনা শাগৈ পান্‌বী শাগৈ মাঙ্
ওইরে যৌবন পীরুদি ॥ ৯ ॥

---

জলদবরণ দলিত অঞ্জন …………………… ..

নোংলেন-কুচু-পান্‌বনী কাজল মাবু ঙম্বনী
সুধাময়দি, থোক্‌য়িদো।
মীৎম্না নোংইন অনিনা, থক্কে হায়না ঙোরোংঙি
মীৎকুপ ফানা খাঙ্‌দেদো ॥
উরুরেদো শ্যামরূপ ঈশীং শোক্‌পা চৎপদা।
ফনফবী নাগরী ওইরেনকো অঙাওবী
হায়নৈ মীপুম্ ভিংনদা ॥
করি হায়নি মায়থোঙ্‌দো তাইবং শুমহৎনঙাইনি
বনমালা ঙক্কা হাই।
খোইহী পাম্বা মরম্না খোইমুশিংনা নান্‌জৈদো
রস-চেন্‌বা মাবু কোয় ॥

---

১। মৈচাক্কা। ২। অমুতগী মথক ওইব।

মীৎম্না থম্বাল্ অনিদো মদনগীদি ভেম্জৈনি
থম্মোই পান্জে উবদা।
থম্মোইমুংদা চংলগা ধর্ম্মবুস্থ মাঙ্হল্ল
থল্লাই লৌনা চিংঙিদা ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা জগৎতবু লৈতেয়ে
অসিগুম্বা শক্কমদি।
উজরুবা মীদিনে শুম্হৎলিদা মহাকপু
লৈতে শাগৈবিচারদি, ॥ ১০ ॥

---

হাম সে অবলা হৃদয় অখলা………………………

ঐহাক পাঙ্গল-শোনবীনি পুকচেল্ খোয়জদবীনি
অঙ্ক-অস্ত খঙ্দেদো।
অচিকপদা ফয়গা চিত্রপট্টা, য়েন্নগা
বিশাখানা উৎলৈদো ॥
হরি হবি করম্না ওইরিবনো অস্থম্না।
ইবোম্মুংদা হৌরকপা শাথিরবা মৈমুংদা
ঐবু লংশন্বিরেনা ॥
ইমীৎ অনি অসিবু ইংহনবিদো মহাক্লা
মাদি রস ইফুৎনি।
চহী মতাঙ্ কিশোবনি পুরীংহুবা ফিজোন্নি
শক্লা সুমধুরনি, ॥
মহাক অদো নত্তেয়ে ঐগী ওইবা মীওইদি
রাঙাংদগী থাজেয়ে।
মাগী মায়কৈ য়েংবদা থমুংদবু চংঙিদ
থম্মোই কায়র শিজেয়ে ॥
থাদোক্কেবু নিংজেয়ে থম্মোইনদি থাঙমদা
হৌজিক কবি তৌনিদো।
হায়জে চণ্ডীদাসনা শ্যামগী নবরসদা,
নিংথৌমমোম্ তুরেদো ॥ ১১ ॥

---

১। মুয়াক অমগী মৌ ওইকরে হাযবগী রাখল। ২। লাই য়েক্কব। ৩। লেয়া ফজবা। ৪। অনৌবা প্রেমব

## শ্রীকৃষ্ণগী পূর্ব্বরাগ

কাঞ্চন বরণী কে বটে সে ধনী.....................

সনাহিংবা কুচুনি কনানোদা ধনীদো
তপ্না তপ্না খোঙ্‌শাল্লী।
নোকপগীদি নাওংনা নোংথাং লংনা কৃপ্‌কুম্মী
শাড়ীশংবা হক-কুপ্নী॥
মায়খোঙ্‌ অদু উবদা মদনবুস্থ শুমহৎচৈ
নাতোন্দবু হায়রি দুল।
মীৎতি লাওবা নিংথিনা মানসনি খল্লুনা১
পাইশল্লিদা মরালকুল ২॥
মমীৎনহা অনিদো অচীকৃপদা ফমত্তুনা
শেম্নবনি বিধিনা।
থম্বালশংনি খল্লুনা করাম্নবা খোইমুনা
চেনশনজৈদো তত্তুনা॥
করি হায়নি য়াতাদি মুকুতাগী পরেংনি
কুন্দো-পোম্বা ওমজৈদো।
শিংগ্রেংগীদি সিন্দুর অরুণবুদি৩ ওমজৈনে
নাদা লৈতেং শিবিদো॥
হৈখাগোকী তুমাবু ওমজবদি কুচনি
থাখুম৪ পান কপ্পনি।
মতুগীদি মথক্কা মণিংগী লীক্লাংশি
করিগবু চাংদম্নি॥
নোংশা নিংথৌ ওমজনা মখাং অদু চেংজৈনে
জগৎ খুদুম চনজৈনে।
শামু কোকপু ওমজনা তোঙ্‌জরিবা নীংদানি
কৈনা শামু নাতোম্নে॥
মখুয়াদি অনিদো থম্বাল লৈরাং ওমজৈদো
আলতা ওাঙ্‌না ঙৈজৈদো।
মতুদবু ঐগী মন করিদোনা শুমহৎলোই
মদম্নফাও ব্রাষ্টেদো॥

১। মানস সরোবর। ২। কাউও মরাম। ৩। নুমীৎ। ৪। থবাক থুম্বা কি।

কনাগীবু মমোঙ্গো কনাগীবু ইমুংনো
কনানোসে গোকুলদা।
করি পুণ্য মহৈনা হায়রু হায়রু সখীও
ফংজৈ নুঙ্গা মাবুদা॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা খল্লুরম্মু খল্লুম্মু
ও হে শ্যাম শুন্‌চেন্‌বা।
নহাক অসে মহাক্কী লোইজরবা লম্নীনে
মহাক নংগী হিংজৈবা ।। ১২ ।

---

চম্পকবরণী বয়সে তরুণী………………………

লৈহাও-লৈরেল-চুদাবী চহী মতাঙ তরুণী
নোকচৈ খোইহী ইচেন্দা।
কজরবা বেণীনা যাম্বরকপা মতৌদি
শন্‌গী মমৈগুম্মীদা॥
সখী ঘাট্টা চৎপদা ঐহাক্কম্ভু উরুইদো।
জগৎ পূম্বা শুম্‌হৎপী শক্তিমীত্তা তাজবী
ভানু-মমোম্ ওইবোইদা॥
থম্মোই অসি চাক্লেনে শরু-পোলাং নাম্থবোই
অম্বম্মবু তৌরিদো।
চৎচখিদো কমিনী মীৎচিনবু য়েংলম্ম
থনুং ময়া য়ুরেদো॥
পোৎথাবনু লৈতরে করি ব্যাধি ওইবগে
পাওতম্‌গনী কনাদা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা ব্যাধি অদু লেপ্‌কনি
মহাক পুদি ফংবদা॥ ১৩॥

## শ্রীরাধাগী মফমদা দূতীগী বাক্য

হেদে লো সুন্দরি প্রেমের আগোরি শুনহ নাগর কথা…………

হায়গো রাধে শক্‌হেনবী মুংশিখোংবু ওইরিবী
নাগর মপাও তাজোসে।

নিকুঞ্জদা লাক্লুনা নংগীদমক হায়দুনা
খোয়রাংনবু কপ্লীসে ॥
রাধা রাধা হায়দুনা খোল্হৌননা কপ্পুনা
নৈপাকথক্তা হাইথুইদে। ।
ঐগী খুত্তা পায়রগা থরাই রানা হংজেনে
ধনি করম্ ফংনিদো ॥
ময়মদুনা লাকপনি কানু প্রেমারত্তিদি
চৎলগবু খঙগনি ॥
অমৃতনি প্রেমদুদি হেক্সৎহল্লু মত্তবু
নংবু থিংবা কনানো।
হায়জে চণ্ডীদাসনা শাগৈ-লমচৎ থাদুনা
নিংজবদো থুংহল্লো ॥ ১৪ ॥

---

ধনি এ ধনি বচন শুন ............................

হে ধনি, হে ধনি রাসে তাণ্ডনে।
ফীভম্ উদুনা অমুক লাকপনে ॥
উনা উনা হেক্তা নাবা হেক্সৎলি।
ফৎ-ফৎ হাইহৌরি জ্ঞান্ মাংহৌরি ॥
শয়াং পুন্দরে ফীস্থ শেৎতরে।
চাকা চাদরে ইশিং লেক্তরে ॥
কুচু অশংবা সনা ওন্থরে।
মমিং নিংশিংদুনা লৈখরে।
মীশক্ খঙদরে মীৎতো কুপ্তরে।
উগী মূর্ত্তি ওই তঙক্ মীৎয়েংলে ॥
লশিং হাপ্চল্লে নাত্তোন নাখুন্দো।
মত্তুদা খংঙি সোর হোন্বদো ॥
জীবদি য়াওদে সোরদি হোল্লি
থীন্বা য়াদরে ঐনা রাশক্লি।
হায় চণ্ডীদাসনা কায়ন মৈচাক্লে।
হীদাক্ মরুদি রাধা মাদনে ॥ ১৫ ॥

---

মথোক কাগা হায়বা লমুগী মপু। শরণা শক্রা ওইবা লনগী মপু।

### সখীগী মফমদা শ্রীরাধাগী উক্তি

কহিও বঁধুয়ে নতি কহিও বঁধুরে...... ....

হায়য়ু বন্ধু মঙোন্দা খুরুমজৈবু তম্বিয়ু
পাপ্ন, চেন্‌বা থাজনা চৎপা থিংলে হায়বিয়ু।
গুরুজনগা ঙাঙনজৈ লোশিং কয়া তৌজেদো
ইপুয়োইগা ঙাঙনজৈ অহিং তংখাই হৌথ্রেদো
থাজ মানা ঙাক্লদি ঙসি কৌবা অহিংসে
মতুদবু ওইবদি বন্ধু সঙ্গ ফংনিসে।
থাসি নোংমা পান্‌বদা থাশক্‌পুদি উদেয়ে।
মুমিৎ নিনি অতুদা বন্ধু উন য়ানিয়ে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা খল্লুগনু পুক্নীংদা
অরায়বদি রাতুবু করি তৌনা কিরিদা। ১৬।

### সখীগী মফমদা শ্রীরাধাগী উক্তি

কহিও তাহার ঠাঁই যেতে অবসর নাই........

মঙোন্দবু পাওতম্মু লাকে হায়বো শংদরে
ইমুং থোয়াম্ লোয়ঙমদে
লেপ্তে কৌবা অবোক্না ইচম মুক থোঙশংভি
অমুক হেল্লি চন্দ্রদে।।
সখী কম্না শাওয়িদো।
য়ুমগী থবক্ তৌশন্না বন্দা চৎকে তৌবা কাল্
নোংদোন্ থাজ থোকইদো।।
কিদো মাগা কায়নত্রা সোমুস্থু নৈত য়াদেদো
য়ুমগী থবক তৌশিন্ন।
অহিং তংখাই হৌখিদো।
মরুপ মদন লাক্লুনা মতমসিদা উৎলরে
হায়য়ু দুতী হায়যুনে
করি তৌনি রাধাদো॥

য়োৎকী পোন্দা লৈরগা নিংঙি চেক্লা পাইথোকে
থরায় মাগী রাজৈরো।
হায়জৈ দ্বিজ চণ্ডীনা কয়া খাওনী খায়বংমৈ
থুনা ফংনি কানুদো॥ ১৭ ॥

বাসকসজ্জা

...র লাগিয়া শেজ বিছাইলুঁ গাঁথিলু ফুলের মালা..............

বক্সুগীনি হায়দুনা শৈজা শেম্বা লোইজরে
লৈগী পরেং লেংজরে।
তাম্বুল পানা তপচরে থাওমৈ ভাম্না থানজরে
মন্দির পুমগুল ঙানজরে।
সখী তুংদা পুম্বসে ওইদৌরিবা অরেম্বা।
মহাকুম্বা নাগরদি গুণগী তুংকম্ সাগরনি
কানু কদৌ ফংদবা॥
ইনেম্বোক্তা ইচন্দা লৌনয়গা লাকপনি
গুরুবদি বনসিদা।
য়াম্না কয়া নিংবনী রূপযৌবন অসিদা
বন্ধু উন ফংনিদা॥
লম্বী মায়কৈ য়েংদুনা কয়া কুইনা লৈগনি
পুক্লিং কয়া কাগনি।
হায়জৈ বড়ু চণ্ডীনা রসশিরোমণিদো
হৌজিক্মক্লে লাক্লনি। ১৮॥

---

...নিশি প্রভাত হৈল পিয়া না আইল ভবনে...............

অহিং অসি নোংঙাল্লে পিয়া লাক্লে কুঞ্জদা।
মালতীগী মালাসি কৈনো বানা লেংঙুইদা॥
চুয়া চন্দন অগুরু থিম্‌সিগেনে কনাদা।
প্রোক প্রোক্ চাক্লে হকচাংসে নোংঙান্‌বসু নোংঙান্দা।
কর্পূর চন্দন চুয়াসে কনাই মায়থোং লৈজেংনি।
কনাগনু সুংঙাইনা ঐহাক্ অহিং লেনুগনি।

সুংশি-হৈত্ত' নাথদো মকমসিদা লাক্লগি।
যমুনাগী ঈয়ায়দা তাওহনগনি লোয়নদি।
কনাগীনো থমদোবা ময়াম অসি খোমজুনা।
অজুবদা লাকনি হায়জে চণ্ডীদাসনা।। ১৯

## খণ্ডিতা

### শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা রাধা

ভাল হৈল আরে বঁধু আসিলা সকালে............

করেগকো বন্ধুয়া অয়ুক ওস্তা লাকপদে।
মায়খোং ওস্তা উবনা য়াইকরনি ওসিদে।।
বন্ধু নংবু করম্না থাগৎসিগেদো।
ওন্নাক্কউ লেপ্লুসে য়েংগে মায়খোং থাজদো
আই আই ভারি নমায়দা কাজলগীদি লৈভেংবু।
লাইবক্কীদি সিন্দুর মুনি পুক্লীং-হূববু।।
থৌর খুজিল্ খোৎপনা হকচাং প্রোক্ প্রোক্ চাক্লেদো।
কুক্কনদাগ্ত্তি থবাক্তা তারিবসে ফজেদো।।
পাট্কী শাড়ী অশংবা খোল্ল কুক্কা শাবদি।
রমণীগী রমণ ওই লেল্লুরিবোই অহিংদি।।
কনা ওাঙ্বা য়াবক্ রং থবাক্তবু নিংথিজে।
হায়য়ু হৌজিক পুক্লীং-মা করিগীবু য়োয়কচে।।
নাগর মায়কৈ মরি য়েং মমায় নাল্লি ফিজিনা।
চায় কোক্তে ইকাইবা হায়জে চণ্ডীদাসনা।। ২০।।

---

আরে মোর আরে মোর সোনার বঁধুর..............

আরে ঐগী ওইরিবা শকহের্লবা বন্ধুও
কাজল ভৈরে চীন্বান্দো সিন্দুর ভৈরে লাইবক্তো।।
থম্বাল মাম্বা চীন্দুদা তাম্বুলনবু লৈভেংজি।।
খোওগী খুজিল মফম্না থবাক খোৎনা কৈভেংজি।।
লাক্লু লাক্লু বন্ধুও মুমাং মাক্তা চংমুদা
নংমু উরে হায়রগা ঐগী থয়ম্ মাঙ্লিদা।।

মীচিন্দগী তাবদা থাজবগু পোক্লমদে
হৌজিক ঐহাক উরেদো নংগী শাজৎ মতোদে ।।
থুংলেদনা নিংজব নহাক্লবু নিংবদি
লাপ্‌থোক্‌থোদা লাপ্‌থোক্‌থো থুক্লমজরি ঐনদি ।
অদুম হায়রুই কল্পিগী হায়জৈ চণ্ডীদাসনা
হুয়ান্‌কারকাওবদা অদুক য়োনা চৈদেনা ।। ২১ ।।

## শ্রীকৃষ্ণগী উক্তি

কর না কর ধনি এত অপমান......................

তৌসু তৌসু হে ধনি পীবা অসুক ইকাইবা
তরুণীনা কল্পিগী সিবু উরি অতোপ্পা ।।
বংশী শোক্ল রাশক্লি ঐনা ঙসি নঙোন্দা
নহাক নত্ত কল্পিসু সুমীৎ চুপ্পা থঙ্‌দেদো ।।
কাণ্ড্রবিন্দু উরগা সিন্দুর বিন্দু হায়রিবা
অরেম্বদা তিংথংবু কঙ্কনদাগনি থল্লিবা ।।
অসি হায়না নাগরদো য়ুমদা হন্‌গে নিংজখি
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা রাইদো থ্রুৎ থ্রুৎ নিক্‌চখি ।। ২২ ।।

## রাগ

### শ্রীরাধাগী মফমদা সখীগী উক্তি

[redacted]হে রাজার ঝি .....................

তাওনে নিংথৌ মমোম্‌-ও ।
মীনা করি হায়নিকো ।।
অরেম্বদা তৌরি মান ।
নং নত্তনা রারে কান ।।
লম্‌দি শেরান্‌ তাক্লুনা
মিথশেং থাঙজুই হল্লিনা ।।
ওন্না তৈনা মান তৌরি ।
চণ্ডীদাসনা শৈশক্লি ।। ২৩ ।।

**মিলন**

**শ্রীরাধাগী উক্তি**

এ ঘোর রজনী মেঘের ঘটা কেমনে আইল বাটে.................

অথেঙবদি অহিংদা নোংনা কম্না চুবকাল
করম লাকয়ি লম্বেন্দা।
সুমাং খেন্জোং ময়াইদা চোৎলে ঐগী বন্ধুম্না
থমোই কায়রে উবদা।॥
সখী করি অমুক্কে হায়সিগেনে নঙোন্দা।
পুণ্য য়াম্না তৌজমল অসিগুম্বা বন্ধুয়া
লাক্নি ঐগী ইনাক্তা॥
ইনিং ইথা তম্ঙম্দে গুরুজনবু কিজৈদো
ঐহাক্ থীম্না খোরকয়ি।
ওম্নোকপনি সুংঙাইতে সঙ্কেত তৌথোক্লদুনা
মাবু ঐনা য়াহল্লি॥
বন্ধুগীদি পিরীতি আরতিবু উরগা
অসুম্নবু থল্লেনে।
কলঙ্কগী থুম্মুক'মা ইকোক্তবু খোন্দুনা
য়ুমদা মৈবু চুগেনে॥
মশাগীদি অরাবা সুংঙাইবনি খল্লিদো
য়াইনা ঐগী য়াবদা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা কানুগীদি পিরীতি
সুংঙাই জগৎ তাবদা॥ ২৪॥

**শ্রীকৃষ্ণগী অমুংথোক্তা**

একদিন মনে রভস কাজ.... ...

নোংমথক্তি পুন্নীংদা রভসবু[১] তৌনিংখি।
মালিনীদি শান্নুনা রসিকরাজ লমথোকখি॥
নৈগী পরেং লেংলগা মথুক্তবু য়ান্জৈয়ে।
কনা লৌনি হায়দুনা লম্বীদবু লাওজৈয়ে॥
ভানু-শঙ্গাই তাম্নবু থুনা য়াংনা য়ৌখিদো।

১। সম্ভোগ, হাস্য পরিহাস।

রাইনা হংকৈ লীকোন্‌দি কন্না শ্রাজা লৌনিদো ॥
লৈয়োন্‌বীবু ওইরগা অচীকৃপদা কমন্নুনা।
মাল্যা মঙ্গল হায়নবৈ মোমোন্ মোমোন্ নোক্লুনা
মালিনীনা হায়রকখি সাজাইখিগে হায়রুম।
কোন্না পীবু মমলগি চংগদবা অমুরুম ॥
কয়া অমুম হায়রগা ওক্তা মালা শিজন্‌বী।
ছলদি তৌর মহাল্লা বদনদবু, চুপথোকপী ॥
নাগরীনা শক্‌খঙ্‌লক্ মথুৎ অদু কাজলি।
ইমুমদবু লাক্লুনা অসূক তৌবা ওম্নরি ॥
নাগরনা হায়রকখি কনা অতৈ নঙ্গেদো।
হায়কৈ চণ্ডীদাসনা করি কিবা লৈগেদো ॥ ২৫ ॥

---

## কুঞ্জভঙ্গ

'পদাউথ কাক কোকিলের ডাক জাগিলা যামিনী শেষ………………

য়েনবায়াবা খোঙ্‌গথলে কোকিল কাকন্দু খোঙলক্লে
হোরে অহিং লোয়বদা।
থুনা য়াংনা নাগরী হনপ্রে ময়ুম তান্নবু
শন্নাং পুন্না পুন্নদা ॥
তন্‌বনদুম লেঙনিংদা মোন্দুমদবু ঙাক্নুনা
মীৎতু উইরুম্ উইরুম্মী।
ফীজেৎ লৈতেং খোনবদো ওম্মোক-ওন্সিন্ তৌরক্লে
হোগৎলগা উরম্মী ॥
বাদি ওইপ্রে ইমুমদা ইনেম্বোকা ইচনগা
মিংচৎথীবা শন্দোকয়ি
মঙংসিদা খঙ্‌প্রদি করম্নবু তৌগনি
লানথরেদো য়াম্নদি ॥
হায়কৈ চণ্ডীদাসনা তাবিয়ুনে শক্‌হেন্‌বী
নংদি অচৌ ইমুংনি
নংগী শ্যামা গুণদি মায়াগীদি থোকফম্নি
কনানবু উগনি ॥ ২৬ ॥

---

১। মাহুখোংগা।

## শ্রীরাধাগী রূপোদ্গার

আমার পিয়ার কথা কি কহিব সই···· ···· ····

সুংশিজবা মাগী রা করি হায়বনি সখীও
মানা অমা থমহ্ 'ঐদি ইনিং ডমদেদো ॥
মহাকীবু ওক্তগী লৈগী মালা পরেংদো
ঐগী ওক্তা চুকপীদো
মহাকীদি মন্তৌদা ঐহাকপুদি শেম্বিরা
মানা ঐগুম্ ওইখিদো ॥
নহাক অসে ঐহাকী থরাইদগী হেটৈজদো
'ভুনা হায়রি নঙোন্দা
থবক মতা অসিদি হায়দোকপদা ইকায়জৈ
অদুম্ ভুমিন্ লৈজৈদা ॥
মাগী সুংশি মথা থা মহাকীবু ময়াথং
ইন্নুনদা লৈবনী ।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অরা অনা পুম্বনে
থম্নুনদা শিরনী । ২৭ ॥

---

আমি যাই যাই বলি বোলে তিন বোল··················

ঐহাক্ চৎলে হায়ড়ুনা অহন্নকপু হায়নেদো
কয়ারকপু চুপ্নীদো কয়া হন্না কোন্‌বিদো ॥
ইথুৎ পায়র মখুৎনা ঐঙোন্দবু রাশকয়ি ।
হন্না উগে হায়ড়ুনা তম্পাক্তবু কোনশন্নি ।
খোংকাপ্ তংখাই থাংলগা পিয়া য়েংজৈ মায়ওন্না ।
মায়খোংবুদি য়েংম্ভিদো থরাই কয়া রাজনা ॥
চম্‌দে প্রেম্‌দি পিয়াগী য়াম্না নিংজৈ ঐহাক্না
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা প্রেম্‌দি থমুং লোৎনুনা । ২৮ ॥

---

একদিন যাইতে সই ননদিনী সনে………… ….

সখী নোংমা চৎপদা ইচনগবু লোয়ননা
বন্ধু শ্যামগী মরাদো নিংশিংলকখি ঐহাক্না ॥
খনশ্রে পুক্নীং রাখল্লা খোঙথাংববু ঙমখিদে ॥
য়াশ্রে হকচাং লেংখোৎপা থক্থক্ লাওই নীকপদে ॥
করি তৌনি সখী ঐ খুদোং য়াক্না বাঁখিদো।
অরাবদা তারকাল্ উখিদেদা উপায়দো ॥
ইচনবু হংলকখি করি তৌরে নহাক্তো।
খুমজৈ চণ্ডীদাসনা মরায়বক্তা ভন্বদো ॥ ২৯ ॥

---

আর একদিন সখী শুতিয়া আছিনু…………….

নোংমখক্তি সখী ঐ তুমখুল হন্ন লেন্খিদো।
বন্ধু ওইবোই খন্নুনা ইচন্ অদো কোল্লুইদো ॥
বন্ধু মিংলেন তাবদা মহাক শাউনা হৌগৎলে।
হায়নে নংগী বন্ধুদো কদায় ভাল্লা চেনখরে ॥
সতীকুলবতীগী শাগৈ মৈনা চুরিবা।
করমগনি ঐগীদি নহাকপুদুম্ হাৎতোকপা ॥
মরাহৈদু তাবদা মিহুল চেংগুম চেংগায়দো।
মিৎয়েং-মিৎচৈ উবদা হকচাং থক্থক্ নীকচৈদো ॥
পাপীনীগী খুত্তগী নাম্বোকনি করম্বা।
শাদান্বীগা লোয়নরে উমং-শজি অমোম্বা ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অদুম ভৌয়ি পিরীতি।
মৈচাক হেন্ন হেন্নগা অদুম হেল্লি পিরীতি ॥ ৩০ ॥

---

পরাণ বন্ধুকে স্বপনে দেখিনু……… ….

পরাণ বন্ধুবু ঐনা মংলান্চান্দা উরুরে
ইকোক্নাক্তা কয়দুনা।
নাভোনগীদি বেশর খুৎনমুদি শোল্লগা
নোকখি মোমোন্ খোয়খুত্তা ॥

নাপুতাবা মচুগী সনা কিশে অঙ্গুবা
ঐগী মায়খোং তৈত্থোকপী ।
মোন্মুমদগী মকোক্তো লৌথরগা শাঝোম খাঙ্
ইনাক্তবু মচেৎনী ॥
ইচীন্ মচীন চীয়োল্লা শামাঙ্গনা শাংদোল্লা
খাগোন্জখি বক্কুলা ।
চরণথক্তা চরল্লা তিংখোল্লবু থমচুনা
থরাই ফংলে হায়রৈজনা ॥
হকচাং মনম্ মুংশিবা চন্দন মনম্ মুংশিবা
কুকুম্ কস্তুরীগুম্বী ।
শোক্ল শম্মরুবদা প্রীতিরস শোকল্লিদা
মীৎকপ্লগা মাঙ্লম্মী ॥
খঙহৌদনা খুন্নুদা শাইরোং মরু পান্বদা
ওইবগীদি মত্তৌনী ।
হায়রৈজে চাণ্ডীদাসনা ত্তৌরবদি অঙ্গুনা
থরাই করম হিংগনী ॥ ৩১ ॥

## শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী তুলনা

সখী মশেল ঙাঙনবা

এমন পিরীতি কভু দেখি নাই শুনি..............

অসিগুম্বা পিরীতি উত্রি তাত্রি কদৌরৈঙৈ ।
লম্নাই লম্নাই ওইনবু থরাই থরাই পুন্শরৈ ॥
তম্পাকোন্দা কপ্ মিম্নৈ কায়নগত্রা থম্দুনা
তিল আধো উত্রদি শিগে হায়না তৌরৈজনা ॥
লাইজ য়াওদা লেম্নৈনা কদৌরৈঙদা হিংঙমদে ।
মীওইলক্তা প্রেম্ অসে কদায়দসু তাখিদে ॥
ঈশ্বং-শজোম্ প্রেম অদো ঙাইহাক্তমক মরৈদা ।
শজোম্নবু পাখৎকাল ঈশ্বং ফংল নেমথৈদো ॥

মুমীৎ থম্বাল হায়সিরা তৌদে অসুম মখোয়দো।
নিংথমথাদা থম্বাল্ শি নুংঙাই লেপ্লী মুমিত্তো ॥
নোংগৌবীগা নোংগবু হায়রা চাংদম্ য়াদেদো।
মকুম্ মথা শুক্রদি ইরিক অমা পীদেদো ॥
লৈরাং খোয়মু হায়সিরা চাংদম য়াদে মখোয়গা।
খোইমূ মানা লাক্ত্রদি লৈরাং চত্তে লম্লাইগা ॥
থাজ নোংইন্ কদৌনি অনীসিগা মান্নদে,
হায়জৈ লৈতে চণ্ডীনা ত্রিভুবন্দা প্রেম্সিদে ॥ ৩২ ॥

## আক্ষেপ-অনুরাগ

শ্রীরাধাগী উক্তি

...দরে দেখিনু নট চাঁদে ....... ...

ভাদ্রদবু উকরে নট-চাঁদ মহাক্কো।
চুদৈ কানু কলঙ্ক ঐহাক্কীদি হৌখিদো ॥
যুবতীদি কয়া লৈ গোকুল কোবা লম্সিদা।
কলঙ্কদি তৈজৈদো ঐহাক্কগী লাইবক্তা।
ইপুরোইনা ঐহাক্কী ইমিদবু ফুথৈদা।
ইনেম্বোক্লা মমাঙ্দা চৈদো তমথি য়াহৈদা।
ইচম্নবু উরিদো মমিৎ উৎফুল মান্নদা।
শ্যাম্নাগর পনবদা চৈদো মতম পুম্বদা ॥
অরাবনি অসিনা শক্ক-পোলাং শেগায়রে।
হৌজিক ঐহাক শিবনা হেম্না করে থনজরে।
দ্বিজ চণ্ডীদাসনা অমুক হম্না হায়দরা।
মীয়াদগী নংগী মী অতোপ্পবু ওইগত্রা ৩৩ ॥

## আক্ষেপ-অনুরাগ (ক্রমশঃ)

শ্রীকৃষ্ণলোমদা তমদুনা

...ন পিরীতি কৈলা আমি চাঁদ হাতে দিলা..............

পিরীতিদি তৌবকাল থাবু পুরক খুত্তা পী
নংনা ইফি শেৎপীদো।
মীথয়েং য়াংদা থম্মিনু নথাকোন্দা কোনবীয়ু
ঐহাক নংবু উগেদো ॥

অময়োমদা মীশাপোন্ অময়োমদা শাগৈপান্
মাঙোন কাওবা লংকৈনী।
থরাই অসুক য়াওয়িদো অতোম্‌'মা খওদেদো
করি থোইদোক হায়গনি ।।
হুগী তিংখং ইচম্নি হুতৈ নিন্দা তৌবীনি
নংসু অসুক তম্‌থিদো।
কবি চণ্ডীদাসনা হায়জৈ করি কিরিনো
তমথিদেদা নরূপতো ।। ৩৪ ॥

তোমার প্রেমে বন্দী হৈলাম শুনহ বিনোদ রায়………

তাওনে বিনোদ রায়, নংগী প্রেম্‌দা বন্দীনে
নহাক নত্তা ইপুক্তা করিমতা খন্দেনে ॥
তৃম্বগীদি মণ্ডলান্দা নশক্ অত্থু উজৈদো।
কাওবদগী নমিংদো লৈবাকথক্তা খোৎচৈদো ॥
গুরুজনগী মরক্তা ফমদুনসু লৈবকাল্।
থম্মোই অসি পেৎচৈদো নংগী কোলোই পল্লকাল ॥
হকচাং পুম্বা তুজুংখি মীৎলু পীরাং চেল্লিদো।
মথু থিংগে হোৎনকাল তৌকম-লাকফম খণ্ডদেদো ॥
অহিং মুংথিল অনীদা মরূপ নংবু কাউওমদে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা কাজন্‌বিয়ু থম্মোইদে ॥ ৩৫ ॥

তোমারে বুঝাই বন্ধু তোমারে বুঝাই………

হায়গে বন্ধু নঙোন্দা নঙোন্দবু তাকেনে।
ঐবু কৌর ৱাহংবা মীতা অদো লৈতেনে ॥
মীৎকুপ খুদিং ইমুংদা লোইনা ঐবু ঙংভিদো।
লেপ্পমক্তি খওঙ্‌কো ঐহাক হুবু চাগেদো ॥
লাইবকথীবা থরাইগী করি লৈরি মুংঙাইবা।
ইমাংদবু লেপ্‌দা থাজ মায়খোঙ্ য়েঙগেবা ॥
চায়ে ফংদে শান্তিথক্ চাক্লাফসু কোক্তেন্দা।

১। য়াজা ( নিংথৌ )।

ঐগী কনা ৱাবীরি তম্‌সি ৱাবা কনাদা ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা নাত্তে চাদে ৱাতাদো
মীৱা তার কনালৈ থৱাই থাবা ঙম্বদো ॥ ৩৬ ॥

---

কালি আমার দোষ হে বন্ধু..............

লোইনমক্সে ঐহাকী ইরাল্ ঙাক্লি বন্ধু হে
লোইনা ঐগী ইরাম্লি।
খঙ্দদুনা ঐহাক্না মুংশিজজরুবদি
কনাদবু শাউরুনি ॥
অমৃতগী সমত্রু ইমাংদবু উরগা
থক্চরুইদো মুংঙাইনা
কনা খঙনি থৱ্লগা হূরেল ওইনি হায়রগা
অমুক ৱাবা ফংনিনা ॥
ঐহাক্বু খঙলবা ইঙ্গিত্তিনা খজিক্তং
অমুম করি তৌরুনি।
জাতিকুল্‌গী লীচত্তো লোইনমক্তি মাঙ্‌লেদো
কপ্পা কপ্পা লেন্‌বনি ॥
আশা-ভোর্সা অয়াম্বা লোইনা মাঙবা ওইসনু
মদু উবা পাম্‌জৈদো।
পিরীতিদি অহানবা লৈতে অহুম থোকপগী
তংথাইগীদি তংথাইদো ॥
মণ্ডংলাংগীদমক্‌পু শিজরগে হায়রগা
মানা অমুক্ তোপ্‌হন্‌বা
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অসিগুম্বা পিরীতি
সুজনগবু, তৌনৈবা ॥ ৩৭ ॥

---

মোহিনী জান বন্ধু কি মোহিনী জান..........

শুমহৎনবা মন্ত্রবু বঁধু অমা হৈবরা।
মুজা থৱাই লোঙম্বা নংগুম্ববু লৈবরা ॥

---

পুৰুক্পা মীগবু।

ইযুম লংকৈ ওইহল্লে লংকৈ ইযুম ওইহল্লে
অতোপ্পনা ঐগী ওই ঐগীবুনা তোপ্হল্লে ॥
অহিং সুংথিল্ ওল্হল্লে সুংথিল্ অহিং ওল্লেদো।
বঁধু নংগী পিরীতি খণ্ডজববু ভমদেদো
বিধি কনাই খুৎশেম্লো ঈচেন্গীদি ঈশংসে।
রাধা হায়না শোন্‌বিবা সুংশিহৈবা ংতেসে ॥
বন্ধু নংনা ঐণ্ডোন্দা সুংশি হৈত ওইরদি।
নমাঙদবু শিজগে লেপ্লো লাওদা মাঙদদি ॥
বাশুলীগী য়াথংনা হায়জৈ দ্বিজ চণ্ডীনা।
মীগীদমক করম্না তোপ্পা ওইনি ঐগীনা ॥ ৩৮ ॥

---

নিবেদন শুন শুন বিনোদ নাগর............

বিনোদ, নাগর, ভাবিয়ু তাবিয়ুদা রাকৎসে।
নংবু নিংজমন্দিনে কলঙ্ক্-ঈপাক্ ওইরেসে।
শাগৈ-লীচৎ চীংহুম্‌মান্ থাদোক্কুনা ঐহাক্না।
ইযুম্ থার থোরক্লি নংগীদমক্ হায়দুনা ॥
নোদা নোবা তনোবা ফুইনা হোবা নোংমানবা
নহাক্কীদি পিরীতি য়াম্না য়াম্না তাঙজৈবা ॥
করি পীসি বন্ধুদা পুক্নীংদবু খন্জৈনে
পীগে হায়বা লন্দুদি নহাক্কুনা ওইরিনে ॥
নংনা পরাণবন্ধুনি ঐসে নহাক্কীনিনে।
নরল পীবা নঙোন্দা ঐগী করি মাঙগনে ॥
হায়জৈ দ্বিজ চণ্ডীনা তারো রাধা রাকৎসে
দাসীসিদা শ্রীচরণ থোজান্দুনা পীনৌসে ॥ ৩৯ ॥

### বংশীগী মঙ্গমঙা

বিষম বাঁশীর কথা কহিলে না হয়.........

শাথিরবা বাঁশী-রা হায়দ্রবন্থ ময়ায়দা
শাগৈশান্‌বী মুজা কৌ থোক্হল্লকয়ি মপান্দা

---

১। রতিবিলাস শাম্লহৈবা। ২। রুংশি-রুংঙনবা মী (রসিক)।

শন্নাং খুত্তা পায়ন্নুনা পুখি শ্যাম্‌গী নাক্তুদা
ইখৌ-লাংগী শঙীমোম্ তাবগুন্মী ৱাবদা ॥
সতী কাউয়ি মপুরোই মুনি পুন্নীং হুজৈদো।
তারগবু তুজুংঙি পান্বী-উরি-পুন্বলো ॥
মহৌশানা অতিংবী অবলানা কদৌনী।
হায়জে চণ্ডীদাসনা নাটগুরু কালানী॥ ৪০ ॥

---

[illegible]নি লো সই........ ..

হে চান্নবী ইত্তারোই
কম্‌খো মীৎকুপ্ অমতা     শ্যাম্‌গী বাঁশী মরমদা
রারী শাগে ইতারোই ॥
শ্যামগী বাঁশী অদুদি     মুংখিল পোবোপ লুট্‌তৌয়ি
হুখি লৌখি ইরল্‌পুম্।
থমোই চাক্‌য়ি চাক্‌খিদা     থরাই কানা চাক্লেদা
কৈদৌ তৌরি অসিপুম্॥
চাবা তুন্বা হিপ্পদা     পুন্নীং ইচং চংদেদা
নায়েশন্নে বাঁশীনা।
লোইনমক্‌পু থাদুনা     অঙাওবীবু শাহন্না
মনাইগুন্না তৌরেনা॥
শাগৈগীদি মখৌদো     অখাঙ্‌কন্‌বা ধর্ম্মদো
ইকাই মুংশি লোইগ্রেনে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা     মরম ময়াম অসিনা
কানুই, লন্দি বাঁশীনে॥ ৪১ ॥

---

[illegible]লের বৈরী হইল মুরলী ............

শাগৈগীদি বৈরীদো,     মুরলীনা ওইরেদো
পুন্নমক্তি মাঙ্‌হল্লে।
মদন কিরাত, অদুনা     মধুর ওইবী যুবতী
ইরম্ লাক্ল কাদৌরে॥
ইত মস্তুম লেন্দুনা ঐদি করম্ হিংগনি।

কামুগী। ২। রেঙ্কবা। ৩। শাদাবুৰা ৱী।

পিরীতিনা উখোম্নী        ননদীনা ভিংশংবী
ইরৈকায়না কোঙ্গোয়নি ॥
বৃন্দাবনগী মমুংদা        শেম্নশায় মহাক্ কোয়
যুবতীবু ফানিঙ খি।
যামুন তুরেল তোর্বান্দা        উজাওগীদি উখাদা
লাক্ল থানা ফমজখি ॥
উপী উশা মথক্তা        নিংখিনবু ফমচুনা
মাবু লেংদ য়েংখরে।
উখোম্নবু নপ্খরে        নাম্থোকপবু য়াদরে
উচেক নম্দা নপ্খরে ॥
লৈপাকথক্তা তাচুনা        ফরৎ ফরৎ ওন্বনা
কিয়াত উচেক ফাখরে।
মছা মছা অনিদো        চিংশিন্নুনা পুয়েদো
খাওমুংদবু হাপ্খরে ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা        উচেক লৈবা মীচুদি
মহাজনদি ওইগনি।
মহাক্লদি খাদোক্লি        উচেক মছা চান্বীনি
মচুদদা নাম্থোক্লি ॥ ৪২ ॥

---

মরি মরি যাই শ্যাম বাঁশীয়া নাগরে……………

বাঁশী খোঙবা নাগর্ হে শিগদোরে শিদোরে
শাগৈ থাবা বাঁশীদো ঐগী কলঙ্১, ওইখরে ॥
বাঁশী নিডি২ খোঙডিদো য়ুম্দা লৈবা গুম্দরে।
থমুংদবু সন্ধান্ তম্ থম্মোইবুদি কায়হল্লে ॥
বাঁশী খোঙ গে হায়রদি শাথেক্ অহুম থেক্লু।
কুলবতী৩ ওইবীগী কুলব্রত৪ থুগাইম্নু ॥
ইনেখোল্লা থাঙ্য়ানি ইচন্ মাম্নু মৈচাক্লি।
থম্মোইমুংগী অয়াবা খঙবিদবা কালানি ॥

১। কলহ (নিংঅকপীবা)। ২। মুথীৎ ফুদিংবী। ৩। শাটৈগ শামূবী বৌ। ৪। শাটেগী চনবী

মক্‌চদবা শাগৈনি মকহন্নেদো ঐহাক্না।
কলঙ্কগী লুকমাইদো কোকথোংনাজৈ ইথুংনা॥
হায়জৈ দ্বিজ চণ্ডীনা নিংথৌ মমোম্‌ তাথোনে।
বাঁশীয়ানা, চীক্লে নং করি তৌজৌ হায়গেনে।। ৪৩ ।

---

[illegible]লা গরলের জ্বালা আর তাহে অবলা............

মৈচাক্‌ কল্লি কালা-হু                পাঙ্গন্‌ শোন্‌জৈ ঐহাকসু
ঐহাক শাগৈ মৌনিদো।
থম্মুংগীদি অরাবা                কনাদবু তম্‌গবা
লোম্না ওম্‌চান্নরিদো।
ইতা চীক্লে ইনাকোং মহাকীদি বাঁশীনা।
কৌর মিহুন মাঙহল্লি                থরাই কাজন্‌ য়াদেয়ে
তন্ত্র-মন্ত্র চংদেনা।।
চুমত্রি'লবা মুরলী                শাথেক্‌-খোইগী চীন্‌বান্‌ তোং
শাথেক্‌খোইগুম্‌ লীচথলে
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা                করি ওইদে সঙ্গনা
রাহু উন্ন থামল্লে। ৪৪।

---

[illegible] মোর আর নাহি লাগে গৃহ কাজে.........

পুন্নীং ঐগী চংদ্রে 'মুক য়ুমগী থবক্‌ ইনথাংদা
দিবানিশি কপ্পী ঐ মীমাঙ ইকায় নোকচৈদা॥
কালা মগুংলাংগী ঐ বনবাসী, ওইরনী।
কালা লৌথ্রে জাতিকুল্‌ প্রাণবু লৌবা বাঁশীনী॥
হাঁ রে সখী কয়াদা শাথিরিবা বাঁশীনা।
পান্না যৌবন পীথোক্লু, শ্যাম্‌গী দাসী ওইরেনা।।
হোবা রাগী বাঁশীনা পন্‌-খা-লাংদি মিংথৈরে।
ল্যায়না ফংবা বাঁশীদো রাধা-থরাই লৌখরে।।
থম্মুং-হোবা বাঁশীদো মপাম্থোংদা চুমত্রিংঙে।
চীন্‌বান খোইহী থল্লগা হুন্নেল কাম্‌খোক্‌চনিংঙে॥

---

[illegible] খোঙবা নী। ২। উমংদা লৈবা নী

অহোবদি বাঁশীগী ন্বাপল লৈফম থণ্ডলদি।
মছামরু লোইনা ক্লক্ তাওহনগনি ইপাক্তি ॥
হায়ক্তে চণ্ডীদাসনা বাঁশীনবু কদৌনে।
কালা মানা মরুনি মহাকপুদি ওয়োইনে ॥ ৪৫ ॥

## সখী-সম্বোধন তৌবদা

কাজড় কুসুম জিনি কালিয়া বরণ খানি............

থম্বাল শংবা ওমজবা কালিয়াগী কুচুদো
মীৎকুপ্নমতং উবদা
খানি থবক অপুন্বা শাগৈ লমচৎ ইকায়বা
শিনি কানু রাগদা ॥
সখী নংনা ঐগী ন্বা ওাকে হায়না হায়রদি
মীৎচিনফাও ওন্সম্না মাগী মায়কৈ য়েংলুসু
কুচুমুবা মীতাদি ।।
পিরীতিবু পামজনা কালিয়াগা তৌরবা
কদৌম্নুংদা ফররোয়
লোন্জা প্রেমগী কালাদো পুক্লুং-মালা লেংল-চৎ
থরাই থাবা শোয়ররোই ॥
দিবানিশি তৎতনা লাংতক্লেদো থরাইনা
কায়ন মৈনা হকচাক্লে
থাগে হায়সু থায়াদে তুংদা করি থোকবা
কানু মীশুম্, হৈমাল্লে ॥
শাথি বাঁশী সুরদি খায়দে ঐগী মীগীদি
থমুং-ফাওবা মহাক্তো
নক্লে মহাক মশাগী হায়জৈ চণ্ডীদাসনা
যোগিনীদি ওইনিদো ॥ ৪৬ ॥

---

১। ন্বা ওমহৎলবা মন্না।

রে বুঝাও সই পাঁও তার লাগি.............

খঙ্‌হল্লু সই মঙোন্দা মাগা থেংনরবদি
ইচন মাগী বচন্‌দি মৈবু হৌয়ি থমুংদি ॥
কনাদবু ঙাঙ্‌থোক্কে রাজদুনা মরৈজ্জে ।
ইচম্নবু বাদী, ওই লৈকাইদবু রাকৎচৈ ॥
ফোংসি কদায় অরাবা ঐবু কদায় চৎসিবা ।
কালা কান্নুই, রাফমসে কনাদবু লীসিবা ॥
মীৎনা উবা ঙম্বা লম্ অদুক লাপ্পা চৎকনী ।
মুংশি-শরুক-য়ারিবা মাবু কদায় ফংগনী ॥
নোল্লুক্না মঙোন্দা অরাবসি লীগেদো ।
হায়জ্জে চণ্ডীদাসনা থমোই ইংনি মদুদা ॥ ৪৮ ॥

---

সে জীবন জাতি প্রাণ ধন...............

কানু মানা পুন্সিনী জাতি থরাই-লঙ্গুনী
মীৎনহানি ইমিৎকী ।
থরাইদগী হেন্‌বনী থমুং-লাৎপা মূর্ত্তিনী
মাঙ্‌লে থল্লি মীৎকৃপ্‌কী ॥
নখোয় কুলবতীনি নপুরোইবা নিংবীনি
নংনা নংনা পাম্বদো ।
থন্দুনবু য়েংলেনে শ্যাম্ বন্ধু নত্তনা
ঐগী কনা লৈত্তেদো ॥
করি অমুক তাল্লিবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম রাপুম্বা
ইপুরীংদি নিংতম্‌দে ।
কুলবতী ওইরগা পিরীতিবু পাম্বদি
কনা লৈরি খঙ্‌বদে ॥
ঐহাক্কীদি কর্ম্মনা য়েক্কুনবু লৈবনা
থোকহন্‌বনি বিধিনা ।
নখোয় কুলবতীনি উরে ঐহাক যুক্তিদো
শাগৈ-য়ুম্‌কোন্ লৈরোনা ॥

---

...রেনখঙ্‌লা বিচার তৌবিদু হায়বদীনমক রাকৎপা নী । ২ । কান্নুবী ।

গুরুজনগা ইয়ুম্‌দা খোঙ্খি খোঙ্খানজৈদা
(মচু) ঐগী চুয়া চন্দম্নি।
শ্যাম্‌গী অনুরাগদা দেহে অসি য়োন্‌থ্রেদা
খোইদিং তুল্‌সী মমন্ পি॥
ঘুমলোয়বা মীকন্ত বাহে ফন্ত ঙাংজৈবা
চৎলোই কৈরোয় লৈকায়দা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা কানুগীদি পিরীতি
শাগৈ-লীচৎ মাঙ্‌নৈদা ॥ ৪৯ ॥

---

আমার মনের কথা শুন গো সজনি…… ……

ঐগী পুক্কীংবারোল্‌সে তাওনে ইতা নহাক্‌পু।
অহিং মুংথিল্ পুম্বদা নিংঙি শ্যাম্ বন্ধুবু॥
করি গুম্লো শক্লোনে ঐগী থম্মোই পুল্লিবা।
ইচিন্দদি ঙাঙ্‌থোক্কে মীৎলু অনি পী তাইবা॥
থনুং-শাম্বী কয়ারক্ খামসিগেনে থনুংদা।
শিদ্রে কল্ল' থরাইসে করি হায়নি কনাদা॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা মুংশী-লীচৎ খোয়জৈনা।
কুলধর্ম্ম, লজ্জা মান, থণ্ডবীদেদো চিত্তনা॥ ৫০ ॥

---

বলে বলুক মোরে মন্দ আছে যত জন……………

ঐবু ফত্তে হায়গেস্থু হায়জসমু লোইনমক্।
ঙম্লোই ঐহাক থাদোকপা শ্যাম্ চিকন্ ধনচুমক্॥
মশক্কীদি রাশীদো পক্‌শল্ লৈরে থম্মোইদা।
থম্মোইদগী থবাক্‌শেৎ লৌথিদরা কোম্থুংদা॥
অকিবসি তৎত্তনা সখী থমজৈ পুক্কুংদা।
মীৎকা নাগ শিংনা থম্ দিবানিশি তুমদেদা॥
ঐগী পিয়া অতুধা মীনা হায়য়ে থাদোকউ।
নখোইনম্থু হায়রদি চাথোক্কনি ঐদি হু॥
কালা রংগো পোৎলম্ ওই কৎথোক্‌থরে শাগৈদা।
হন্দক্কদা বিধিনা ঐহাকপুনে চানবীদা॥

---

১। শাগৈগী লীচৎ যৌনবা। ২। সম্বাদ্ (হৈকাম্‌খুমবা)।

খুংলগেদো নীংজবা ধর্ম্ম লাপ্না লৈসনু।
কানু কানু শোন্দুনা থরাই তৎত কপ্সনু ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা রাধা রাখল ফজেদা।
থম্মোই লকানুংগী রা হংগে হায়নু কনাদা । ৫১ ॥

---

[illegible]া মোরে ডাকি সুধাও না..............

নখোয়নবু ঐঙোন্দা কৌর হংবা তৌরনু
থরাই চাক্পা পামজৈনে।
কনাগুম্বা অমতা নুংশিনবা য়াওদরা
ঐবু ইরাল শিবীনে ॥
গোকুল কৌবা নগরদা কনা করি তৌদবা
মতু থিংবা য়াওবরা ॥
সতী কুলবতীনি যুবতীদি মখোয়দো
( কানুগী ) কলঙ্কিণী রাধারা[১] ॥
লম্থোক্পস্ত তৌদরে মীনা ঙাঙ্নমন্বনা
য়ুমদা অমূক হু হাপ্লে।
নুংশিক্বা মরম্না জগৎ বৈরী ওইরেদো
ঐগী কনা লৈরীগে ॥
ঐগীদমক নখোয়না থরাই রাবিরম্বদাই
শিবা চংবা লোয়নদায়
দোষ য়াম্না চেল্লবা দেহনবু ওইবদা
কনা দেহে থাদোক্লে ॥
নন্দ নিংথৌ মপারি গোকুলগীদি কানাইদো
হায়নৈ পূন্নমকীনি।
কৎকে হায়না কৎথোক্লে পামজনবু লাৎচরে
পূর্ব্বজন্ম[২] মহৈনি
রাধা হায়না অমূক্লে কৌদুনবু হংলমু
হৌজিক সিদা শিরদি।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা লোয়নমক্তি কংনিনা
নংগী বন্ধু ওইরদি ॥ ৫২ ॥

---

[illegible] কনক্বা কলঙ্কিনী ওইবসে রাধানা? ২। মহা[illegible] অপোক।

দেখিলে কলঙ্কীর মুখ কলঙ্ক হইবে · ............

কলঙ্কীগী মায়থোং উ কলঙ্কদি ওইনিদে।
মীতাসিগী মায়থোংদি অমুক য়েংবা তৌহৈদে
নয়ুম হন্না চৎখরো নশাই ধর্ম্ম পুহুনা।
দেশ খুদিং কোয়রগে যোগিনীবু ওইহুনা॥
কালামানিকমালা লেং ইগুক্তবু শিরগে।
কামুগুণ যশনা কুণ্ডল ওইনা না-য়ান্গে॥
কানু অনুরাগনা ঙাঙলৈনবা ফিশেৎকে।
কানু কলঙ্কগী উৎ হকচাংদবু তৈশনগে॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা উদাস ওইবা করিগী।
মরণসাথী মহাক্না থানি ননাক করিগী॥ ৫৩॥

---

কাল জল ঢালিতে সই কালা পড়ে মনে ······ ····

লাইজ অমু হৈদোকয়ি সখি কালা নিংশিংই।
ইতৎ তৎতা কালাবু মংলান্ চান্দা ঐনা উই॥
শন্নাং মুবা থোক্লগা অমুক হন্না শেমজন্দে।
ঐহাক কাজল অমুবা ইমীৎতবু হাপ্চন্দে॥
য়েংঙোই য়েংঙোই ইতারোই ঐহাক খল্লে অয়োবী।
বিনোদ বঁধু নঙনা থন্নাই হিংবা য়াদবী॥
পুক্নীংগীদি অন্নাবা পুক্নুংদদা মরৈরে।
শ্যামদি কৌবা তাশোন্দো পল্লি মপান্ থোক্তরে॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা রূপ্তি তাশোন্ মাল্লিদা
তাশোন্ মপান্ থোকন্দে থন্নাই চাক্থেক্ লৈজৈদা॥ ৫৪॥

---

সই না কহ ওসব কথা · ...............

সখী হায়রন্নু অদু পুন্বা রাশিংদো।
কালাগীদি পিরীতি থেংনরুবা মী অদো
পুন্সী চুপ্পা রাজৈদো॥
কালিন্দীগী লাইজদো ইমীৎনবু য়েংদেদো
কালা শোন্দে ঈচীন্দা।

অন্তুবুনে কালাদো ফাওয়কয়িদো থমুংদা
(কালানা) নাম্‌শোন্ মাঙ্গা ওইরেদা ॥
বন্ধু মাগীদমক্তা যোগিনীদি ওইনিদা
শিনি কুণ্ডল ইনাদা।
ময়ামগীদি মমাঙদা বিদায়বুদি লৌতুনা
শুক্ল উমং পাঙ্গেদা ॥
য়ুমদা গুরুজনবু মীচৈ থীনা চৈবীদো
কোয়রোয় কৈরোয় লৈকায়দা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা কামুগীদি পিরীতি
শাগৈ লীচৎ থানৈদা ॥ ৫৫ ॥

---

হেতে বসিয়া মনেরে কহিলুঁ................

ইয়ুমদবু ফমতুনা ঐগী মন্দা হায়জৈদো
শোল্লোই অমুক কালাদো।
অন্তুবুনে থরাইনা অতৈ অমা খঙদেনা
ওইদো কালা ল ইশোন্দো ॥
সখী অমুক হয়দি হায়রনুকো ঐঙোন্দা।
অমুবদি মচুদো নিংশিংলদি পুক্লীংদা
বুদ্ধি চোইয়ে য়াম্নদা ॥
কালা বরণ অতুদা থরাইবুদি ঙাওজৈদা
অতৈ লৌদে পুক্লীংনা।
কালা বরণ অতুদা থরাইবুদি ঙাওজৈদা
করি ওইনি খঙদ্রেনা ॥
যমুনাগী লাইজবু সনাবুন্দা শোকপদা
কালাচাঁদবু উরুরে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা লৈববুদি হৈনরোয়
থমুং কালা লাংথাক্লে ॥ ৫৬ ॥

---

এক জ্বালা গুরুজন আর জ্বালা কানু................

মৈচাক অমা গুরুজন মৈচাক্ অমা কান্নুনে।
মৈচাক মৈচাক চাক্থৎলে হকচাং পুম্বা শল্লেনে॥
সখি কদায় চৎসিগে উপায় লৈবা হায়য়ুদো।
মরাহৈদো থম্মোইদা হুগবুদি মাইয়েদো॥
কনাদবু পাওতম্নি কনানবু থাজনি।
শিবদগী হেনজবা কানু প্রেম্না ওইবনি॥
মুংন্তু পান্দ্ চাক্লেদো হীদাক্লবু কদৌনি।
জগৎ শীম্না শল্লবা কানুগীদি রাথোক্নি॥
মীরক তিন্কম লৈতরে লৈবাক্ শন্না মিংথীনা।
বাশুলীগী য়াথংনা হায়জৈ চণ্ডীদাসনা॥ ৫৭॥

---

এদেশে বসতি নৈল য'ব কোন্ দেশে...............

লৈবাকসিদা লৈ'য়াদে করি দেশ চৎকনি।
মাগীদমক থরাই কপ্ মাবু কদাই ফংগনি॥
হায়য়ু সখি উপায়দো হায়য়ুগবা উপায়দো।
পোকপদগী রাবনা থল্লে থল্লে থম্মোইদো।
থাহল্লেদো হকচাংন্তু ননদীগী বচন্না।
মৈচাক কয়া থাঙ্খিনি পাপ পরাণ অসিনা
হু চারপা শিগেবো লৈবাক রা রা লাওনিদো
বাশুলীগী য়াথং ঙাক্ চণ্ডীদাসনা তমজৈদো ৫৮

---

সুজন কুজন যে জন না জানে তাহারে বলিব কি...............

অক ফত্ত মীশক্পু খঙজদবা মীতাদো
করি হায়নি মঙোন্দা
থম্মোইমুংগী অরাবা খঙ্বীরিবা মঙোন্দা
থরাই শেৎল খাইগেদা।
সখি হায়রা কিজৈনে।
মাগীদমক্ হায়দুনা লোইনা থাদোক্লবু
মীতোপ ওইনা থন্বিনে॥

কানু প্রেমগী রারমদো    ঙাঙ্‌বা তাবা অনিদো
থবাক নাকল শেৎকায়দো।
শন্থ-য়োন্‌বা মহাক্কী    হোরায়গীদি মত্তৌনী
হঙ্গৎহন্দা লেল্লিদো ॥
সনাগীদি পুন্দবু    শঙ্গোম্নবু মচীন্‌ মেল্‌
হুনা থন্‌বগুম্মীদো।
রাখল মুন্না তৌরগা    চাদবদি মী অদো
তুংদা রাবা ফংজৈদো ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা    তাবিয়ুনে শকহেন্‌বী
রাসে তুংদা খঙগনি।
শ্যাম বঁধু মহাক্কা    নুংশিনরুরবদি/
কদাই কনা ফগনি। ৫৯ ॥

---

যার পিরীতি লাগি যোগিনী হৈলুঁ ........... ..

নুংশি মশুংলাংগিবু যোগিনীদি ওইকরে।
তম্‌থিরবা থম্মোইদা অহু কাওবা ঈংদরে।
কলঙ্কদি করম্বা তায়নে মফম মফমদা।
করিগীবু নুংশিকই ইকোক্‌ ইথন্‌ ছাইজৈদা।
হায়নু হায়দু ইতারোই কানু মাগী গুণ অদো।
ইখুৎ কালি মায়দা তৈ ছুনু অমুক তৈজৈবো।
পাপতি অমুক তৌরয়োই অতোপ্পবু নুংশিবা।
দেহে অসি কাহৎলে থাঙেল কাবা মান্নবা।
বিধি দোষ করি লৈ ঐগী লম্নাই কর্ম্মনে।
নুংশিরুরে ফৈ হায়না মীকত্তবু ওইরয়ে॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা নহাক চিন্তা তোক্লোদা
অফ মশেল তিনবনি ফত্ত ফত্ত মশেল তিল্লিদো॥ ৬০ ॥

---

পিরীতি লাগিয়া আমি সব তেয়াগিনু .................

প্রেমগীদমক ঐহাক্না লোইনমকপু থাদোক্লে।
অহুবুনে শ্যামগা লেন্‌মিন্নবা কংদরে॥

বিধি মরাল্ করি লৈ লমাই তৌজমন্নিনা।
করি কন্দা মুংশিরুই প্রেমগী মর্ম্ম খঙমন ॥
য়ুমদ্ৰু মীদ্ৰু লৈপুংদা ওক্তবীনে হায়বিরে।
কামু মাগা প্রেম্ তৌরু অহিং নোংঙাল্খিদরে ॥
ওগো সখি চৎসিনে ওঝাই য়ুমদা চৎসিদা।
কালকুট কৌবা হু ইখুৎনবু হুকেদা ॥
থম্মোইনংদা প্রেম তৌ আশা তৌবা মীহুদি।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা শিনি শোয়রোয় প্রেমগদি ॥ ৬১ ॥

---

নিশ্বাস ছাড়িতে না দেয় ঘরের গৃহিণী ......................

মুংশাসোর হোন্বকাও য়াদে য়ুমদা ইনেম্মা।
মপান্দম্ভু মালংদা লাংবু থাক্লে ইচম্মা ॥
তাওনে তাওনে থরাইগী মুংশিরবী সজনি।
নংদি ঐগী ওইবনা নঙোন্দবু হায়বনি ॥
ছল্দি য়াওদ ছল্ তৌরে হুরান্ ফাইদো ততনা।
অন্তুম্বু খল্লক্য়ি ইশীং চংল শিগেনা ॥
সতী শার লেপ্লম্ভু সখীশিংগী মরক্তা।
খ্যাও খ্যাও তুজুংঙক্য়িদো শ্যামগী বাবু হৌবদা ॥
চুংলিবদি তুশিংদো লোৎকে কয়া তৌজৈদো।
মীৎকী পিরাং ঐহাক্কী তহনবু শিষ্টেদো ॥
লাইবক থীবা মীশিংনা খঙদে প্রেম্দি কৌবদো।
নংনা তৌও হায়রগা য়ুম্দা ধ্যান্বু তৌগেদো ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা তাওদা ঐগী য়ুকতি[১]।
বাবা হেল্ল হেল্লগা হেক্কৎলকরি পিরীতি ॥ ৬২ ॥

---

আপনা আপনি দিবস রজনী ভাবিয়ে কতেক দুখ............

ইখন্তনে ইখন্ত অহিং মুখিল অনিদা
খজৈ কয়া অরাবা।

---

১। য়ুকতা, পাঠান্তর।

ইশা পান্‌জরবদি উচেক ওইনা পাইজনি
পাপ্‌কী ইমায় উৎলোয়বা ॥
( সখি ) বিধিনবু পীরম্মে ঐঙোন্দদি অবাবা ।
পিরীতিদা চংলগা আশা থুংবা লৈতব্রে
জগৎ শীল্লে মিং থীবা ॥
লাইবকথীবী ঐহাকী ইথস্তমক ঙাইজরে
কনা অমা লৈজদ্রে।
লাইবকথীবা মখোয়না কয়া ঙাঙ্‌দ্রে ঐঙোন্দা
মচু তাবা য়াখিদ্রে ॥
বিধিনবু তারদি মরণ হায়চু ওইরম্মি
অরা পুম্বা কোকনি ।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অচুম্ববু ওইরদি
পিরীতিদা মুংঙাইনি ॥ ৬৩ ॥

---

[illegible]া খাইনু সোনা যে কিনিনু................
ঐহাক ইথন্ হাৎচরে লৈরবদি সনাদো
লৈতেংনবা হকচাংদা
সনাবুদি ওইরমদ্রে পিথ্রাই ওইনা লৈরম্লে
কান্নু প্রেম্‌দি সিনিদা ॥
( সখি ) সনাশাবা মদম্দা সনা মশক্ খঙ্‌দেদো ।
সনা শেংবা হায়তুনা পিথ্রাইঙাক্ত পুরক্ল
লীকোন্‌বুদি শাবীদো ॥
খুৎচা খুদিং খুদিংদা অরং কাবা উরগা
পুম্নমক্লা নোক্লরে ।
শেল্‌মু তিংখোকচরুরে থবক'মতা কাম্‌দ্রে
থম্মোই তাশোন্ কোন্‌খরে ॥
ঐগী ৱাখল তুংইম্না মস্তুম হায়না খোক্‌পনি
পুক্লীং অস্তুম থল্লক্লে ।
লোনম্বগী মরানা ঈশাক্তবু ইরোইরু
কংফাল কাবা ঙমদরে ॥

লাইবকথীবা মীতানা মরায়বকপু খঙ্ জবে
নিংজ পুন্না খুংদেদো।
চাবা চংবে ইয়ুমদা য়াম্না কম্না নিংজৈয়ে
বিথিনবু য়েৎলিদা॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা বাশুলীগী য়াথংনা
কনাদবু হজৎনি।
পিরীতিবু অতুফাও কংবা য়াত্রবদিনে
থরাই থাগদোবনি॥ ৬৪॥

---

কি বুকে দারুণ বেথা..............

থমুংসিদা কয়াদা শাথিনবু মুংনাংলে।
পিরীতিদি পাপ্তুগী মরা মথোন্ তাদবা
লৈবাক্তুদা চৎনিংলে॥
কনানবু হায়গে সোই পিরীতিবু কৈ হায়না।
নোক্না নোক্না নিংজনা পিরীতিবু তৌরগা
কপ্না পুন্সি লেল্লিনা॥
কুলবতী ওইরগা শাগৈমুংদা লেপ্তুনা
মুংশিরুবা থনীদো।
বামৈ নিংথি চাকহল্ল নিংথিনবু শেমশার
চাক্ল শিবগুম্মীদো॥
ঐদি লাইবকথীবীনি অবাবসি কংবীনি
প্রেমগী পীয়াং শিন্থেদা।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা তৌব্রি'থৌদোসিনদি
হিংনি হায়বা চিংনৈদা॥ ৬৫॥

## দূতী-সম্বোধন তৌবা

হিয়ার মাঝারে যতনে রাখিব বিরল মনের কথা............

থম্মোই লকামুংসিদা যোতোন তৌনা থমগেদ্দা
লম্লাই পুক্নী বাম্লোন্দো।
থমুংলম্ভু খঙ্দেদো ধর্ম্ম ধর্ম্ম মহায়দো
থোইনা হেন্না বাম্ভেদো।

শন্নম স্বপন্ অমিদা — মহাকপুদি উদেদো
মীৎচিনবু উদেরে।
অত্তুমকপু সজনি — অহিং মুংথিল অনিম্বা
তৎতনবু নিংশিংরে॥
ঐদি লাইবকথীবীনি — মীথা পোন্‌জম্বিবীনি
লোইনা খুত্নম চন্‌থরে।
প্রীতিরস থেংনরু — মতম চুপ্পা অস্নম্বা
থরাই অসে চাক্‌চরে॥
মীৎকুপ্ মীৎকুপ্ থম্মোইনা — মিহুন্ চেন্‌গুম চেন্‌গানৈ
রাঙাং থোক্তে ইচিম্না।
রাজৈ চণ্ডীদাসনা — ভাংলৈনবা নয়ন্দো
খল্লুবদা থম্মোইনা ॥ ৬৬ ॥

---

[illegible] রজনী গুণ গনি গনি হৈল অন্তরে ব্যথা... ............

অহিং মুংথিল চুপ্পনে — মগুন্দুদা খন্দুনা
থরাই রাবা মরাদো।
লীন্দাখোয়গী রাহৈদা — নাকোং থিংজল্লুবনা
ইকোক ইথন্ ছাইজৈদো॥
তাউনে তাউনে হে দুতি — করি হায়রি ঐগোন্দা
বচন'মতা তানিংত্রে।
তম্‌থিরবা পিরীতি — খম্ব খম্ব মাবুতা
সনাই মচু মুখরে॥
হুগী সনাবুন্দবু — মচীন্ শঙ্গোম মেল্লগা
মাঙদা থৱে কনানা।
থক্লুরেদো মত্তুবু — রাখল বিচার নাইদনা
কনা পাল্লি মীহাৎনা॥
ঈখোলাংবী শজিমোম্ — খোরাং খোরাং চেল্লিগৈ
মথা পাল্লি শাদান্-তেন্।

ইরোম্নুংগী লেম্লৈনা খোইচাক তীন্দো চাদ্রুনা
য়ামুং পল্লি খোইজিন্-তেন্ ॥
নোংবু য়েংজ নোংগুম্বী - খৌরাংনবু কাথোকচৈ
আশা তৌনা মন্নাদো।
ঈশীং-পীবা নোংদ্রবু মুংশিৎনবু থিংদোকুখি
কাইথং বজ্র ফংখিদো ॥
ক্ষীর-লডু শারগা মদু হূগা তোৎলগা
পীরে মুজা শোন্বীদা।
ম্নোম্না য়াম্না হাওদুনা অসুম অসুম্ চাবনা
মৃত্যু নাক্তা থুংলৈদ্রুদা ॥
ঐহাকীদি মতম্না ফরিবৈংগী মতাংদা
ইতম্খাক্তা লৈরম্মী।
পামজববু কালসিদা উজববু ফংদরে
কর্ম্ম ফলনা মাঙলম্মী ॥
সনা লখা ফংলগা যোতোন্ তৌনা পুল্লগা
ঈরোম্নুংদা তাখরে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অসিগুম্বা চুমদবা
নোংদম্বনা তমখীরে ॥ ৬৭ ॥

## স্বগত কথন

কেন বা পিরীতি কৈনু কালা কাণুর সনে...............

করিম্নুংগী মুংশিরুই কালা কানু মহাকপু
খল্লুরগা চিন্তানা চাক্লে হায়্'হকচাংবু ।।
অহিং মুংথিল কয়ারক ইমুং মপাল্ থোক্নী।
কালা কানু মহাকী প্রেম্দি বিষম ওইবনি ॥
চাবা থক্পা পামদরে তৃম্বা হীপ্পা থাদোক্লে।
ইমুং মমুং থবকতা হুবু থাক্পা মঙায়রে ॥
য়ুমগী অহল ফক্তেদো ইচন্ হায়র মৈনিদো।
ইমীৎ অনি উইশল্ল শ্যামগী কপ্পী হায়বিদো।
নোংদোল'তিয়া লাংথাক্লে চৎকম্ লম্বী লৈতেদা।
হায়দা বড়ু চণ্ডীনা মফমসিদা ফংনিদা ॥ ৬৮

[redacted]ম গোঙাসু দুখে কত বা সহিব বুকে···· ·········

পুন্সি লেপ্লে য়ানদা কয়া খাঙনী থম্মোইদা
অহিং অসি নোংঙাল্লি কনাগীবু আশাদা ॥
থমুং য়ানা লৈরেদো শাগৈ লমচৎ কদায়দা
কান্নু মশুংলাংগিবু হূবু চার শিগেদো ॥
শাগৈ-লীচৎ থারেদো গুরু মীত্তা উৎ চাইদো ।
কান্নু মশুংলাংগিবু অসুম্নবু তৌকইদো ॥
য়ুম্বান্-য়াখল থাদোক্লে কান্নু মিংচৎ থীহল্লে ।
মতীক চানা মদুগী মহৈবুদি কংজরে ॥
কৈছু খন্দে অবলা মসুম ওইরি মতুংদা
নত্রবদি কদৌনা অসুম্ মুংশিরুনিদা ॥
অক্ল-ফত্ত খঙদেদো মীচিন্দগী তারগা
মহাক অদো মৈমুংদা শিগনিদো চান্নগা ॥
হায়ঞ্জে চণ্ডীদাসনা প্রেম্না মৈবু ওইনিদা
মাদি শোইদে লেপ্নমক অমৃতবু ওইনিদা ।
থাদোক্লসু থাদে মা অসুক্ শাথি মুংশিবা ।
মতমলৈব খিবিক্তা থম্মোইমুংদা লৈজৈবা ॥ ৬৯ ॥

---

[redacted]নিয়া অমিঞা খাইলুঁ দুধে মিশাইয়া।···· ·········

পুরক্কুনা অমৃত চারুই য়াল্ল শঙ্গোম্দা
অথুম্ববু থারগা চাক্লে হূচাক্ মতোদা ॥
হকচাং হুখা খাহল্লে মাঙ্খি কৈগী অথুম্বা ।
অচাকপদি মৈমুংদা থরাই চাক্পা শুম্মীবা ॥
পান্-ফাওনবু মৈচাক্লে মীপুম্বনা উখিদো
থমুংদবু চাকপদি লকানুংদা মৈশাইদো ॥
পাপ্কী হকচাং মৈচাক্লে করম তৌনা মুৎকনী ।
হায়ঞ্জে চণ্ডীদাসনা কান্না, শোক্ল কোক্কনী । ৭০ ॥

---

[redacted]ানুনা ।

একে কাল হৈল মোর নয়ালি যৌবন।.........

অমক্তাবদা কাল্, ওইরে ঐগী নব যৌবন্না।
ঐগী কালনে অমদি বৃন্দাবন্দা লৈবনা ॥
ঐগী কালনে অমদি কদম্ পাম্বী মখোঙনা।
ঐগী কালদি অমতু যমুনাগী লাইজনা।
কালদি অমা ঐহাকী মণিমুক্তা লৈতেংনা।
অতোপ্পদি কাল্ অদো গিরি গোবর্দ্ধন্নিনা।
অসুক্ য়াম্বা কাল্শিংগা করম্ লোয়ন লেম্নিদো।
ম্বারী অসি তাবিবা কনামত্তা লৈতেদো।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা অতুম্নগা হায়নুদা।
দোষ লৈতে কনাগী অমথকগীনিদা ॥ ৭১ ॥

## পিরীতিগী মকৎদা

পিরীতি বলিয়া এ তিন আখর এ তিন ভুবন সার......... .........

পিরীতিদি কৌজবা মমেক অহুম অসিদি
মরোল অহুম মচিনে।
ইবুঙ্গোংদা খন্বদি অহিং মুংথিল্ অসিনি
অসি নত্ত লৈতেনে ॥
পুক্লীং লোংদ বিথিনা খন্বমথৈ খন্দুনা
শেন্নম্বনে মকোক পি।
রসগীদি সাগর মম্বন্ তৌরুবদবু
পোক্লক্থিনে মথং রী।
অমুক হন্না নৈরগা অমুতবু ওইরকথি
মচুনবু থোকথি তি।
মুংঙাই পুম্বৈ ওইরিবা মমেক অহুম অসিনি
করিগবু চাংদম্নি ॥
থম্মোইমুংদা কনাগী চংগ্রবদি চেৎনদা
মমেক অহুম মচিসে।
থরম্ করম্₂ ইজ্জৎনা ইকায়-ইকি জাতিনা
মাগী কদোগনিসে ॥

১। মম। ২। কর্ম।

অসিগুম্বা পিরীতি খণ্ডদে করি রীতিনো,
করি ওইনি পোলোইদা
পিরীতিগী লৈপুন্দি য়াম্না কম্না শাথিয়ে
চণ্ডীদাস্না হায়জৈদা ॥ ৭২ ॥

---

পিরীতি নগরে বসতি করিব পিরীতে বাঁধিব ঘর.............

পিরীতিগী নগরদা খুন্দাড়ুনা লৈরগে
পিরীতিনা য়ুম্‌শাগে।
পিরীতিবু উরগা য়ুম্নোম্বা ওইগেদো
অতৈ পুম্বা ভোম্লগে ॥
পিরীতিনা য়ুমথোঙগী থোঙনাবুদি ওইহল্লী
পিরীতিনা য়ুমকুপ্‌কে।
পিরীতিদা উওড়ুনা মতম খিবিক লৈগনী
পিরীতিগা লেন্‌থোকে ॥
পিরীতিগী কমুংদা য়াহিপ্পুদি তান্‌গেদা
পিরীতিনা শম্‌খায়গে।
পিরীতিনা মোন্‌খাঙ্‌ ওই অতন্‌বদি থাদোক্কে
পিরীতিগা লোয়নগে ॥
পিরীতিগী পুখ্রিদা সিনান্‌বুদি তৌজগে
পিরীতিনা ফি শেথকে।
পিরীতিনা ধর্ম্মনি পিরীতিনা কর্ম্মনি
মাদা থরাই মকথকে ॥
পিরীতিনা নাভোনগী বেশরবু ওইহন্‌গে
মীৎচি পাংনা হাইনিনা।
পিরীতিগী কাজল্‌দো মীৎলুমবু হাপচগে
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা ॥ ৭৩ ॥

---

কানুর পিরীতি চন্দনের রীতি..............

কানুগীদি পিরীতি চন্দনগীদি রীতিনি
তক্ক মনম্‌ নুংশিয়ে।

---

পীচন্দনা।

তরুগবু পুজরক ইথম্মোইদা তৈবদা
মৈচাক শরূক অনীনে ॥
সখি হায়গে কনানা পিরীতিদি হীরানে ।
সনানবু য়োম্লগা থম্মোইম্মুংদা থম্বদা
রাবা অমুক্ হল্লক্য়ে ।
পরশ-পাথর নুংলেন্দো য়াল্লা য়াম্না ইংজৈদো
হায়দো মীদি পুম্বনা ।
ঐদি লাইবক্ থীবীনি মৈবু ওইনা রায়রেনে
অম্মুক রাবা ফংজৈনা ॥
কুলবতী অপুম্বা পিরীতিদি তৌজৈবা
অম্মম তৌদে কনাদা ।
য়ুম্লোম্নবী ফত্তবী ডাকিনীগা মাম্নবী
লোইনা ঈরাল শিবিদা ॥
য়ুম্নুরোইবী ইনেম্না অদুগমুক ইচম্না
কয়া য়াম্না ঙাঙ্খরে ।
মতু পুম্বা হায়ঙম্দে করি উপায় তৌসিগে
থরাই কয়া খাঙ্জরে ॥
নাম্নুরগী লম্হাংদা খুঙ্গংগীদি মনাক্তা
বাগুলীগী লৈকমদা
মহাক্কীদি য়াথংনা হায়জৈ চণ্ডীদাসনা
ম্নুঙাই ফংনি কদায়দা ॥ ৭৪ ॥

---

পিয়া গেল দূরদেশে হাম অভাগিনী ,...............

পিয়া চৎথ্রে লম্থাপ্পা ঐদি লাইবক থীরেদো ।
শিগে হায়দে পাও তার ইপাপ্ চেন্বা থরাইদো ॥
মথাগোম্বু নিংশিংল পুক্নীং চাক্চৈ তোয়নদা ।
গুণনিধি অসিবু পুবিথরে কোম্হংদা ॥
কনাদবু হায়সি সোই, পুবিরক্লি ঐঙোন্দা ।
থার চৎথ্রে রতম্না ঐবু লংথ ঈপাক্তা ॥

---

১। সখি।

চুগী গুলি তারগা হাপ্ন্ ঐগী লৈম্নংদা।
থারগেদা থরাইসে দেহে করি কায়েদা ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা অতুম্ তৌনি করম্না !
থরাই মরল্ কানুদো ফংগনিদা ইরেম্না ॥ ৭৫ ॥

## মাথুর

[redacted]রু চন্দন চুয়া দিব কার গায় ।... ........

অগুরু চন্দন্চুয়া তৈনি কনাই দেহেদা
পিয়া লৈত্রবদকাও থম্মোই পোক্থায়খিদ্রেদ' ।।
তাম্বুল কর্পূর কনাগী ময়াদবু ইন্গনি।
কনাগবু মুংঙাইনা ঐহাক অহিং লেনগনি।
কনাই অঙ্গ শোল্লগা ঐগী হকচাং ইংগনি ।
কপ্না কয়া লেন্গনি তৎলু য়াদ' নেহাহি, ॥
করি দেশ চৎখরে ঐবু হুন্জেক পিয়ানা, ।
সখি নংনা হায়রদি হুবু চার শিগেনা ॥
পিয়া মাগী চূড়াফুল্ লেংল শিগে ইঙক্তা।
খাম্বী মৈচু হোগৎলো চাক্থেক্লুনা শিগেদা ॥
মগুণ অদো নিংশিংল থবাক অসি কায়দোরে।
ঐগী পাপ্কী থম্মোইদা মৈচাক্লবু চাল্লরে ॥
নখোই লোইনা হন্খরো নংগী নংগী নয়ুমদা।
মৈম্নুংদবু শিনি ঐ যমুনাগী তোকান্দা ॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা কৈগী হায়রি রা অদো।
হকচাং থাদোক্লবদি করম মুংশিগনিদো ॥ ৭৬ ॥

---

[redacted]রে বঁধুর ঘর বৈসে গুণনিধি ।.............

রাংমা সোমদা লৈখরে গুণদি চেন্বা বক্কুনা।
উচেক ওইনা পাইগেস্থ ইশা পীদে বিখিনা ॥
চোংথগেস্থ যামুন্দা ইরোয়ববু হৈতেদো।
ইশীৎলস্থ পুন্ পুন্ শোক্ কংবা ওমদে ঈপাক্তো ॥
মথুরাগী মমিং তা কৈনোম্ তৌয়ি থরাইসে।
বড়াইংকাম্নু উনিংবা ভনিনিংঙে থম্মোইসে ॥

১। ( কুম্বিনা )। ২। মূর্খপনা কীদা।

গোকুল্ থাজ অজুবু অমুক হয়া কোল্লেগো।
খুৎকী পরশ মণিদো খোরোইদনা মাঙ্লেগো॥
মৈমুংদবু চোংশন্জৈ মূৎখী হেক্তা খাম্বীদো।
নুঙ্পাক্ অমা কোন্জরুই মাঙ্খি হেক্তা সুঙ্পাক্তো॥
পামেল্ মখোঙ্ চৎনুইদো বড়াই, উরুম্ পীদেদা।
মাগী শিগে হায়রি ঐ মাদি সুংশি হৈতেদা॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা বাশুলীগী বরনা॥
থরাই পীঙ্ পীঙ্ চোংজৈদা য়ুমদা লৈতে বন্ধুনা॥ ৭৭

## পিরীতিগী মফমদা

সুখের লাগিয়া পিরীতি করিনু শ্যাম বঁধুয়ার সনে……………

সুংঙাইনবা হায়দুনা পিরীতিবু তৌরুবা
বঁধু শ্যামগা লোয়নবা।
পোলোইদবু অসূক্তি রারমগনি হায়বদি
লাইবক্থীদি খঙ্দেনা॥
পিরীতিদি সখিহে শাথি হায়না লৌরেদো।
অসূক সুংঙাইবসিদা অসুক রানি হায়বদি
ঙমঙ্দকাও খঙদেদো॥
অদুগুম্বা কালিয়া সুংশি হৈখিদরেদা
তাশোন্ থিন্বগুম্মিবা।
উনিংবগী আশাদা কোয়চৎপুদি চৎলগা
অসূক সুংশি হৈতবা॥
তাক্উ করি বুঝিনো হৌজিক তৌগদৌরিবা
চিন্ত ওইরে শাথিবা।
থম্মোই অসে চাক্লেনে থরাইসিবু জৌরেনে
করি তৌনি ফনবা॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা বিনোদিনি তাবিয়ু
অতৈ অমা নিংমুদো।
নংসে বন্ধু শ্যামগী পুঙ্ওই ওইবা লম্নিদো
শ্যাম্দি নংগী প্রাণ্নিদো॥ ৭৮॥

---

১। বড়াইবা হন্নবীগা নখোঙ্গ তৌবা। ২। লাইবকুথীবাদি।

## মথুরাদা দূতী প্রেরণ

### শ্রীরাধাগী উক্তি

কহিও তাহার পাশে ।.................

সখি হায়রু মঙোন্দা ।
শোক্লুবগা মহাকপূ ইরুমায়থজথোক্‌য়ি
( মানা ) ঐবু উর নোক্‌য়িদা ॥
কনাগীবু মকোক্ শোক্
কদম্বগী মখোঙ্‌দা করি ঋাবু হায়খিবা
যমুনাগী লাইজশোক্ ॥
ঐহাকীদি বৃন্দাবন্ সাক্ষী ওইনা লৈরিদো
মপুক্লীংদা খল্লবা অমা অমুক লৈ হায়না
খুদু কৌবা উচেক্তো ॥
( হায়যু ) মুংশি হৈত মমাঙদা ।
মাগীদমক হায়চুনা মীদি অমা শিজরে
হাৎলী করি মরমদা ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা ।
মাগীদমক হায়দুনা মীদি অমা কপ্পদো
মাবু কৈগী কাউরিনা ॥ ৭৯ ।

---

[redacted] কহবি কানুর পায়..............

( সখি ) কানু খুয়া হায়রুদা ।
মুংঙাইবগী ঈপাক্তো নোংদম্বনা কংহল্লে
খৌরাংবনা শিরেদা ॥
( সখি ) পায়রু কানু মখুত্তা ।
নংগীমকী ওইনবু থাদোকনু হায়রুচো
বর নির লৌরুদা ॥
( সখি ) ঈপূক্লুংদা খন্‌বদো
মন্-স্বপন্ অনিদা খন্নুনদা লৈজবা
বিধি মানা রৈখায়দো ॥

( সখি ) অদুগীবু মথক্তা অবলানি ঐহাক্তি ।
খাইন-মৈন চাকপদি শরুক চামা হেল্লিদো
খাঙঙম্‌দেদা মৈচাক্তি ।।
( সখি ) কান্নু পুন্নীং খঙ্ ্নুলা
সুম্ন তৌরবদিনে মহাক লাক্নি হায়বদো
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা । ৮০ ।।

## মিলন

### শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শ্রীরাধা

বহুদিন পরে বঁধুয়া এলে ।................

সুমীৎ য়াম্না কুইরগা বঁধুয়ানা লাক্পদি
উরম্লোইদো ঐহাক্পু থরাই থারম্নবদি ।।
অসূক য়েনা খাঙ্ জৈদা অবলানি হায়দুনা ।
নুঙ্পাক্ ওইরম্নবদি তংখাই তানা কায়নিনা ।।
রাজবীগী সুমীত্তি অরাবদা হৌখরে ।
মথুরাদি নগরদা নংদি সুংঙাই লেল্লুরে ।।
ঐগী অরা পৃম্বসি ঐহাক কৈছু খন্দেদা ।
নহাক য়াইফরবদি ঐসু য়াইফজৈদা ।।
অরাপুম্বা ঐহাকী লাপ্না লাপ্না চৎখ্রেদো ।
মাংলুরবা রতনবু ইথাকোন্দা ফংলেদো ।
হৌজিক কোকিল্ লাক্লুনা ইশৈবুদি শক্সন্নু ।
খোইমু মানা তাম্বাদি লাক্লুনবু থাসন্নু ।
মলয়-সুংসীৎ নামিবা লিরি লিরি শীৎসন্নু ।
নোংদোন্‌খক্তা থাজনা থোক্লকপদি ওইসন্নু ।।
বাশুলীগী য়াথংনা হায়জৈ চণ্ডীদাসনা ।
অরাপুম্বা কোক্থরে শামদুনা সুংঙাইনা । ৮১ ।।

### ( সর্ব্বকালোচিত নিবেদন )

বন্ধু কি আর বলিব আমি জীবনে মরণে প্রাণনাথ হইও তুমি..........

( বন্ধু ) করি অমুক হায়গনি ।
জীবন্ মরণ্ অনীদা মপোক খুদিং নহাক্না
প্রাণনাথ ওইবিনি ॥

নহাকীদি খুয়াগা 'ঐহাকীদি থমাইগা
পুন্নে প্রেমগী কোঙ্গোয়দো।
পুন্নমকপু কথখোক্ল পুক্লীং লোঙ্বা নৈতনা
লেপ্পা ওইরে ননাইদো॥
খল্লগবু য়েংজৈদো মরোল অহম অসিদা
নৈরা ঐগী কনা'মা।
রাধা কৌর কনাম্ল হংবিনবা নৈতেদা
কনাই মনাক্ নৈনিমা॥
অসোম অদোম কুলদা কুল কুল গোকুল্দা
ঐগী কৌনি কনাবু।
অঙ্গংবনি হায়ত্নুনা নখোঙ থম্বাল অনীদা
চংজবনী ঐসিবু॥
ইত্থোকনু ইত্থোক্ল পুক্খোয়দবী শোন্বীনি
নংগী তৌফম্ থোক্পনে
খন্দুনবু য়েংজরে প্রাণনাথ নত্তনা
ঐগী গতি নৈতেনে॥
মীৎকী মীৎকৃপ্ অমতং উদ্রবদি নহাকপু
থরাই অসি থাদৌয়ে।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা মাদি পরশ-রতন্নি
লেংল ঙক্শম্ হুকচৈয়ে॥ ৮২॥

---

বঁধু কি আর বলিব আমি যে মোর ভরম ধরম করম সকলি জানহ তুমি॥..................

( বন্ধু ) করি অমুক হায়গনি।
ঐহাকীদি ইজ্জৎসু ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্বনু
নহাক্লবু খঙ্বনি॥
নংনা সুংশিবীবনা ঈশাবুদি কাউজৈদ'
নিত্তি তাউজৈ সুখদা।

নংগী আদর অম্বুনা পুন্নমল্লা সুংশিবী
রীতি অদো খঙ্ দেবা ।
সতী নংপা নংতবা ঐদি নংবু নিংঙৈবা
তাওবৈ নংগী সুখদা ।
নংগী নরাহৈজুনা ইপুক্লীংগী লৈতেংনি
ওইরে লৈতেং লৈতেংদা ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা ভাবিয়ুদা পুন্ননা
নোঙ্লুক-রাহৈ মচিনী ।
নোঙ্লুক্লগা বচন্দো হায়জরদি মদুগা
করিগবু চাংদম্মী ॥ ৮৩ ॥

---

বঁধু কি আর বলিব তোরে অলপ বয়সে পীরিতি করিয়া রহিতে না দিলি ঘরে ॥০

(বঁধু) করি অমুক হায়সিগে ।
নহা ওইরিঙৈদবু তৌরবনা পীরিতি
য়ুম্দা পোথাহনবীদে ॥
তৌনিং তৌনিং নিংঙ্গুনা ঈপাক্-মুংদা শিরগে
নিংজববু থুংজগে
শিরগবু হয়েংমুক ওইগে নন্দ মপারি
নংবু রাধা ওইহনগে ॥
সুংশিনরম্নগবু থাদোক্লুনা চৎকেদো
কদম্খোংদা লৈথোকে ॥
ঈশিংশোক্পা চৎপকাল্ শাথেক্ অহম্ থেক্লগা
মুরলীবু খোংদোকে ।
মুরলীখোল্ তারগা শুমহৎচনি লায়নদা
শাগৈ-পালবী মুজাদো ।
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা মতমদুদা খঙ্জনি
সুংশি-থৈচাক্ চৈথেংদো ॥ ৮৪ ॥

## মাথুর

৩) হে কুবুজার বন্ধু................

(ওহে) কুবুজাগী মবুঙো,
কাউরবোইরে রাধাগী মায়খোঙ্ থাজ মান্‌বদো॥
ওহে কোক্‌য়েৎ-থোন্‌ব-ও,
কিশোরীদি তনোবী মাবু কাউথোকপীরেদো॥
রাইনা ঐবু থারকপা
দাসখত উৎনবা॥
ঐখোয় লোইনা সাক্ষীনি
খুদোল্লবু নহাক্না নমিং সোহি তৌবনি॥
নংনা ব্রজ চৎপদা
লোইনা খুবাক খুনিদা॥
হায়জে চণ্ডীদাসনা
হৈজমখৈ চৈনিনা॥ ৮৫॥

## মাথুর

শ্যাম শুক পাখী সুন্দর নিরখি..............

শ্যাম-বরণ্ তেনবা ফজববু উদুনা
মীৎকী লাংদা ফাজৈ রাই।
থম্মোই পোন্‌গী মনুংদা লুনা চায়া থম্‌জৈদা
পুক্নীং-য়োঙ্‌লিং পুন্না রাই॥
প্রেমামৃত পিথকৃচৈ।
মাবু য়োক্‌চ থাক্‌চর মরোল শুনা তম্বির
রাধা হায়না মকৌজৈ॥
হৌজিক থাজ মাংহল্ল অফালাংবু থদৎল
চেল্লক্লেনে পুরদা,।
মখোঙ্‌লীবা লাক্‌পদা ভাজববু কংজৈদা
কুবুজানা কাপ্রেদা॥
মরল মাগী ওইজবা পীযু হায়না নিনবা
রাইনা ঐবু থারক্লি।

মধুপুরদা।

হায়জৈ চণ্ডীদাসনা নহাক বিচার তৌরোনা
কংবা গীরোই রাগনি ॥ ৮৬ ॥

মাথুর

ধিক্‌ ধিক্‌ ধিক্‌, তোরে রে কালিয়া কে তোরে কুবুদ্ধি দিল................

ঈকাইবীদা ঈকাইবী কালিয়াদি নহাকপু
কনানবু তাক্‌পীগে নংগী কণ্ড লৌশিংবু ॥
কনানবু ইন্‌শিন্‌গে পীরিত্তিদি তৌ-হায়না
নপুক্কুদা থল্লদি অক্কুম তৌগে হায়দুনা ॥
খীদা খীদা বন্ধু-ও ঈকায়বসু খণ্ডেদো
মুংশি 'মচেৎ অমকাও নংদি খঙ্‌বা লৈত্তেদো ॥
দেশ অমা মৈ থার দেশ তোমা অমমূক
মৈথাগেবু নীংঙুনা লাক্‌পা শারি হৌজিক্কমূক্‌ ॥
চাংজো নাইদা ঈশাকী লেৈমৈ ঙানা তৌরমান্‌
অথা-অথুম মশকপু করিমতা খণ্ডমান্‌ ।
হাউনা থোংবা শঙ্গোমক্কীর চিনি থুম্বা থাদোক্ল
হীদাক মনা তোংনবা নারিল্‌ চারি পাম্‌জর ॥
হায়জৈ চণ্ডীদাসনা পুক্লীংগীদি অরাবা
হায়দোকপদা থরাইদি শেংপু কায়না কায়জৈবা।
নংগী সনা মুত্তিদো উমূলক্তা লৈওরে
কুবুজাদি নম্বোম্বী মানা কাংথোল্‌ কম্‌দেংলে । ৮৭ ॥

ভাব সম্মিলন

শতেক বরষ পরে বঁধুয়া মিলিল ঘরে ............

চহি চামা মতুংদা বন্ধু কংলে ময়মূদা
রাধিকাগী থম্মোইমুং মকা কয়া মুংঙাইদা ॥
কংলে হায়না মাংগ্র-লল্‌ মথাকোন্দা কোন্‌জৈদা
মীৎকুপ অমা হাঙহন্দে লন্দো ঙাক্‌পা শেন্‌বদা ॥
হকা হকা তিন্‌থরে কয়া নিংথিজথরে।
থাবু কংলে লোংইয়া মুংশি-লাংবু থাক্কুলা
থোইবী-থক্‌পা থোইমুবু থবাক্লৈনা কংজরে ॥

রস-পুৰা দেহে'নী থ্রক্-থ্রক্ থ্রক্-থ্রক্ নীক্লরে
মখোয় অনী কোন্‌শিন্নৈ প্রেমাৱেশ্‌তা ঋুপখরে ॥
অনী অহু তিন্‌বদা মৈচাক পুম্বা মূৎখরে
থাইনবগী ঙমখৈবু য়োনা তম্না ফংখরে ॥
রত্ন পালঙ্ক মথক্তা মখোয় অনী কমথরে
মায়থোঙ অনী মুংঙাইনা মখোয় অনী য়েংনরে ॥
মুংঙাইবগী পীরাংনা য়েংনববু য়াখিদে
মীৎকুপ্তনা য়েংবদো মম্বনবু য়াখিদে ॥
ঙসি মলয় নুংশিৎনা লিরি লিরি হুন্নরে
মস্তরবা থাজনা থাবল ফনা ঙাল্লরে ॥
রস থম্না মুংঙাইনা চামর্ থৌগল তৌজরে
বড়ু চণ্ডীদাসনা নাক্ত লেপ্ল থৌগল্লে ॥৮৮॥

পী কাংথোল।

# বিদ্যাপতি পদাবলী

## মাথুর

হরি গেও মধুপুর হাম কুলবালা…………

হরি লেংখ্রে মথুরা শাগৈ মৌদি ঐহাক্না
মালতীগী মালাগুম্ লম্বী লান্না তারিনা ॥
করি হায়রি কৈ হঙিঙ তাউনে ইতা মুংশিবী
অহিং মুংথিল অনীসি করম্ লেপ্পী অচান্‌বী ॥
মীৎকী তুমখুন্ মাঙ্‌খরে চীন্‌বান্ মোমোন্ নোক্করে
সুখ ইন্‌খ্রে মুংশিতুং দুঃখ ইনাক্ নৈহৌরে ॥
হায়জে বিদ্যাপতিনা তাওনে মুজা লুচিংবী
মীকবগী রাবদি নীনীতনি অথোয়বী ॥১॥

---

কতদিন মাধব রহব মথুরাপুর, কবে ঘুচব বিধি বাম……  …

কয়ানিনো মাধব্‌-না লৈদৌরিবা মধুপুর্
কদৌদৈবু কোর্কনি বিধিনবু য়েংথিবা ।
নুমীৎ মশাঙ্ খোৎপদা খুজিল্ লোইনা তুমশিল্লে
গোকুল্ লমদম্ মিংলেন্‌ফাও নিংশিংববু ঙম্‌দেবা ॥
হরি হরি হায়রুনি কনাদবু ইপাওসে ।
নিংশিং নিংশিং মুংশি-বা দেহে অসি কংশিল্লে
পুন্সি সিদা পাম্বগাই করি ক্ষমুক লৈরিসে ॥
মমাদৈদদা ঐহাক্তো মুংশি থোইবী ওইরম্মী
হৌজিক্তনে মহাকপু উনি হায়বা চিংনৈয়ে ।
কোয়না কোয়না খোইমুনা লৈরাং শুনা চুপচৈয়ে
থম্বাল মাগী মুংশিবা কদৌদৈদা থাদেয়ে ॥
আশা- য়োৎহিলং থাংদুনা থরাই কয়া থামগনি
হৌজিক হৌজিক থরাইসে থারদুনা চৎলেনে ।
হায়জে বিদ্যাপতিনা আশা-থাবী ওইগনু
পুনমক্তি কামুদো উনববু ফংলনে ॥২॥

## বসন্ত বর্ণন

নব বৃন্দাবন, নবীন তরুগণ নব নব বিকসিত ফুল ...... .....

নৌরে নৌরে বৃন্দাবন উম্থ্‌ রাম্থ্‌ নৌরেমে
লৈরাং নৌনা শাৎলেদো।
বসন্তনা নৌবদা মলয় নৌনা নামিরে
খোইমূ নৌনা ঙাওরেদো ॥
নরাল্‌ কিশোর্‌ শান্নরি।
যামুন্‌ তুরেল্‌ তোর্বান্দা নৌনা নিংথি কুঞ্জদা
নৌবা প্রেম্‌দা লূপচরি।
হৈনৌ মপাল অনৌবা লৈপাল খোইহী চূপ্‌-ঙাওবা
কোকিল শিংনা শৈশক্লী।
তনৌরবা যুবতী নৌব রস্‌না ঙাওরবী
নৌনা উমং চেনশল্লী ॥
তনৌরবা যুবরাজ তনৌরবী নাগরী
নৌনা নৌনা ইরাংজৈ।
নিতি নিতি অসুম্না অনৌ অনৌ মশান্না
বিদ্যাপতি সুম্‌হৎচৈ ॥৩॥

## শ্রীরাধাগী ভৃত্তবিরহ

এ সখি হামারি দুখের নাহি ওর.....................

য়েংঙো সখি ঐহাক্কী রাব-ঙমুখৈ লৈতরে।
ভাদ্র থাদি লাক্লেদো মপুঙ্‌ ফারে ভাদ্রসে
ঐহাক্কীদি মন্দির শূন্য ওইনা মরৈরে ॥
কল্পা শীৎপা সুংশিৎনা তত্তনবু ঙংলরে
মালেম্‌ পুম্বা শীস্থ্‌ংনা নোংজু ফনা চুজরি।
সুংশি হৈত্তে কান্তদো থম্মোই-কন্‌বা কামনা
চীন্‌থৌরবা তেঙ্গৈবু তোয়না তোয়না কাপ্লক্লি ॥
বজ্র চামা চামনি খাক্লা খাক্লা তারিবা
রাহোংশিংনা সুংঙাইনা ময়াই কানা জগোই শাই।
ময়াই কাজৈ হঙোইনা ডাহুকীনা খোংজল্লি
ঐহাক্কীদি থম্মোইসে শেৎ শেৎ লাউনা কায়বা শাই ॥

অমত্থনা শুক্থরে মমুখরবা অহিংনে
লেয়া লেপ্না নোংথাংনা অমুক অমুক কুপ্লিদো।
হায়জৈ বিদ্যাপতিনা করম্ হায়না লেন্গনি
হরি মাবু য়াওদনা অহিং সুংখিল চুপ্নদো ॥৪॥

---

## শ্রীরাধাগী তাবোরাস

আজু রজনী হাম ভাগে পোহায়নু পেখনু পিয়া মুখ চন্দা..................
ঐগী লাইবক ফবনা ঙসি অহিং নোংঙাল্লে
সুংশি মায়থোং-থাজবু ঐনা ঙসি উজরে।
জীবন্ যৌবন্ অনীমক মহৈ য়াল্লে হায়নিংলে
মায়কৈ তরা পুন্নমক অমতবু ওইখরে ॥
ঙসি ঐগী ইয়ুমসে ইয়ুম ওইনা খন্জরে
ঙসি ঐগী দেহেসু দেহে হায়দ্রু ওইরেদো
ঙসি ঐবু বিধিনা থৌজান্-মীচান্বিরেনে
লৈজরব্বা ঐহাকী চিংন-পুম্বা কোক্লেদো ॥
সখি হৌজিক কোকিল্দো লখা লখা খোঙ্সনু
হৌজিক থাজ লখামা নোংদোম্বক্তা থোক্কৎলো।
পঞ্চবান্দি হৌজিল্লে লক্ষবান্দি ওইসনু
মলয়-ফুংশীৎ নামিবা য়াম্না য়াম্না শীৎকৎলো ॥
হৌজিক অসুম ঐঙোন্দা ওইররবা মতমদা
ঐগী দেহে অসিবু দেহে ওইনা লৌগেদা।
হায়জৈ বিদ্যাপতিনা পংরাৎ রাত্তে লাইবক্তো
নিত্তি-নৌবা নংগী প্রেম্ ঐহাক্ থাগৎচরিদা।৫।

---

কি কহব রে সখি আনন্দ ওর ..........
করি হায়নি ইতারোয় সুংঙাইবগী ঙমখৈদি
মতম কুইর মতুংদা লৈরে য়ুমদা মাধব্তি ॥
পাপী থাজ মহাক্না শিন্নখদো রাব-দুক্
পাম্মু-মায়থোং উবদা সুংঙাইরেদো শক্লক্-ফুক্ ॥

মমল্ লৈতে হায়দুনা থৌশারমদে পান্মুবু
হৌজিক ঐহাক খঙ্ জয়ে লল্লে হায়বা মুংশিবু ॥
কিজি থম্না কংলমু মন্নাইত্রবা রত্নদো
লংকৈ লাপ্না থাজরোয় ঐনা শিয়া মহাক্তো ॥
নিংথম্-কিনি পিয়াদি ওল্লাংথাগী মুংলীংনি
নোংজুথাগী ছত্রনি ইপাকীদি হিরেমী ॥
হায়জৈ বিদ্যাপতিনা মুক্তা-থোইবী তাখোনে
পুক্কবগী রাবদি নিনি ছন্নীতগীনে ॥ ৬ ॥

---

দারুণ বসন্ত যত দুখ দেল........ ......

তম্থিরবা বসন্ত মানা পিবা অন্নাবা
হরি মায়থোং উবদা লোইনা লাপ্না মাঙখ্রেবা।
থম্মোইমুংনা ঐহাকী পামজবদি পুম্বদো
চান্বীবনা হরিনা পুন্নমক্তি থুংলেদো ॥
প্রেম্গী থাগোন্ ফংবদা হন্নাও তুজুংলক্য়িদো
চীন্বান্ চূপ্পীরক্পদা খাইন-মৈচাক কোক্য়িদো ॥
হায়জৈ বিদ্যাপতিনা লৈত্রে হৌজিক আধিদো
হীদাক চূম্না থারদা লৈরোই কৈছু ব্যাধিদো ॥৭॥

---

চিরদিন সো বিহি ভেল অনুকুল................

মতম কুইর মতুংদা বিধি মমায় ওন্সল্লে
মায়থোং অনী য়েংনর মায়থোং অনী লাংতক্লে ॥
পান্থোম্ পান্থোম্ তিংথোক্ল মহৈ মহৈ পায়নরে
চীন্গা চীন্গা চীল্লোক্ল চীন্বান্ চীন্বান্ থম্নরে ॥
মদন্ খুজিন্-থৌরাংনা দেহে অনী নীক্লরে
তুম্ফম্ কাদা অমুকহন্ কিঙ্কিনীনা খোঙ্থোক্লে ॥
হংজৈ বিদ্যাপতিনা করি অমুক হায়গনি
লৈনরিবা প্রেম্দা ইন্ শান্নরিবা অনীনি ॥৮॥

---

দুহু রসময় তনু গুণে নহি ওর·················
রস-তনু অনীনি গুনগী ওমথৈ লৈত্তেদা
মথোয় অনী তিনবদি কায়বা খক্তি লৈত্তেদা ॥
মওং কয়া কয়াদা কনা খাওবি ভৌদবা
কায়হনবা অনীবু ওযদে কনা কায়হনবা ॥
মালেম্ মুমুথাঙ্ খুদিংদা চঙ্ খ্রনবু শিরুরে
লাইজ-শঙ্গোম মায়না ষুংশিনবা উনরে ॥
কনাগুম্বা অমনা মৈথক্তবু খমচ্চুনা
লাইজ-শঙ্গোম খায়দোকপা চৈনা ওৎল হোৎনৈনা ॥
লাইজ মাগী রাবনা শঙ্গোম শোঁর পাখৎচৈ
লাইজ খাইন-মৈচাক্ মৈম্মুংদবু চোংখজৈ।
মতাঙ্ অদু য়েবকাল্ লাইজ চাইশন্বীরদি
খাইন-মৈচাক শঙ্গোমগী শোয়দে হেক্তা কোক্পদি।
হায়রে বিদ্যাপতিনা প্রেমদা অসি মকোক্নি
রাধা মাধব্ অনীগী প্রেমমু অতুগুম্বনি ॥৯॥

---

## প্রার্থনা

তাতল সৈকতে বারিবন্দু সম···············
চাক্ন লৈঙোই সেকতাদা তাবা ঈরিক্ পাংখক্নি।
ইচা ইরুপ মুশীলক্ পুখরবা ঐহাক্নি ॥
নহাকপুনে কাউথোক্ন কৎলে ইশা মথোয়দা।
হৌজিক কবি উপায়দি লৈরি ঐগী হায়মুদা।
মাধব্ ঐগী পোলোয়দি নিরাশানা ওইরেদো।
জগৎতারণ নহাক্নী চান্‌বীহৈদা তোন্‌বদা,
মরমচুনা নঙোন্দা ভরসাবু ভৌজৈদো।
পুন্সি তংখাই হৌখরে তুমথোক্নুনা লৈরুরে।
অঙাং অহল ওইরকডৈ মতম কয়া হৌখরে ॥
রতিকেলি ইরাংদা ঙাওনা শুঙ্ঙাইথোক্নরে।
নংগী ভজন্ ভৌবদি করম্ কান্দা ওইদৌরে ॥
মকোক মরি লোঙ্জবা ব্রহ্মা কয়া শিরেদো।
নহাকীদি হৌরককম্ অরোয়বসু নাইদেদো ॥

নংঙোম্বগী খোক্লগা নংঙোম্মুক হক্তিন্‌বা।
ঈপাকবু ঈথকা তৌবগুন্না মাম্নৈবা॥
হায়জে বিদ্যাপতিনা পোলোয় যম্মু কিবদা॥
নহাক্তবু নঙনা গতি অমা লৈতেদা॥
আদি আদি-নত্তবৈ, মপূ ওইদা হায়বদায়।
তাইবং-ঈপাক লান্‌বীবা নখৌনিবু হায়বদায়॥১০॥

---

তনে যতেক ধন পাপে বাটোরনু……………

কম্না নোম্ন পাপ্তৌনা তান্‌জরুবা লন্‌শিংদো।
ইমুং মমুং মীশিংনা তিল্ল চাথোক্‌পীরেদো॥
শিরমদাইগী মতমদা কনামতা হংদেদো।
তৌজরুবা কর্ম্মগা লোয়নচুনা চৎলিদা॥
হরি নখোঙ হিরেন্দা খুরুমজরি ঐহাক্লা।
নখোঙ অদু থাদোক্ল পাপ্‌কী ঈপাক অচৌবা,
করি উপায় তৌরগা লাম্নি ননাই ঐহাক্লা॥
পোক্‌পদগী ঐহাক্তো নখোঙ সেবা তৌরক্তি।
মথোক-কাবী যুবতী মখোয়বুদা খল্লক্লি॥
অমৃতবু থাদোক্ল হূরেন্ মাবু থক্লুরে।
সম্পদ্ ওইবা ঐগীদো বিপদ্ ওইনা থোক্লরে।
হায়জে বিদ্যাপতিনা নপুক্লীংদা শীংথাওদো।
ইচিন্‌-সিনা হায়রগা করি ওইনি হায়গেদো॥
পুন্সি য়াচংলক্‌পদা সেবা নিজৈ কনানা।
নখোঙ্ খুয়া তম্নবু য়েংজ কাওবা ঈকায়না॥১১॥

---

মাধব বহুত মিনতি করি তোয়………………

মাধব্ ঐনা নঙোন্দা য়াম্না নোম্না হঞ্জৎলি।
তুলসী থোইদিং লোয়ননা ঐগী দেহ কৎথোক্লৈ
ঐবু সুংশিবীগনি॥

---

ঐগী দোষ শীংথাবক্‌ কংলোই শুদ্দি মচেৎ 'মা
নংনা বিচার তৌবদা।
নংদি জগৎ মপুনি হায়হন্‌বদায় জগত্তা
( ঐহাক ) জগৎ-রাংমা লান্দ্রেদা।
মীওই শাওই পোক্লস্থ চেক্লা মপোক্‌ তস্থ
তীন্‌ কাঙ্‌ ওইনা পোক্লস্থ।
তৌজমন্‌বু চাদ্রুনা হন্‌জন্‌ হন্‌জন্‌ লাক্‌পদা
শীনৌ নখোঙ্‌ নীংবস্থ।।
হায়জৈ বিদ্যাপতিনা থরাই রাম্না রাজনা
টাইবং ইরেল্‌ লান্‌বদা
নখোঙ্‌ থম্বাল কোণ্‌জগে তোল্লবগী মরূপলোই
নখোঙ্‌ কোন্‌বা শীনৌদা ॥১২॥

---

# শ্রীরামানন্দ রায় পদাবলী

## কলহান্তরিতা

### শ্রীরাধাগী উক্তি—শ্রীকৃষ্ণগী দূতীগী মফম্দা

পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গ ভেল..................

অহানবগী রাগদা মীৎকা মীৎকা চানৈদো
মুমীৎ খুদিং হেঙ্গৎলি হেঙ্গৎ-ওমৈথে লৈতেদো ॥
মাস্থু রমণ নক্লেদো ঐস্থু নৎত্রে রমণী
পুন্নীং-অনী কৃপ্নতক্ কান্না পুমতীন্ তোৎপনী ॥
হাদা সখি ইতারোই মুংশি-ৱারী পুম্বসে
কানু মফম্ তন্মুচো কাউগনুকো হায়রিসে ॥
দূতী কনা খিরুদে খিরুদ্রেদো অতৈদী
ময়াগ লেপ্পী মদন্না ঐখোয়নীগী মিলন্দি ॥
মায়ওনপ্রবা মহাকী হৌজিক নংনা দূতীনি।
অফবদি নিপাগী মুংশি-লীচৎ অসিনি ॥
মতৌ অস্থুম হেঙ্গৎলী দুর্জ্জয়মান্দি, নিংথৌনা
কবি রামানন্দ রায় হায়জে মতৌ অস্থুন্না ॥

---

কলহ+অন্তরিতা। কলহদগী (খৎনবদগী) অন্তরিতা (লাপ্পবা) ওইবী নায়িকা হায়বনী। অসুম্না নায়রগা কোম্‌হংদা মথবাই চাকচবী নায়িকানি। মাম কয়া ভোথিহনা নাথকপু শাউরগা লোব অমা পীখনুনা নায়কপু লাক্না ভাকোকৃগা "আঃ করিগীদমক ঐনা মমম লৈতবা মপ্লাল অমা পীখনুনা টৈক্লবে, করিগীদমক মফম অতোপ্পা অমদা চৎপীরো হায়রবে" হায়না অহম্না ভুংদা মুংনাংজবী মুশীকু কলহান্তরিতা নায়িকা কৌরি।
অম তৌবদা রাধা মান অহুবু দুর্জ্জয়মান কৌরি।

## গুণরাজ খান পদাবলী

### শ্রীকৃষ্ণগী বংশী ধ্বনি

বৃন্দাবন মাঝে যবে বংশী নাদ পুরে ...............

বৃন্দাবনগী মঙ্গুংদা বংশী খোজেল্ নিন্‌বদা
মতম চাবা চাদবা শাংলি লৈরাং পামেন্দা ।।
শন্নাও-শিংগা লোয়নবা লাকপ্পি বেণু খোংদুনা
গোকুল্-তাবী মুজাগী থম্মোইবুদি হুদুনা ।।
যমুনাগী তোর্ব্বান্দা বাঁশীখোংবা মতমদা
যমুনাগী ঈচেন্দি হঙ্গৎতুনা চেল্লিদা
নুঙ্‌কন্ লোইনা শৌদোকপ্পি বংশীনাদ তাবদা
বংশী খোজেল্ তাবদা মুনি তোপ্প্ তোকপ্পিদা ।।
কদম্ মখোঙ্ মহাক্না বংশীনাদ-খোকপদা
তার ৰাহোং মাশাকন্ জগোই হরাও শাজৈদা ।।
বৃন্দাবন্দা লৈরম্বা উকং হায়বা পুম্বদো
বংশীনাদ তাবদা লৈপাল্-হৈপাল্লক্‌খিদো ।।
বৃন্দাবন্দি লম্‌সিদা লৈবা চেক্লা অপুম্বা
কৃষ্ণ মাগী বংশীনাদ পুক্নীং লোঙ্‌দ তাজৈবা ।। ১ ।।

---

### রাসদা শ্রীরাধাগী খেদ

কুবোল বাহির হৈল আমার বদনে ...............

খোন্দাথীবা ৰাহৈঙাক্ ইচিন্দগী খোক্‌থরে
নন্দনন্দন মহাক্না মন্নমদুনা থাদোক্রে ।।
হরি হরি করিগী ইথরাইনা চত্তেদা
গোবিন্দগী দর্শন্দি ফংল্লুদোবা মফম্‌দা ।।
ঙসি প্রাণনাথদো কনানবু হুপ্রবা
কপ্পা কপ্পা হায়জল্লি জগন্নাথ লাক্লোবা ।।
ইশোক্কীগি অবলা ইযুক্কিন্দ ৰাৎচৈদো
ঙা-ঙন্না ঙাঙ্‌বনা মহৈবুদি ফংলেদো ।।

চেতন্-মাঙ্বী গোপীনা অসি হায়না কপ্লীদো ।
শ্যামল্-স্থন্দর্ কৃষ্ণবু মবুক্তবু খঞ্জেদো ॥ ২ ॥

---

## বিরহিনী গোপীশিংগী বনভ্রমণ

ই বিরহে বুলে সকল গোপিনী ........ ......

কাঙ্গাই কায়নরবদা কোয়না চৎলি গোপীশিং
তাঞ্জাদুদা তারক্খি খোংলক্পদি কোকিল্শিং ॥
কৃষ্ণ-কায়ন মৈচাক্লা চেতন্ মাঙজৈ গোপীনা
বজ্র-তাবা খোম্হোক্লম্ নাকোঙদবু তাখিনা ॥
শোল্ল শোল্ল জৈমিনি, গোপীশিংনা নিংশিংজৈ
গোপীশিংনা মনাকোং মখূৎনীনা মেন্শন্জৈ ॥
কোকিল্-খোনজেল্ তাবদা বজ্র তাবোই নিংখিদা
মতম অসিমক্তদা চাতক্-খোঞ্জেল তাখিদা ॥
মায়কৈ মরি চাতক্লা পিউ পিউ খোংলেদো
মদু তার গোপীশিং থরাই পুবা ঙমদেদো ॥
কৃষ্ণ-কায়ন-মৈম্মুংদা গোপীপুম্বা লুপ্চখি
কৃষ্ণবেশ শেৎচল্ল মাগী লীলা শান্নখি ॥ ৩ ॥

---

নি অমগী মমিংনি । মমিং আগ শোয়খদি বজ্রগী অকিবা কোকনি হায়দৈন ।

# মুরারিগুপ্ত পদাবলী

শচীর আঙিনা মাঝে ভুবনমোহন সাজে·· ·········

শচীদেবী সুম্বাঙ্ৰা ভুবনমোহন লৈতেংদা
গোরা চৎলে শন্শানা।
শচী-খুদোল্ পায়দুনা কালি কালি চৎলিনা
ভুইদা খুদি থিদুনা।।
কৈগী খুজিল ওক্ত শি মবুক তাওরি তিল্লাংদা
নোংথাং-মোমোন্-মায়খোংনি।
অঙ্গ-পুম্বা উকুল্ থাং মমা করম্ থাঙ্গনি
মথাকোন্দা লৌখৎলী।।
কপ্লদুনা মমাগী মথাদগী কূম্থজৈ
অমুক হন্না লৈওল্লি।।
নোঙ্কা হায়জৈ মুরারি থাকোন্-অঙাং নত্তেংসি
গৌরহরি লম্বোইনী।। ১।।

---

## গৌরাঙ্গগী রূপ বর্ণন

গদাধর অঙ্গে পহুঁ অঙ্গ মিলাইয়া ··········

গদাধর অঙ্গদা প্রভু অঙ্গ ঙাদুনা
বৃন্দাবনগী গুণগান শকয়ি পুক্নীং লুপ্তুনা।
অমুক্ কপ্ল অমুক নোক্ মপান্ ইরাং খঙদেদো
রাধা ভাব্তা পুক্নীংলাঙ্ নিংশিংজৈদা গোকুল্দো।
কাম কোটি ওম্জনা শকওং শাবান্জবনী
থাজ কোটি কয়ানা মায়খোং য়েংল কপ্লনী।।
অনীসিগী রসদা মরোল অহুম পেংচৈদো
করি মরাল্ লৈদুনা মুরারিনা ফংদেদো।। ২।।

---

# নরহরি সরকার পদাবলী

গৌরাঙ্গ নহিত কি মেনে হইত...............

গৌরাঙ্গবু নত্তনা করিনবু ওইগনি
কররবু কাগনি।
রাধাগীদি মহিমা প্রেম রস ঙমখৈদো
কনা জগৎ শন্দোক্লি ॥
মধুর্ বিপিন্গী মাধুরীদা চঙ্বগী
হৈবা-শিংবা মচিনি।
ব্রজগোপী ভাব্চংগী উৎপা ভক্তি মহাক্লা
কনা অমা ঙমগনি ॥
শকউ হয়-হয়দা গৌরাঙ্গগী মগুণ্ডো
পুক্চেল্ তিংন তিংনদা।
তাইবং ঈপাক্ অসিদা থৌজান্ হৈবা অসিগুম্
অতৈ অমা উদেদা ॥
গৌরাঙ্গবু শোল্লগা পুক্নীং অসি পেত্তেদা
কররবু হিংগবা।
নরহরি থম্মোইদি নুঙগয়বু শাবদি
কররবু শারিবা ॥ ১ ॥

## গোরারূপ

কি হেরিলাম গোরারূপ না যায় পাসরা ............

করিনোদা উরুবা গোরা শক্তো কাওঙমদে
কাজোলগুম্না ইমীত্তা গোরা শক্পু নপ্পদে ॥
লাইজম্নুংদা ঈরপ্পী গোরা উইদো মত্তুদা
মরোল অহুম্ গোরাঙাক্ গোরাঙাক্তা ঙায়রেদা ॥
গোরা-রূপ্তো হায়নৈদা অমৃতগী ঈপাক্তে
মুজা-পুক্নীং লুপরে ঈরোইবদি হৈত্তেনে ॥
হায়কৈ নরহরিনা নব অনুরাগদা
সনাকুচু গৌর-থা ঙাল্লি থমোই লকাদা ॥ ২ ॥

কি ভাবে গৌরাঙ্গ মোর ভাবিত থাকে……………

করি ভাব্ তা গৌরাঙ্গ মুণ্ডু নমু লৈরিবা।
ভাবাবেশ্ তা শ্রীকৃষ্ণকী রাধা হায়না কৌজৈবা॥
যমুনাবু শিংশিঙিও ভাগীরথী উবদা
লৈকোন অমা উরগা বৃন্দাবন্নি খল্লিদা॥
মরূপশিংগা লোয়ননা প্রভু শাজৈ কয়া রং১।
বাঁশী বাঁশী হায়দুনা কৌরি ওইনা ত্রিভঙ্গ॥
রাধা ভাব-তা চঙ্ডুনা গদাধর্ দা রাভাও্ খি॥
শ্রীকৃষ্ণনা পণ্ডিত্ কী মায়থোং ওন্সন্ য়েংজখি।
ভাব্ তু খঙ্ না গদাধর ওইগী মায়কৈ লৈজখি
নরহরি দাসনা খঙদে রস শোন্জখি।৩॥

---

মরম কহিব সজনি কায়…………

পুরীং বাসে কনাদা হায়নি হায়রু ইতারোয়
ইপুক কাঙ্সি কনাদা।
লেয়া কথা অনীদা য়েংথোক্খিবা মায়কৈদা
উইদা গৌর রায়চুদা॥
থমোই-পুল্লি জাগর্ দা গৌরাঙ্গনা চঙ্প্রেদা
লোইনা গৌর শক্লোরে।
ইমীৎ অনীসিডনা কয়া রাঙ্গা উগনি
ইমীৎ লন্দা পামজরে।
শ্রীকল্পতরু গৌরাঙ্গ চৎলে চৎনা গৌরাঙ্গ
(ইতা) কৈনো অমা মত্তোরে॥
লোংলোয়ঙ্গা য়েংবা গৌরাঙ্গদা মরৈদা
মভম্ পুথা গৌর উই।
হায়জৈ নরহরিনা গৌরাঙ্গগী চরনদো
থমোইদুংদা পুন্থা উই॥৪॥

---

১। মঙং মরুং শায়বা (রঙ্গ)

সোনার বরণ গৌর সুন্দর..............

সনা-কুচু-হেজবা গৌরসুন্দর শকহেন্‌বা
ভাইকেৎ ভাইগ্রে হকচাংদো।
ইংথম্বদা কিবগুম্ তোয়না তোয়না লিকুয়িবা
মাঙ্‌গী প্রেম্ খল্লিদো॥
করিমতা হায়দোক্তে সুংগা সোর শাংঙিদো
চেদা রেক্‌পা লাইনিদা।
মীৎলু অনী কাওনবু পীরাং শিম্বরকরিদো
মন্দাকিনী ঈচেন্দা॥
হমাংনবু চোৎখরে কলেবর, অপুম্বা
খণ্ডদে করি মৈশানো।
ঈশৈ শকয়ি মরক্তা মরক্তমুক কয়ীদো
লোল্লী করি চোইরোম্নো॥
হায়জৈ নরহরিনা ঐগী গৌরহরিসে
ভিখারীগী মীৎয়েংনি।
হরি হরি শোল্লিদো পাম্বোম অনী থাজথলী
মর্ম্ম কনা খঙগনি॥ ৫॥

---

১। হকচাং।

# বাসুদেব ঘোষ পদাবলী

## শয়ন

শুতিয়াছে গোরাচাঁদ শয়ন মন্দিরে················

চেপ্‌খয়েদো গোরাচাঁদ শয়ন্‌-মন্দির্‌ মমুংদা
লৈরোং-হকুপা কাংথোন্‌গী শয্যা পুক্লীং হুক্কেদা ॥
ভাবাবেশ-তা ঈপন্‌-পম্‌ নটগোরা দেহেদো
করি হায়নি অঙ্গী শোভা তম্বা থোক্কেদো ॥
নোংলক্‌-নোংথাং চুমগা মতম কয়া তৌদুনা
রস অমুক কয়া হাপ্‌ শায়কুপনি বিধিনা ॥
পুক্লীং হুবা শয্যানি লৈরোং-লোন্‌বা মোন্দুমে
বাসুদেব ঘোষনা পুক্লীং হরাও য়েংজেনে ॥ ১ ॥

## কুঞ্জভঙ্গ

উঠ উঠ গোরাচাঁদ নিশি পোহাইল··············

হৌরো হৌরো গোরাচাঁদ অহিং অসি নোংথারে
নদীয়াগী মী পুম্বা য়াহৌরগা থোরক্রে ॥
কোকিলাগী কুহুখোন্‌ পুক্লীং-হুবা খোঞ্জেম্নি
কয়া অমুক তুম্লিবা হা গোরা গুণমণি ॥
অরুন[১] উদয়[২] ওইরেনে থম্বাল্‌ লৈরাং শাথলেদা
মায়হীং কাবা থাজনা থমো লৈকম্‌ থারেদা ॥
বাসুদেব ঘোষনা হায়জৈ পুক্লীং হরাওনা
কয়া কুইনা তুমগেগে গোরা সুংশি-তন্‌জানা ॥ ২ ॥

## ফাগুখেলা

দেখ দেখ ঋতুরাজ সময়ে················

য়েংঙু য়েংঙু ঋতুরাজ বসন্তগী মতমদা
লম্বাশিংগা লোয়নমা গৌরাঙ্গনা শাদৈদা ॥

---

১। সুর্যীৎ। ২। থোকপা।

কাণ্ড শাদৈ পোয়ানা নদীয়াদি নগর্দা
যুবতীগী থম্মোইদু মীৎকী ভেল্লা চুক্লৈদা॥
সখাশিংনা তিন্নর কাণ্ড খন্নি গোয়াদা
কুঙ্কুম্ পিচ্কা, পায়দুনা কোয়চেল্ চেল্লী মতুংদা॥
যন্ত্র মঙ্গল্ মথেন্দি খোন্দিন্নহন্ শ্রীবাস্না
গদাধরখোয়গবু বিলাস্ তৌয়ি লোয়ননা॥
পাম্বোম বাংখৎ হরিদাস্ হরি শোল্ল্ জগোই শাই
বাসুদেব ঘোষনা রস অসি কোংদোকচৈ॥ ৩॥

## রূপানুরাগ

াজু মুই কি দেখিলুঁ গোরা নটরায়·············

ওসি ঐহাক করি উই নটরাজা গোয়াদো
গোয়াগীবু মহিমা লাক্তম্ কাণ্ডম্ ওমদেদো॥
করম্ শাজৈ বিধিনা রস কয়া হাপ্পনা
য়াশি লৈদা গোরা হক্, সনাহিংবা ওমজনা॥
থাজ চামা ওম্জবা মাগী মায়খোং থম্বান্নি
মীৎস্না থম্বাল অনিনা সুজা থম্মোই চুবনি॥
গৌর শক্লা সুম্হৎল হায়জৈ বাসু ঘোষনা
সুরধুনী তোর্ব্বান্দা গোয়াচাঁদনা ওাল্লিনা॥ ৪॥

চয় চিকুর চারু ভালে··············

খোইখোইরবা শন্নাংনি নিংথিজবা লাইবক্নি
কোয়শল্লগা শিরিবা মাল্তীগী মালানি॥
মচুদমুক থেৎলিদো ম্বাহোংগীদি মতুনা
উনা য়াওবা লৈয়াংগী উশাবুদি থেৎলিনা॥
অয়িক্পদি সনাবু ওম্জরিবা অজনি
থাংদা খোল্বা খাংচেত্তো কজরবা খাংচের্থান॥
চন্দন্ তিলক্ থিন্দুনা লৈতেংলিদো লাইবক্তা

১ পিচ্কারী। ২। বক্ষাং।

বনমালা অমুনা থুংকউ মৌনা চোক্ষেনা ॥
নটবর বেশদি গোরাচাঁদ্‌না থোক্লিদো
মুঙ্গা শাগে থিবিকী অকা-নাংবু ওইরিদো ॥
মহু উজরুরগা কপ্‌চৈ বাসুদেবনা
খরাই ঐগী পাংখৎপা কাজন্‌ববু ওমজেনা ॥ ৫ ॥

---

না জানি কি জানি মোর ভেল..............

থওজে কৈনো ঐহাকপু করিনোদা ওইরিসে
গৌরগুণ্‌বু খনবদা ঐগী দেহে চৎথ্রেসে ॥
গোরাগুণ্‌বু নিংশিংল উরি-উপাল কল্লীদো ॥
মাগী মগুণ্‌ নিংশিংল উমংলাইনা কল্লীদো ॥
গোরা মগুণ্‌ নিংশিংল নুংগন্‌ মাসু পেৎলিদা
মগুণ অছু নিংশিংল লৈত্রে যুমদা অমতা ॥
মগুণ্‌ অছু নিংশিংল বাসুদেব কল্লীদো
গুণা কল্লী শা-উচেক্‌ তপ্‌থববু য়াদেদো ॥ ৬ ॥

---

রূপোৎগার

শয়ন মন্দিরে হাম শুতিয়া আছিলুঁ.. .........

চুম্ফম্‌ কাদা লৈরম্মী ঐহাক অদো তুমহুনা
ওদি অহিং মংলান্দা মৌরাজবু উথিনা ॥
মহুদগী খরাইসে চাত্রে ইতা তাখোদা
গোরা রূপো নিংশিংলে অহিং-সুংখিল অনীদা ॥
ইতা গোরা শোন্দুনা খঙ্খোই মতাম্‌ তৌরেনে
ইকি-ইরোল্‌ পীরাংনা পুমচোৎপুদি চোৎলেনে ॥
অসুবনা বকোৎলে হাযন-জান যাদেদা
গোরাভাব্‌পু নিংশিংল বাসুঘোষ্‌না শরুক্রৈদ ॥ ৭ ॥

## শ্রীগৌরাঙ্গগী অনুরাগদা

নিরবধি মোর মনে গোরারূপ লাগিয়াছে…… · ………

ইভৎ তৎত পুরীংদা গোরারূপ্ ঙাক্ ঙায়রেনে
হায়য়ু সখি কৈদৌনি।
গোরা শক্তো উদ্রগা থম্মোই অসি মকায়দো
থরাই মাপান্ থোক্নিংঙি।
হায়য়ু সখি লৌশিংদো।
ইকু-ইনেম্ য়ুমুম্ব ইবুক্সিদা কিদরে
গোরাইদমক্১ শিগেদা॥
ছুংঙাই পুম্বা থাদোক্লে শাগৈ রাখল্ তোক্থোক্লে
গোরা নত্ত করি লৈ।
পীরাং শিংহৈ তৎতনা তাওনে ইতা চান্নবী
বাসু করি হায়দৌ লৈ। ৮॥

---

গৌরীদাস সঙ্গে কৃষ্ণ কথা রঙ্গে……… ……

গৌরীদাস্কা লোয়ননা কৃষ্ণকথা হরাও শা
কয়ে গৌরহরিনা।
ভাব্‌তা থম্মোই লুপ্‌খিদো তোয়না তোয়না কোয়েদো
ঙকা ঙকা কোয়েনা॥
তৌর ভাব-সম্বরণ্১ প্রভুহুবু কম্‌হয়
য়ুমদৈ২ গৌরীদাসনা
লৈহাও পরেং পুরক্ল মতমদুদা থঙ্‌হৌদ
হুকখি ঙক্তা ইরেম্না॥
লৈহাও পরেং অদুবু হন্না হন্না য়েংখিদা
গৌর-রায়দি ঐগীনা।
রাধিকাগী কুচুবু নিংশিংলকখি গৌরনা
প্রেমগী থারা চেঙ্খিনা॥

---

১। গোরাগীদমক।

১। হায়া পুরুবা ভাব অদু হন্দোকপা। ২। য়ুমদা।

ঙাঙ্.বীরকরি প্রভুনা ঙাওনে গৌরীদাস-ও
নিংশিংলক্লে রাধামো।
মায়ঠৈ বাসুঘোষনা রস ভুংবী রাধানী
য়েংনিংকম্দি থোকয়িদো॥ ৯ ॥

---

## অভিসারানুরাগ

রোই রোই জপে গোরা কৃষ্ণনাম মধু…… ………

কপ্শোন্ শোল্লি গোরানা কৃষ্ণ-কোলোই-খোইহীদো।
অমৃতদি খিক্কুম্মী লূজরবা থাজদো॥
কংদে মাগী চোয়োন্দো নিংল শিব বিধিনা।
সঙ্গপুম্বা থাদোক্লা উখোঙ্দবু কম্মীনা॥
সুংঙাইপুম্বা থাদোক্লা ইচোক্-চোক্থৈ অঙ্গদো।
সনাকুচু অঙ্গদো ভাবকী লৈতেং ওইখিদো॥
উর মীদি পুম্বনা ইভৎ ভৎত কপ্লিনে।
বাসুদেব ঘোষগী থম্মোই কাঙম্দরেনে॥ ১০ ॥

## ঝুলন লীলা

দেখত ঝুলত গৌরচন্দ্র………………

য়েংঙু ঝুলন্ তোংলেনে গৌরচন্দ্র প্রভুনা
দ্বিজমণি১ শক্হেন্বা।
বিধিগীদি য়োরবা চাংদম্-রাবা শক্লিদো
মৈয়িক-সনা ঙম্জৈবা॥
থৌরী পান্দোং শাম্মরী ভক্ত অচান্ শিংদুনা
গৌরাঙ্গবু কোয়শিল্লা।
সুংঙাইবনা ভৎভনা জৈ জৈ রব লাউবনা
নদীয়াদো ঙাওরেনা॥
মীৎম্না অনি থম্বানি মায়থোং অচু মূজৈদো
শরৎথাবু ঙমজনা।

---

১। ব্রাহ্মণ মচাক্না ময়ি ওইরিবা গৌরাঙ্গ।

নগরবাসী অপুবা          চেনি মাথওন্ মাঙনা
হরিধ্বনি তাহুনা ॥
কলি যুগ থন্থনি          গোরা নোংঙখীরক্লে,
সুরধুনী, থন্থনে ।
গোরাচাঁদ নঙনা          অতৈ অমা নিংদরে
বাসু ঘোষ্‌না হায়জেনে ॥ ১১ ॥

## শ্রীগৌরাঙ্গগী সন্ন্যাস লীলা

বিষ্ণুপ্রিয়া সঙ্গিনীরে পাইয়া বিরলে...............

বিষ্ণুপ্রিয়া চীক্লদা লোয়নবীবু কংহুনা
লাংতক্লবা থম্মোইদা হিক্লা হিক্লা হায়জেনা ॥
ঙসি কৈনো নদীয়া খোয়জংদবোই তৌয়িদা
হকচাং খঙ্‌দে নুংঙাইফম্ মীৎলু পীরাং শিস্তেদা ॥
য়েৎকী অঙ্গ চোংঙিদ চোংঙি য়েৎকী মীৎমুনে
তাথোক্‌থরে কেন্দুনা নাগী নৈতেং নাইয়ে ॥
সুরধুনী তোর্ববান্দা উরি-উপাল মোৎতায়রে
খোইমু খোইহী থক্তরে উনা-রানা কংখরে ॥
করিগীনো লেপ্‌খিবা জাহ্নবীগী, থারানা
কোকিল খোংবা তোক্‌থরে লোন্দি থোক্তবগুম্না ॥
বাসুগীদি থমুংদা নৈরে কিবা অমদি
নবদ্বীপ, থাগত্রা গোরা দ্বিজরাজদি ॥ ১২ ॥

---

পাগলিনী বিষ্ণুপ্রিয়া ভিজা বস্ত্র চুলে...............

বিষ্ণুপ্রিয়া ঙাওরবী থাঙচেৎ শম্লাং চোৎনদা
হাথু হাথু য়ুমুয়োরক্ মনেম্বোক্তা তমজৈদা ॥
কপ্‌মনবনা চমম্না করিমতা হায়ঙম্‌দে
হংঙি শচীমাতানা কৈনো অসূক রাবদে ॥
হায়জে বিষ্ণুপ্রিয়ানা করি হায়নি অপোক্‌পী
মায়কৈ মরি অমঙ্গল থরাই নীক্‌চৈ অপোক্‌পী ॥

---

১। অবতার তৌখিরয়ে। ২। গঙ্গা। ৩। গঙ্গাগী।

তাশ্রে ইশ্লবথবা ঐগী নাতোন্-লৈত্তেংলো
কায়রগনি লাইবকসে নোংমৈ শিংজং তানিদো ॥
হন্‌জন্ হন্‌জন্ কপ্লে প্রাণ্ চোংতি য়েংকী মীৎতিনে
মায়কৈ য়েত্তা উঁজেদো তাওজশিলগুম্ তোয়ননে ॥
কম্না হায়জৈ বাঙ্খোব্ করি হায়নি সর্তী-ও
নবদ্বীপ্ খাদোক্লী ওসি প্রাণ-পতিদো ॥ ১৩ ॥

কাঁদে দেবী বিষ্ণুপ্রিয়া নিজ অঙ্গ আছাড়িয়া..........

কপ্‌চৈ বিষ্ণুপ্রিয়ানা মশা অহু হাইথুর
লৈপাক্‌থক্তা ওম্বোইনা ।
নাথ কৈনো নত্তোসে লেংশ্রে তাউহন্ ঈপাক্তা
কপ্না কপ্না তেংথাইনা ॥
ইয়ুম ইমা খাদোক্ল ঐবু মপু পাল্‌হন্দ
কনাই য়ানা লম্বোইদা ।
জানকীগা লোয়ননা রঘুনাথ বনবাস্
তৌখি তায়দো বেদদা ॥
খায়না নন্দনন্দনা গোপী পুম্না খাদোক্ল
মধুপুর চৎখিদো
উদ্ধব্ মাবু থাহুনা মরা মপাও তম্‌হল্ল
কপ্‌খি থরাই পুম্বদো ।
মায়খোং থাজ উরম্বোয় নখোও সেবা কংলরোয়
সুখবিলাস্ তৌররোয় ।
দেহ অসি গঙ্গা চং নও্বু শরণ্, তৌজগে
বাস্থই, আশা থুংলরোয় ॥ ১৪ ॥

পড়িয়া ধরনীতলে শোকে শচী কাঁদি বলে............

মালেম্ থক্তা লৈওল্লী য়ানা শচী কপ্‌শোল্লী
বিধি-খুম্নো তম্‌খিদো ।
রত্তন্ মন্নাইদবদি হুশ্রে বিধি কনাদি
শরাণ পুক্কুল্ পৌয়দো ।।

১। লংজবা। ২। বাস্থই।

পাম্বোম-কাবী থুজিন্থ গৌর-কণ্ঠ মালাদু
সনা কূপ্না শাইট্টুন্থ ।
লোয়্ইনমক্তো তাহৌরে গৌর প্রভু থাবোক্রে
কাম্নদ্রেদা হিংনরু ॥
লোইনা থাগ্রে গৌরনা নদীয়াদি মল্লেনা
থরাই থম্নী মাংকোক্তা ।
লাইনিংবীবু শার চৎ গৌর-কংনা-মকম্ চৎ
মঙক্ কোম্ন কপ্ কেদা ॥
গৌর-পীবা খীচুদা ইমন লোৎ য়োম্‌লেদা
ওইগে মাগী নাইথাংদি ।
হায়জৈ বাসুঘোষনা শচী কপ্নি কৈজোনা
( জীবগীবু ) পোক্‌থিবনী নিমাইদি ॥ ১৫ ॥

---

গৌরাঙ্গে সন্ন্যাস দিয়া ভারতী কাঁদিলা............

গৌরাঙ্গদা সন্ন্যাস পী ভারতীনা কপ্লক্‌রি ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নাম্ নিমাইদবু পীরক্‌রি ॥
প্রভু হায়জৈ গুরুদা ঐগী নীংবা থুংহল্লো
মতি, লৈবা কৃষ্ণদা আশিষ্ অসি কংহল্লো ॥
ভারতীনা কপ্পা হায় ঐগী গুরু নহাক্নী
কৃষ্ণ উইদো ঐহাক্তি করি আশিষ্ পীগনী ।
মালেম্ গুম্বী নহাক্তি নাটশিংগী গুরুনি
লৌকিক্ মানবু, ওয়বা গুরু গুরু হায়বনি ॥
ঐগা সন্ন্যাস্ ওসিদি মহৈ য়ান্বা ওইরেদো
হায়জৈ বাসুদেবনা উরে নখোঙ্ থম্বান্দো ॥ ১৬ ॥

---

প্রভুর মুণ্ডন দেখি কান্দে যত পশু পাখী..............

প্রভু-শম্‌কোক্ উবদা পশু পক্ষী কপ্লিদা
কপ্পী মীদি পুম্বনা ।

১। পুরীত বিংগনুবা । ২। মীয়াবগী য়েনবা ।

শজোম্‌ থক্তে, শন্নাওনা শক্তিক উয়ে শনুথীনা
গৌর মায়খোং য়েং, লৈদা ॥
চন্ন্‌ লেন্নী মীপুম্বা গৌর মায়খোং য়েংজৈবা
রাগী মচেৎ শাঙ্‌নদে।
মীৎন্নু অনী পীয়াংচেল্‌ গৌর-মায়খোং শংত্রিক য়েং
উখোংগুম্মী লোইনদে।
ডোর কৌপীন খোল্লুনা মকোক মুণ্ডম্‌ কোক্তুনা
মায়া থাদোক্ক লখোইরে।
কম্মী হয়াও তয়াংনা খুত্তা করঙ্‌ পায়রুনা
ভোল্লি প্রভু হায়জেয়ে ॥
বৈষ্ণব্‌ মকোক নখোয়নী আশীর্ব্বাদ্‌তি ভৌবিনী
নথুৎ অনী কোক্‌ পায়না।
তৌজরুয়ে সন্ন্যাস তৌবিগনু উপহাস,
( ব্রজ চৎল ) ব্রজনাথ ফংগেনা ॥
অসুম হায়না গোরানা নোংথক্‌ য়েংগ্নি প্রেম্‌দৌনা
ব্রজ কদায় কৌ কপ্পী।
রাঢ়দেশ্‌তা প্রভু কোয় নিত্যানন্দ থৌগল্‌ ওয়
বাসু খোল্লুহৌ মকপ্পী ॥ ১৭ ॥

## শান্তিপুরদা মিলন

হাদে গো মালিনী সই চল দেখি যাই...............

য়েংঙো ইতা মালিনী য়েংঙ্‌সিনে লাক্লোদা
নিত্যাই তয়ে নিমাইদো লৈরে অদ্বৈতগীদা।
খোই-খোই-শন্নাং কোক্‌পদু করম হায়না য়েংসিগে
চৎলোই অদ্বৈতগীদা গঙ্গাসুংদা চোংসন্‌গে ॥
অসুম্‌ হায়না শচীমা থরাই শোন্না-শোন্নদা
শান্তিপুর মায়কৈ পাং চেন্নী নিমাই হায়নদা ॥
চেন্‌খ্রে মীদি অপুম্বা গৌরাঙ্গবু য়েংনবা
বাসুদেব লোয়ননা কপ্পা কপ্পা চৎচৈবা ॥ ১৮ ॥

হেদে রে নদীয়ার চাঁদ বাছারে নিমাই..............

নদীয়াগী থাক-ও ইমাই'বুঙো নিমাই-ও
লাইবকথীবী নমাগী কনামতা লৈতেক্লো ।।
রাবৈসিগা শচীনা গৌর শুক্‌পু কোল্লম্মী
মায়খোং থম্বাল্ সুংশিনা শচীনবু চুপ্লম্মী ।।
নমা ঐদি হমুরে ঐবু লংশেক্লগা
বিষ্ণুপ্রিয়া থনয়ে ইংকশম্‌দা য়াল্লগা ।।
নংগীদমক্ কপ্লিনে নদীয়াগী মীপুম্বা
য়ুমদা চৎসি লাক্লোনে অরাবদি কোল্লথা ।।
নিত্যানন্দ শ্রীবাস সিনচিংবা ভক্তদো
মখোয়গবু লোইননা তৌররোদা কীর্ত্তন্দো ।।
হরিদাস মুরারি চুগা বাসু মুকুন্দ
মখোয়সিবু থাদোক্ল কদৌ লৌরি সন্ন্যাস্তো ।।
থোক্‌খিবগী থোক্‌খরে হৌজিক চৎসি হল্লসি
যজ্ঞসূত্র হয়মুক্ ব্রাহ্মণ কৌর থাংল্লুসি ॥
হায়জৈ বাসু ঘোষনা হক্লচবা তাবিসি
গুণমণি গৌরাঙ্গ নদ্যা অমুক্ হল্লসি ॥ ১৯ ॥

---

শুনিয়া মায়ের বাণী কহে প্রভু গুণমণি..............

মমাবেম্মা য়াথং তা খুমজৈ গুণী প্রভুনা
তাউকো ইমা ঐগী রা ।
মপোক্ মপোক্ ইমা ওই ঐনা নংগী নচানি
বিধি মানা য়েক্লবা ॥
পিথি গ্রন্থ-পোক্‌পীনা মচাদবু বৈরাগ্য
চক্রপাণি, নিংজখি ।
রাম্বা ভোগ্‌পু থাদোক্লা রানা কোয়খি উমংদা
কৌশল্যানা কপ্‌লেন্‌খি ॥
মমৈদমুক্ দ্বাপুর্‌দা কৃষ্ণ চৎখি মথুপুর
য়ুম্‌দা নন্দ-রাণীনা ।
লোইনমকী মতৌয়ি রাসি হোংবা লৈতেক্লা
কৈদৌ রাম্মি ইমানা ॥

---

১। জগন্নাথবা নারায়ণ।

বিধাতানা তখবু কল্লি মহু কনাণা
মসি খঙনা পূকখেন্মু।
কৃষ্ণনিংবা মচিনে সংসার কৈহু লৈরোই
লন্‌কোক খুঙম মতম্মু॥
নহাক্লবু কল্লদি কৌরবদি লাকনি
মংনা য়োক্‌পা হকচাংনে।
আশিব্‌, পীয়ু ঐঙোন্দা চংলগেদা নীলাচল্‌
কাজল্লোদা নপূক্লে॥
প্রভু স্তুতি তৌরকপি শচী ভুমিন্ লৈরম্মী
পীরাং শিঙ্হে মীৎলূদা।
হায়জৈ বাসু গৌরদা হজচ্চরি ননাইনা
অমুক হপ্পি নতাদা॥ ২০॥

---

## গম্ভীরাদা শ্রীগৌরাঙ্গ

স্বরূপের ধরি গোরা যায়............

স্বরূপবু কোল্লগা চংলি গোরা প্রভুনা
খীনা চৈদা শ্যাম্ কৃষ্ণ বন্ধুবাবু কৌহুনা॥
লৌনম্ চাওবা লম্পট, রতিচোর, অদুনা
করিনোদা তৌদবা অবাবদি কোঙ্গায়না।
শাগৈ-ইজ্জং পুরমক পুম্মাঙ্‌বুদি মাঙ্‌খরে
ইপুয়োইবা মহাক্লা মুমদা মৈবু চুখরে॥
মমৈদদি কালানা ঐহাকপুদি থাদোক্লে
চুপী অতৈ লোয়ননা কোল বিলাস্ তৌখরে॥
অঙুগীদি মতুংদা ঐনা করি ওইহোরে
অসুম্নবু শোম্বুনা চমম্মনা কপ্‌খরে॥
হায়জৈ বাসু ঘোষনা করি খঙ্‌নি ঐহাক্লা
মাবু কংগে কম্লিদো মহাক্লিদো নহাক্লা॥ ২১॥

---

১। অপোইবা লম ওইবা খুজম অহুম লক্য ওইমু।

২। চুপী পুরবদা পাবা ১মুং চুপী পুরবকপু মহা অহল খায়দদা পারিবা মিপা অমুম্ন লম্পট কৌরি। ৩। মুরলিজবা মী।

## নীলাচলদগী নবদ্বীপ

আওল নদীয়ার লোক গৌরাঙ্গ দেখিতে..... .........

লাক্লে নভ্যাবাসীশিং গৌরাঙ্গবু য়েংজবা
সুংঙাইবনা পাখৎল য়াদে খোঙ্‌বু থাংজবা ॥
কুইরবদা উচুনা গৌরাঙ্গগী মায়খোংদো
চরাম্নবা নোংইন্-মীৎ ঙাওচুনবু লৈখিদো ॥
হরাওবনা ভক্তশিং শুমহৎনবু য়েংজখি
চেন্‌শন্দুনা অপোক্‌পী গৌরাঙ্গবু কোন্‌জখি ॥
অশিবদি হকচাংনা থরাই অমুক্ কংগুয়ে
লৈরে গোরা নভ্যাদা বাসু ঘোষ শক্‌চরে ॥ ২২ ॥

## বিষ্ণুপ্রিয়াগী বিলাপ

সন্ন্যাসী হইয়া গেলা পুন যদি বাহুরিলা.................

লম্বোইদুনা লেংঙ্‌রে অমুক হয়া হল্লক্লে
লাক্লে নাথ নভ্যাদা।

ঐহাক্‌পুদি উহল্লে করি ইরে তৌজমন্
উনিংবনা কপ্‌চৈদা ॥

( হরি হরি ) গোরা অসুম্ ওইখ্রবা।
ময়াম পুম্বা সুংশিবা মুজা ঐবু হুন্দোকপা
অরা-ঈপাক্ থাধবা ॥

মথোক্কাবা কাল্‌সিদা খোই-খোই শয়াং কোক্‌খোক্‌পা
করি সিদ্ধি কংলবা।

ভারতীদো কনানো শাগুম্রবা পণ্ডিৎলা
গোরা সন্ন্যাস্ কংহন্‌বা

অক্রূরনা হেয়া কৈ পুখি নিংথৌ-য়াথং ইন্
মথুরাদা থমখিনা।

চৎখোক-চৎশীন্ নিতিগী পাওদি ইকাও কাওনৈয়ো
লম্‌লান্‌হনল্লে ভারুতীনা ॥

অসি হায়না প্রিয়ারা থম্মোই-চৈনা কণ্ডুনা
হায়দা মালেম্ চেকথারম্ম্ ।
থাম্ম হায়রৈ ভাবিয়ু লৈত্তে পাপী ঐগুদা
থমোই কায়রে খঙ্বিয়ু ॥ ২৩ ॥

## বস্থুরামানন্দগী পদাবলী

### নীলাচলদা শ্রীগৌরাঙ্গ

নাচয়ে চৈতন্য চিন্তামণি.............

চিন্তামণি চৈতন্য অগোই শাগৎলক্লে দো
চেষ্টে পীরাং থবাক য়ৌ মুক্তা শরেংগুম্বীদো ॥
প্রেমা লোল্কাইনরুনা লৈমায়থক্তা লৈওল্লি
হুহুঙ্কার লাওরগা অমুক হন্না হোগৎলী ॥
পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎল কোয়রৈ কোয়রৈ লৈরকয়ি
পতিত ওইবা মীশিংবু প্রভু হরি শোল্হল্লী ॥
হরি শোল্ল শৈশক্যি হরি শোল্ল ভৎতনা
খঙ্ঙমদেদা কনানা অতাওবদি লক্ষণা ॥
অপার গুণ মহিমা জগৎপুম্বা শক্শোন্জৈ
রামানন্দ বস্থনা প্রেমধনবু মণিজৈ ॥ ১ ॥

### শ্রীরাধানা শ্যামরূপ ধারণ

বঁধু আজু বনাহ বেশ আপন সমান...............

বন্ধু নহাক্ মাক্লদা ফিশেৎপীয় ওসিবু
রাধানবু শ্যাম ওই খঙদনবা অদুবু ॥
চন্দন্ শম্গে লাইবক্তা শম্নাং নিংথি পুন্বিয়ু
রাহোং মত্তু থেৎপীয় ।
খুত্তা পায়র মুরলী পঞ্চম স্থর্দা খোংগনি
সুজা লম্বা শিলযু ॥

শেৎনী সনা ফীগেদো অহুম্বকপু কোয়শল্ল
হকচাং লুপ্কে কস্তুরী।
খোঙদা নূপুর শিগেদো মখোন্ লাপ্না য়েৌনবা
নভৌ তন্না চৎকনী।।
খামুন্ তোর্ব্বান চৎকেদো বংশীবট্টা ভাগেদো
ইখোঙ কারণ চন্দুনা।
রামানন্দ পাওমেল্লি হায়রিবদো ওইবা মাই
রামেশ্বরবু, খঙ্নিনা॥ ২ ॥

## রামানন্দ দাস পদাবলী

সুরধনী তীরে আজু গৌরকিশোর............

সুরধনী তোর্ব্বান্দা ভসি গৌরকিশোরনা
ঝুলোন্ রঙ্গরসদা প্রভু থম্মোই লুপ্খিনা ॥
লৈরাং জাত্তি শুণ হেক শাগ্রে হিন্দোল ময়াম্না
সহচর, লোইনমক্ সুংভাইবনা ভাওখিনা ॥
অমুক তোংভি প্রভুনা গদাধর লোয়ননা
মতুদবু কাখিদা প্রেম্গী ইথক্ ইপোম্না ॥
হরিদাস মুকুন্দ মাধব্ বাসু লোয়ননা
মমাঙৈগী রভস রস-কেলি শক্খিনা ॥
নত্তা নগর অসিদা অসিগুম্না শান্নেদো
রামানন্দ দাসনা মতু আশা তৌজ্জেদো ॥১॥

রামানন্দনা শিংজন্থিবা মতুঙো কুফনু।
লোয়নবা সখা।

## যদু কবিচন্দ্র পদাবলী

অলপ বয়স মোর শ্যামরসে জর জর..............

ঐদি নহা পীথরী শ্যাম্‌গী প্রেম্‌দা চাক্‌চরি
তুংদা করি ওইরনী।
ইমীৎ উইশন্নবদা কানু উইদো পুক্‌ংদা
পাঙ্‌ল, কৃষ্ণ উবনী॥
লমীদবু চৎলনু লোয়নৈ হেক্তা শ্যামনু
খোঙ্‌গ খোঙ্‌গ কারণ্‌ চণ্‌।
কাউবদগী য়েংথোকউ উদে ইনাক্‌ কনানু
লৈদো পুক্নীং মূর্চ্ছা চন্‌॥
নখোই' নমাঙ্‌ হায়গেকো শ্যাম্‌গী চৈকম্‌ কল্লিকো
তোল্ল পুল্সি পুঙম্‌দে।
য়াওনা খোইদিং তুলসী হকচাং অসে কৎথোকচৈ।
পুল্সি চুপ্পা চোয়োন্দে॥
চৎনী ওইয় যোগিনী নাদা কুণ্ডল শিগনী
থারঙ্গনা ইয়ুমসে।
কৃষ্ণনাম শোন্‌গনী পুল্সি কুংঙাই লেনগনী
যদু তৌজৈ বাঙ্গাসে॥ ১॥

---

## যদুনাথ প দা ব

### শ্রীকৃষ্ণগী জন্মোৎসব

কোথা গেল নন্দ ঘোষ হের দেখ আসি .........

কনায় চৎগে নন্দঘোষ্‌ য়েংলয়োনে লাক্কনা
নংগী মঙ্গাইঙ্গুংদবু খোক্নে থাজ কয়ানা॥
মুমীৎ অসুক মতুংদা পোকচমদ্দি কংজৈদো
নপুক্নীঙ্গু নয়াওনা মায়খোং থম্মাল্‌ য়েংজোদো॥

১। মীৎ পাঙ্‌লদা।

যশোদাগী মচাদি পোক্লে সাড়া; শন্খরে
মহানন্দ ওইদুনা গোয়াল্ লৈকাই চেল্লক্লে ॥
নন্দ সঙ্গাই তাবদা গোয়াল লাক্লে চেন্দুনা
লেংবান্ পোৎলুম্ খুত্তা চৈ থৈরা থৈরা জগোইনা ॥
হায়রৈ ময়াম নন্দদা নহাক লাইবক করেদা
ওসি নংগী সঙ্গাইদা হরাও ওমথৈ কংদেদা ॥
নন্দ মচাই, মায়থোং উ জগোই শাইদো হরাওনা
মায়কৈ মরি জগোই শাই খুবাক হৌনা খুদুনা
লাইসু শাইদো স্বর্গদা লিন্না শাইদো পাতালদা
লৈমকোন্দা রাণীনা শাইদো মণি কংবদা ॥
শিব ব্রহ্মা জগোই শাই ইন্দ্র মাসু জগোই শাই
কৃষ্ণ কংল গোকুলদা গোয়াল্শিংনা জগোই শাই ॥
দধি য়াঙং পুরক্লে গোরোচনা য়াওরক্লে
পাখোম অনী থাঙ্গৎল আহির-নিঙোল য়ৌরক্লে ॥
হায়রৈ যদুনাথনা তাওদা নন্দরাণীবু
পুণ্য কয়া তৌদুনা ফংজৈ নীলমণিবু ॥ ১ ॥

---

## শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলীলা

হেদে গো রামের মা ননী চোরা গেল কোন পথে·· ······ ····

তারিবরা রামগী মা
লম্বী কদোম ননীচু।
হায়নী নন্দ ফত্তে ঐ মাবু হেক্তা কংবদা
থীনা ফুনী মহাক্তো ॥
ইমুং হাওবা উদুনা ননী লোইনা চাথোক্ল।
খোঙ্দা মখুৎ তৈথোক্লে।
মখুৎ-খুৎশা মকমদো খঙ্প্রগনি হায়দুনা
ঊশীং হৈজন্ মুখৎলে ॥

---

১। হুংজাইবা পাউজী মনা নদিন্। ২। নগাবী।

খীর ননী ছান্না শুং শিকা খৌরী রাংলা রান্
চেকশরন্ থনশী।
মন্থন দণ্ড লৌরুর ননী চলু থীজায়র
থাদা মন্না কায়শ্নী॥
খীর সর অরৈবা কন্নিমত্তা থাক্লমদে
য়ুম্‌লি করম্ শাম্‌গনী।
ঐবু অসুক চাকহন্‌বা মহাক ফত্তে ঐঙোন্দা
ননীছুবা হাৎকনী॥
যশোদাগী মায়থোং য়েং ইঙ্গিং পীজৈ রোহিনী
থাদুমণি নৈবা কা।
হায়জৈ কন্না যদুনাথ হন্দক্‌মুক্তি থাদোক্রো
হন্না চারোই ননীকা॥২॥

---

অঙ্গনে বসিয়া নীলমণি করে খেলা................

মাঙ্গোন্দবু ফমদুনা নীলমণি শায়েনে।
ব্রজবালা অপুম্বা লাক্কুনবু তিয়েনে॥
তনৌরবী নাগরী পুন্নমক্তো তিন্দুনা
যশোদাদা হায়জখি কয়াদবু নোলুক্রা॥
উজদরী অমুক্তা নচা কান্নুই জগোইদো
শাহন্নুদা অমুক্তা মীৎপু থীৎনা য়েংগেদো॥
যশোমতী খুন্নক্‌য়ি তাউনে ব্রজ-গোপীশা
কৃষ্ণ জগোই শাজনি মরন্নাইদি ওইনা শা॥
ক্ষীর, ননী পুরক্ল গোপাল খুত্তা পীরোদো
নখোই থাইবু উবদা শানি গোপাল জগোইদো॥
থবক থার রাগীনা গোপাল জগোই শাহন্নে॥
মাগী খুয়া অনীতম্ যদুনাথ শক্‌চরে॥৩॥

---

১। ক্ষীর।

# সুবল মিলন

অসা।

নিজ নিজ ধেনু লৈয়া সব শিশুগণে·· ·········

মশল মশল পুডুনা শন্জেন্নহা পুম্বনা
হৈ হৈ হৈ হৈ লাউডুনা বৃন্দাবন্দা চংজৈনা॥
সুবল সখা পুন্নগা শ্যামনা লমথৈ চৎখন্নে
রাধাকুণ্ড তোর্ব্বান্দা লেঙল দর্শন পীরুরে॥
কুণ্ড-শোভা উবদা থরাই মুংঙাই মুংঙাইনা
লৈরাং জাতি শুনদা লৈরেংজরে মখুৎনা॥
নৌবা নৌবা নানৌবা শৈজাবুদি শেমজরে
রাধা রাধা কৌডুনা কানু হিন্না কপ্পল্লে॥
রাধা শক্পু নিংশিংল মুংশা সোর হোন্দোকয়ি
থরাই য়াম্না পেনজনা যদুনাথ কায়রকয়ি॥ ৪॥

---

অসী

সুবলে করিয়া সঙ্গে বিপিন বিহার রঙ্গে············

সুবলগবু লোয়ননা বন্দা মুংঙাই শান্নৈনা
শান্নহৈবা শ্যামনা।
রাধাকুণ্ড মপান্দা লৈকোন্নুংদা কমখিন্দা
ফজথোইবা য়েংখিনা॥
মত্তমডুদা বৃন্দানা মফমডুদা লাক্‌খিনা
লৈহাও পরেং পায়ডুনা।
সুবল খুত্তা পীজখি কৃষ্ণঙক্তা হুকচখি
রাধাই রাখল্ পোকখিনা॥
প্রেম্না য়েংখি কোয়য়েংদি মীত্তি ঙাংনা মীথয়েং তায়
হকচাং পুম্বা তুজুংখি।
সুবল মখুৎ পায়জখি হিন্না হিন্না হায়জখি
রাধা উগে নিজখি॥

রাধা রাওদ বৃন্দাবন্ মতমপুম্বা হাও্রা উই
রাধা থ্যান্দা লুপ্লিদো।
সুংশিবীনা লাক্তদি রাধা রাধা হায়রুনা
যদুনাথ শিগেদো ॥ ৫ ॥

অছুর

শুনহে সুবল সখা কি করি উপায়…… ………
তাওনে ইতাও সুবল নং উপায় করি তৌগনী
রাধা রাওদবসিদা থমোই অসি কায়রনী ॥
কয়া রাংলী ঐহাক্না রাধা দর্শন ফংদৌবা
রাধা মশক উত্ত্রদি ওয়োই থরাই হিংজবা ॥
রাধা রাধা শোন্দুনা লৈবাকথক্তা হাইথুরে
রাহৈ অমা ঙাঙ্দরে সোর তপ্পা হোন্থরে ॥
অঙ্গ ফিভম উদুনা সুবল মরোল খওখিদা
মতাও কৃষ্ণ লৌখৎলে মতম্বাক্তা কোন্খিদা ॥
মফি পায়র সুবলনা কৃষ্ণ-অঙ্গ তৈথোকচৈ
কপ্পা কপ্পা সুবলদো কৃষ্ণ মফম হঙ্গচৈ।
মায়থোং থাজ য়েংদুনা সুংশা সোর হোন্খিদা
যদুনাথ দাসনা কপ্পা কপ্পা হায়খিদা ॥ ৬ ॥

মল্লি

রাধা রাধা বলি নাগর পড়ে ভূমি তলে…………
রাধা রাধা কৌদুনা নাগর লৈথক্ লৈওয়ে
সুবল পাম্বোম তিংথোক্লে শ্যাম্বু তম্পাক থাজৎলে ॥
লৈহাও পরেং মওক্তা শিবিরম্বা কৈদৌনা
লৈহাও-কুচু রাধাবু ঐনা নিংশিংহল্লুইনা ॥
তপ্পা তপ্পা রাধানাম্ শোপ্লে কৃষ্ণ-নাকোংদা
রাধা-নাম্বু তাবদা চেতন তম্না ফংখিদা ॥
রাধা পূরক্ লীগনি মতাও সুবল হায়জখি
যদুনাথ দাসনী মপুক্ দো হরাওখি ॥ ৭ ॥

## মণ্ডা

হেথা বসি থাক তুমি..........

কম্মু 'সিদা কম্মুকো
রাধা লৌরুখিগেকো ॥
কনা লৈগে কুণ্ডদা
শিন্নরম্মী কনাদা ॥
শুক সারী, য়েংহৌরো
মথন্তারে বংশীধর ॥
মাধবী নং 'সিমা তৌ
বংশীধারী পুক্ কাৎথৌ ॥
নংগী উরী ভুরীনা
বংশীধারী পুল্লুনা ।
রাধা কায়না য়ারেদো
শোল্ল রাধা কোলোইদো ॥
রাধা রাধা শোন্দুনা
সুবল তপ্না চৎপ্রেনা ॥
রাধা মন্দির্ নাক্তনে
যদুনাথ চৎখিনে ॥ ৮ ॥

---

## তরাক

মন্দিরে যাইয়া সুবল রাই না পাইল..........

সজাইনুংদা চৎতুনা সুবল রাইবু কংদেদো
পীরাং শীন্থ শীন্থনা সুবল খোঙশানক্তখিদো ॥
খিনা খিনা চৎচখি লফুপোক্পী উমংদা
মকমতুদা রাধাদি মোন্শাওননা লৈরিদা ॥
ললিতানা হায়রকয়ি সুবল য়েংঙু[১] যোম্মুংদা
কৃষ্ণগীদি থবলী চোয়া[২] মাঙহন্বিরেদা ॥

১। তেনবা লাম। অমসুং অযোম।
২। চুমা। মনম মুংশিবা পোৎশক অমা।

নিংথৌ-লৈবাক নত্তরা অসুক বিচার নাইদবা
নন্দকুমার মহাক্না করি য়েংল চাওথোক্পা ॥
কংস রাজা পাঙ্গন্বা মহাকীদি প্রজানি
অশূমন্দি ফংদনা য়ুম্থো' য়ুম্থোং শূগনি ॥
চৎনী কংস নিংথৌনাক্ নাপল নীংথাইহন্গেদো
শনবী-শন্নাও যোম্থোকহন্ নাপল তুম্নি শোয়রোইদো
রাতা অসি তাবদা সুবল লাপ্না চেম্থোক্খি
সুবল কৌরি রাধানা যত্নুনাথ হায়রক্খি ॥ ৯ ॥

---

**তরেৎ**

আমার মন্দিরে সুবল কভু না দেখিয়ে......... .

ঐগী য়ুমদা সুবল্বু কদৌঙৈস্থ উদেদা
ঙসি অসি লাক্পীরে করি মরম্গীনোদা ॥
সখাগবু লোয়ননা শন্জেনববু চৎখিবা
মরম করি লৈদ্রুনা সিদ অমুক লাক্পীবা ॥
নংবু ফংদ নংগী শ্যাম্ নংগী কুণ্ড অত্রুদা
নংগী নাম্বু শোন্দুনা নাগর রাম্বহৌরিদা ॥
রা রা রা রা হায়রগা থা-দি হায়বা ঙমদেদো
মপুক্লীংনা পাম্বদি নংবু উবা পামজৈদো ॥
খুৎহৎতুনা কৌরক্খি ওহে সুবল তাথোদা
যত্নুনাথ দাসনা রাধা লৌরু হায়খিদা ॥ ১০ ॥

---

**বিপাস**

বলরে সুবল আমি কি বুদ্ধি করিব......... ...

হায়য়ু সুবল ঐহাক্তো করি বুদ্ধি তৌসিগে
দিবা অভিসারদা ঐহাক করম চৎসিগে ॥
হায়জরকর্ত্রি সুবলনা তাওকো রাধে হায়গেকো
শেৎচন্নোদা নহাক্ক ঐগী আভরণ্তিকো, ॥

১ আবাং—কিংথেৎ-ইগ হ ।

পীয়ো নংগী বেশদো শেৎলে সুমদা লৈগেবা
ঐগী বেশ শেৎতুনা চৎলু কান্নু উনবা ॥
মশাগীদি আভরণ্ সুবলদবু পীখরে
সুবলগীদি মফিদো রাধা মানা শেৎখরে ॥
রাইনা হায়খি হে সুবল্ রেংঙ্ বেশ য়াত্রবা
হায়জে যদুনাথনা খুদোংবুদি থীরেবা ॥ ১১ ॥

---

## মাপল

সুবলের ধড়া রাই কটিতে আঁটিল·· ·········

সুবলগীদি ফৈজোম্‌দো রাধা মখাঙ্ শেৎচল্লে
সনাগীদি কিঙ্কিনী লৌর' চুদা পুন্‌শল্লে ॥
কোক্তা চূড়া থেৎচল্লে রাহোং মতু হাপ্তুনা
রাংমন্‌বনা মথাদি লোৎশন্‌ববু য়াদেনা ॥
সুবল নোক্না হায়রকয়ি কিশোরী-ও তাখোনে
শন্নাও মচা অমদি নথাকোন্দা কোল্লোনে ॥
শিঙ্গা বেণু মখুত্তা খোঙদা সুপুর শিজল্লে
রঙ্গরস থল্লবু পিয়া মায়গৈ তম্‌খরে ॥
নটরাজ শ্যামনা ফন্নখদি মফমদা
সুবল্ বেশ শেৎতুনা মফমতুদা চংখিদা ॥
নাগর বাবা উদুনা সুবল্ অমুক হল্লক্লে
যদুনাথ দাসগী পুক্নংদদি কুংঙাইরে । ১২ ॥

---

## তরা

বৎস কোলে করি রাই রাধা কুণ্ডে যায় ···········

রাধা শন্নাও পমদুনা রাধা কুণ্ড চৎখরে
শাজৈ হাইর শ্যামলী ধবলীবু কৌখরে ॥
সুবল্-বেশ অদুদা শ্যাম্না শক্‌খঙ্ খিদরে
লাক্লে লাক্লে কিশোরী সুবল অসে হল্লক্লে ॥
হায়রু হায়রু সুবল্-ও ভস্মো লাউনে নপাওদো
কুণ্ড লাক্লে কদোরে কিশোরীদি ঐগীদো ॥

রাধা-অঙ্গ-গন্ধনা কিতম্ কায়খি শ্যামদি
লৈমায়থক্তা হাইথখি রাধা হায়না শ্যামদি ॥
শ্যামচাঁদনু উরগা রাধা মোমোন্ নোক্চখি
প্রেমাবেশ লাক্লুনা শ্যাম্নু মথা কোন্জখি
রাধা অঙ্গ থেংবদা চেতন কংখি শ্যামদো
লুংঙাই-ইপাক্ লুপচখি যদুনাথ দাসদো ॥ ১৩ ॥

---

## তরামাথোই

ধনী কহে প্রাণনাথ শুন মোর বাণী............
হায়জে ধনী প্রাণনাথ ঐগী রাসে তাবিয়ু
বিদায় পীরো ননাইদা ঐহাক হন্গে য়ুমদনু ॥
কানু মনোরথদি১ ধনী পুরণ২ তৌরেদো
সুবল্-বেশ শেৎননু ধনী থোঙ্ শান্থরেদো ॥
বিদায় লৌর ধনীদো তপ্না তপ্না থোঙ্ থাংজে
চাক্খুম্-শংদা ধনীদো তমবুদি য়োরকচৈ ॥
রাধা উর সুবল্দো থরাই য়ারা লুংঙাইখি
মাগী মাগী আভরণ থুনা য়াংনা শেৎনখি ॥
ধনীদনু তাক্লুয় সুবল হনখি লুংঙাইনা
রাধা কুণ্ড মপান্দা লাক্লনু থুংখিনা ॥
রাধা কুণ্ড মপান্দা শ্যাম অদো কয়ন্দী
জগোই শান-শানদা 'হুদা সুবল য়োরন্দী ॥
সুবল উরে হায়রগা মুরারিনা হায়খিদো
নহাকীদি নশান্না কিশোরীনু কংলেদো ॥
হাস্য-পরিহাস্তদি৩ সুবলগনু তৌনখি
লোয়নরকপা রাধাল্শিং লোইনমক্তি থুংলখি ॥
যমুনাগী তোর্ব্বান্ তান্ কৃষ্ণ থোঙ্ লেঙ্খিরন্দী
সুবল্ মিলন্৪ রসদো যদুনাথ শরন্দী ॥ ১৪ ॥

---

১। মপুক্লীংবা পাবদি। ২। থুংবা। ৩। হয়াও লোক্খিরবা। ৪। সুবল মথানা থৌরাংচুনা শ্রীরাধাগী মিনবা। 'সুবল মিলন' হায়বগী মহুত্তা কমাফুবনা 'সুবল বেশ' হায়বৈ, মরমদি সুবলগী বেশ শ্রীমতী রাধিকা শ্রীকৃষ্ণগী মাফ্তা লেংহি হায়বনীদি।

# যদুনন্দন পদাবলী

## মুরলী শিক্ষা

শুন শুন শুন গোবিন্দাই........ ....

তাওনে তাওনে তাখোনে ঐগী রাসে গোবিন্দ
ঐখোয় অনী মুরলী খোংচুনবু য়েংসিদা ॥
অমতনি নহাক-ঐ হায়খিবদাই নহাক্না
রাকম অদো ওসিদি চুমী চুম্‌দে খঙ্‌গেনা ॥
অসুম্নবু হায়রগা মুরলীচু লোখৎখি
মখুন্‌ অমখক্তদা অনীনবু কাম্‌খৎখি ॥
রাইনা খোংলক্‌পদবু শ্যাম শ্যাম হায়রকয়ি
হাদ ঐগী গুণ্‌চেন্‌বা মুংশি-তুংকম্‌ হায়রকয়ি ॥
শ্যামনা খোংলক্‌পদনে রাধা রাধা হায়রকয়ি
হাদা ঐগা গুণ্‌চেন্‌বী প্রিয়ারাধা হায়রকয়ি ॥
ভৌরিবচু উবদা লৈরম্নবা সখীশিং
তোয়না তোয়না চাহজাখ পায়র পায়র লৈয়াংশিং ॥
সুংঙাই মথোই কাদুনা মখোয়গীদি মনাক্তা
রাহোংলাবা অমোম্না তোয়না জগোই শাখিদা ॥
নিতি নিতি অসুম্না রস-বিলাস শাম্নেদো
যদুনন্দন দাসনা রস অসি শকচৈদো ॥১॥

---

## নিকুঞ্জ মিলন

রাই কানু নিকুঞ্জ মন্দিরে............

লেংশম্লেদো রাইকানু নিকুঞ্জগী মন্দির্‌দা
কয়গবু ভাম্লোইরে বেদীগীদ মথক্তা ॥
বেদী অদু কজনা সনা মণি থাম্মিদা
লৈরাং মখল্‌ মথেম্না পৈরে মায়কৈ মরিদা ॥
সখীশিংনা কোয়শল্লি মায়কৈদিনে মরিদা
মায়থোং মায়থোং ওসম্না অনীনবু কম্নিদা ॥
কুঞ্জগীদি নোংপোক্তা লৈনে কুঞ্জ অদুনা
কোয়না কোয়না ওঙ্‌লিদা খোইহী-চুম্না খোইমুনা ॥

মলয়গী নাম্মিবা মুংশিংনবু খোঁগলী
শারী শুক অনীনা পামেল্থক্তা শৈশল্লী ॥
রাধা কৃষ্ণ অনীনা কুঞ্জশোভা, য়েংলিদো
যদুনন্দন দাসনা শোভা অদু য়েংজৈদো ॥ ২ ॥

---

## দূতী সংবাদ

যব ধনি মুরছি পড়য়ে............
ধনি রাইনা রাম্বর তুথখিবা মতমদা
নাতোন্ নাখুন্ অনীদা সোর হোন্খিরম্দেদা ।।
মতম অদু য়োবদা সখীশিংনা পুল্লয়ে
রাধা নাকোং তম্নবু নংগী কোলোই শোল্লয়ে ।
নংগী কোলোই তাবদা চেতন ফংজরদ্রনা
প্রলাপ, কয়া তৌরকপা মতাংখি ঐখোয়না ।।
মদু পুম্বা করম্মা তম্সিগেদো নঙোন্দা
সহচরী, হিংবগী আশা অদু লৈতেদা ।।
মরম্দুদি অসিনা চৎসি ব্রজপুরদা
যদুনন্দন হয়াওজৈ অসি রাবু তম্বদা ॥ ৩ ॥

---

১। কুঞ্জগী কজবা ২। তোইরোল ৩। সখী, নোয়নখী।

# শিবানন্দ সেন পদাবলী

## আক্ষেপানুরাগ

যে দিগে কানুর ঘর সে দিগে না বসি·······

কানু-সঙ্গাই নৈরিব' মায়কৈরোমদা কয়্দেদা
মায়কৈদোম্গী মুংশীৎপূ সতী শার শোক্তেদা ॥
অহুমক্তা ফত্তবা মীনা কয়া ঙাঙ্নৈদো
বাবা মরোল মরোম্নি থম্মোই অসি চাক্লেদো ॥
ঐবু নীংবা কনা নৈ অরা' লীনী কনাদা
মীরা তার থরাইসে দিবানিশি চাক্লেদা ।।
হায়জে শিবানন্দনা ধনি লাইরেকহুদা
মীথীঙ্গায়গী মরানা করি তোজরুনিদা ॥১॥

---

## বৃন্দাবন্দা পুনর্মিলন

দূতি মুখে শুনইতে ঐছন ভাষ·······

দূতী চীন্‌বাম্বোংদগী লোন্দা অহু তাবদা
মীৎমু পীরাং শিম্বৈদো সোর ফুইনা হোল্লিদা ॥
থাদোক্কুনা মথুরা হরি খোঙ্শান্থরেদা
পীরাং শীন্থমন্‌বনা লম্বী মকম থঙ্দেদা ।
দূতী মতুং ইন্দুনা খোঙ্থাংবুদি থাংখিনে
শামু খোঙ্থাং থাংহুনা লেপ্তনবু চৎখিনে ।।
মথুৎ পায়র দূতীনা উনহল্লে কুঞ্জদা
মতম কূইর মতুংদা মুংঙাই মপৈ ফংখিদা ॥
সখীশিংনা য়েংজর জৈ জৈ মঙ্গল্ লাওজখি
শিবানন্দ সখীনা থরাইবুদি ফংজখি । ২ ।।

---

# শিবাই পদাবলী

## গোষ্ঠলীলা

নন্দরাণি গো মনে না ভাবিহ কিছু ভয় ·· ···

নন্দরাণি থল্লুমু পুরুংদবু অকিবা ।
মুংখিল লোইবা মতমদা গোপাল পুমক্ পীরগে
ভাওদা নমাং রাশবপা ॥

শিরবিন্ ইথুত্তা চৎনি ঐগা লোয়নবা
ক্ষীরননী পীজনি।
ঐখোয়গীদি থরাইদৈ হেক্রী হায়বা থঙ্‌জৈদা
থরাইগী থরাই কারি॥ ॥
ভত্তা শন্নুপ হোইরকে শিজা হেন্ থোংদোকে
ইনাও শনুজেন্ হৈহনুগে।
গোকুলদগী গোকপনি শনুজেন্ ইশিন্ ওইবনি
যুমদা কম্ম লৈহৈদে।।
বলাই মরা তাবদা থম্মোইদগী রাত্নুবা
মীৎলু পীরাং শিহৈদা।
হায়রৈ শিবাই দাসনা রাণী প্রেমদা তাওজৈনা
কাক্কাই মায়খোং য়েংবদা ॥১॥

---

নানা খেলা খেল্যা প্রবৃত্ত হৈয়া........

মথন্ মখেল শাজর হকচাং কনা চোকথর
কম্থৈ ভত্তা উথোংদা
মলয়গীদি মুংশীৎনা ফুইনা ফুইনা শীংলিনা
ইংবা যামুন তোর্ব্বান্দা॥
অনোমঙ্কমাং তাবনা তত্থরক্ল বলাইনা
হিপ্‌থৈ সুবল তম্পাক্তা।
উরকপদা কানাইনা পুক্তীং লাংতত্নুনা
খোঙ্‌নোই* থৌগল তৌখিদা।।
নানৌ উশা পায়তুনা মরূপ্‌নীংবা শ্রীদামা
হমাই তোয়না হম্‌খিদো।
মফি ক্ষীশীং মুল্লুর মতম তৌনা পুরক্ল
বলাই হকচাং মানুখিদো॥
রায়থদু কোক্‌থরে পুংইং ইংনা ইংথরে
বলাইগীদি অজদো।

---

১। কাবুলী ২। খোঙ্‌ হোৎচুক্না খেলা লৌখা।

সখাশিংদি অপুম্বা পুক্ন্‌ংদবু হরাওবা
শিবাই য়েংজৈ ইরাংদো ॥ ২ ॥

---

# শিবরাম পদাবলী

## কুটিলাগী উক্তি – শ্রীরাধাগী মকমদা

একি পরমাদ আই........

আর্য্যে অসি লান্‌বরা।
মীগী চীন্দা ঙাঙ্‌নবা নাকোংসিনা ত্তাজৈবা
মত্নমকপু উজৈবা।
নহাকীসু ঐগীস্নু ইশাম শাগে অনিদা
অসিথ কপু থোক্কেদা।
চুদি কৈগী নহারা কান্নু কান্নু হায়রুনা
শোল্লি মতম পুম্বদা ॥
কান্নু মমিং তাবদা খংপ্রেক খংপ্রেক খংলিবা
নংগী তুজুং সাধীনি।
কালা শকপু উকদা নমীৎ পীরাং চেন্নিদা
উরি খুদম ফোঙবনি।
ঐদি ননদিনীনি রস পুম্বা খঙ্‌বীনি
মমায় মরি চৌবরগী।
শিবরাম্বা হায়জৈদা রাঙাংদগী খঙ্‌লেদা
নংসে লৌনম্‌ চাওবীনি ॥১।

---

### শ্রীরাধাগী উত্তর

ননদিনী লো মিছাই লোকের কথা।..........

ননদিনী ইবেম্মা মীনম্বনি মীরাদো।
কাহুগবু লোয়ননা পিরিতিবু তৌরদি
রাশক কৈনো শকেদো।
ইপুরোইবা নত্তনা মীতোপ অমা খঙ্‌দেনা
ঐগী মাদি করিবা।

কবি গুণনু চেন্থনা শমুকেয়দা লিংঙলি
চুমহনা মুরিদা ॥
মণিমুক্তা থায়বা আভরণনু লেপ্তেলো
উমংলৈনা লৈতেংলি ।
চূড়ামণি মথক্তা খোইমুশিংনা গুন্‌লৈবা
মুক্তা কলা গুমগনি ॥
লিংখৌ ওইবা মহাকপু য়েংবমুদি ওমুলবা
মমাই, ননী চুবদো ।
হায়রৈ শিবরাম রাধাগীদি কলঙ্ক
অরেম্বদা তৌরিরো ॥ ২ ॥

---

## হোরি লীলা

যজে হো হো হোরি······

হো হো হোরি সুংঙাইনা ।
নবীন কিশোরী শাম্রেনা ॥
মৈরে তান্দি নাইনদা পাথাওক্ন রবাব
সখিশিংনা থুবাক থুই ।
কুছুম চন্দন লোয়ননা আবির চাইরে তোয়নদা
পিচকারি কাপ্পরি ॥
অনী অনী শানবৈ লানুগী থৌরাং তৌরেলো
অনী অগী লান্দানৈ ।
ওয়ে ওয়ে হায়নবু অনী অনী লাউনবৈ
সখীশিংনা খোমাউনৈ ॥
মীৎকুপ মীৎকুপ লেপবৈ মায়থোং মায়থোং য়েংনবৈ
থাক-নোংইন মতৌনি ।
শিবরাম মহুলা সুংঙাইজনা পুক্নিংদা
নোক্তুনেৎ নোক্তুনেৎ নোকচনি ॥ ৩ ॥

---

১। থমাই

# অনন্তদাস পদাবলী

## কৃষ্ণগী রূপ

বিনোদ শ্যামের রূপ হেরি প্রাণ কান্দে ...... ..

পুন্নীং-মুবা শ্যাম-রূপ্ য়েংল থবাই কন্নীদো
মুজা-শুম্‌হৎ-চূড়াদো মওং নাইনা থেৎলিদো ॥
লংকাই-মুক্তামালানা শন্নাংগীদি লৈতেংনি
মতম্‌গবু লোয়ননা মণি মাণিক থাম্বনি ॥
মাল্লিকাদি অপোম্বা চূড়া নাকল্ লৈতেংলি
মাহোং মতু লৈতেংনা ময়োল পুম্বা শুম্‌হৎলি ॥
কুইহৌনোংগুম্ অঙ্গনি সনা ফিগে থোন্নীদো
ইরাংহৌবা খোইমুনা মাঙ্-ভুং কোয়না ডঙ্লিদো ॥
ইনুঙ্-শকৃমি, উবদা ওমখৈ নাইদা মুংঙাইদা
নাগর লম্নাই শকউর পুংশুম্ শুমহৎচখিদো ॥
কদম্-খোঙ্দা চেপতক্না ত্রিভঙ্গদা লেপ্লীদো
অনন্তগী থমোই য়ৈ ইথক্ ইথক্ থকীদো ॥ ১ ॥

---

## যুগল রূপ

দুহু মুখ সুন্দর কি দিব তুলনা .......

মায়খোং অনী নিংথিবা করিগবু চাংদম্নী
কানু মরকতনি রাধা সনা হীংবনী ॥
গোরোচনা গৌরীনি কানু থয়োশংবনী
বিনোদিনী নোংথাংনি বিনোদনা নোংহৌনী ॥
সনাগীদি উরীনা তমাল্-পাম্বী য়েৎকুম্নী
কুইনা হৌবা নোংলক্না নোংথাংনবু চঙশুম্নী ॥
রাধা কৃষ্ণ শক্তম্‌দি চাংদম্নম্ভাই লৈতেদো
মকম অমথক্তদা থম্বাল-থাজ পুল্লেদো ॥
রস-মুংদা চঙদুনা পুঙ্মুন্‌বুদি মুন্‌থরে
আনন্তদি মনাইনা চাংদম্-ওমখৈ কংদরে ॥ ২ ॥

---

১। ইথনীং অন্নুংদা তাথা শক্তী থিং।

# বংশীবদন পদাবলী

## মঙ্গল

রাই জাগো রাই জাগো শারী শুক বলে.........

হৌরো রাধা হৌয়োনে হায়জে শারী শুকনা।
কালা মাণিক মথাদা তুম্বী কয়া কুইজনা॥
অহিং অসি নোংঙায়ে নংঙোন্দবু হায়জরি।
তুমীং মঙাল উবদা থরাই কিনা কণ্‌চরি॥
হায়নে শারী শুকনা নোংদোন্ থক্ক৷ পাইরুচো।
কুইহৌ নোংমং মংহল্লু অরুণ মঙাল কুপ্প্‌চো॥
খুম্রকখিদা শুকনা উমং-চেক্লা ঐখোয়নী।
হৌদোক্লগা হৌদে রাই ধর্ম্ম সাক্ষী ভৌগনী॥
হায়জৈ বংশীবদনা থাজ চণ্ড্রে মযুমদা।
সুমীং মঙাল্ লাক্লনী হৌরো চৎসি সংগাইদা॥ ১॥

---

# মাধবদাস পদাবলী

## গোবর্দ্ধন পূজা

কৃষ্ণের আদেশ পাঞা ইন্দ্রযজ্ঞ নিবারিয়া.........

কৃষ্ণ-রাথং ফংতুনা ইন্দ্রযজ্ঞ থিংতুনা
গোপশিংগা নন্দনা
খুদোল মথেল পূতুনা ময়াম পুরণ ভিন্দুনা
গোবর্দ্ধন্দা য়ৌখিনা॥
মীদি লীশীং লীশীংনা অন্নব্যঞ্জন্ থোংখিদো
মকম'মদা পৈশন্‌খি।
শজোম লাংবা অকম্বা রাশি-পুরী ময়োন্ লোন্
ব্রজবাসী হরাওখি॥
কৃষ্ণ মোত্তি তুংইম্বা মথেল চাম চাম থোং
শিখরিনী ক্ষীর সূপ্।
য়েলাং কুহা কুহানি অন্নকূট নৈবদি
চীঙ্ক্রুম্‌সীদি মতুল-তুপ্॥

পুংগা শেলগা কয়া য়ৈ জগোই-শাবী কয়া শাই
মীদি লীলীং শৈশক্লে।
গোপ-গোপী পুম্বদো ফিজেৎ-লৈতেং নিংখিদো
হরাও ওমখৈ খিরক্লে॥
শন্‌বী শন্নাও পরেংলেং সনা লুপা কয়া শৈ
নন্দ পীখি ব্রাহ্মণ্ডা।
মহোৎসব ইরাংনি মহৈ মরোল তানদে
মাধব কোয়য়েং য়েংজৈদা॥ ১॥

---

# গোবিন্দ আচার্য্য পদাবলী

## রাধাগী উক্তি

কি রূপ দেখিনু মধুর মুরতি·····

করি শক্লো উরুবা মুরতিদি মধুর
প্রীতিরস মচিনি।
অসুম্নবু খঙৈদা মরোল অতুম অসিদা
চাংদম্নগাই রাৎপনি॥
য়োনা নিংখিজরিবা চেপ্তক-তাবা চূড়ানি
লাইবক্-চন্দন থানিদো
থাজ খোইরেন ওম্‌জনা ফজরবা মায়খোংনা
জগৎশুম্বা লাংনিদো॥
ফুইনা হৌবা নোংলেম্নি রস লেক্ লেক্-লাউবনি
কুচু লংনা মুজৈনা।
অঙ্গ-লৈতেং ওইরিদো সনা লুপা মথক্তা
মণিমুক্তা মালানা॥
পীশূম অনী অতুনা কামগীদি লীরুংনি
শাররিবা কনানা।
ওথক্লবা মীৎতাদা খোই খোই-য়েংবা মীৎয়েংনি
লৈগী তেঞৈ শাখিনা॥
কাজোর করি মযুনো কালিন্দীগী লাইজনি
থম্বান্ মুবা পরেংনি।

শংখাজবা লোংহোলো চাংখজবা য়াদেদো
কুচু লংনা শংখনি ॥
মওং মখল নাইনদা য়েংল্লুইবকো মায়ুদা
কন্নি ওইবা খঙবেদো।
ঐনা হায়বা য়াকমুদি খাজবিদরবদি
চৎশি লাউদা উৎকেদো ॥
মণি আন্তরজিদো রতন্ নুপুরনিদো
সনা ফিগে খোজিনে।
খবাল্-ভাংবা মাজবা মথুরাদি অনিদো
গোবিন্দনা লাৎচৈনে ॥ ১ ॥

---

চল চল কাঁচা অঙ্গের লাবনি······

ইপোম্বনা নোরবা অঙ্গগীদি লাবণ্য
মালেম শীন্না চেইয়েদো।
মোমোয়োকপা মীনোক্তা ইথক্-ইপোম হৌবদা
মদন দেব য়াম্মৈদো ॥
শ্যাম নাগর অহুমু কন্নি কন্দা উরবা
তপ্ খবমু য়াদেনা।
মতমপুম্বা ঐহাকী পুক্নীং অদি লাংতক্পি
কপ্পা তত্তে কদৌনা ॥
মোমোন মোমোন নোক্লুনা অজ হাই হন্নল্লুনা
অগোই শানা চৎলিদা।
মীৎচিনমু য়েংল্লুনা শাখিরবা তেকৈনা
খরাই শানুগে চেন্নিদা ॥
মালতীদি লৈরাংগী মালানমু শুকপ্রগী
খবাক-চোম্ব য়াম্বৈ।
কোয়পায় কোয়পায় পাইল্লুনা খোইমুশিংনা ভাওকৈনা
কোয়না কোয়না মচৎচৈ ॥
লাইবক-চন্দন লংলবা খাকোয়প্পী মঙাম্বা
মখাদমু বৈরকে।

খঙজ্রে করি ব্যাথিনো থমুংদবু থুংলিবা
ইকায়বনা কোঙদরে ॥
অসুক য়োনা কল্লবা মুপী মুজা থরায়দি
থাদোক্লুনা থোক্কেদো ।
খঙদে করি খঙগনি পোলোয় করি ওইগনি
হায়জৈ দাস গোবিন্দ ॥ ২ ॥

---

একলা যাইতে যমুনা ঘাটে······

ইথন্ত চৎপদা যমুনা ঘাট্রূদা ।
থোক্লুন্‌দি ঐহাক্তী উদুনা লম্বেন্দা ॥
থোক্লুন্‌দি খুদিংবু চুপ্পীনে কান্নুনা
মদুবু উবদা থরাইদি রাজৈনা ॥
মীনবু উরগা ঐবু কৈ হায়নিদো ।
নাতোনবু শোক্লগা লাপ্পদা লৈজৈদো ॥
নোক্লুনা পিয়ানা ইনাক্তা য়োরৈদা
মদুবু উবদা গোবিন্দ নীকচৈদা ॥ ৩ ॥

আক্ষেপানুরাগ

সই এবে বলি কি কুলধরমে·····

সখি হৌজিক হায়গেকো শাগৈ নাৎনা কদৌনি
শাংলপ ভাবা মীৎচি ভেন থম্মোইমুংদা থাবনি ॥
সখি হৌজিক হায়গেদো থরাই হিংবা য়াদরে
ভুম্বদসু ভাইবংসু বংশীবদন উথরে ॥
সখি হৌজিক হায়গেদো মাগী সদ্ধান্‌ কৈদাম্‌নি
থরাই লৈবা মকমদা য়েংল ভেজৈ কান্ননি ॥
সখি হৌজিক হায়গেকো করি শকপু উরুবা
মোহন্‌ রূপ্পু উবদা ইশা অসি কৎলুবা ॥
সখি হৌজিক হায়গেদা শক্তী করি মশেম্মো
যৌবন কৎনিং কৎকেদা শক্তী কাঙ্গৎ করিনো ॥
সখি হৌজিক হায়রিদা মহুদবু থল্লিদা
হায়জৈ দাস গোবিন্দ অনুরাগ নৌবদা ॥ ৪ ॥

## মিলন

ভুলে ভুলে রে তোহাঁর রূপে নয়ন ভুলে··· ······

মুয়ে মুয়ে অনীগী রূপ্তা মীৎপু মুয়েনে।
সনা-উরী রাধাদো তমাল মথা য়েৎলেনে।।
চীকপা উয়ুং খুদীংদা মখোয় অনী কোয়জৈদো।
মখোয়নীগী লেংবান্দা পাম্বোম পাম্বোম কোজৈদো।।
খাওমৈগীদি মনাক্তা ইন্দ্রনীল মণিগুম্।
নোংদা নোংথাং কূপ্চবা ফজে ফজে মচুগুম্।
কুন্দননাইন্ সনাদো মৈয়িল্লবা নত্তেদো।
মখোয়নীগী প্রেম-অদো চাংদমগুাই লৈত্তেদো।।
চীন্গা চীন্গা চীল্লোক্লা মদন-ইরাং হৌজৈয়ে।
কোন্জরগা শ্যামবু করি লমো নিজৈয়ে।।
খাজ খত্তা খাক্লনা রসসুধা পীথকচৈ।
চারাম্ খৌরাং কোক্তরে গোবিন্দনা মহায়জৈ।৫।।

---

# কবিরঞ্জন পদাবলী

## শ্রীগৌরাঙ্গগী স্বরূপবর্ণন্

মহানস ব্রজভূমি মাহ······

চাক্থোংশওদি ওইরিবা ব্রজভূমি মমুংনি
ভাব-রস থোংলম্মী সুধা-হেন্বা মহাওগী
পূর্ণিমাসী যোগিনী।।
চণ্ডমদবা যোগম্বল কলানবু চওগনি
লাইমু মীমু কপচৈদো।
অরাম্-খৌরাং মতমদা সুধা-খোইহী অভাঙ্বা
কলা থোরক য়েন্নিদো।।
জগৎ শীম্না জয় লাওরে মহাকাশ নদ্যাদা
থোক্লে গৌর থাজলেন্।
থায়ত্রে অচৌ শিশক্তি মরোল অহুম তাওখরে
চৌরে থাবল ইপাক্লেন্।।

মাঙ্গৈ লাইগা মীগসু চণ্ডাল ব্রাহ্মণ মথৈসু
পীরক্লিবা প্রেমদো
কিজিথাওদা কংজরে গোলক লন্দি সনাদো
অনং অকি কোল্লেদো ॥
পরমাত্ম কংচুনা তোল্ল-তার মহৈয়ান্
কলি যুগ্.পু খুরুমজৈ।
কবিরঞ্জন দাসনা রঘুনন্দন চরণ-খা
মতৌ অসুম হঙ্‌ৎচৈ ॥ ১ ॥

---

## কবিশেখর পদাবলী

### উৎকণ্ঠিতা

তুহারি বচন বিশোয়াসে......

নংগী নরা থাজরুই।
কুঞ্জ শঙ্.দা লাকচরুই ॥
নৈগী কম্মুং শেম্.জৈদো।
হৌজিক কানু কংব্রেদো ॥
খঙলে দূতি ঐনা নঙ্.।
ঐনা অসুক রাবা নং ॥
মীনধ্বনি নরাদো।
মীনধ্বনি কান্নুদো ॥
সঙ্কেত মান্দি কান্নদে।
ওইদবনী লোইনদে ॥
শেখরনা হায়জৈয়ে।
অরেম কবি খৎনৈরে ॥ ১ ॥

---

### দুর্জ্জয় মান

সকালে অমনি বৃন্দা ঠাকুরাণী... ..

অয়ুক অদো ওন্নহেক বৃন্দাঠাকুরাণীনা
লাকখি ললিতাগীদা।
তমজরকখি লোইনদা কানুগীদি অরাবা
থুল্ল-নোন্জ-রাহৈদা ॥

তারগবু ললিতা মপুক্লীংদা ৰাচ্ছনা
চৎখি মখোয় অনীদো।
মীৎস্নু শীরাং চেন্দুনা মায়থোং মরু মরুদা
রাইনা লৈবা মফমদো॥
চংশল্পুনা ললিতা মাবু হৌগৎপিঙ্গনা
মতম্বাক্তা লৌথৎখি।
মাগী মৃক্ত কিঙ্কিনা মতমত্নদা ললিতা
রাইগী মপী তৈথোক্খি॥
রসবতী নহাক্লে জগৎনবু খঙনৈনা
শক্তা গুন্দা থোইজৈদো।
বহুবল্লভ মহাক্লী কণ্ঠগুমদবা অতৈনা
খঙনা মাবু গুক্লেদো॥
মগুণ চামা চেন্বনী দোষ অমথক্তনি
হৌনবরা থাদোকপা।
মাদি নগুংলাংগীবু কপ্চরিবা উনুংদা
কবিশেখর হায়জৈবা॥ ২॥

## যুগলরূপ

হরি উর পরে শুতলি বালা.........

হরি মথাকোন্দবু হিপ্চখিদো সুজানা।
লৈহাও পরেং অমনা পূজা তৌগুম্ যমুনা।
কোন্খি ধনি কাহ্না পাম্বোম্ অনী মরক্তা।
খোইমু পরেং পরেংনা খম্বাল্ কোয়বা মাল্লিদা॥
রতিরস-তান্বদা দেহ অনী লুপ্খিদো।
শ্যাম্গা রাইগা অনীবু শক্খঙববু গুমত্রেদা।
অনীগীদি মগুণবু খঙ্না শেখর হায়জৈদো।
মবুক মবুক খঙ্নবা তিন্খি ওইনা অমতা॥ ৩॥

## অনুরাগ

একলি কলাবতি রহই মন্দির.........

কলাবতী মথন্ত মন্দির মন্থুং লৈরম্মী।
পুল্লীং তম্মা ইংলবা মোক্তি-লীক্লাং লেংলম্মী॥

পাম্মু:গুণবু নিংশিংল থম্মোইবুদি লুপচখি।
কোয়েং কোয়েং য়েন্থুনা মীৎলু পীরাং চেন্‌জখি ॥
খুজীম্বক্তা ইরংলং পীরীক অমা ঙাল্লমী।
মুক্তা ওইবোই নীংথুনা লংনা পীরীক্‌ লেংলম্মী ॥
মীৎনা মকম অমদা মোন্না মকম অমদা
শকচৈ শেখর ধনীদো অয়েক্‌-লাইবু মান্‌খিদা ॥ ৪ ॥

---

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপ

মনোহর কেশ বেশ মনোহর·········

মনোহর শম্নাংণী মনোহর কিজোন্নী
কজৈ মালা মালতী।
কজৈ মণিকুণ্ডল মীৎথক্লবু লংজবা
কজৈ রসাল তিলক্তী ॥
য়েংঙু সখি খোংলিদো মোহন রাজা মাননে।
মনোহর চীন্‌বান্দা মনোহর মুরলী
মনোহর তান্দনে ॥
পূন্নীং হুজৈ লোইনমক্‌ অঙ্গ মনোহরনী
মনোহর চন্দন্নী।
মনোহর খ্বাংজেংনী মনোহর ফিগেনী
খ্বাংলী খোন্দি থুম্বনী ॥
মনোহর শাজৎনী মনোহর রাঙাংনী
খোঙদা নুপুর কজেদো।
মনোহর প্রভুনি মনোহর মপুন্নী
শেখরনা হায়জৈদো ॥ ৫ ।

---

## বর্ষকালোচিত বিরহ

সখি হামারি দুখের নাহি ওর·········

সখি ঐগী অরাবা ঙমখৈ লৈতে লৈতেয়ে।
মপুঙ্‌ কারে নোংজুথা চঙ্‌লক্লেদো ভাত্র খা
ঐগী যুমদি হাঙলিয়ে ॥

নোংমা শয়া শয়া কূপ ভৎতনবু খোংলক্লে
মালেম শীয়া নোংজ্বুরে।
পাম্মুবনা লংথৈদা মুংশি হৈত মদয়া
তেম্ছৌ তোঈনা কাপ্লক্লে।।
বজ্র চামা চামনা মৎকানবু, তারিদা
রাহোং উংলি জগোইদা।
ময়ায় কারি হঙোইনা তাহুকীসু খোংলেনে
থবাক শেৎপু কায়নদা।।
মায়কৈ পুম্বা মম্খরে অকি-কঙবা অহিংনে
নোংথাং পরেং কৃপ্লেসে।
হায়জে কবি শেখরনা করম হায়না লেম্বিবা
হরি য়াওদ অহিংসে॥ ৬ ॥

---

## সখী প্রেরণ

কহিয় কানুরে সই কহিয় কানুরে ……

হায়রুচোনে কানুদা ইতা হায়ক কানুদা
অমুক্তদি পিয়ানা ব্রজ লেংবিরকউদা।॥
নিকুঞ্জদা থমজরি ঐগী গুকী লীক্লাংসে
পাম্মু মানা অমুক্তং মঙজ্বুদ শিরোসে।
পামেল্‌সিগী উশাদা লৈরী শারী শুকদো
ইপাও তম্বা মচীয়া তাজসম্মু পিয়াদো।।
ইয়াংচাওবী শজিমোম্ খোয়্ংসিদা লৈরিসে
পাম্মু মানা হংসম্মু মঙোন্দগী ইপাওসে।।
শ্রীদাম সুবল সখাশিং মহাকীদি লৈজবা
অমুকহয়া মখোয়গা কংগনিদো উনবা।।
রাজরবী পল্লেম্দি যশোমতী লৈরিসে
চৎখোক-চৎশিন শক্তিদি মহাকীদি লৈত্রেসে।
পাম্মু মানা লাক্লগা অমুক্তদি উহল্লু
হক্তৎচবা পুম্বসে বন্ধু মঙোন তম্বিরু।।

---

১। ময়ায় কারা

লাঙ্‌তক্লোনবু তারগা দুক্তা চৎলে মধুপুর
হায়নিংবদি খন্নাইদে করি হায়নি শেখর ॥ ৭ ॥

---

## দিবাভিসার

তুলসী বচনে সব সখীগণে·····

তুলসীগী রাহৈ তা সখীশিংদি পুম্বনা
দেব পুজা থৌরাংলে।
বিধি মানা উদ্রিবা উপহার মথেমা
ইড়াৎ লুক্তো হাজল্লে॥
চিনি ফেনী কলানী রস য়াওবা মাখন্নী
রেউড় তিলা কদম্বা।
পুরি পুয়া খাজাও পেড়া সরভাজাও
রাধিকানা থোংলম্বা॥
অমৃতকেলিকাসু লাড্ডুকানচিংবসু
মুগ্‌কী মহী ঘী থাক্‌পা।
দেব পুজা তৌনবা বুঁদি রসকরাদি
খিরি থৌরাং নিংথবা॥
অগোর্‌ চন্দন্‌ শুরুবা পাত্র থম্না হার্প্লবা
কুংশি-লৈনম্‌ মালাগা।
চাংদম্‌ মমল্‌ নাইদ্রবা কর্পূর্‌ তাম্বুল্‌ অহাওবা
থেক্সৎলেদো খড়াইগা॥
লোইন্‌ খমৃইন তরাংবী শকী ইপোম হৌজবী
মন্দির মথুং ফম্‌খরে।
মদম্‌শুম্বা কৃষ্ণবু শুমহৎনবা চেক্‌শন্না
রাধা শেম্বী শাবীরে॥
থুরো থুরো হায়রিবী লোইনমক্তা শেখরনা
মতম হেন্নৃপ্রে হায়দুনা।
জটিলাগী চোরোন্দা থুরুমহুনা লোম্নৃক্লা
পুজা মন্নাম চৎখিনা॥ ৮ ॥

---

## একাদশ দণ্ডে দিবাভিসার

তপনক তাপে তপত ভেল মহীতল ·· ······

কোয়ৌ হুমিং মৈশানা প্রোক প্রোক চাক্লে মালেমা
লৈঙোই চাকপা পাংখক্লে।
অনীঙ্বনা অপুন চৎলী লম্বী তাসিনী,
হুংশা মৈশা চঙদেনে।।
(হরি হরি) প্রেমগী খোঙচৎ থিঙ্ঙমদে।
থেকানৌবী, খনীনি খম্বাল-ঙম্বা খুয়ানি
লেপ্তে অভিসারদে।।
শাগৈ গুণ্গী মিংচৎপা লৈনম্ শাম্না নম্রবা
নাপী য়োন খনদে রাই।
খম্নুংদবু মদম্না ঈপাক্-ইহৌহন্বনা
লুপক্রে শাগৈ-ইজৎ রাই ॥
চামা চামা বিথিনি লাক্লে অনুরাগিনী
মদন্-পাওতাক্ ইন্বদা।
গুরুজন্গী মীৎয়েংবু লাম্বোক্লবা করুবী
মণিময় পাখিদা ॥
কেলি কলা হৈজবী কুসুম্ সরো, মপান্ তম্
হৈন শিংনা লেংখিনা।
নিংজবদি অপুম্বা মদম্বু থুংহন্বা
কবিশেখর শক্চৈনা ॥ ৯ ॥

---

সুখময় বৃন্দাবনে সুখময় শ্যাম·······

সুংঙাইরবা বৃন্দাবন্ সুংঙাইরবা কানাইগা।
চাংদম্ঙাই লৈজবী সুংঙাইরবী রাধিকা ॥
অনী থিন্ন সুংঙাইবা রসকেলি শাম্নৈদো।
মায়খোং থাজ অনীদা চীন্বাল্ খোইহী থক্লিদো ॥
দেহে অনী কুঞ্জুংলে থম্মোই থম্মোই গুম্থবে।
বিনোদিনী রাধাবু বিনোদিয়া কোনখবে ।।
কেলি-পণ্ডিত অনীদো শকফু গুণমু মাম্নৈদো।

---

১। ··· ২। প্রোক প্রোক চাক্লে মালেমা খোইরবী। ৩। কুসুম সরো মপান্

কেলি-মিথয়েং-নায়েংদা কনা ৱাৎপা লৈতেদো ॥
ৱতি মূৰ্ত্তি মপুঙদি ফোঙ্‌দোক্‌য়িদো অনীদা
ৱতিপতি মদন্না কিজখিদা থম্মোইদা ॥
অঙকপনী ৱতিলাল ঈকাই-শেঙ্গোয় হাঙ্‌খৱে।
রুনু রুনু নূপুর কিঙ্কিনীসু কিঙ্‌ কিঙ্‌লে ॥
মচেৎ মকাই ৱাৎতবা ৱতি-লীলা ৱসনি।
মপোক্কীদি নিংজমন্‌ অনী ভিন্ন কংবনি ॥
পুক্নীং হকচাং থৱাইদি অমতবু ওইখৱে।
অঙ্গ অনী অমা ওই বিধিনবু শেমখৱে ॥
অনোম-হুমাং চেন্‌বনা অঙ্গ অনী থূমখৱে।
ৱতি-ঈপাক্ দবু ঙমখৈ লাম্বা ফংদৱে ॥
অনী অদো চুপমীমৈ কেলি মপুঙ ফাদোক্‌চৈ।
অনীগীদি সেবাদা কবি শেখর চংশন্‌জৈ ॥ ১০ ॥

# জ্ঞানদাস পদাবলী

## শ্রীগৌরচন্দ্র

শচী গর্ভ ইপাক মকুংদা ঙাল্লে গৌরাঙ্গদি ৱতন্না
মালেমথক্তা ফোঙদোক্‌পীৱৱে।
ৱতন্দুগী মঙাল উদ্রুনা তাইবং পান্না মিহৌকন্‌খিবনা
অমম্‌-পাপ্পা থুনা লোৎখৱে ॥
য়েংলুসিনে গোৱা থাজদো।
থাজ মায়থোংসিগী মাঙ্‌ চন্নববু য়াত্রা নোংদোম্বা
থা-উ-ঈকাই কপ্‌চৈ থাজদো ॥
থাগী অমৃতদি থক্লগা চারাম লাপ্পা চৎখি হায়বদাই
'ভুনা কৌয়ি মাবু সুধাকর।
থাজসিগী নাম সুধাদি থক্ল মাঙিঙ য়ুম্নান চাক্লাম্‌দি
ওইদা জীব অজর অমর ॥
গোৱা মায়থোং সুধাকৱদি হৱিনাম সুধা খিকথৈদো
জ্ঞানদাস্‌মা লেকচৈ সুধাদো

নাম্মোকনী সংসার শঙ্কাদি গোরা নাম্না পুঙখোন্ থীল্লগা
মনাই ষম্দা করেম্বীনিদো ॥ ১ ॥

---

গৌরাঙ্গ আমার ধরম করম ······

গৌরাঙ্গনা ঐহাকী ধরম করম পুম্বনী
গৌরাঙ্গনা জাতিনী।
গৌরাঙ্গনা ঐহাকী শাগৈ-লমচৎ-ইজৎনে
গৌরাঙ্গনা গতিনী ॥
গৌরাঙ্গনা ঐহাকী থরাইগীদি লাইনীদো
গৌরাঙ্গনা স্বামীনী।
গৌরাঙ্গনা ঐহাকী পুঙলোই লোইবা ইরল্লী
মনাই সুপী ঐহাক্লী ॥
হরিনাম খোল্লাওনা ঐগী শাগৈ মাঙহল্লে
ঙাওহন্‌বীরে ঐহাক্তো।
খোল্লাও অদু বন্ধুনা লাউরকপদি কালহুদা
য়ুমদা লৈবা ঙমদেদো ॥
অহল লমন্ মরাখোন্ নাকোংদবু হাপ্লরোই
শাগৈ লমচৎ থারনী।
হায়ৈজে জ্ঞানদাসনা মমল ইয়াও য়াওদনা
গৌরখোঙ্‌দা য়োম্মোক্লী ॥ ২ ॥

---

( সই ) দেখিয়া গৌরাঙ্গ চাঁদে·······

( সোই ) গৌরাঙ্গ উরুবদা।
ঙাওরেনে ঐহাক্ পুক্লীং লাংলেনে
থুরেদো সুংশিলাংদা ॥
( সোই ) গৌরনবু চেক্লা ওইরম্লবদি।
যোত্তোন্ ত্তোজনা য়োকৃচ-থাকৃচনি
থম্মোই পোন্দা থম্লদি ॥
( সোই ) গৌরনবু লৈরাং ওইরম্লবদি।
থেৎচরম্‌গনি শমুজিগী থক্তবু
হাইনি নাইন ওইনদি ॥

( সোই ) গৌরনবু মোতি ওইরম্নদি ।
লীক্লাং লে তুনা উক্লা শিবমগনি
ফজরম্নী যাম্নদি ॥
( সোই গৌবনবু কাজলমু ওইরম্নদি
কাজল্ শেমতুনা মীৎ লৈতে'লম্নী
ফজরম্নী ফনদী ।
( সোই ) গৌরনবু খোইহী ওইবম্নদি ।
হায়জৈ জ্ঞান্দাস মহাও তংতুনা
লুপ্মী শাগৈ মৌনদি ॥ ৩ ।

---

সই কে বলে গৌরাঙ্গ ভাল ...

কনানবু হাযগে সোই গৌবাঙ্গবু ফৈ হায়না ।
মপান্দদি মতাম্রে সনাগীদি কচুনি
পৃঙমু মু'দো কু'দনা ॥
মপাম্ভো'দা যে'লদি চুমদ্রি' তানা ফজৈদা
চেদা যেক্পা লাইন্দো ।
মহুংদবু থিতুনা উববরা মতাকী
শাথেক্ অছম্ থেক্যিদো ॥
মপান্দদি গৌরাঙ্গ সাধু সুপণ্ডিত্নী
সাত্বিক্ ভাব্না থন্বনী ।
মহুংদবু থিরদি উববুদি ফংগনী
মাদি হুবান চাওবনী ।
মপাম্ভো'দা উবদি নিপা শাবান্ পান্বনী
লো'ইনা হাযদো নিপানী
সুপীগীদি ~ ব্নদি ওইখিদকো দেহেদো
সুপী শাজৎ ভাক্তনী ॥
মপাম্খো'দা উরিদো অতোপ্পগী সুপীদি
মীৎচিনফাও য়েংদেদো ।
মহু'দবু মহাকী কপচরিদো থরাইনা
মীগী সুপীদমক্তো ॥

মপাম্বোংদা উবদা ব্রাহ্মণ্‌গীদি মচানি
ব্রাহ্মণ্যদি পাম্নরিবো।
ইবুরুংদা খল্লিদা ব্রাহ্মণ নত্তে মহাক্সে
সুংদা গোপ ওইরিবো।
( সখি ) গোরা কৈদা ফবগে।
ফবগীদি লক্ষণ্‌দো বরি করি লৈরিবা
তাওদা মগুণ শংখদোক্কে॥
সুপীগীদি অঙ্গবু লৌরগবু হকচাংদি
ভাব্‌কী ঈথক্‌ তাওয়িদো।
অঙাওবগী মতৌগুম্‌ কোয়চেল্‌ কোয়চেল্‌ চেল্লিনা
কপ্পা কপ্পা নোকয়িদো।
মশামক্লা ঙাওজ্জেদো হরি হরি শোল্লীদো।
মীবুম্নে ঙাওহল্লী।
হায়জ্জৈ জ্ঞানদাসনা ভাব্‌কী ঈথক্ত ইরাংবু
কনামনা খঙ্‌গনী ॥ ৪ ॥

---

## কুঞ্জভঙ্গ

প্রাণনাথ কি বলিব তোরে……

থরাইগীদি মবুঙো করি হায়নি নঙোন্দা
গোকুল-লৈবাক য়াহৌরে করঃ চৎনী ইমুম্‌দা ॥
সনা ফিগে নহাকী শেৎচন্‌বিরো ঐঙোন্দা
চূড়া বাংনা থেৎপীরো শম্‌জী শম্বুল থোক্লোদা ॥
নাদা কুণ্ডল য়ান্‌বিরো পীরো খুৎকী মুরলী
নথাকোন্দা পুরক্লো নহা ওইবা বাছুরি১ ॥
হায়জ্জৈ জ্ঞানদাসনা খোঙ্‌শা-খুদোপ লৌথোক্লো
সনাগীদি হুপুর কানাই নহাক শিবিরো ॥ ৫ ॥

---

১। শয়্যাঙাচা।

## শ্রীরাধাগী রসোদ্গার

শিশুকাল হৈতে বন্ধুর সহিতে·········

অঙাং নত্রা ওইদৈদা বন্ধুগবু গোন্নননা
থরাই থরাই নুংশিনৈ ॥
খঙ্দে করি মরমগী শেম্খি বিধি কনানা
হকচাং তোঙান্ তোঙানৈ ॥
( সখী ) মাগী প্রেম্দি করম্নো।
ভূম্বা হৌবা মতমদা মাবু উবা ওম্দেদা
লমন্ করম্ শিংদোনো ।
ঐগী হকচাং কুচুবু পামজবগী মরম্না
সনা ফীগে খোল্লী শ্যাম্ !
থরাইদগী হেল্লিবা মথুৎকীদি মুরলী
খোঙ্ল শোন্জৈ ঐগী নাম্ ॥
ঐহাকীদি অঙ্গগী কুচু মনম অদুনা
চেনজবদি মায়কৈদা
পাম্বোম তিংখোক্লদুনা অঙাওবদি ওইদুনা
মায়কৈদোমদা চেজৈদা ॥
নুপী লখা লখানা অহিং-নুংথিল্ নুংশিনা
খোগম্লিংবা খুয়াদা
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা আহিরিণী সুজাবু,
নুংশি লাংনা ফাজৈদা । ৬ ॥

---

রূপ লাগি আঁখি ঝুরে গুণে মন ভোর·········

রূপ্কীদমক্ পি তাজৈ গুণ্দা ইপূক লুপচৈদো।
মাগী কায়াৎ খুদিংগী কল্লী ( ঐগী ) কায়াৎ খুদিংদো
মথা কোনবু পামজনা ইথানবু কপচৈদা।
নুংশিবগীদমক্তি থরাই ইংবা লৈতেদা ॥
( সখি ) করি অমুক হায়সিগে।

১। আভির মচনা আহির ওইখিবনী। আহিরগী স্ত্রীলিঙ্গদা আহিরিণী ওইবনী। আভিরগী অর্থদি গোপ জাত্ত অমন্নুং গোয়ালা হায়বনী। 'আহিরিণী সুজা' হায়বসি রাধাবু হায়বনী।

রাশক্রিবা পুন্নী'দা মতুদবু তৌরগে ॥
উরগবু হুংঙাইবা কয় হায়নি মতুদি।
উনীং শোক্লীংলুবগী লাংতক্লরে হকচাংদি ॥
নোক্লকপদা চেক্তজে খোইহী ইচেল কয়াদি
নোকচৈ বক্কু মোমোম্নোক্‌ মু শি-মচি ওইবদি ॥
গুরুজনগী মরকা খীশিংগা লৈবদা
তুজুংলকই হকচাংসে শ্যামগী রারী শাবদা ॥
তুজুংববু লোৎনবা মও মও হোৎনজে।
মীংকী পীরাং ঐহাক্কী তৎতনবু চেপ্পৈজ ॥
য়ুমদা লৈবা খিবিকনা চিবোণ্‌ চিবোণ্‌ ঙাওনৈদো।
হায়জে জ্ঞানদাসনা ঈকায় মতম মৈ থাযদা ॥ ৭ ॥

## গোষ্ঠলীলা

গোপাল যাবে কিনা যাবে আজি গোঠে ...

গোপাল ঙসি চংকত্রা চৎলোইদরা শন্‌জেনবু।
নচীন নাতৈ কাঙলগা ঐখোয় চৎচখরগে
শল্লূপ্‌ চৎগে শন্‌জেন বু ॥
মতম হৌগে হায়দুনা কৌবা লাক্লী গোকুল্‌গী
শনজেন্নহা পুম্বনা।
নথস্তমক মন্দিরদা তৌবি করি থবক্তি
মপু শারি করম্না।
লাম্থোক্কুনা চৎকেস্তু থবাই য়াম্না রাজৈদো
করম চৎনী হিংনদি।
খঙদে করি হৈংনো থমোই নিতি চিংঙিদো
শিরে মীৎকুপ উত্রদি ॥
কোক্তা খুরৌ থৌরী পু খুত্তা সনা-শাক্তৈ পু
থোক্লি বিহার বেশদা।
শন্‌জেমহা পুম্বা পূ যামুন্‌ ভোর্মান্‌ চৎচৈবা
জ্ঞাম্না, তুংদা লেপচৈদা ॥ ৮ ॥

১। জ্ঞানদাসদা

## কানুদা সম্বোধন

ওহে বন্ধু আর কি বলিব তোরে…… ….

ওহে বন্ধু করিমুক হায়সিগেনে নঙোন্দা।
ইথোয়রাংনা শিন।। তুংশি খোঙদোই হল্লুবা
লৈবা ঙমদ্রে হয়ুমদা।
কাম্‌গী ঈপাকমুংদবু নাংনা নীংনা লুপ্তুনা
নিংজববু খুংলগে
ইশামক্সা ওইগনী নন্দ-নিংথৌ মপারী
নংবু রাধা ওইহনগে ।।
তুংশিনরে হায়বগা থাদোক্তুনা লংশেকে
লৈগে কদম্‌ মখোঙদা।
শাথেক অহুম থেক্তুনা মুরলীবু খো দোকে
ঈশাং শোকপা চৎপদা ।।
রাম্ভ রাম্ভ থরাংদা তুহুনবু লৈজনী
শাগৈ মোংগা হৌনবা।
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা মতমতুদা খঙজনী
নুংশি স্মচাক শাথিবা ।। ৯ ।।

পরাণ কান্দে বন্ধু তোমা না দেখিয়া… · …

বন্ধু নংবু উদ্রদা কপ্ত্রিনে থরাইনা
থরাহ চাক্লে থন্নুংদা থমোই শেগাক কায়রেনা ।।
তুমীং চুম্নৈ মনুংদা তমুব ফাওবা উদেদা।
নংগী দশন নহনা থম্মাই করম হিংনিদা ।।
অরাবসি হায়নবা কনা হায়ফম লৈরিবা।
নংদ প্রাণ বন্ধুন এগী পুরীং খঙ্‌ঙিবা ।।
মিহুন্‌ চেংঙুম চেঙানৈ লৈফম্বুদি খঙদেয়ে।
মীৎকুপ মংৎকুপ হিংজৈয়ে মীৎকুপ মীৎকুপ শিজৈয়ে ।।
চৎখ্রে শাগৈ লমচৎসু জাৎসু লৈত্রে চৎখ্রেনে।
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা পিরীতিস শাথনে ।। ১০ ।।

---

কান্দিতে না পাই বন্ধু কান্দিতে না পাই………

কপ্পবুদি য়াদরে বন্ধু কয়া য়াত্রেদ। ।
লেপ্পমক্তি শিদোরে নমাই থাজ য়েংগেদা ॥
ইনেম্‌ ইচন্‌ অনীগী মরাহৈদি থাঙতন্মী ।
নংগী মুংশি হৈতবা শাজৎ নিংশিং শিদোয়ি ॥
হুরান্‌বগী মুপীদি ময়োল থোকপা ভম্‌জদে ।
বৈরোয় লৈকায় কিবনা লেপ্পী মতুম্‌ লেন্‌বদে ।
মতুদগী নংনমুক্‌ ভম্‌থিনবু শাথিদো ।
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা মতুদদি শিরেদো ॥ ১১ ॥

---

বিকলে সাজায়লুঁ কুঞ্জ ………

কুঞ্জ অসি শেম্বদি অরেম্বদা শেম্‌ইদা ।
পোৎচং ময়াম্‌ লাঙবদি কাম্বরনি করিদা ॥
মমীৎ তাঙবা মনাক্তা ভাম্ববুদি থাম্লুবা ।
রত্ন-থাঙমৈ মঙাম্না করিবুদি কাম্নবা ॥
লেংজরুরে পরেং লেং মালতীগী মালাদো ।
থমোই লকাম্বুংদবু তাশোলবুদি ওইরেদো ॥
করিবুদি তৌদোরি চতুঃসম গঙ্কনা, ।
নিংথিয়বা মওংগী ফিজেৎ-লৈতেংশি সিনা ॥
কদোহুনা পুরকপা সর থীর থিবিম্লে ।
তাম্বুলপানা অহাউবা মনম্‌ হুংশ লাইজসে ॥
কর্রিগীবু লেল্লুবা মীৎশেন্‌ থাঙনা অহিংসে ।
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা লোয়্রো লোয়্রো শাত্তিসে ॥ ১২ ॥

---

## শারদ রাস

যত নারীকুল বিরহে আকুল……

ওইগী শাগৈ অপুন্বী থাইনা মৈশা লাংজবী
তপ্‌থ-থাঙ্‌জ ভমদেদা ।

১। কর্পূর, চন্দরজিংবা মমব-হুংশিবা পোৎলম মরিনা শাবা পোৎ।

রসিক নাগর মহাক্লা মপূক্তীংবু খঙদ্রুলা
লেপ্লি ঙাইনা যামুন্দা ॥
কদম্ পাম্বী মখোঙদা কম্ন মরুম অমদা
মেংনা খোংঙি বাঁশীদো।
তাজরগা নাকোংদা ব্রজবধূ লোইনদা
মকমদ্রুদা ভিল্লৈদো ॥
শিরুরবা হকচাংদা থরাই অমুক কংবদা
ওইবগুম্মী মতৌদি।
উমং-লম্নৈ চাকৃপদা অমৃতগী ইপাক্তা
মাপ্লি মৈশা কোকপদি ॥
নোংগৌবীদি চেক্লানা নোবা নোংবু উদ্রুনা
মুংঙাইবদা তাওগুম্মী।
মায়হীং-থাংবা থাবু ঙম্ মমায় মায়থোং কজবা
কোয়না নোংইন্ কোয়গুম্মী ॥
কায়না মৈচাক চাক্লম্বা পুংম্নিংবুদি ইংখিবা
খিক্লে মপৈ অমৃত।
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা শ্যামগীদি মায়থোংদা
নোকখী যোমোন মনোক্ত ॥ ১৩ ॥

---

## মথুরাদা দূতী প্রেরণ

বন্ধুরে কহিয় মোর কথা...... ...

তম্ন্ ইপাংও বন্ধুদা।
চোংশন্‌গনী মৈম্নুংদা হম্লক্তদি অসিদা ॥
শিবদগী হেন্‌থরে কাম্নত্রবা পুক্নিসে।
বন্দা লম্নৈ চাক্লুয়ে নহাক য়াওদ পুক্নিসে ॥
অরাবসি কোকৃঙল্লোই মহাক্লবু হায়রদি।
মায়থোঙ্ থাজ নিংশিংল থারগেদা থরাইদি ॥
হায়জৈ জ্ঞানদাসনা অরা-রাখল ভোক্লোদা।
থরাই-লম্দো নহাক্কী কংনি শোইরোই খঙঙ্দা ॥ ১৪ ॥

---

### শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী পরস্পর উক্তি

তুয়া অনুরাগে হাম নিমগন হইলাম ..... ..

নংগী অনুরাগদা ঐহাক লুপচরিধনে।
নংগী অনুরাগদা ঐহাক গোলোক থাবনে॥
নংগী অনুরাগদা ঐহাক উমং পাং চেন্নী।
নংগী অনুরাগদা ঐহাক শেন্নী ধবলী।
নংগী অনুরাগদা শাড়ী শংবা শেৎলী ঐ।
নংগী অনুরাগদা সনাফিগে শেৎলী ঐ॥
নংগী অনুরাগদা মিংচৎ-থীবী ওইরি ঐ।
নংগী অনুরাগদা নন্দ-বাধা পুরী ঐ॥
নংগী অনুরাগদা নহাক ঙাক্তা উরেদো।
নংগী অনুরাগদা ইমৈৎ অসি পৈরেদো॥
নংগী অনুরাগদা অতৈ করি খঙদ্রেদো।
চন্দ্রাবলী[১] শোন্নু দা জ্ঞানদাস শৈরেংদো॥ ১৫॥

---

## কানুরামদাস পদাবলী

### মান

না কহ না কহ সখি না কহিও আর ..... ..

হায়রু হায়রু হায়রহু সখি হন্না হায়রুদা।
লোইনা থার মহাকপু সার[২] ওইনা লৌবরু
মাদী ঐগী ওইদ্রেদা॥
শাগৈ লমচৎ থাদুনা মাগী কোলোই থম্নুনা
অহিং লেন্নী উমংদা।
মানা ঐবু থাদোক্ল বিলাস তৌরি অতেগা
করম্ থাঙনী থরাইদা॥
পাক্কল শোন্‌বী জাতিনী অমুক কুলবতীনি
ঐথোয় করম্ কুংশিবা।
কুংশিহেবী কয়াগা মহাক্কবু শাগৈবা
ঐগী করম্ শিনি মা॥

---

১। রাধাগী নিং থবা। ২। নটি।

হায়রৈ দূতী তারগা খুৎলোয়না খুরুমরৈ
ঙাকউ ধনী মরাল্ পুম্।
হায়রৈ কানুরামনা উনবগা চুম্মিনা
থোক্লী প্রেম্দা কায়বন্থম্।। ১ ।।

## লোচনদাস পদাবলী

### শ্রীগৌরচন্দ্র

কে যাবে কে যাবে ভাই ভবসিন্ধু পার...... ..

কনা চৎকে হায়রি ভাই তাইবংঈপাক্ তোর্বান্দো।
মহৈ য়াম্লে কলিযুগ চৈতন্যনা পোকপদা।
এগী গৌর হীদেন্দা লেম্মা খেবা লাল্লীদো।
লেঙ্ঙম্দবা মীৎতাংবা তোল্ল কাওবা লাল্লীদো।।
হরি-মিংলেন হীরেন্নী হীরান্‌বনী গুরুনা।
সংকীর্ত্তন্‌বু তৌহল্লী পাম্বোম অনী থাঙ্গৎনা।।
মীদি পুম্বা লাল্লেদো প্রেম্‌গী হুংশীৎ শীৎপনা।
নৈহৌরেদো তাদুনা লোচন লম্মাই দোষনা।। ১ ।।

### শ্রীগৌরাঙ্গগী সন্ন্যাস

শয়ন মন্দিরে গৌরাঙ্গ সুন্দর..... . ....

শয়ন্ মন্দির মফুংদা গৌরাঙ্গ সুন্দরনা
হৌরে অহিং মমৈদা।
কন্না আশা তৌখিদা সন্ন্যাস্ ধর্ম্ম লৌরগে
বেশশিংসি থাগেদা।।
মতৌ অসুম খন্দুনা মন্দিরবু থাদুনা
গঙ্গা তোর্বান লাকখিদা।
খুবাং চাংজো লোয়না খুরুমজরে হায়রগা
শোকখি গঙ্গাজলদুদা।।
গঙ্গা লংথোক্লয়গা নবদ্বীপ্ থারগা
কাঞ্চন্ নগর লম্বীদা।
খোঙদোই হুন্না চৎখিল্লা তায় মীমি পুম্নমো
কোক্ত বজ্র তাখিদা।।

নূঙগা চন্দ্র, মাজ্জা থম্মোই কন্থা মীতানা
থম্মোই পেৎখি তাহুনা।
কন্নী শাগা উচেকা মহী চেন্নী নূঙকাঙবা
শকচৈ লোচনদাসনা ॥ ২ ॥

## নিতাইনন্দগী গুণবর্ণন

নিতাই মোর জীবন ধন নিতাই মোর জাতি·········

নিতাই ঐগী থবাইলন্ নিতাই ঐগী জাতিনে।
নিতাই নত্ত ঐহাক্কী গতি অমা লৈতেনে।
তাইবং-মুংতাই-য়াংদা উৎপু থন্না হাপ্লগা।
নগরদ' চাক্লিগে নিতাই মিংলেন শোল্লগা ॥
নিতাই-লৈত দেশদো দেশতুনা চৎলোইরে।
নিতাই-য়েংথি মীতাদো মাগী মমায য়েংলোইরে ॥
মাগী খোঙজুম গঙ্গানি কোকথক্ হাপ্পী হন্না।
সিগুম নিতাই নিংদনা রাজত্না শিনিনা
লোচন্ হায়জে ঐহাক্কী নিতাই য়াদ মীতা দা।
মৈবু চুর থাদোকে মাগী মন্না মনুংদা ॥ ৩ ॥

## শ্রীঅদ্বৈত-বন্দনা

জয় জয় অদ্বৈত আচার্য্য দয়াময় ······

জয় জয় অদ্বৈত খোজানুহৈবা আচার্য্য।
মাগী হুহুঙ্কারনা গৌরাবতার ওইখিদো ॥
প্রেমদাতা সীতানাথ খোজালগীদি ঈশাক্-ও।
মাগী প্রেম রসনা লাকখি গৌর নাগরদো ॥
খোজামুনা মহাক্না য়েংবিখিবা মহাক্তো
প্রেম্‌দা লুপ্ল মহাক্না গৌর গুণবু শকচৈদো।
মহাকীদি খুৱাদা চংজরবা মীতুদি।
গৌরাঙ্গগী প্রেম-লন্ ফংডি মতাক অতুদি ॥
খোজান-কুংকম অসিবু করিদৌনা নিংজ্রেদো।
লোচন হায়জে মরম্মাই কোক্তা থক্ত থাদৈদো'। ৪

## প্রার্থনা

(১)

এইবার করুণা কর চৈতন্য নিতাই·········

হন্দক্‌মুক্তি খৌজালো ওহে নিতাই চৈতন্য।
ত্রিভুবনদা ঐগুম্বা পাপী লৈত্রে চৈতন্য ॥
ঐহাক য়াম্না পংবনী মায়াগীদি মনাইনে।
পাপ্তি ময়াম অসিনা দেহে অসি চাক্লেনে ।'
ম্লেচ্ছ লমচৎ নাইদবা তোল্লবদি মীপুম্বা।
মখোয়দুগী পাপ্তগী ঐগী পাপ্না হেল্লবা ॥
ভমখৈনাইদ' পাপচেন্‌বা জগাই মাধাই পাপীনি।
মখোয়দুবু লান্‌বীবা নখোই নচিন্নাওনী ॥
হায়জে লোচন্‌ কদোনা তোল্ল' ঐবু চান্‌বীদে।
নখোয়নীনা চান্দ্রদি চানবিগনী কনাদে ॥৫॥

(২)

বদ বদ হরি ছন্ন না করিহ ··

শোল্লো শোল্লো হরিদো ঙাৎতি তৌবা তোক্লোদো
দেশ কোয়থ্রে বিপদনা।
রাক্ষস অসি খঙডুনা মাঙজোননা চেন্‌খরে
নাকোং ইয়া শয়াংনা ।
মখোয়গীদি মঙুংইন্‌ মীৎকা রাগা অনীনা
কায়দুনবু চংখরে।
ঐগী ঐগী হায়দুনা অহিং মুংথিল শিরেনা
যম্‌গী দূৎনা কূম্মৈ য়েং ॥
নিংথিরবা নগরদা য়ুমথোঙ্‌ য়ুমথোঙ্‌ খুদিংদা
যম্‌গী থানা কব্বনী।
যম্‌না থীরী মুমীৎকা চহীগগী মশীঙগা
কদোঙৈবু লান্দানী ॥
ইতু ইচা ইমোনা লুনা লুনা তৌরিনা
নিস্ফূক থানি লোইনমক্‌।
শিবকান্দা খুৎতক্‌-পুন. মৈচুগনী য়াম্নুংদা
মৈথাগনী চিন্তামক্‌ ॥

স্নাউম্ কনা খন্নবু    হরি শোন্ বা তৌদনা
যম্নু করম্ লানগনী
দাস লোচন্ নহাক্তি    ন্নারেম্ ডাক্তা ডাঙ্গুনা
লম্নাই দোয়না শিয়নী ।। ৬ ।

(৩)

ভজ ভজ হরি মন দৃঢ় করি·········

নিংঙ্ নিংঙ্ হরিবু    পুন্নীং চেৎন চেৎনবু
শোল্লু চীন্দা মমিংদো ॥
ব্রজ নিংখৌ মপারি    গোপী-খন্নাই-লন্-ওইবা
তাইবংপুম্বা শ্যামদো ।।
কদোটৈ ু শিগনী    করম্নবু লান্ গনি
কোরে শমন্ অকিবা ।
মাগী মতিক ময়াইনা    মালেম নিকপা খঙ্দনা
তৌজমন্না শিনিবা ।।
শাগৈ লন্নবু কংহুনা    ময়াই কার নশাবু
অচৌবনী হায়জবা ।
শমন্গীদি দৃৎশিংনা    খুৎকা খোঙ্গা পুন্দুনা
উৎতূপ্ কূন্না লেঙলোয়বা ।।
যতি সতী ওইসন্নু    তোন্বা জাতি ওইসন্নু
হরি নিংঙ্ৰ' মীদ্রুদি ।
তাইবংসিদা পোক্লগা    কোয়চৎ কোয়চৎ চৎলগা
শোয়রোয় য়ৌরব্ লুপ্লদি ।।
খঙ্গে লোচন দাসনা    মতম ইতৎ তৎতনা
পুন্সি ছোথ্রে লেন্নদা ।
হরি ভজন তৌহোত্রে    বিষয়দবু লুপ্ শিরে
খমোই তাশোল্ পাল্লেদা ।। ৭ ।।

(৪)

ব্রজেন্দ্র নন্দন ভজে যেই জন .........

ব্রজ নিংথৌ মপারি নিংজরিবা মহাক্তি
পুন্সি মহৈ য়াল্লেদো।
মহাকীবু পাঙ্‌খক্তি ফংবা গুমদে বেদদা
ত্রিভুবন্দা লৈতেদো॥
অসিগুম্বা মাধব নিংদরবা মীওইবা
কদৌগৈবু শিগনি।
তোল্লবদি মহাকপূ শমন্নবু য়ৈজনি
রৌরব্‌ তীন্না চাজনি॥
মঙোন্দগী অতোপ্পা তোন্‌বা পাপী লৈত্রেদো
সংসার জগৎগুংশিদা।
করিগুম্বা মতমদা লৈত্রে মাগী গতি'মা
অরেম্‌ থবক তৌরিদা॥
ভক্তি আশা তৌদুনা শোল্লি হরি লোচন্না
হরি মাগী মগুণ্‌দো।
অসিগুম্বা রসদা খোয়দাজবা গুমত্রবা
য়েংঙোই ঐহাক মমায়দো॥ ৮।

---

পরম করুণ পহুঁ দুইজন ......

খোঁজাল্‌হৈবা খমথেংনা প্রভু মখোয় অনীদি
নিতাই গৌরচন্দ্রনী।
অবতার পূম্বগী মচি মকোক্‌ খোংবনী
মুংঙাই মরু ওইবনী॥
শোল্লু ইচিন-ইনাওশা চৈতন্যবু নিত্তাইবু
রাম্না চেৎনা থাজনা।
লনবু থুম্বু থাদোক্ল রসদুদা লুপ্‌না
চীন্দা হরি শোল্লোনা॥
য়েংঙো ইচিন-ইনাওশিং ত্রিভুবন্দা লৈত্তেদা
দয়াল-দাতা সিগুম্না।

পি তাই উচেক শাপিংনা নুঙগী ময়োম্ চোংজৈনা
মগুণ্ মারী তাত্নলা ।।
তাইবং মুত্মান্ মনুংদা তাত্নলমু লৈরেদা
মখোঙ্ কংগে নিংত্রেদো ।
তৌবমনবু কংহল্লি শমমবু শোয়দনা
হায়জৈ লোচন্ দাসনা ।। ৯ ।।

শ্রীকৃষ্ণভজন লাগি সংসারে আইলঁ.........

কৃষ্ণভজন তৌনবা সংসারদা লাকপদা
মায়ালাংদা বন্দী ওই পামেল পাংথক ওইরেদা ।।
কুংশী-উরী কোয়শল্লক হকচাং পোলোই কংলেদো ।
তীনবু ওইনা শুপীনা অমুক থমুং চঙ্লেদো ॥
পুত্র-কন্যা উহৈনা উশা থুদেক্ তারেদো ।
মাতা পিতা উচেক ওই উথক মতুম শারেদো ॥
চাউবা গুমত্রে উ-পাম্বী কংশন্দুনা লোইজরে ।
মতুদগী অমুকন্থ সংসার-লশৈম চাক্লরে ॥
লা/ক্লা লাক্লো ঐহাক্তী বৈষ্ণব গোসাই থৌজান্বা ।
কুংশি-লাংজ থিক্পিরো অতুদদা হিংনিবা ॥
দুর্ব্বাসনা দুরাশা অনী হোরে মৈখুগুম্ ।
লাউজৈ লোচন্ দাসনা চাক্লে চাক্লে শিদোগুম্ ।। ১০ ।

শ্রীরাধাগী পূর্ব্বরাগ

নোংলেন্-কুচু পাখং'মা ।
যুবতীগী শাগৈ-মাঙ্ ॥
উরুই থামুন্ হিদেন্দা ।
কোটিমদম্ শক্গুম্লা ॥
থমুং চাক্লে প্রীতিনা ।
মাথু নত্ত পামত্রেনা ॥
শাগৈ জাতি থাদুনা
থুরা তাঙ্বা চঙজৈনা ॥

নোংমং লৈরাং-অতসী।
লোচন্‌দাস উনিঙ্‌ঙী। ১১।

---

## বৃন্দাবনদাস (১) পদাবলী

### শ্রীগৌরচন্দ্র

ক্ষীরনিধি জলমাঝে আছিলা শয়ন শেজে......

ক্ষীরসাগর ইয়ায়দা চেপ্পম্মাদা কমুং শা
অনন্তদি নিতাইদা।
অদ্বৈতনী প্রীতিনা লাকখি কীর্ত্তন্‌ রসনা
হরি ভক্তি শন্‌বদা॥
রঘুকুল্‌দা পোকুনা সিন্ধু থিংভি চাংখোঙনা
হাৎখি রাবণ কোক্লোংবা।
রক্ষ শাগৈ ভুম্ন হাৎ মপাম্বোমগী পাঙ্গম্না
রাম-লক্ষ্মণ পোরম্বা॥
যদু-নোংশা ওইনা পোক গোকুল্‌ মধুপুরদা
লীলা কয়া শাম্নখি।
পুরুীং খুদিং হরাওহন্‌ প্রেমলন্দি য়েম্বোক্ল
কানাই বলাই ওইবিখি॥
যুগ.তি পুঙলোই লোইবদা কলি যুগতি চঙ্‌বদা
নবদ্বীপ ধন্যনী।
জয় জয় য়াইকখোন মরোল অছম থম্ন ডা
পণ্ডিত্‌ লাম্ন থৌরাংনী॥
যুগতি খুদিং নাংগুম্বী' মালেম পোৎলুম কোরবা
য়াদে পাপী পাষণ্ড।
গৌর কৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ ঠাকুর
মণ্ডল শকচৈ বৃন্দাবন্‌ ॥ ১ ॥

---

অবতার তৌদি।

## শ্রীনিত্যানন্দগী আবির্ভাব

রাঢ় মাঝে একচাকা নামে আছে গ্রাম··· ······

রাঢ়লুংদা খুজংলৈ একচাকা কৌবদি ।
নিত্যানন্দ বলরাম তৌখি চুদা নোংগুম্দি
হারাই পণ্ডিত্ কৌজবা বিপ্ররাজ অশেংবা ।
মাইগী মপা নিত্যাইগী ওইহনবিখি অপোকপা ॥
জৈ জৈ ধ্বনি লাউনখি নোংদোন্-লৈরাং খিক্লখি ।
মতমচুদা লোম লেপ্ লাইয়াম্শিংনা লৈ চাইখি ॥
থৌজাল-ইরেল ভক্তি য়েন্ শিরিবৈষ্ণব[1] চঙজকম্
নিত্যানন্দ মামনা রাঢ় ওইরে পোক্লকম্ ॥
হুমীৎতুদৈ হৌদুনা রাঢ়দেশ অপুন্বা
অস্থম্ অস্থম হেক্লৎলী নিংথিনবু য়াইকবা ॥ ২ ॥

## নিত্যানন্দগী গুণবর্ণন

জয় জয় নিত্যানন্দ রোহিনীকুমার······ ····

জয় জয় নিত্যানন্দ রোহিনীগী মপারি ।
পণ্ডিত্ লান্বীনিংচুনা পান্থোম্ অনী তিংথোক্লি ॥
ভাবাবেশতা অথুব্বা ঙাহৈ ঙংখাহ ঙংখাইনা
অউ অউ মীচুবু কোল্লী প্রেমগা লোয়ননা ॥
তঙাংলবা মাৎম্নানা ঙ্রোং ঙ্রোং ওল্লি তৎতনা
সনা কুচু থম্বান্দা কোয়গুম্মাদা খোইমুনা ॥
থৌজাল হেবা নিত্যাইনা মীগী ঙাবা খঙ্বাদো ।
হরি-মিংলেন্ পরেং লেং ঙাহবংমাদা হুকপীদো ॥
পাপী পাষণ্ লৈরম্বা লোহনমকপু লাক্থুখি ।
ভোনবা তাবা মীশিংদা প্রেমরস য়েনবিখি ॥
হা গৌরাঙ্গ শোন্দুনা লৈমায়থক্তা চুথৈনা
হকচাং পুমচোৎ চোৎলিদো মীৎম্না শিন্নাং ইচেল্লা
বৃন্দাবনদাসনা অস্থম হায়না থক্লৈদা
মালেম্ ভম্পাক্ মক্তবু হুমেরনা কীহৈদা ॥ ৩ ॥

---

১। শিরি। ঐ।

## বৃন্দাবনদাস ( ২ ) পদাবলী

### খণ্ডিতাগী গৌরচন্দ্র

আলসে অরুণ আঁখি কহ গৌর একি দেখি ........

আমোল্ চম্না মীৎঙাঙ্লে কৈনো গৌর উরিসে
অহিং লেপ্লুই কদাইদা।
মায়থোঙ্-থম্বাল অত্থুবু ইমক্ মকশিনখরেদা
অহিং মিৎশেল খাঙ্বদা॥
নহাক্তবু লোয়নন। করম্বদি প্রীতিনো।
সনাহিংবা দেহেসে কনানবু শোকখ্রেসে
রসবতী কনানো॥
নদীয়াগী কুঞ্জাগা রস চপমিন্নরগা
হৌজিক থাদোক ঙম্বরা।
গঙ্গা তোর্বান চৎতুনা থমোই শেংনা চাম্লুনা
তুগা য়ুম্দা চঙ্গেরা॥
মুংশি-খোম্থোক্ গৌরনা নোককেৎ নোককেৎ হায়জেনা
প্রিয়া কৈগী চৈরিনো।
হরিনাম্দা অহিংলেন্ অমৃতগী ঈপাক্ তাও
মঙুণ শক্টচ বৃন্দাবন্॥ ১॥

---

## নয়নানন্দ পদাবলী

### শ্রীগৌরাঙ্গনা গদাধর উবদা

গদাধর মুখ হেরি কিবা উঠে মনে... ...

গদাধর মায়থোঙ উ রাখল কৈনো পোক্খিদা।
বৃন্দাবনগী কুঞ্জসুখ্ নিংশিংদুনা লোইনদা॥
থরাই তৎত রাজখি মগুণ অদো তাদুনা
পরশমণি মাঙ্বনা রাবা মতৌগুম্মীনা।
হরি হরি শোক্লিদো প্রভু কপ্ন কপ্নদা
কনাগীদি ভাব্নোদা খঙ্দে হৌখি পুক্নীংদা॥
হাইরং হাইরং তুদৌয়ি সনাকুচু দেহেদো
হাইরং হাইরং হাইথখি লৈমায়খক্তা ওনখিদো॥

হায়ৈজ নয়নানন্দ গদাধর মমাঙ্দা
অসুক য়োনা চোইরবা¹মু:শিত্নবা কনাদ। । ১ ॥

# গোকুলানন্দ পদাবলী

## চূড়া-নূপুর খৎনবা

শুন রাধার নিলাজ নূপুর.........

তাজো ইকাই-নাইদবা রাধাগীদি নূপুর।
নূপী খোঙ্দা য়ুম্লিংল অতুক চাওথোক শারিবা
মপু শাবা শাজর।
নুপীগবু সজ তৌ দিবানিশি হেলাং থাং
ঈকাই খঙ্দা মতাদা।
ওইরবদি অগুরু করমতৌনি অতুদি
মোমোন নোক্লি ঈকায়দ² ॥
মঙ্গল নৈবা মমিংগী অসুক চাওথোকচরিবা
মকম্ খুদিং শূকতোকপা।
রস মপোৎ ওইরদি কদাই নৈনি খঙ্দেদা
নংবু করি হায়সিবা ॥
চূড়া রাহৈ তাবদা নূপুর হেক্তা নোক্লনা
হায়ৈজ রাহৈ অমেংবা।
হায়দোকপবু য়াদেদা হায়র করি ওইনিদা
গোকুল থরাই হরাওবা ॥ ১ ॥

তুমি কহ থেনে নারীর চরণ.........

নংনা হায়রি মরক্তা নুপীগীবু মখোঙ্দা
সদাই ঐবু উরিবা।
নংদি মীথোই মীহেরি পংকল্ কল্‌থা তোগদা
নশাই ইজৎ তাকচোবা ॥
তাওকো য়াহোং-থাজও।

১। যুদ্ধি রোইবা। ২। ইকায়বা থাখোক্তনা।

মপোক্ মপোক্ খুদিংগী তপসাবু তৌরগা
রাধা শকন্নেন্ কংজেদো ॥
রাধা-খুজিন-থাজগা রাহোং-থাজ নহাক্না
থানদুনা য়েংলেদো ।
খুজিল থাজ উবদা নোংদোন্ থকী থাজনা
থরাই যাম্না রাংজেদো ॥
রাধাগীবু চরণদা চংজদুনা ঐহাক্তো
থম্বু থেংনা মুংঙাইদা ।
রাধা চরণ অনিগী মতীক খঙ্গদৌরদি
নংগী রাৎলি য়াম্নদা ॥
ঐহাক্তীদি রাধানা ওইহনখিবা মতমদা
নংগী রসিক রাজনা
নোম্না তোম্না হাযজনা যতন কয়া তৌজনা
রাধা খোংঙবু পাংযখিনা ॥
মপোক মপোক খুদিংগী মতম লৈবা খিবিক্তা
রাধা খুযা পামজৈনা ।
খুয়া থম্বাল্ অনীদা চংজরেদা তম্নদা
গোকুলদাস ঐহাক্না ॥ ২ ।

---

## শ্রীকৃষ্ণগী নিদ্রাভঙ্গ

উঠ উঠ মোর নন্দের নন্দন ··
হৌরো হৌরো ঐহাক্কী নন্দনন্দন হুংশিবা
নোংঙাল্লেদো অহিংদি ।
মুম্মাঙদবু লেপ্তুনা লৈরে লোইনমক্পুদি
নক্প নীপাগচাদি ।
মচাগীদি মমায় থক্ রাণী মমায় ওনসল্ল
কৌযি যশোমতীনা ।
কয়ামুকপু মুংঙাইর তুমদুনবু লৈরিবা
খঙ্দে'মতা ঐহাক্না ।
নমীৎ পাঙখোক্তুনবু য়েংঙু নমায় ওন্দনা
কোরৌ হন্ংা খোয়ক্লে ।

শ্রীদাম সুদাম সখাশিং হয়া হয়া কৌরেদা
খোবো কানু হায়রক্নে ॥
মকচাং তীংলী য়াংলীর থুনা য়াংনা খৌগথলে
যাদব রাজ শকহেন্‌বা ।
চীন্‌গুপবা হায়দুনা ঈশিং খারি পুদুনা
গোকুলদাস চেঙৈবা ॥ ৩ ॥

---

## উদ্ধবদাস

### উটৈহ য়োনবা লীলা

র, দন মথুরা হৈতে কল লৈয়া আচম্বিতে ...

মথুরাদৈ নোংমদি উটৈহ পুরক খঙ্ কৌদা
লাকখি উটৈহ য়োল্লবা ।
উটৈহ লৌবো উটৈহ লৌ হয়া হয়া কৌরিবা
নন্দ যোংজিল থাখিবা ॥
ব্রজ-অঙাং কৌবা তা - উটৈহ লৈবা চেল্লকখি
মমল পুরক্ থুদিংনা ।
লৈর লৈর উটৈহ চায় হয়াও হয়াও থমোইদা
পসারীবু কোয়শিন্না ॥
তায় কৃষ্ণ মুংঙাইনা কৌদি থুবায় থয় পু
তান তান থুহৈ কৌ
পসারীগী নাক্ত লাক উটৈহ পীবু নোক্ন হায়
পসারীদা পীখি কৌ ।
কৌহু লৌয় পসারী হয়া হয়া মায়খোঙ্ মেং
মথীং কুণ্ড য়েংবনী ।
হায়জৈ উদ্ধব দাসনা হায়রুবনা ওক্তেদা
তাইবংগুবা শকফণী ॥ ১ ॥

---

## ঝুলন লীলা

ঝুলত শ্যাম গৌরি বাম·········

ঝুলিরে শ্যামা গৌরিনা ওইদা
হয়াও ইরাং ঊংতুনা।
হায়নোক নোকচৈ শায়জৈ
সখী পুন্না দোল হায়জৈ
শকয়ি মওং মওংনা। ধ্রু ।।

হেম মণি থাম্মী অথোয়বদি হিডোয়নি।
শেমজবা লৈনয়া থনবনি !
খোইমু পরেং তোংলেনা
নৌরবা উরীনা উশাদা য়েৎচরে
বৃন্দাবিপিন নিংথিরে ফজরে
থাবল-ভানবা অহিংনা ।।

নোংনৌ-কুচু শ্যামনা দোল হাইরি
রায়গা লোয়ননা ওইদা য়ানজরি
নোংথাং য়েৎপা কান্তিনা ।।

তারামণি চন্দ্রহারনা
হাইবদা হাইরিদো গুকশমদা অনীগী
হকচাং অনী হাইদুনা ।।

ধিধি কট ধিয়া তাথিয়া বোল
য়ৈরে মৃদঙ্গ শুমহৎপা মখোল
তিনিনা তিনিনা তা তিয়া ।।

খোম্থোক শুনা গ্রাম থয়া
অকিবা শব্দদা সুর পোক্তুনা
হায়কন্সুদি খণ্ডেনা

মণি আভরণ কিঙ্কিনি ঝঙ্ক
ঝুলন্দা খোম্থোকয়ি ঝুনুগী ঝঙ্ক
ঝন্ ঝন্ ঝন্ ঝয়া ।।

রাধামোহন খুয়াগী আশা
উদ্ধবদাসগী ভরসা
লেংজৈদা থমোইবু থনজনা ।। ২ ।।

## গোষ্ঠদা মিলন

রাধার প্রেমের ভরে বিনোদ নাগর·········

রাধা প্রেম্না লুমথর শকহেনজবা নাগর।
সুবল খুৎপু পায়দুনা থরাই রাখি নাগর ॥
মখোই অনী লাকখিদো নিকুঞ্জগী মরায়দা।
রসরাজ কমথখি রাধা কুণ্ড তোর্বান্দা।
উরগবু বৃন্দানা উনরুরে অদুদা।
রাম্না কম্না হায়জখি কানাইনবু বৃন্দাদা ॥
কৃষ্ণ রাথং তারগা সখী লাকখি রাধানাক।
হায়জৈ উদ্ধবদাসনা অথুবদি রাইহৌবাক ॥ ৩॥

---

## নৌকা বিলাস

মুখরার সঙ্গে রাই সখীগণ সনে·········

মুখরাগা লোয়ননা সখীশিংগা রাধানা।
যমুনাগী ইচেল্ উ মহৈ মহৈ খনখিনা ॥
কৌর হায়জৈ হিরাণবা ঘাট্টা হিদো পুরক্-ও।
মণ্ডম পুম্বা হৌখরে ঐখোয় তুরেল লান্গেদো ॥
উরদুনা নাগর হিমন্ অমা পুরক্ল।
নোক্লা হায়খি মরাহে হিরাণবত্ ওইরক্ল ॥
করি পীনী ঐঙোন্দা হায়য়ু কম্না হিরালমল্।
অমমম্ব ওইনদি লানগে নখোয়মল্[১] ॥
রাইনা হায়দো পীগনি অপাম্বদি মমন্দো।
হিরাণ্বনা হায়রকয়ি থমোই রতন লোগেদো ॥
সখীশিংগা হিখক্তা বিনোদিনী তোংখত্লে।
ঈথক রাংনা কায়ক্লে 'দুদা হিহু মরমে ॥
লুপকে লুপকে তৌরে হি ঈথক ঈমাং হৌবদা

---

১। মম্না হায়বদি থরংলগা।

সখী পুম্বা উরগা থম্মোই নীক নীক লাউখিদা ॥
ঈথক উর রাধানা থক্ থক্ লাউনা নীকচখি।
কোন্‌বিরগা হিহোন্‌বা কানাই হিবু হোন্‌জখি ॥
কোর্নবিরগা রাধাবু পুক্রীং হরাও নাগরনা।
উনা উনা তোর্বান রাং য়োনা লান্‌খি হিরেম্না ।।
হক্কা হক্কা অনী থেং প্রেমদা অনী তাওজখি।
নৌকাবিলাস লীলাবু উদ্ধবদাস লীজখি ॥ ৪ ॥

---

## হোরি খেলা

[redacted]ধা প্যারি সহ খেলত নন্দদুলাল··· ·····

রাধা প্যারি লোয়ননা শান্নে নন্দদুলাল্‌না।
মরকত অঙাঙ্‌বা সনাহিংবা অঙাঙ্‌বা
রসাল্ মূর্ত্তি অসুম্না ॥
ফিজোল ঙাঙ্‌বা থোম্লিদো নিংথিজরে শাবান্দো
মোতি মণিমালা ঙাঙ্।
কোকয়েৎ য়েৎলি নটকোক থক্কা রাহোং চূড়া তোং
ফিরোল্ পুম্বা গুলাল্ ঙাঙ ॥
অনী থুক্তা আবির মশা মশা চাইনর
পিচ্‌কা রংনা চোৎনরে।
ঙাঙ্‌লে যামুন তোর্বান্দো কুঞ্জবন্দো ঙাঙ্‌লেদো
যুবতীশিং ঙাঙখয়ে ॥
উপাল রাপাল ঙাঙলেদো উরিরৈন্থ ঙাঙ্‌লেদো
খোইমু পুম্বা ঙাঙলেদো।
ঙাঙলে শারী শুকন্থ ঙাঙ্‌লে রাহোং কোকিলন্থ
উদ্ধব শকচৈ রসদো ॥ ৫ ॥

---

## মাথুর

### দূতী সংবাদ

হিমঋতু হিমকর হিমময় বাত..........

নিংথমথাগী থাবমে অইংবদি সুংশিথনে।
কায়ন মৈচাক্ অমুকা হকচাং থকু থক্ নীক্য়িনে।।
হরি কয়াম্ খাঙ্ গনি শোনজয়বী মুজানা।
খায়ন মৈচাক অরাবা খাঙ্ জববু ঙমদ্রেনা।।
অহিং তাংলো অশাংবা থুনা হোৌর নোংঙান্দে।
কট্ কট হাইনা অহিংদি লেল্লী মীৎশেন্ খাঙ্ নদে
রতি-ইরাং হায়গী পূক্লীংদবু নিংশিংলে।
মতমচুদা খোলুহৌনা অঙক্ ফংনা কপ্লক্লে।।
নংবু ফংনি আশাদা থরাই অসি হিংজরি।
নহাকীবু থুয়াদা উদ্ধবদাসনা হায়জরি।। ৬।

---

### ষড় ঋতুগী বিহার

হিমঋতু সময়ে সঙ্কেত কুঞ্জে ধনি...... ..

নিংথমঋতু মতমদা ধনী সঙ্কেত কুঞ্জদা
নংগীদমক ভেংথাইদা।
কায়ন মৈচাক কন্বনা থমোই প্রোক প্রোক চাকয়িন
থক্ থক্ নীকয়ি উমক্তা।
য়েন্নীং ছম্বা বসন্ত লৈরাং মথেল শাৎলীদো
কাণ্ড হয়াও শায়েদা।
ছূজালকী অথোইবী নংগীদমক পিয়াংবী
মতালক্তা কপ্ চৈদা।।
ওলাংথাদা মহকচাং পৎথ পৎথ লৈওগী
থাইল-হুমাং কাঙ্ ডিদা।
নোংজুথাবু লাকয়িদা মীৎয়া-পিয়াং শিহৈলো
অরা-ইপাক তাওইদা।।
শরৎ-থাক মতুংবা মহু ধনী উবদা
রাস বিলাস নিংশিংরে।

ৱলবতী থমোইদো সোর মপী হোন্‌খিদো
উদ্ধবদাস হায়জৈবা ॥ ৭ ॥

# চৈতন্যদাস পদাবলী

## অর্দ্ধবাহ্যদশাদা প্রলাপ

হরে মাধুর্য্যগুণে হরিলে যে নেত্রে মনে ...... ..

(হে) হবে নগুণ মাধুর্য্য মীৎপু পুকপু হূজৈদো
শুমহৎ-শকতো উৎতুনা।
(হে) কৃষ্ণ মুংঙাই-তুংকম্-ও লুচিং থোইরেন্-শককম্-ও
উদে নহাক নৎতনা।
(হে) হরে ধৈর্য্য তুতুনা অহল লমন্ কিজবা
কুলধর্ম্ম হূবাল্লে।
(হে) কৃষ্ণ বাঁশী মখোম্না চিংথোক্‌না উমংদা
ইয়ুম ইহক কাউহল্লে।
(হে) কৃষ্ণ ঐবু নংনা চি' থাখুম্ নংনা চিংথোক্‌পী
মচু উর শুক্‌চৈনা।
(হে) কৃষ্ণ লৌনম কযা তৌ খোমফু চিংঙি নমচুনা
তপ্তে মুংশিমন্‌বনা।
(হে) হরে ঐবু পুতুনা লৈরাং শয্যা থক্তা পু
বিলাস তৌসি হায়জেদো।
(হে) হয়ে লোম্না ইফিবু হূবীরগা ক্ষণ অমা
নপুক-খোযরাং ফোঙভিদো॥
(হে) হরে ইফি লৌথোক্‌য়ি ’চুদা তৌবা মতৌদি
থমোই পল্লাঙ্ শীবীদো।
(হে) রাম রমণ কাযাৎতি শাল্ল ইরাং মথেল্দি
পুথোক নমীং থুংঙিদো।
(হে) রাম লৌশন্ পাঙ্গন্‌বা লৈতে অদুম পাম্‌গনবা
মীকি-লাইকি ঙাক্কেদা।
হে) রাম রমণ্-লুপ্পা-ও মচু কয়া ফোঙ্‌চুনা
রসাবেশ্‌তা লংথৈদা॥

( হে ) রাম রমণ্-পাদ-ও পামজনঙাই থোইব ও'
নচুং ঙাইয় লৈজেদো।
( হে ) রাম রমণ ভোবদা খল্ল চুংদা উজেদা
মশাক রস মুর্ত্তিদো।
( হে ) হরে নংনা চুবদি ঙমথৈ লৈতে মচুদি
চেত্তন পুম্বা চুরেনা।
( হে ) হরে মীথয়েং চিংশিন্বা নোংশাঙুম্বা হৈশিংবা
নহাক্তনী ঐগীন' ।।
নংদি ঐগী থরাইনে নহাক নত্ত হিংদেনে
কল্ল পাংথক মীৎকুপ্পী।
মকম তোপ্পা নংনা চৎ নিংঙাইদনা লৈথোক্পা
হায়দু করম তৌগনী ।।
ফূইনা হৌবা নোংমান-শং রস-তূঙ্কম্ তঙায়বা
করম্ চুংঙাইথোক্লিবা।
চৈতন্যনা চৎল হায় সুম্না মুংশি-লুপ্পদি
বন্ধু থীন্দ উনিবা ।। ১ ।।

---

## দুঃখী দীন কৃষ্ণদাস

### শ্রীগৌরাঙ্গ বন্দনা

সোঙ্রো নব গৌরচন্দ্র নাগর বনয়ারি ·······

নিংশিংঙ্দা নিংশিংঙ্ গৌ জনৌবা
বন্দা কোয়বা নাগর্দো।
নদীয়াগী থাজনী থৌজানগীদি ঈপাক্কি
ভক্তবৎসল ওইবদো।
মায়থোংথাগী চীন্বাম্না শাংঙ্নিনা ফজেনে
মীৎকুপমু ইথৌরি প্রেমগীদি তরংনে
থাজ কোটি হেনথনি চুমিৎ কোটি হেন্নবি লিংথিজরিদো
লৈবাং-লৈতেং-শয়াংনা থোইথোইমনা ভাবিনে
লাইবক লৈতেং-চন্দনা নাতোম মাঙনা তাঙ্গিনে

মূত্তা মান্‌বা য়াত্তানা খোয়থুম্বনা নো কপজি
নোংলক্‌-নোংথাংশুম্বিদো ॥
মকর কুণ্ডল অনীনা লংঙি নাপ্পা অনীদো
মণি কৌস্তুভ্‌ মণ্ডাপ্পা কণ্ঠ ঙান্‌বা নিংথিদো
অরুণ্‌ বসন্‌ থোল্লীদো করুণ্‌ বচন্‌ ঙাংজৈদো
য়াম্ন য়াম্ন ফজেদো ।
মাল্যচন্দন্‌ লৈত্তেংবা নিংথিজবা অঙ্গনি
কাম কোটি কোটিনা ইকাযজবা শককম্রি
অঙ্গদ বলয়া শি রতন্‌ নুপুর্‌ থোন্‌বনি
যজ্ঞ সূত্র থাংলিদো ॥
ছত্র থৌগল খল্লিদো অনন্তদি দেবনা
মাগী মিংচৎ কীর্ত্তন্‌বু শোল্লি ভক্তপুম্বনা
কমলানা থৌগন্‌বা মখোঙ্‌ থম্বাল অনিনি
করি অমুক হায়নিদো ॥
কৃষ্ণদাস অত্তোনবা তোম্না তোম্না হায়জৈয়ে
গৌরচরণ্‌ খাত্নুদা তৌজৈ আশা হায়রিয়ে
পতিত পাবন ওইরিবা নিতাইচান্দ মহাক্তি
প্রেমদান তৌথিদো ॥ ১ ॥

---

বন্দনা

জয় জয় মহাপ্রভু জয় গৌরচন্দ্র •• · · ··

জৈ জৈ মহাপ্রভু জৈ জৈ গৌরচন্দ্রদা ।
জৈ জৈ বিশ্বম্ভরদা জৈ থৌজাল্‌ ঈপাক্তা ॥
জয় শচিমপারী জৈ জৈ পণ্ডিৎ নিমাইদা ।
জয় মিশ্র পুরন্দর জৈ জৈ শচিমাতাদা ॥
জয় জয় নবদ্বীপ জৈ জৈ সুরধনী ও ।
বিষ্ণুপ্রিয়া লক্ষ্মী জৈ প্রভুগীদি লৈমও ॥
নবদ্বীপ লৈরিবা ভক্তশিংদা খুকমজৈ ।
নিত্যানন্দ অদ্বৈত খুরাখাদা খুররবজৈ ॥

নিত্যানন্দ খুরাম্ব আশা তৌজে ভৎতনা।
নাম্ সংকীর্ত্তন্‌সিবু শকটে কৃষ্ণদাসনা ॥ ২ ॥

## নিত্যানন্দগী জন্ম লীলা

রাঢ় দেশে নাম একচক্রা গ্রাম·········

রাঢ়দেশ মনুংদ্‌া একচক্রা খুঙ্গংদা
হারাই পণ্ডিৎ মযুম্নী।
রাক্‌চিং থাদি য়াইকবা শুক্ল দযো দলীদা
হলধর পোকপনী ॥
হারাই পণ্ডিৎ ঠাকুরনা ঙমখৈ হেন্না হরাওনা
তৌখি পুত্র-উৎসব ্তি।
মালেম-লৈমা পৃথিবী থক্ খা ফাওনা নীক্‌চখি
লৈভে ফুংঙাই পাংথক্তি ॥
শান্তিপুর মনুংঙো হরাওজখি পুরীংদো
খিত্তং খন্‌খি ওইবরা।
মপুক্লীংদা খঙজখি পোক্লমায়ে হায়নদি
কৃষ্ণ-য়াম্বুং য়ামরা ॥
বৈষ্ণবশিংগী মপুক্লীং য়োনবুদি পেন্‌জখি
ফুংঙাই-ঈশাক তাওজৈনা
পাপী তোন্‌বা অসিবু লান্‌বীগনী শোয়দনা
হায়জৈ কৃষ্ণদাসনা। ৩ ॥

# নরোত্তম পদাবলী

## প্রার্থনা

এইবার করুণা কর বৈষ্ণব গোসাঞা·······

হন্দক্‌মুক্তি থৌজান্দো তৌরো বৈষ্ণব গোসাইনা
পতিৎ-লানঙম্ কনাম্ব লৈভে নহাক নত্তনা॥
কনাই সাঙ্গা চৎলগা পাপন্তি কোকপা ঙমগনি
অসুঙ্বা থৌজালগী প্রভু কনায় ফংগনী॥
গঙ্গাজলদি লোক্লগা মতুংদমু লোয়বোকনী।

নংগী গুভি অসিনী উবদনা শেংদোকপী ॥
হরিদবু লঙ্জবা লাল্লী হরি নাম্নদি।
নংগী নফম্ লঙ্জবা য়াদে য়াদে লীৎপদি॥
নখোয় পুম্বই থমোইদা গোবিন্দনা লেংশন্বী
বৈষ্ণব্ ঐগী থরাইনী গোবিন্দনা ফোঙ্দোক্পী॥
মপোক্ খুদিং আশাদি তৌজে থুয়া উফুলুদো।
নরোত্তম্মু থৌজাল্লু নহাক্কীনী হায়নদো ॥ ২ ॥

---

ঠাকুর বৈষ্ণবগণ করোঁ এই নিবেদন ... .

ঠাকুর বৈষ্ণব্ খিবিক্ও হজচ্ছরি য়াসিমা
ঐদি ফত্ত তোন্বনী।
তাইবং সংসার ঈপাক্তা লুপহনবিরে বিথিনা
ইশম্ পায়না লান্বিনী ॥
বিধি য়াম্না কল্লিদো ধর্ম্ম জ্ঞানদি তাদেদো
তৌজমন্না পুল্লিদো
উত্রে' সুক্তি লায়ঙাই য়াম্বা গুক্তা উবা গায়
অনাথ্ য়ানা কপ্চৈদো॥
অপাম্ মিহৌ-শাউবনা মদ মোহ-নাপন্না
মফম মফম চিংলিনে।
ঐগী মন্না কমদৌরি মীৎতাংবগুম্ কোয়জরি
লম্-ফ-ফত্ত খঙ্দেনে॥
সাধু সত্তি লৈহৌত্রে অসত্তবু লুপথ্রে চিৎ
নখুয়ায় নিংত্রেনে।
নরোত্তমা হায়জেনে তারু উরু কিজরে
ননাক য়ৌনা লাল্লোনে ॥ ৩ ॥

---

আরে ভাই বড়ই বিষম কলিকাল...... ....

ইচিল্-ইনাও য়াম্নদি কলিকালসে বিষম্নী।
হুঙাক্ চফু থন্ন হাপ্ মমায় শঙ্গোম্নবু মেল্
লোইনা মত্তম্ তাৎ ঙাক্নী ॥

ভক্ত নেশ লৌরগা সাধু পথ নিন্দা তৌ
গুরুদ্রেংখী পাপীনা।
গুরু খুন্না চগুজনা মীগী মতি হেক্লংলী
গুরু নীংদে লঙ্খনা॥
অশিং-লখী থায়নগী কত্তে হায়দো ভত্তনা
কত্ত বারম শন্দোকম্রি।
গঙ্গাজলবু নিন্দা তৌ কুয়াজলষু থাগৎপা
পুঙতোন্ তোন্বা পাপীনী॥
পূকচেল্ শেংবা মীবুনে তৌশন্নবা ভকত
পাষগুনা ওৎপীদো।
লৌনখগা সঙ্গ ওই বুদ্ধিথেনবা মাঙ্জৈরে
যমগী চৈ জা কোক কায়দো॥
কালগী থৌদৌ ক্লেক্লম্বা হৌজিকশং-শং থোক্লেদো
মহু পামজ্জৈ অধম্না।
নরোত্তম্না হায়জৈয়ে ফংহন্দ্রবা বিধিনা
মহাক্কুদি কল্লেনে॥ ১॥

---

ঠাকুর বৈষ্ণব পদ অবনীর সম্পদ..... ...

ঠাকুর বৈষ্ণবপদদা মালেম-সম্পাদ ওইবদা
পুন্নীং লোংদ ভাউনে ভাই।
খুন্না থৌগনজবা মী কৃষ্ণভক্তি ফংনিদো
লেজ্জা শিন্নি অতৈদি॥
বৈষ্ণব খুন্না খোঙ্জুম্দি প্রেমভক্তি পীঙম্মী
অত্তৈ লৈতে পীঙব্বা।
বৈষ্ণব খুন্না উমুন্নীক্ কোকী লৈতেং নত্তনা
লৈতেং তোম্না লৈতেবা॥
তীর্থজলদি শেংঙি হায় ইমিনেদো পুন্নান্দা
মহু ভক্তি মাঙ্খনী।
বৈষ্ণব খুন্না খোঙ্জুম্পা মাজেদা মখোয়গা
ভক্তনাহা পুঙবনী॥

নরোত্তমা হায়ৈরে তাবীয়ুকো বৈষ্ণবশিং
সংসারদা লুপ্লেদা।
লায়-লখী উত্রেদা ওইদবদা পুক্লীং চত্
লায় পুরো মনাক্তা॥ ৪॥

গৌরাঙ্গের ছুটি পদ যার ধন সম্পদ····

গৌর খুয়া অনীবু মরল মথুম ওইরিবা
ভক্তি রস খঙ্ঙি মা।
গৌরলীলা অথুবা মনাকোঙ্দা চঙলবা
শেংল-থমোই ওইরে মা॥
গৌরনাম্বু লৌবদা প্রেম্বু পাকচ ওয়বা
মাবু ঐনা থাগৎলী।
গৌর-গুন্দা পি তাজৈ নিত্যলীলা মথঙ্জৈ
ভক্তি কংবা য়াগল্লী॥
গৌর-সঙ্গীশিংদবু নিত্যসিদ্ধ ওইনা লৌ
চৎনী ব্রজ কৃষ্ণনাক্।
গৌরমণ্ডলভূমিবু চিন্তামণি খনবনা
লেপ্লি ব্রজভূম্দা ডাক্॥
গৌর-প্রেম-ইপাক্তী ইথক্ৎদা লুয়া মী
রাধামাধব্ মনাইনে।
য়ুম্দা বন্দা গৌর শোন্ লৈবা মীগী সঙ্গদো
নরোত্তমা পামজৈনে। ৫॥

নিতাই পদ কমল কোটিচন্দ্র সুশীতল····

নিতাই খুয়া থম্বান্দি থাজ কোটি হেয়া ইং
জগৎ পেজৈ মরুমদা।
নিতাই অসি নত্তনা রাধা কৃষ্ণ কংলোই তাই
নিতাই-খোঙ্পায় চেৎলুদা॥
সম্বন্ধদো লৈত্রদি মপোক অরেম গোকপনি
বিদ্যা শাপৈ কশৌনি।

হুবায়্ ভাইখোতাং ঝুগ্ চাঁদা নিতাই শোন্‌বা তোক
মাদো পাপী অধমি ।
ঐগী ঐগী হারনা ডাও নিতাই খোড্‌বু কাউখোক্র
ওইদবনা অওই শাই ।
তাইবং পান্‌বা অসিদা নিতাইচান্‌বু শোত্রবা
মপোক্ অরেম্ পোক্পা শাই ॥
কংনি নিতাই দয়ানা রাধা কৃষ্ণ ব্রজদা
কংনি ধন্নু ডাঙ্‌বা খোড্ ।
রাম্মা রাইদা নরোত্তম্ ঐবু নিতাই রাহম্
নাক্ত ধন্ন ডাঙ্‌বা খোড ॥ ৬ ॥

---

ধন মোর নিত্যানন্দ পতি মোর গৌরচন্দ্র.... ......

সখি ঐগী নিতাইনা পতি ঐগী গৌরনী
কিশোর অনী ঈশ্বরনী
অদ্বৈতনা শাকনী গদাধরনা চংকনী
নরহরি বিলাসী ।
বৈষ্ণব-খুরা উকুলদা ওন্না খোইনা শাদৈদা
বৈষ্ণব্ নাম্মা তর্পনী ।
পূজা থিচায় তৌরগা ভক্তি রস চুম্‌না
ভাগবতকী রাখংনী ॥
বৈষ্ণব্ মুখোক্ অচুদা ঐগী পুরুীং ঝুগ্চৈদা
বৈষ্ণব্ মিংগা হরাওজৈ ।
হায়জৈ নরোত্তম দাস বৃন্দাবন্‌গী চৌতারা
মদো ঐদি খোয়দাজৈ ॥ ৭ ॥

---

গৌরাঙ্গ বলিতে হবে পুলক শরীর... . ...

গৌরাঙ্গবু শোন্‌বদা ডুডুংগনী হকচাংদা ।
হরি হরি শোন্‌বদা মীত্তা পিয়াং চেয়িদা ॥
নিতাইচাম্মা ঐহাকপু চান্‌বিলনি কদোকৈ ।
সংসারনী অপান্না ডুকচনি কদোকৈ ॥

ইমলৈগুম থাডনা পুকচেল শেংনি কদৌরৈ।
বৃন্দাবনদু উগনি ঐহাক্‌দু কদৌরৈ।
রূপরঘুনাথ শোন্ নোন্‌জগনি কদৌরৈ।
যুগল্ প্রীতি অচুবু ঐনা খঙ্‌নি কদৌরৈ॥
রূপরঘুনাথগী থুয়া আশা তৌজৈদা।
নরোত্তম দাসনা অসি হায়না নিংজৈদা॥ ৮॥

---

## সূচক

বড় শেল মরমে রহিল.... ..

তাশোন্ পারে থজুংদা।
তাঙ্‌বা হকচাং কংলগা গুরু সেবন তোক্‌লা
ইপোক মহৈ য়ান্ত্রেদো।
ব্রজ নিংথৌ মপারি হরি পোক্ল নত্তাদা
জগৎ শীয়া প্রেম্ য়েরে।
ঐদি পাপী-পুকচেম্নি কন্‌জৈ থোইনা য়াম্নদি
চুনা ঐবু থৌজান্ত্রে।
শ্রীরূপকদি স্বরূপকা সনাতনগা রঘুনাথ্
চঙ্‌দে পুক্লীং মথোয়দা।
বৃন্দাবন্দি রসধাম চিন্তামণি মাগী নাম্
লৈহৌদরে থামত্তদা॥
থোইনা হেন্না বিষয় পাম্ বৈষ্ণবগী মায়ওহোক্
পুক্লীং চৈহৌ তত্তেদা।
নরোত্তম্না হায়জৈদা গুরু বৈষ্ণব্-সেবা য়াৎ
হিংবা য়াবা নত্তেদা॥ ৯॥

---

যজ্ঞদান তীর্থস্নান পুণ্য কর্ম্ম ধর্ম্মজ্ঞান............

যজ্ঞদান তীর্থস্নান পুণ্য কর্ম্ম ধর্ম্মজ্ঞান্
লোইনা ওইরে অরেবা।
অমৃতবু থাদ্রিদা মোক্লনিঙাই ওইরেদা
হকচাং ইকোক্ কোক্লবা॥

সাধু চীংনৈ কথামৃত তাকনবু পুক্নেংবা
ওইঙমগ্রেদো ইরায়া।
নংত সঙ্গ তৌরবা তৌ লোইনা পুক কায় কায়রেদো
কমদৌরনি শময়া, ।।
শ্রুতি , স্মৃতি পাওজেন্দো অকি কোকপা চঙকবা
তায়ে হরি; খুয়াদো।
হুংঙাইনবু পোক্লগা কৃষ্ণ নাম নি শোগ্রেদো
থন্দরেদো মশক্তে ।।
রাধা কৃষ্ণ অনীগী খোঙ্দা পূক্লীং হকচাং কৎ
অতৈ পাম্বা তোক্লোদা
হায়দ্রে নরোত্তম, দাস ঐগী কিবা নৈতরে
পূক্লীং হকচাং কৎলেদা ।। ১০ ।

---

## প্রার্থনা

(১)

শ্রীরূপ মঞ্জরী পদ সেই মোর সম্পদ .........

শ্রীরূপমঞ্জরী খোঙ্ অদো ঐগী ইরমী
মদো ঐগী লাইনিংবী।
মদো থবাই লমিদো মদো ঐগী চরৈনা
থবাইগীদি থবাইনী ।।
মানা ঐগী রসনী ঐগী নীংবা পম্বুংনী
ঐগী লাইরম্ ধর্ম্মনী।
মানা জপ ব্রতনী ঐগী যোগ তপনী
মানা ধর্ম্ম কর্ম্মনী ॥
চান্‌বিগনী বিধিনা ওইনি সিদ্ধি থুম্মানা
উনী ইমীৎ অমীনা।
মশক্লবু থাজ ওই ইথবাইনা থরো ওই
অমীং মুংথিল শাৎনীনা।
উদবনা তাঙ্জ ওই হুমা চাক্রে হকচাংসে
কুইরে চাকশা থবাইদে।

---

১। [illegible]।

হা হা প্রভু খৌজাল্লো থুয়া মকম পীব্বিরো
নরোত্তমা চঙ কৈজেদে ॥ ১১ ॥

( ২ )

শ্রীরূপমঞ্জরী দয়া করহ আমারে · · ·

শীরিরূপ মঞ্জরী খৌজান্বীরো ঐহাকপো ।
ওইদা মায়া লাংদত্তা মাঙ্‌বা তাকপা ওইরেখো ॥
সখীসঙ্গ কংবগী ওইনি দশা কদৌরৈঙে ।
বৃন্দাবনগী লৈবাং লেং হুকী অনী কদৌরৈঙে ॥
মমাঙ্‌দবু লেপ্তুনা চামর ভুন্নী কদৌরৈঙে ।
আগর্‌ চন্দন খৌগম্নি অঙ্গ অনী কদৌরৈঙে ॥
সিন্দুর তিলক্‌ অনীদা খৌগনগনী কদৌরৈঙে ।
সখী যাখং তুংইন্না তাম্বুল কৎনী কদৌরৈঙে ॥
সুংশি-ইরাং-হরাওবা ইমীৎনবু উগনী ।
সিংহাসন্দা কম্‌ফল মাযথোং থাক্ত উগনী ॥
মাধুরীগী অৎকনা খৌরাংনবু য়েংগনী ।
কয়ানীবু লৈরগা নরোত্তমদা খৌজায়ী ॥ ১২ ॥

( ৩ )

আর কি এমন দশা হব ........

অমুক সিগুম্‌ দশাসি ওইগদৌরিবো ।
লোইনা থার বৃন্দাবন্‌ চৎকদৌরিবো ॥
রাধা কৃষ্ণ প্রেমগী রসলীলাদো ।
শাস্ত্রবো লম্‌দমগী মফম্‌ মফম্‌দো ॥
কদৌরৈঙেনো অমুক্তং গোবর্দ্ধন চীংদো ।
য়েংজগনী ইমীৎতি অনী থম্নদো ॥
অমুক হয়া কদৌরৈঙে মীৎতা উগনী ॥
উমং উমং খুদিংদা ক্বোয়না চৎকনী ॥
কদৌরৈঙেনো অমুক্রে রাসমণ্ডল্‌দ ।
পুরীং হরাও হরাওনা ওনখোইগনীদা ॥

শ্যাম কুণ্ড রাধাকুণ্ড স্নান্ তৌজবা
কদৌঙৈবু কংগবা থরাই হিংনবা ॥
যমুনাগী লাইজস্নুং কদৌঙৈ লুপ্পা
লুপচরগা শেংজবা ওইগদৌরিবা ॥
সাধুশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবন্দা থাস্
নরোত্তম দাসনা তৌজরিদো আশ্‌ ॥ ১৩ ॥

( ৪ )

হরি হরি কবে হব বৃন্দাবনবাসী⋯ ⋯ ⋯

হরি হরি কদৌঙৈ বৃন্দাবন্দা লৈগনী
যুগল রূপো কদৌঙৈ ইমীৎসিনা উগনী ॥
লৈরোং-হৎপা কাংথোন্‌গী নু ঙাই রাহিপ তোক্লুনা
ওরি নক্ত বক্তদা কদৌঙৈবু অক্লনা ॥
চীলংও মখল তরুকী চীক্তাক্ থানি কদৌঙৈ
মাধুকরি ব্রজদা নির চানি কদৌঙৈ ॥
সনা-পুক্তার-লাইজবু লংশেকনি কদৌঙৈ
যামুন-লাইজ খুজোক থন্ হাপ্ল থরী কদৌঙৈ ॥
পরিক্রমা তৌদুনা কোয়নী উমং উমংদা
পোথাগনি চৎতুনা যমুনাগী তোর্বান্দা ॥
ইংবা বংশীবট্টবু মৈশা কোক্লি কদৌঙৈ
বৈষ্ণব নাক্তা ব্রজদা কম্বা কংনি কদৌঙৈ ॥
নরোত্তম দাসনা হায়জৈ লোইনা থাদুনা
ওইনি ঐগী কদৌঙৈ অদুগুম্বা দশানা ॥ ১৪ ॥

( ৫ )

হরি হরি আর কবে পালটিবে দশা⋯⋯ ⋯

হরি হরি কদৌঙৈ ওরি ঐগী দশাসে ।
পুক্সমক্সে থারগে বৃন্দাবন্দা চৎলগে
পুক্তা আশা তৌজৈসে ॥
মী-সন্-খুদী-অঙাংশিং লোইনমক্তি থাদোক্ল
চৎনি ইথল্ কদৌঙৈ ।

চামর ভোৎবা পুরক্ল তপ্লি তপ্লি হুম্‌গনি
চোক্থ-হকচাং অনীবু।।
অন্না-পুম্বা থারগা বৃন্দাবন্দা লৈরগা
চাক্লি চানি কদৌরৈ।।
যমুনাগী লাইজদো অমৃতগুম্‌ ওইবদো
পুক্থন্‌ থক্লি কদৌরৈ।
রাধা কুণ্ড লাইজ লুপ্‌ শোম্লিং শোম্লিং নাম শোন্‌
শ্যাম্‌-কুণ্‌ [১]কুপ্লি কদৌরৈ।।
উমং ভরানিথোই কোয় রসকেলি মফমদা
প্রেমাবেশ্‌তা লৈওম্লি।
মীপুম্‌ খুদিং হংগনি ব্রজবাসীশিংদবু
খোঙ্‌পায়রগা হঙ্গৎনি।।
ভোজনস্বান্দো কদৌরৈ ইমীৎনবু উগনি
উপবন্দি অতৈন্সু।
মঙ্গলক্ত বৃন্দাবন্‌ নরোত্তম্‌গী পুক্লীংনা
চরণ্‌ অনী তৌকৈ আশ্‌। ১৫ ।।

---

[redacted]রি হরি আর কি এমন দশা হব ......

( ৬ )

হরি হরি সিগুম্না ওইনি দশা কদৌরৈ।
সংসার অসি থাদুনা পরম সুখ ফংদুনা
ব্রজ চৎনী কদৌরৈ।।
মুংঙাইরবা বৃন্দাবন উজগনি কদৌরৈ
উফুল তৈনি কদৌরৈ।
প্রেম্না ইরোল ইকাই কাই রাধা কৃষ্ণ মিংলেন শোন্‌
খোলহৌ কপ্নি কদৌরৈ।।
চৎল কুঞ্জ নিভৃত ভৌরদুনা দণ্ডবৎ
কৌনি প্রাণ্‌নাথ্‌ হায়দুনা।
যমুনাগী ভোর্বান্দা লাইজ শোক্লি কদৌরৈ
থক্লি খুজোক শোক্দুনা

---

১। শ্যামকুণ্ড

বংশীবট উল্লম্‌ কং ৎৌনা মুংঙাইজহুনা
লৈনি হুন্দা কদৌইঙৈ ॥
গিরিবর গোবর্দ্ধন্‌ উনী মীৎথন্‌ কদৌইঙৈ
কদৌইঙেলো কুণ্ডবাস্‌ ।
কোয়র কোয়র কদৌইঙৈ হকচাং অসি তুগনি
পাম্বৈজ নরোত্তমদাস ॥ ১৬ ॥

---

( ৭ )

কুসুমিত বৃন্দাবনে নাচত শিখিগণে ·········

লৈশাৎলবা ব্রজদা রাহোংশিংনা জগোই শাই
কোকিল খোইমু নিন্‌থৈজদা ।
প্রিয়সখী লোয়ননা শৈশকনি হরাওনা
পুক্লীং কৃষা কুজদা ॥
হরি হরি ঐহাক্কী নিংজবসে থুংগদ্রা ।
খোঙ্‌ভপ খোঙ্‌থাঙ্‌ অনীগী য়াম্না উনিং উবগী
হকচাং তুজুং চুংগদ্রা ॥
মায়কৈ মরি সখীলক্‌ রাধিকাগী ইঙ্গিৎনা
শমজেৎ খুত্তা পায়হুনা ।
খোইখোই তাবা শয়াংপুম্‌ ফজোক্‌না হাৎকনী
শম্বুল্‌ নিংথি পুন্নিনা ॥
মলয় চন্দন কস্তুরী হকচাং পুম্বা থৈগনি
খোম্নি লীক্লাং কজবা ।
কুঙ্কুম চন্দন ভক্‌না তিলক খোগন তৌজনি
মায়খোং থাজ য়েংনিবা ॥
পাট্‌কী শাড়ী অশংবা চেকশয়বু খোন্‌জনি
রত্নম্‌ মঞ্জীর্‌ খোঙথোক্নি ।
ভৃঙ্গারগী লাইজনা চরণ শেংদোকচগনি
ইশয়বু থৈথোক্নি ॥
লৈগী লৈনা নৌবনা শৈজাবুনি শেম্‌গনি
চেশহনগনী অনীবু ।

চামর ঢৌবা পুরক্ল ভম্মি ভম্মি হুয়্গনি
চোক্থ-হকচাং অনীবু ॥
সনাকাগোক্ থম্নদি কর্পূর তাম্বুল হাপ্লগা
অনীবুদি হায়ম্নি।
চীন্বান্ সুধারসনে তাম্বুল মহাও য়সনে
য়েম্না চেক্শন্ হাগনি ॥
খোঞ্জাল্-ইপাক গুরুদেব দীনবন্ধু লোকনাথ
তোম্ন ঐবু তাবিয়ু।
রাধাকৃষ্ণ বৃন্দাবন প্রিয়নর্ম্মসখীগণ
নরোত্তমদা পীবিয়ু।। ১৭ ॥

---

(৮)

হরি হরি কবে মোর হইবে সুদিনে······ .

হরি হরি কদোইদৈ ওইনি ঐগী য়াইফদিন।
গিরিবর গোবর্দ্ধন য়োনা চীকপা কুঞ্জশং
চেপ্হন্গনী রাধাকাপ্ ॥
ভৃঙ্গারগী ল'ইজনা চরণ ভাঙ্বা হাম হন্নী
ভৈথোকনী ইশন্না।
সনা কাগোক্ অমদা কর্পূর তাম্বুল হাঞ্জন
চীন্বান্নীদা ইম্নিনা ॥
প্রিয়সখী লোয়ননা সেবা তৌনি হন্নাওনা
খোঙ নোইগনি ইখুৎনা।
থম্বাল মীত্তা অনীগী য়েংনীংবনু য়েংগনি
অঙ্গ অনী ভুজুংনা ॥
লৈরাং যুথী মালিকা মালতীনা লৈরেংল
শুক্শম্ অনী থোল্হন্নী।
সনা তেঙ্গোৎ থৌরাংল কর্পূর চন্দন হাপ্চল্ল
অঙ্গ অনী থোগন্নী ॥
ওইনি অসুম্ কদোইদৈ মায়থোঙ্ অনী য়েংজনি
কুঞ্জ-শয়ন-লীলাদা

কুঞ্জবনদা লোয়রবা হয়রাও ভয়াং শাংবা
নরোত্তমা অশীবা ॥ ১৮ ॥

---

( ৯ )

অরুণ কমল দলে শেজ বিছাব………

থবাল-ভাঙ্বা মনানা শৈজা শেম্ কিশোর
কিশোরীবু কম্হৌ।
শঙ্গাং-কুম্না মায়থোং থা কৌজে মরকত-শ্যাম্
গৌরী মনা কুচুনী ॥
প্রাণেশ্বরি কদৌঙৈ কৃপা মিৎয়েং ভাবিনী।
পুররুবা য়াথংনা নৈহাও নৈয়েন কদৌঙৈ
য়াহৈ থুম্‌কেৎ ভাগনী ॥
মৃগমদ তিলকা সিন্দুরনা শেম্গনী
গন্ধচন্দন্ তৈগনী।
লেংল নৈরাং মালতী লীক্লাং গুজা থোল্হনী
থোইমুশিংনা কোয়চেন্নী ॥
ঐঙোন্দবু কদৌঙৈ পীনি চামর্ ললিতা
তপ্না চামর্ হুযগনী।
হন্মাং থোক্পা অপূবা অজ অনী তৈথোক্নী
হুংঙাই হুংঙাই য়েংগনী ॥
নরোত্তম দাসনা পামজৈ খুয়া থবান্দো
শক্ত্‌বদো য়েংজনী।
হুমীৎ অহু ওইগত্রা খুদম'মতা উদেদা
উনবা মথোয়নী ॥ ১৯ ॥

---

( ১০ )

প্রাণেশ্বরি এইবার করুণা কর মোরে………

প্রাণেশ্বরি হন্দক্তি থৌজান বিবু ঐহাক্পু।
ইশাদবু নাপি চীক্ শুৎলোয়না ইকোক কক্
হজক্কাদি ঐনবু।

প্রিয়া মহচরীগা সেবা ভোগে হয়াওনা
ললিতাগী য়াথংলা।
মংগী অপায় থোগন্নো ভোজনেদা থোজায়া
ভোগে থরাই হয়াওনা ॥
মুংশিজবা গিরিধর শায়বদি হয়াওনা
শাথেক্ ফিজোন্ থোনবদা
য়াওহন্ বিযু থোগন্দা নখোঙ্ থম্বান খাজুদা
প্রিয় সখী মরক্তা।
মনম্ মুংশি চন্দমে মণি থিন্ থা ফিজোমে
য়েনম্ খাঙচেৎ মথমে।
ময়াম অসে থোগন্ বা মহাকীবু শাই ওইগে
মনাক তত্ত ¹লগেনে ॥
ঈশীং মনম মুংশিহন্ রতন ঝারি থম হান্
কর্পূর হাপ্না তাম্বুল্ পান্
থুমূক্তবু লোইনা হাপ্ মাল তী লোবং¹ লৈপক্নেং
অচা অথক মথন্ থম ॥
সখী-ইঙ্গিত কংদুনা পোৎলম শিংসি পুরক্ল
ললিতাদা শিন্নি।
নরোত্তমা হায়জেয়ে ঐগী ওইবা ওইসনু
সখীনাক্তা লেপচনি ॥ ২০ ॥

---

(১১)

রাধাকৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগল কিশোর…………

যুগল কিশোর কিশোরী রাধা কৃষ্ণ ইথায়নী
শিবা চংবা মতমদা গতি লৈত ঐহাক্নী।
কালিন্দীগী তোর্বান্দা কেঁলি কদম্ উমংদা
লেংশন্ হনগে অনীবু রতন বেদী মথক্তা।
শ্যাম গৌরী অঙ্গদা চুয়া চন্দন থোগন্ গে।
চামর্ হয় কদৌঙৈ মায়থোং থাজ য়েংদগে ॥

---

১। লবঙ্গ লৈথাং

মালতীগী মালা লোং অনীগুক্তা খোমগেরো
চীন বান খোঙ বা ইনগবী কর্পূর তাম্বুল পানসো ।
ললিতাদি বিশাখা সখীশিংদি খিৰিক্তো ।
মখোয়গীবু রাধ'না খুয়া থবাল লোইনিদো ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মনাইগীদি মনাইনে ।
নরোত্তম দাসনা সেবা কংবা পায়জেসে ॥ ২১ ।

— —

( ১২ )

হরি এমন দিন হইবে আমার··· ·····

হরি ঐগী ওইগনা অসিগুম্বা নুমীৎতো ।
অঙ্গ অনী লোকচবা　　　অঙ্গ অনী থেংজবা
সেবা তৌবা অনীসো ॥
ললিতা-বিশাখাগা　　　তুংইন হয়াও থৌগল
শৈখন শৈরেং লেংজগে ।
সনা কাগোক থৌরাংগ　　　কর্পূর তাম্বুল হাপ্লগা
চিনবায়ীদা ইন্‌জগে ॥
রাধা কৃষ্ণ বৃন্দাবন　　　মতু ঐগী থবাইলন্
মতুতদা হিংনি ঐ ।
জয় পতিত্‌পাবন　　　পীয়ু লম্‌ ঐগোন্দা
নহাক নত্ত শৈরে ঐ ॥
থৌজান-ইপাক্ শুকনি　　　অতোনবগী মরুপ্পী
লোকনাথ থবাইনে ।
হা হা প্রভু থৌজালো　　　নখোঙ্ মরুম্ পীবিরো
চংবৈ নরোত্তমনে ॥ ২২ ॥

- - -

( ১৩ )

হরি হরি আর কি এমন দশা হব·········

হরি হরি অমুক্তং দশা অসি ওইগনা ।
নিপা কায়াং থাত্না নুপী ওইবা কংগনা ॥
চিংগ চূড়া থেৎচবা　　　, নবগুঞ্জা কোয়গন্‌বা
শৈচন্ শঙ্ক শৈরেংলী ।

সদা কিগে অমদা খোনজগেসে সখীদা
যাদা তাম্বুল ইনুগনী ॥
রূপতি অনী নিংথিবা ইমীৎ খীৎনা য়েংজেলো
য়াইবু ফিদং খোন্দুমা
নবরত্ন জাদ্¹পুরক বেণী পুৱি মওং তা
মাল্‌তী লৈরাং পুন্দুনা ॥
শঙ্খচূড়ী লুহেন্‌বা ইমীৎ খীৎনা য়েংজবা
থম্মোইনবু পামজৈদা।
জয় রূপ সনাতন পীবু লদি ঐঙোন্দা
নরোত্তমা নিজৈদা ॥ ২৩ ॥

---

( ১৪ )

হরি হরি আর কি এমন দশা হব………

হরি হরি অমুক্তো ওইনি দশা সিগুবা।
ভানুপুরদা কদৌটৈ আহীরগোপ মমুমদা
কংনী নিঙোন ওইজবা ॥
যাবট খুন্দা কদৌটৈ লুহোংজবা কংগনী
লৈনীঙ্কুদা কদৌটৈ।
সখীগীদি মুংদিথোই খোইরেন্ খোইবা মহাকী
মখোঙ্ থম্নি কদৌটৈ ॥
খোজান্দুনা মহাক্না খুমা ভাঙ্‌াং ভিংথোক্ন
ঐঙোন্দবু পীবিনী।
দশা মহৈ য়াম্লনী নীংবা আশা থুংলনী
মখোঙ্ অনী নোইজনী ॥
বৃন্দাবন্দা মখোয়নী মায়কৈ মরি সখীশিং
থ্বাইগী ভুংদা খোগমী।
সখীশিংনা কোয়শিল্ল মম মখল পায়বদো
য়েংনীংনবু য়েংগনী ॥
মায়থোং থাজ অনী উ ইংদি ইমীৎ অচাকপা
মীত্তা প্রেমদি শিন্দনী।

---

১। বেণবন্ধী শিক্তা।

কুনা [illegible] [illegible] অনীনাক্তা [illegible]
চুমীং ঐগী [illegible] ॥
[illegible] [illegible] ঐগী কনা নৈত [illegible]
ভাঙ্বা খুম্না চংহৰী।
নরোত্তম [illegible] [illegible] প্রিয় মর্ম্মসখীনাহ্
ঐবু মখক্ শীঙ্থানী ॥ ২৪ ॥

---

( ১৫ )

কবে কৃষ্ণধন পাব হিয়ার মাঝারে থোব...... .. .

কংনি কৃষ্ণধনবি কদৌঙৈ থমোই লকাম্নুংদা থম্গনী
পাপ-পরাণ অসি ইংহন্নী।
থাোই শেমজহুনা থম্গনি . [illegible] পরাণ-পিন্নদো
মায়থোং-থাক অদু য়েংগনি ॥
সজনি ওইনি সুদিন কদৌঙৈ।
প্রাণনাথ মাগা লোয়ননা হুংগাইরবা বামুন্ তোর্বান্দা
ক্লোয়নি হরাও হরাও কদৌঙৈ ॥
ললিতা বিশাখা পুন্থুনা মহাকা উননী চৎথুনা
থুন্দোলপোৎ নিংথিনা শেমজনি।
হুংশিন্থুনা বিধি মহাক্না কমহন্গনি গুণনিধিদে
- ইরাইবক্তি চুগুম্ ওইগনি ॥
শাথিদা বিধিগী কুশ্মৈদি কায়রেসে প্রেমগী কৈথেন্দি
থম্মম্দে থোইদিং-চাং মরূম্দি
হায়রৈ নরোত্তম দাসনা কৈনো ঐগী পুন্সিগী আশা
চৎথরে-থার কৃষ্ণ মহাক্তি ॥ ২৫ ॥

---

( ১৬ )

রাধা কৃষ্ণ নিবেদন এই জন করে.......... ...

-রাধা কৃষ্ণ অনীদা [illegible] ঐদিনা।
নথোর অনী রসময় হুপি [illegible] থমোই পান্
ভাওনো ঐবু মাথনা ॥

গোকুল-খাজ কৃষ্ণ হে গোপীজন বল্লভ
মুংশিথোইবী কুম্ভলী।
সনাকুহু শংবান্‌বা কাইথ শ্রৈশী নাকোংবু
নগুণ ওইবা পেন্‌ থমী।।
তোন্‌বা-তাবা মীকদি খৌজাল পুক্তেন ক্লেনুবদি
মরোল অহুম খঙনৈদা।
সাম্‌ চৌদা তাম্বা চঙজবনি মুংজাইলা
য়েংথিক্রদি খোম্লরেস্রো।
জয় রাধে কৃষ্ণ হে জয় রাধে কৃষ্ণ হে
কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাধে জয়।
কোকথোংনবা ইথুথ্‌লোন্‌ নরোত্তমা লৈওইজে
( অনীনবু অনীংবা ) থুংহন্‌বিদী মথৈজে।। ২৬।।

---

( ১৭ )

প্রাণেশ্বর নিবেদন এই জন করে.........

থরাইগীদি মবুংঙো হঙচরি ঐসিনা।
গোকুল খাজ গোবিন্দ মুংঙাই-খোইবা পোকপা-ও
( গোপীশিংগী মুংশিবা ) ঐঙোন্দবু পৈয়ুনা।।
মুংশিজবা নহাকী পীয়ু খুয়া খোগন্দো
নংদি প্রভু চান্‌বী হৈ।
য়াইফনঙাই নমিং চৎ নাকোং রস ওইজেলো
থুংদে নিংবা কনা হায়।।
শাথিরবা তাইবং লেপ্‌ বিষয়-লব্দা পুক্নীং লুপ্‌
ভাশোল্‌ পুক্তা নংবু কাও।
পুক্নীং হকচাং চাক্লেনে মতম পুম্বা জান্‌ মাংতি
হিংলা হিংলা শিরেদো।।
তোন্‌বা মীদি ঐঙোন্দা মিথয়েং ভানা চান্‌বীয়ু
মনাই ওইগে ব্রজদা।
শ্রীরি কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু ঐগী গৌরধাম
নরোত্তমা চংজৈদা।। ২৭।।

( ১৮ )

মদনগোপাল প্রভু গোবিন্দ গোপীনাথ………

মদন্ গোপাল ইবুঙ্গো গোপীনাথ গোবিন্দ
তোর ঐবু থৌজাহল্লু ।
তাইবং-ইপাক মচুংদা লৈরে নাথ তাহনা
থৌজাল থৌনি হুকচল্লু ॥
অধম চণ্ডাল্ ঐহাক্তি থৌজাল মপু নহাক্তি
তাকৈ বৈষ্ণব চৈন্দগী ।
রাজা কনা লিংজরি বৃন্দাবনদা পুবিনি
বংশীবট উজগে ॥
থৌতান্নুনা মধুপুর পুরো লুপন্ পাররিব
পীদু থোঙ্নুম্ থাম্মুদা ।
মতম শাংনা য়োকচবা আশা অসি কায়হন্
সুংশিবিদু থাম্মুদা ॥
কুংগোইদবা হকচাংপু ঐগী ঐগী হায়র শি
তুংদা থদু কিজৈদা
থন্‌ডৈ পুজা নরোত্তম্ থয়াই কপ্‌চৈ মতম পুম্
ব্রজ কংলোই হায়নদা ॥ ২৮ ॥

---

( ১৯ )

হে গোবিন্দ গোপীনাথ………

হে গোবিন্দ গোপীনাথ কৃপা তোর মহাকী
নখোয়দু থম্মিরো ।
কাম ক্রোধ অরুক্তা মকম কনা কোয়পু পুই
বিষয় মখোল পীজৈদো ॥
মায়ানীদি মনাই ওই দুখল মখোল শাম্মীদো
নংবু নীংবা তোক্তেদো ।
নম্‌কংবগী আশাদা বৈষ্ণব শাপমহুনা
হুমথোক্ হুমথোক্ কোয়রিদো ॥
রাজা রানা মতুংদা পুবিকনায় ব্রজপুর
অতান-থৌনি কনা পুন্ ।

লাইগী লোংদম শাকুনা তাইবং কোমৃদা থাবৈরা
থৌরি অদু নাম্বোকহন্ ॥
থৌজাম্দুনা অমূক হন ঐহাক্তিগী লুশম্ পায়
চিংদ পুরো ব্রজদা।
অল্লদদা কনিদা নত্রবদি লোন্থোক্কে
নরোত্তমা হায়জৈদা ॥ ২৯ ॥

---

২০

**প্রভু হে এইবার করহে করুণা..... ....**

( প্রভু হে ) থৌজানবিরো হন্দক্তি।
নখোঙ অনি উজর ইমীৎ মহৈ য়ালহন্গে
থল্লি কম্না অসিদি ॥
নখোঙ্ সেবা পীবিয়ু ঐবু কাওথোকপীগনু
( প্রভু ) নংদি থৌজান ইপাক্লী।
থঙদে অনী নত্তনা মসি লাইবক ফবনী
ঐদি পণ্ডিত্ পাপীনী ॥
ললিতাগী য়াথং কং চরণ সেবা চংজগে
( হয়াও ) প্রিয়া সখী লোয়নবা।
দাতা মকোক অনীনি ঐবু তোয়ে খঙ্বীর
নাক্তা চরণ পীনিনা ॥
রাধা-কৃষ্ণ-থুয়া কং পুক্লীং-লায়না লোইনা কোক
অশোয় অঙাম মাঙ্খিনি।
হায়জৈ নরোত্তম দাস্ নিংজবসি সিদ্ধি ওই
মপোক মহৈ য়ান্গনি ॥ ৩০ ॥

---

## আক্ষেপানুরাগ

### নায়ক সম্বোধন্ তৌবদা

কি ক্ষণে হইল দেখা নয়নে নয়নে·········

পূঙ্‌কম কৈদা ওইখিবা মীংকা মীংকা চানবা।
শয়ন্-স্বপন্ অনীদা বন্ধু নংবু থন্‌দৈবা ॥
নংগী লম্বী ঙাইহুনা লৈদো ঐহাক ভজনা।
পূক্নীংগীদি অবাবা থব্বাইসিনা থঙ্‌ডিনা ॥
ইনেথোক্না থাঙ-য়ানি ইচন্‌পী মৈয়িনি।
ইমীৎ উইর শোন্‌দৈদো শ্যামগীদমক কপ্পনি ॥
ঐগী মীনা থাদোকপা থাদোক্লগু কিজেনে।
থাগৈগীদি ধর্ম য়েং নংবু কংজ্রা কমদৌনে ॥
কপ্পা কপ্পা হায়দৈদা নরোত্তম দাসনা।
মপান নাইত্র লাইজগী ঙানা থৌরাং শিক্কেনা ॥ ৩১ ॥

---

ওহে নাগরবর শুনহে মুরলীধর·· ·······

ওহে নাগর্ অথোয়বা          বংশীধারী তাবীয়ু
ইঙ্গচ্চগে খুয়াদা।
নথোঙ্‌ খুজিল মণিদি          নোংদোন্ থাজ পরেংনি
লৈতেং ওইনি ইঙক্তা ॥
শ্রীদাম্ সুদাম লোয়ননা          থন্দা হয়াও চৎপকাল্
লেপ্পী ঐহাক মাঙ্গোন্দা।
ভুংইন্‌জগে নিংদৈদো          গুরুজনদি কিদৈদো
নয়ম য়েংনা লৈখিদা ॥
লোংহৌ মায়কৈ য়েংবদা          বন্ধু নংবু নিংশিংঙি
শম্নাং চোইবা কাজন্দে।
চাক্‌থোঙ্‌শংদা চঙ্‌ঙিদো          বন্ধু নগুণ শকচৈদো
কপ চৈ মৈথুই হায়নদে ॥
মণি মাণিক নত্তে নং          থম্মোইহুংদা থম্‌দৌগ্নু
শমথেৎ লৈবাং নত্তেদো।

নুপী ওইহল্লমব্রদি গুণ-নিধি নংবু পু
কোয়নি দেশ দেশদো ।।
আগোর চন্দন ওইরম্‌থোক লৈনি নংগী অঙ্গশক্
থুয়া তম্নি হুমাংগা ।
করি রাখল মথম্মো ধীরেম-থালাম্ মতৌসি
ওইত্র ঐগী নোংঙম্‌গা ।।
হায়জৈ নরোত্তম দাস্ তৌকম থোকরি নহাক্না
ঐবু থাম্মু খোজাম্না ।
নংবু থন্না থরাইসে থাজববু হুমীত্তা
নখোঙ্ মরুম পীয়ুনা ।। ৩২ ।।

---

## বাসন্ত-রাস-লীলা প্রকারান্তর

বৃন্দাবন রম্যস্থান দিব্য চিন্তামণি ধাম............

ফজরবা বৃন্দাবন চিন্তামণি মফম্দী
রতন্ মন্দির নিংখিজৈ ।
মুংঙাইনবু যামুন্দা কাওঙশিংনা শায়জৈ
সনা থম্বাল মশাৎংদৈ ।।
মনুংদবু হেমপীঠ অষ্টদল-দা কোয়শিল্লি
সখীনিপান্ লুচিংদা ।
মনুংদবু রত্নাসন্ ফম্মী মখোয় অনীদো
রাধা শ্যাম্না কজৈদা ।।
মশকীদি রাশীদো অমৃতনা চেন্থগুম্
নোক্‌ক্রেম্ব হায়প্রেম্ ডাঙ্‌নৈদা ।
হায়জৈ নরোত্তম দাস্ নিত্য ওইবা মুংঙাইবা
নিংশিংগেদা ইপুক্তা । ৩৩ ।।

## ভাবী বিরহ

মাধব তুমি আমার নিধনিয়ার ধন.........

মাধব নংদি ঐগোন্দা লাইরেতবগী মররি।
নংনা ঐবু থাদ্রুনা খঙ্ ডি চৎলি মধুপুর
ঐদি থরাই থাগলি।।
নত্রগদি মৈ য়োৎলি চঙলি উয়ং নত্রগা
ঐদি অন্দুম লেপ্লেদো।
নংগী কোলোই লোন্দুনা শ্যাম লেংল ভক্তা শি
যমুনাদা চঙগেদো।।
কুলবতী ওইরগা থুদসহু প্রেমগী লাং
নংগী সুংশি মত্তোসে।
মীরুবগী মকমদা প্রেমগী রস ওইথোক্তে
ওয়তৈনে ওইরমু।
খঙলে নথৌ সিঙবা নংদি নাগর মকোক্নি
য়োগী থরাই লৌনবা।
হায়রে নরোত্তম দাস্ খঙদে কদ্রি ওইগনি
মথুংগীদা ভমজেবা।। ৩৪।।

---

## অর্দ্ধবাহ্যদশাদা প্রলাপ

নবঘনশ্যাম ওহে পরাণ বন্ধুয়া তুমি...... ..

নোংহো মান্না শংবান্বা থরাই মরূপ নহারী
ঐহাক নংবু কাওতমদে।
নমায় মায়থোং থাজদো থোয়থুম মীলোক নোক্পদো
মীৎকুপ উম লৈতমদে।।
নংগী কোলোই পামজবা থম্মোইচুংদা য়েক্লদি
নংবু উলি তজনা।
গুণনিধি অন্নবা চুবিথরে বিথিনা
হোজিক নংবু উত্রেনা।।
বাবীহৈবা কনানা চুংশি মাবু শীরদি
ঐগী থম্মোই ইংলিনা।

ভরে রাপুম্ নঙোন্দা থরাই করম থঙ্জেন্দা
করি হায়নি থঙ্জেন্দা ॥
নখি মৌক্তিক খঙ্জরে থরাই কিংকি থাজন্নে
অতৈ করি থজেন্দা ।
সিংজরম্বা থরদো বন্ন থারে মিথিল্লা
নরোত্তম হিংজেন্দা ॥ ৩৫ ।

---

এইবার পাইলে দেখা চরণ দুখানি………

হন্জক উবা কংলদি নংগী খুয়া অনিবো ।
থম্মোইনুংদা থরগা থরাই ইংহন্জগেবো ॥
উনদুনা নহাক্পো থম্মোই ঐগী চাজেন্দা ।
মৈমুংনবু চঙ্গত্রা চোংথদরা ঈশীংদা ॥
মায়থোং হুম্মাং তৈথোকে তাম্বুল শুয়া থৌগন্নগে ।
রাৱবদা হুম্মাই হম্ চন্দন চুয়া থৌগন্নগে ॥
বৃন্দাবনগী লৈরাংনা লৈরাং পরেং লেংগনি ।
শন্নাং শম্বুল্ অচুদা চূড়া নিংখি থেৎকনি ॥
চন্দন্গীদি থাওং য়েক্ লাইবক চন্দন থৌগনী ।
হায়জৈ নরোত্তম দাস্ মুংশি লাংথাক্ ওইগনী ॥ ৩৬ ॥

---

# জগন্নাথ দাস পদাবলী

## সুবল মিলন

অনেক যতনে কৃষ্ণ না হয় চেতন…………

রাজ্য কয়া হোৎনরে কৃষ্ণ চেতন ওইহরে ।
কৃষ্ণ মায়থোং য়েংলগা লোইনা পীরাং শিহরে ॥
ভাবাবেশ উদুনা সুবল মওন্ থন্জখি ।
রাধা রাধা হায়নদা ভোয়না ভোয়না কৌজখি ॥
রাধা নাম্ তাবদা কৃষ্ণ চেতন ওইয়রে ।
পীরাং শিহ শিহনা সুবল চিন্থান্ কাওকরে ॥

ঋতুনা থথা^৮ নংগী লীক্ ঐতোন্দবু পীরোদো।
থুনা মাংনা রাধাগী মন্দির্ তম্না চৎকেদো ॥
মাকা থঁসি তাহুনা কৃষ্ণ হরাওজখিদা।
মাগী-লীক্লাং লৌথোক্ল সুবল থৃত্তা পীখিদা ॥
কৃষ্ণ-লীক্লাং পুন্থুনা সুবল তম্না থোঙ্‌শান্‌খি।
রাধা মন্দির্ থুঙ ঙ্‌ম্বা দর্শন্‌বুদি পীজখি ॥
করি রাবু হায়সিগে থনখি সুবল পুক্লুংদা।
হায়জৈ জগন্নাথনা সুবল লেপ্ল ঙাইখিদা ॥ ১ ॥

---

রন্ধন করিতে বাহিরে চাহিতে………

চাকথোঙ্ চাকথোঙ্ রাধানা মপাল্লোম্‌দা য়েংবদা
থনী সুবল উখিদা।
মহাক্কুবু উরগা থংগ্রেক থংন ঙক্কুনা
রাহৈ থুম্বা ঙাঙ্‌খিদা ॥
ঐহাক্তীদি সুবল্‌বু ইউবুদি উত্রেদা
করি তৌবা লাক্লিবা।
ঐগী প্রাণ-নাথগী দশা অমা তাবা তাই
হায়না ঐহাক থক্লেবা।
মাকা অদি তারগা থরাই সুংঙাইরন্থুনা
হায়জরকয়ি সুবল্‌না।
হায়বা রাবা নত্তেদা হায়রে করি ওইগনি
বিনোদিনী ভারোনা ॥
মশাগীদি লীক্লাংদো নঙোন্দবু পীরক্লে
তুংদা কৃষ্ণ উনরো।
হায়জৈ জগন্নাথনা লীক্লাং ঙক্কা শিখিরো
রাধা কুঙ লেংখিরো ॥ ২ ॥

সুবলে পাইয়া হরষিত বিনোদিনী.........

সুবল মাবু কংবদা বিনোদিনী হরাওনা
খোইহী-খোইথুম খোন্‌পুবী রারোল কয়া হংজৈনা ॥
ধনী হায়জৈ সুবল্ হে রাধি হায়গে অমনে
করম্নবু চৎকনী ঐদি চাক্‌পু খোংলিনে ॥
হায়জৈ সুবল ধনি হে ঐহাক্ অমা হায়গেনে
ঐগী ইফি থোন্দুনা নহাক খোঙ্‌শান্‌থরোনে ॥
মশাগীদি চূড়াদো সুবল পীরে লৌথোরু
রাধা কোক্তা থেৎপীরে চেকশরবু পুন্‌বীর ॥
নৈতেং তৌবি সুবল্‌না য়াম্না নিংথি চেকশয়া
গুঞ্জাহার শিবিরে নাকোং মকর কুণ্ডল্‌না ॥
সুবলগীদি কৈজোমদো রাইনা খাংদা থোন্‌জরে
শম্নাং কোয়বা লাইবক্তা তিলক নিংথি থিন্‌বিরে ॥
শ্যামগী লৌক্লাং ওক্‌শম্‌দা ডান্‌থোইনবু শিবিদো ।
লেম্‌জনদি কজৈদা করিবুদি হায়নিদো ॥
শাজৈ ওাঙ্‌বা খৃত্তা পায় খোঙ্‌দা নুপুর থোন্দুনা
শন্‌জেন্নহা শাবদি য়াম্না য়াম্না কজৈবা ॥
ফিজেৎ নৌবা লৌদুনা সুবল্ শেৎলে চেকশিন্না
রাইগী বেশ শেৎচন্ন সুবল্ নৈরে চাকথোঙ্‌না ॥
সুবল্ বেশ থোন্দুনা রাধা খোঙশান্‌থোক্‌থরে
জগন্নাথ দাসনা উর পুরীং সুংঙাইরে ॥ ৩ ॥

---

## শ্রীরাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী উক্তি

শুন শুন সুন্দরি করি নিবেদন.........

তাওনে তাওনে শকহেন্‌বী ঐনা হজচ্চবসে
নথাথোংবা অসিবু থৌজান্দুনা কোল্লুসে ॥
চরন্দবু হজচ্চে মুংশি হৈবী ইবেম্মা ।

মশোক্ মশোক্ ঐহাক্কে মংগী মনাই ওইদেনা ॥
অ ই মশেন মাগী শা মাগীদবু নুংশীবো।
লোংইদবু খরুম্সী খাজগীদি অমৃত ॥
চুংশাইদিদৈ; অনীবো শরুবেং শাপাকনবগা।
রাধা-বালা শ্যামদৈ গোবিন্দগি চকোরগা ॥
খবাল্ লোইদবু; অনিনা মখোয় কানা লৈগনে।
হায়রৈ জগন্নাথনা মিলন অরুম ওইখরে ॥ ৪ ॥

---

## শ্যামানন্দ পদাবলী

### বাল্যলীলা

দেখ মাই নাচত নন্দ দুলাল.........

স্নেহত্ ইমা জসোদা শাই নন্দ নিংথৌ মপারি।
মণি-মন্দ্র নূপুর মখ্যাংদদি খাথত্র
বনমালা থবাক শি ॥
গোপী চানা চানদি গোপ অঙাং মপৈদি
হৈনৈ শরুরি নিংথিনা।
তিনি গ্রামকমলি তথৈ তথৈ তাহুনা
নিশথী তৃপথী তানা ॥
লোনোন্ লোনোন্ নোকরিদো তপ্রা তপ্রা বাডাংডি
থাগী শরুং উৎলিদো।
হায়রৈ শ্যামানন্দনা জগজন-জীবন্নি
গোপাল থৌজাল্ হৈবিদো ॥ ১ ॥

---

# গোবিন্দদাস ( ১ ) পদাবলী

ভজ হুঁ রে মন নন্দনন্দন.........

নিংজৌ নিংজৌ হে পুক্নীং        নন্দনন্দন্ মহাকী
অভয় চরণ থম্বান্নো।
কংঙম্‌দবা মীওইপোক্        লায়ু লায়ু সজনা
ভাইবং ইপাক্ অসিবো ॥
নিংথম্ কাম্মী নোংজুপা        নোংদৈ সুংশিং থাজনা
অহিং সুংথিল্ য়াকায়রি।
অরেমদা সেবা তৌ        মীকতবা অরিকপা
ওাইহাক্ সুংঙাই মচেংবী।
ইরল্ ইথোক্ কাজবা        ইচা-ইও ইমুং-পুম্
থাজনিঙাই করিনো।
থম্বাথক্কি মৈরিকুম্        থবাই নীকনি নিঙিনী
নিংঙু হরি থুয়াদো ॥
তাবা শোন্‌বা নিংশিংবা        থুরুমজবা মবাই ঙই
মথোঙ্ সেবা তৌজবা।
সখী তুংইন্ পূজা তৌ        ইশা কংপা মতৌদা
গোবিন্দনা পায়জৈবা ॥ ১ ॥

---

## শ্রীরাধাগী পূর্ব্বরাগ

নিশসি নিহারসি ফুটল কদম্ব.........

সুংশাদোর শাংন হোন্ কদম্ শাথপোই উরেদো
খুবাক্তবু মায়থোক্ত তোম্বনা তোমনা শৌজৈদো ॥
ভীংলী য়াংলী মূকথেক্র অজল্ কোর' থোথমথৈ।
মুক্তনা মুও্‌বা তুমুংনা অজ অম্ব মকুপতে ॥
থনি তৌবা তোক্রোদা ঐঙোন্দবু লোনবা।

খঙ্ লে শ্যামচাঁদগা নংগা খেংনজরকপা ॥
ডাব্ জো লোৎলি করিগী ডাব্ তি লোৎপা য়াদেনা
খমোই হুংগী বাবদো লোইনা হায়বে মায়খোংবা ॥
চেক্‌শিরবু খিংজরি মীৎলুনিগী শিরাংদো ।
লোন্‌কাইনবা খোম্বাংদা বাহৈ ভংখাই ভাঙলিদো ॥
মাজোন্ কুম্ব' তাৎ অমা লমজাউ খোক্ত তাৎ অমা ।
তোয়না খোক্‌রি লাকয়িদো হঙ্গৎহন্দা নং অমা ।
অহল্-লমন্ খিবিকী চোপ্পা লেপ্পা লৈত্রেদো ।
গোবিন্দনা হায়জৈদা নত্ত থবক তৌরেদো ॥ ২ ॥

---

## শ্রীরাধাগী উক্তি

সজনি মরণ মানিয়ে বহু ভাগি………

লাইবক য়াম্না ফলিদা শিরগদি ইতাবোই ।
শাইগ মৌনা নিপাদি অহমদবু খোয়দারুই
ফিংবা করি বাজবোই ।
অমান্‌খদা তান্নই ঐ ময়েক অনি শ্যামদো
হুখি পুক্লীং থুনস্তা ।
খঙদে অসুম কনানা মুরলীবু খোংলিবা
নাকোং থংহু হুখিদা ।
খঙ্ দে অসুম কনানা চিত্রপট্‌পু উৎপিরৈ
নোংহৌঙবা শক্তমদো ।
ঙরুহুনা ঐহাক্না চৎলু' চৎলু' মকমদা
চোংথোক লম্‌থিংলম্মিদো ॥
হায়জৈ দাস গোবিন্দ মরমহুনা শক্‌হেন্‌বী
থাজবিয়ু ইবেম্মা ।
নিংগী মপু মহাক্তো মাগী বাঁশী মখোয়ি
পাত্তা মশক য়েক্লিমা ॥ ৩ ॥

---

মরকত দরপণ বরণ উজোর·········

মরকত মুংশেলগুম্ লংজরিবা কুচুনে।
ময়েংল 'ঐগী কায়াৎপুম মদন্ খুতুম চম্রেনে ॥
ভাংঙ্নিবা মীৎচিনা করি হায়গে খঙদেদা।
মরমচুনা মদম্না তেন্ কাপ্পুনা পাম্লেদা ॥
করিগীবু উনকই সখি নন্দ-নন্দনদো।
যুমসে উমং ওইখবে চন্দন্ খাম্বী-মৈ ওইদো ॥ ধ্রু ॥
মচুদগী মলয়না, য়েক্লববু ওইখিদো।
খাঙবা লাকপা ঙমদরে খাজ-খাবল মখিংদো ॥
খম্বাল-লৈনা চাইথোক্ল শয্যাবুদি শেম্লেদা।
শাগৈ-পান্‌বী যুবতী মতীক্ ওক্পা ফংজোদা।
মঙোন্দবু লৈশন্থ্রে ঐগী ইমীৎ পূক্লীংদো।
অখাঙ্কন্‌বা ইকায়বা অনিমক্কো চেন্‌থ্রেদো ॥
হীকথরবা ইথরাই পুর করি কান্নি
গোবিন্দনা হায়জেদা কানু অদু কংগনি ॥ ৪ ॥

---

ঢল ঢল সজল জলদ তনু শোহন·········

ইপোম্নবা ইখোম্না নোংহৌ মায় কজখা
পূক্লীং হুনা লৈতেংলে।
ভাংঙ্নিবা মীৎয়েংনা নোংথাং মঙান ঙমজৈনা
মোগী ইকাই চাকথেক্লে ॥
কোয়থোকপদা সজনি উক্লরেনে কানুদো।
মতমচুদৈ জগৎপুম্ মদন্ তেম্না থন্‌থরে
মীত্তা অতৈ উত্রেদো ॥ ধ্রু ॥
ঐগী মায়থোং উবদা নোক্ল হক্‌চাং হাজেঙিঙ
মোহন বংশী খুত্তে ভাই।
খঙ্দে করি লিংক্লনা নপুক্লীংদো লাংক্লো
উমা মাম্নৌ চীক্‌পা শাই।

---

১। মমীমা বুংগীমা।

মথঙ্গুলা ইপুরীং মতম্পুম্বা চাগিনে
থরাই ঐগী লৈতাবে।
দাস গোবিন্দনু অরেম্বা থেম্বমুই
হৌজিক্কাওবা কাব্রকপে ।। ৫ ।।

---

## শ্রীকৃষ্ণগী পূর্বরাগ

কালি বরণ দিন যাহ.......

কালি বরণ দুখিত্তা
কালিন্দীগী তোর্বান্দা কদম্বগীদি উরুবদা ।।
ব্রজবরবালাশিং চাথা চাথা করাদো
বিজুলিগী শরেংদি লেঙ্‌ঙরগুম্ উরুইদো ।।
সুবল সখা নঙোন্দা হায়রোকেদা ঐহাক্কে
মতমসুপে ঐহাক্কে অহিং সুংখিল থঙ্‌জ্রেনে ।।
ময়েক্‌ঙা রাওবগী মণি নিপান কজবী
অমুক থমা রাওবগী ঐগী পুক্লীং-হুজবী ।।
মহাক অহু থমুংদা চগুমনবু লৈত্রেদো
অদম বৈচাক বৈপুনা মীৎপু উইবা য়াত্রেদো ।।
মীৎমুপ খুদিং নঙোন্দা খুণ্ড্‌নবু লৈরেনে
থাবনা-বৈচাক কমদৌরি কনা থঙ্‌বা লৈগেনে ।।
ওইবে নোংম নোংমগী হকচাং মসেং তাবদো
গোবিন্দদা হায়বৈদা প্রেমৌগীদি হৌনৈদো ।। ৬ ।।

---

## রূপানুরাগ

রূপে ভরল দিঠি লোঙ্‌রি পরশ মিঠি.........

মমা ইমীদ্‌ দনুগরে কোন্‌বীবগী মুংতাইবা
মিংশিং হুম্মু লেওরে।
শঁজী গোলকেল থুবনা নাকোঙ্‌ পুঙ্‌থন্ দনুগরে
থাজী অটৈ তাদবে ।।

১। কানু।

(সজনি) করি পাউভাক পীনিদো।
কানু অনুরাগদা পুক্লীং হকচাং ঙাওখরে
ধর্ম্ম শূকখন্ খন্দেদো ॥
ইনাভোক্ল্ ঙাওজৈদো মাগী অঙ্গ গন্ধদা
মিংতোপ্ শোক্লে ইচিন্না।
অনৌ অনৌ মগুন্না পূন্‌থ্রে ঐগী পুক্লীংসে
ধর্ম্ম কদোম্ লৈনিনা ॥
য়ুম্নুনবু চৈবদা গুরুজন্না ঙাংবদা
নোক্লিংববু পোকচৈদা।
গোবিন্দনা হংজখি মচুনবু কায়রোইত্রা
নিংজববু থুংবদা। ৭ ॥

---

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপ

মরকত মঞ্জুমুকুর মুখমণ্ডল ···· ···

মরকত হুংশেল্‌গুম্ নিংখিজবা মায়থোংনা
কামথোরকপা বাঁশী তান
ভার শাদি উচেক্কা পামেল-তলা তুজুংঙি
ইথক কাজৈ যামুন্না ॥
শ্যামচাঁদ শকহেন্‌বা লৈরে কুণ্ড মচুংদা।
কামিনীগী পুক্লীংদা মূর্ত্তি-ওইবা মদন্নি
জগৎ মিৎয়েং পেন্নৈদা ॥
মৃগমদকুঙ্কুমগা কর্পূর তিন্না নঙলবা
চন্দন তৈবা অঙ্গনি।
খোইমুশিংনা চুপচবা লৈমায় ফংনা চোন্‌জবা
বনমালা খোল্‌বনি ॥
য়াম্না খোৎনা মেংজবা খুন্না খঙ্গাল অইংবা
শরৎ থাবু মঙমজৈ।
রাধা-পেন্‌বা কৌরিবা খোইমুনবু থিখদো
গোবিন্দনা মওকচৈ ॥ ৮ ॥

---

নন্দনন্দন চন্দ-চন্দন গন্ধনিন্দিত অঙ্গ………

নন্দনন্দন কৃষ্ণদি কর্পূর চন্দন গন্ধনা
কলন্থচবা অঙ্গনি।
নোংহৌ মায়া কজবা শঙ্খওক্কা-ভাজবা
শামুমচা খোঙ্খাংলি॥
প্রেম্না ঙাওবা গোপগী গোকুল-লমজা সুঙ্গাগী
সুংশিকাম্ব মালিদো।
লৈরাং লৈতেংজল্লিবা বেতস্-কুঞ্জ মরাম্বগী
মন্দিরমুংদা ঙালিদো॥
নাপ্পন্দবু কুণ্ডল্ শি কোকথকীদি চূড়াদা
মাহেং মতু শাইথৈদা।
কেলি-তাণ্ডব্-অগোইনা তাল্জা-হৈবা পাম্বোম্বু
দণ্ডি পীবা নিংখিদা॥
খম্বাল-মীৎতা-তাবনী পাগ্ন, কোক্পীহৈবনী
মাঙাং নাকোং-থুম্বনী।
থুম্বা থম্বাল্ অনীদি মতুনবু মেঙ্বদি
গোবিন্দগী চঙ্কম্বী। ৯॥

---

# শ্রীরাধাগী রূপ

## সখীগী উক্তি

ধনি ধনি কো বিহি বৈদগধি সাধে………

ধনি বিধি কনাদো রস সাধন তৌনিংনা
মদন্-সুধা-রসনা রাধে নংগী মায়খোঙ্দো
শেমজৈ ধন্য ওইদুনা॥ ধ্রু॥
থাথাইমান্বা মায়খোংনি অমিম্বাগী থাবজি
পীওম্ নোংওম্ মখনী।
মায়খোং থাজ থাবন্দা শাৎপা নাকোং খম্বাতম্
মীৎম্না-নোংইন্ চেন্শক্লী॥
নাতোন্-নাথাঙ্ মতোন্দা অমুক হন্না খোকচৈদো
সিন্দুর্-সুমীৎ অয়ংবা।

মায়খোং থম্বাল অদুনা অহিং-মুংথিল্ শাৎচৈদো
খোইমু্ শ্যামা থাদেবা ॥
অমুক চীন্বাম্বোংত্রুদা মঙাল ঙাঙ্বা উদুনা
লীঙ্গাং-ভূরেল তোর্বান্দা
কুচ-থঙ্গোং অনীনা অরাববু থঙ্দেদা
হায়জৈ গোবিন্ ভগ্নদা ॥ ১০ ॥

---

## দিবাভিসার

সখহুঁ বধুজন চলু বৃন্দাবন..........

যৌয়াম খিবিক চৎতৌরি বৃন্দাবন্দা ঙসিদি
গৌরী পূজা তৌজবা।
অসুম্ ঙকৃপা রাধৈবু শেমজ শাজরগবু
অহল য়াথং নিজৈবা ॥
হরি হরি কদায়দা তয়্রিবা পাম্বৈনো।
গুরুজনবু শুমহৎল মীনম্-খোইথুম্ রাধৈনা
দিবাভিসার তৌবনো ॥
খাংচেৎ খোয় মচন্দা তাহনখিদা রাঙাংদি
সখীগবু হৈশিংনা ॥
গৌরী লাৎলু পুরুংদা নিংজববু থুংজগে
শবু-পারি[1] মথুৎনা ॥
লৈনম্-চেনবা লৈরাংগা কর্পুর-নম্বা তাম্বুলগা
চন্দন্-তেঙ্গোৎ থন্হল্লে।
তিংখং য়ুম্নরোইদোবা মফম য়েংল গোবিন্দ
রাইদা লক্ষী উৎখরে ॥ ১১ ॥

---

১। শবু—পারি' মপু। মপাম্বোংদা শিববু অহুগা মধুংগী অর্থদনা নন্দগোপবু 'হাত্তবদি।
শবু-পারি—গোপ রাজা কৃষ্ণ।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা দূতীগী উক্তি

মাধব কি কহব ধনিক সন্তাপ..........

করি হায়নি মাধব ধনিগীদি নৈচাক্তি
মথম্মোইদা লৈদো নং কংদে মীৎনা উবদি ॥
কায়নবগী রাবনা তুজাথোইবী মহাক্তো
অচৌবুপদা য়েকচৈদো নহাকীদি মুত্তিদো ॥
শাথীরবা লাইশিংনা অদুনসু ময়াওরৈ
মায়থোং য়েক্কে তৌবদা লোংলোন-থাজ ওইখিদো
মদু উর উরগা চমন্নখি শক্‌হেন্‌দো ॥
পীশূম্ তেন্‌বু ওইখিদো মীৎনা তেন্‌জৈ ওইখিদো।
কাম্‌গী ইপোম অঙ্গদা উর জ্ঞানবু মাঙ্‌খিদো ॥
অমুক হন্না বোতোন্ তৌ ন'বু করম য়েক্‌খিবা
লৈমায়থক্তা অয়েকপা মুত্তিগুম্না লৈখিবা ॥
হায়জৈ দাস গোবিন্দ থম্মোই সেবা তৌদুনা
মদু তার কৃষ্ণনা নুঙ্‌গী মুর্ত্তি ওইখিনা। ১২ ॥

---

## কলহান্তরিতা

শ্রীরাধাগী মফমদা সখীগী উক্তি

শুনইতে কানু মুরলি রব মাধুরি.........

কানু বংশী খোন্‌জেল্‌গী অথুবদু তাবকাল্
তারম্মুকো হায়জখি।
শক্লেল অদু উবকাল্ ঐনা নমীৎ খুম্‌জন্‌কাল্
নংনা ঐবু শাওজখি ॥
মতমদুদা শক্‌হেন্‌বী হায়জখিদো নঙোম্বা।
অকাউ লাইবু চুদুনা সুংশি ইরাং হেন্‌জন্‌জৈ
পুম্মি কপ্পা লেম্রিদা ॥
গুণগী চাংয়েং তৌবোদা থাগোন্-সুংঙাই শায়বা
কৈগী নপা কথোক্লে।

হুমীৎ খুদিং তুমশনহনা নশক শক্লেন্ থাদিরো
হিংনি হায়বা চিংনরে ॥
নংগী খম্মোই-লকাদা প্রেমগী পাম্বেল্ লিংজবা
নোংমু লাইজ পামত্তুনা ।
মত্তু মৌজিক নমীংকী পীরাং শিহু চাইবীরো
হায়রৈজে গোবিন্দাসনা ॥ ১৩ ॥

---

## মিলন

রাই কানু বিলাসই নিকুঞ্জ ভবনে..........

রাধাকৃষ্ণ শান্নজে নিকুঞ্জগী শঙ্ দুদা
মীৎকা মীৎকা চানজে মায়থোং মায়থোং য়েংজেদা ॥
অরা-মুংঙাই পুন্খরে অনীমক্তি লূপ্নেদা
য়েংঙ্ য়েংজো সখিহে রাইনা শ্যামগী তম্পাক্তা ।
অনী মশেল অনীগী চীন্থান্ খোইহী থরেদা
থাজ-নোংইন্ তোপ্পা'মা তিন্বগীদি মতৌদা ॥
পাম্বোম্ পাম্বোম্ কোম্নজে থরাই থরাই কোমেলো
গোবিন্দদি দাসনা রস থুপ্না থক্চৈদো ॥ ১৪ ॥

---

# গোবিন্দদাস (২-চক্রবর্ত্তী) পদাবলী

## প্রার্থনা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য বলরাম নিত্যানন্দ..........

শ্রীকৃষ্ণনা চৈতন্য বলরাম্না নিতাই ওই
পার্ষৎশিংগা পোকপিরে ।
গোলোকীদি প্রেমধন্ পুন্নমক্তা লৌহন্খি
ওক্ত' ঐদি লৌহৌদ্রে ॥
পাপ্ চেন্‌বা পুক্লীংও তাশোল পান্নে থমুংদা ।
নাম কীর্ত্তন রসদা মরোল অহম্ তাওজেদা
তোল্ল ঐদা কংদেদা ॥

গুরু বৈষ্ণব্‌ পদনা কল্প তরু ছায়ানি
জীব মৈচাক কোরুরে।
লাইবক থীবা ঐহাক্না হুগী লম্বা ডাওরুরে
যুক্তাসিদা, লাল্‌হৌত্রে॥
মৈনা চারু শিশিরা ঈন্থংখবু চঙ্‌শিবা
হূচাশিন্না পাপী ঐ।
অদূক থন্‌বা ঐহাকপূ বিধি মানা শিহত্রে
করি চুংঙাই হিংনি ঐ॥
অসিগুম্বা গৌরগুণ তাজববু তৌরুত্রে
নিংবা কায়রে ঐহাক্তো।
হরে কৃষ্ণ মন্ত্ররাজ ইচৌন্‌ থম্না শোলহৌত্রে
হিংনা শিবে গোবিন্দো॥ ১॥

---

হরি হরি বড় দুখ রহল মরমে

হরি হরি য়ামদা বারেদকো থম্নুংদা।
গৌর কীর্ত্তন রসদা জগৎপুম্বা ডাওনরে
তোম ঐদা ফংদেদা॥
ব্রজ নিংথৌ পারিদো শচী পারি ওইখিদো
বলরাম্না নিতাইনি।
তোম তাব লৈরম্বা হরি নাম্না লানখিব্রে
জগাই মধাই সাক্ষীনি।
প্রভুত্বগী থুয়াদা থরাই কত্তে করিগী
মাবু ভজন তৌহৈত্রে।
শাখি-বিষয় হূবেন্দা লুম্ন মাঙ্‌লুই তত্তনা
মৈতাল চাকপা হূক্রুরে॥
চান্‌থীহৈবা দাতাসে কদায়দমূক লৈরম্বী
ফংল মাঙত্রে হেলাদা।
হাযজৈ দাস গোবিন্দ মৈনা চাক্লে নত্রগা
আত্মাঘাতী ওইরেদা॥ ২॥

---

১। রূপ কথা অভিজ্ঞা।

নাচে গোরা প্রেমে ভোরা.........

জগোই শাইরে গোরানা প্রেমনা থমোই থরদা
হরি শোল্লি তোরনদো।
খোনে খোনে[1] বৃন্দাবন নিংশিংজৈদো মহাক্না
অমুক প্রাণেশ্বরীদো ॥
যাবক রংগী চুদাদা খাংচেৎভিনা খাংদা খোন্
নিংথিজৈদো গোরানা।
করি করিগুম্বদা যমুনাবু কৌরগা
গঙ্গা তোর্বান চেল্লীনা ॥
তা তা থৈ থৈ হায়দুনা মৃদঙ্গবু য়ৈজৈনা
ঝন্ ঝন্ য়ৈজৈ করতাল।
মীৎল্লা থম্বাল অদুদা সুরধুনী চেণ্জৈদা
ভক্তা হাইয়ে বনমাল[2] ॥
সুংঙাইবগী হৌরকফম গৌরচন্দ্র প্রভুনি
লৈতববু চান্বীদো।
গোবিন্দদাসিয়ানা আশা তৌজৈ করদা
খুয়া থম্বাল্ মরুমদো ॥ ৩ ॥

---

পুলকে পূরল তনু নিজগুণ শুনি.........

লম্নাই মণ্ডপ তারগা হকচাং তুবু চুংঙিদা।
প্রেমদা লুপ্ল ঙাওবনা লৈওল্লীদো লৈমায়দা ॥
অমুক নরহরিদা মশা অদু ঙাথৈদো।
গদাধর-ম্যায়খোং উ রাম্বদুনা হাইথেদে।।
ঙাইহাক অমুক চোংফল্লি অমুক হরি শোল্লিদো।
রাধা রাধা হায়দুনা হীক্না হীক্না কপ্পীদো ॥
ললিতা হে বিশাখা হায়না সোর শাংজৈদো।
খাঙ্জবনু ঙমজদে গোবিন্দদি দাসদো ॥ ৪ ॥

---

১। [illegible] পুদিংদা। ২। বনমালা।

## শ্রীগৌরাঙ্গগী সন্ন্যাস

গোলোক ছাড়িয়া পহু কেনে বা অবনী ···

গোলোক থার প্রভুনা কন্বিগীনো মালেমদা।
কুচুমুবা কন্বিগী কুচুঙোবা ওইখিদা॥
নোকপা খেবা তোক্লুনা প্রভু কপ্নি কন্বিগী।
খঙ্দে থুকুরবোইদা প্রেমগী লাংদা কনাগী॥
ঙাইহাক্ কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্ ফুঙনা ক্ষৈনা কপ্লিদা।
ঙাইহাক্ সখী সখী শোন্ মীৎলু পীরাং শিঙ্গেদা॥
মথুরাবু শোল্লগা কৈনো বিলাপ তৌয়িদা।
ঙাইহাক অক্রুর্ শোল্লগা শুংনাংজৈদা থম্মোইদা
ঙাইহাক অমুক চৈথৈদো থাকোই মান্বা চন্দন্দো।
নৈমায়থক্তা লৈওল মাগী মীপুম্ কপ্লিদো॥
গদাধর কপ্চখি প্রাণনাথ তম্পাক্ কোন্।
রামানন্দ রায়নবু কপ্ল থেমজৈ পাখৎ কোন্॥
কেলি-বিলাস নিংশিংল স্বরূপ্ শ্রীরূপ্ কপ্চৈদো।
মরোল খঙ্দ গোবিন্দ দাসিয়াস্থ কপ্চৈদো॥ ৫॥

---

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গোরা শচীর দুলাল··········

(শ্রী); কৃষ্ণ চৈতন্য গোরা শচীমচানুংঙোদো
মমাইঙৈদা ওইরম্মী গোকুল-গোপাল্ হায়নদো॥
সীতা-পতি রামনী হায়দা কনা অমনা।
নন্দলালা শ্যামনি হায়নে কনা অমনা॥
হায়া কালা লৈরম্মী গোপী প্রেম্না থুমহুনা
রাধা কুচু রাখল লুপ্ গৌর ওইরে হৌজিক্না।
পীরাং চেন্বা তাঙ্বা মীৎলু অনুরাগনা
ভাবকী তমথৈ লাক্ঙম্দা বৈরাগীবু ওইখিনা।
সন্ন্যাসীবু ওইদুনা দেশ দেশ কোয়খিদো
অদু কাওদা কংখিদে রাধা প্রেম্গী লমথৈদো॥

হায়রৈ দাস গোবিন্দ কিশোরীগা কিশোর
স্বরূপ রাধগা লোয়ননা রসতুনা হাজরা[১] ॥ ৬॥

---

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপ

ভালে সে চন্দনচাঁদ কামিনীমোহন ফাঁদ..........

নাইথক চন্দন থাজদো মুজা শুমহৎ লাংওইরে
অমম্বদা ভানুজৈনে।
নোংথক্তম্বু ভৎতনা অহিং মুংথিল থোকুম্বী
ষোড়শকলা থাজনে ॥
সখি করি মীৎয়েংনো।
মীৎকী ইথক্-ইপোম্‌দা হাইরে থরাই নাইথীদি
যৌবন কৎকে নিংভিদো ॥
করি হায়নি চূড়াদো থাজ তারা খুজিন্দা
বাঁশী খোংভি নিংথিদা।
মায়খোংম্বু উবদা কয়া কংজৈ মুংভাইবা
কাউস্তমগন্ত্রা পুন্সিদা ॥
শাগৈ নীচৎ নৈজবা লোইনা নৈত্রে থন্নিদা
শক্তো 'মুক্তং য়েংলুদি।
গোবিন্দগী চিন্তদা মতুম্বু লৌরিদা
রাগনৌগী[২] নাওংদি ॥ ৭ ॥

---

## বিশাখাগী উক্তি

সুবল নাগর অনৌনা রারীবুদি শারুম্বী।
শকহেনবী বিশাখা মকমতুদা নারুম্বী ॥
করি রারি শায়িবা সুবলগবু লোয়ননা।
রাবু ভাঙ্‌না ভাঙ্‌নবু চেদৈ কৈগী পীরাংনা ॥
হায়গে ঐহাক ভাবিয়ু নাগর-থোইবা ইবুংঙো।
ঐগী ইকম হায়বিয়ু পুরীং রাদো ইবুংঙো ॥

---

১। রাজা। ২। অনুরাগ নক্সা প্রেম অনোদনী।

থম্মোইদুংগী বাম্মোম্মো হায়রকপদি মত্তাঙদা
থম্মোই বাবা নহাক্তী শরুকপুদি যাগেদা ॥
চুমী যাকা তাবদা মথরাইদি হয়াওখি
মহু থঙ্‌ল গোবিন্দ দামিয়ানা হায়রখি ॥ ৮ ॥

## রাসদা উন্মত্তাভিসার

কি যে শুনি সুধাময় মুরলী রব··· ······

করিনোদা তারিবা মুরলীখোন্ অথুব্বা।
কিয়োল্ খোম্‌জন্ খাজন্দে গোপী পুম্না চেঠৈবা ॥
থুম্বা শিয়ে কনানা মখোঙ্‌গীদি লৈতেংদো।
কাজল হৈয়ে কনানা মশাই মীৎতি তংথায়দো।
ময়ুম্ থার পুম্নমক কানন তম্না চেল্লিনা।
খোম্‌ইল্লব্বা অঙাঙ্‌বু তন্দোক্লম্মী কনানা ॥
কনা গোপী অমবু মপুরোইনা কাখিদা।
শ্যামগী অনুরাগনা দেহে থার চৎখিদা।
গোপী পুম্বি মমাঙ্‌দা মানা কাম্না থুংখিদো।
গোবিন্দনা হায়তৈয়ে করম চাংদম্মসিদো ॥ ৯ ॥

## অভিসার

মাধব কি কহব দৈব বিপাক···  ···

মাধব্ করি হায়গনি নোংদব্বগী নোংদম্বু।
লম্বী-লাকপা বারোন্দি কম্না খাম্না হায়গনী
পাল্লম্নদি ইচিম্ লথাবু ॥
ইয়ুম্ থাজ, খোঙকাপ্তি মরিথত্তং থাংবকাল
অহিং উম্ব হকীবুরি।
অরা-লম্বেল অমম্বা উজববু কংবেদা
লীম্না ইখোং কোনশল্লী ॥
অমরোমবা শাটেপান্ থাদি-অহিং অমরোম্
শুরুপা উমং অমাম্না।

১। পাচোকতা।

অঙ্গমুক নোংজুনা জোরো জোরো চুথৈনা
ঐনা করম চৎকবা ।
অমুক লম্বী-লৈখোমদা ইখোঙ্ যুদ যুম পুথৈদো
তিংথংনমুক য়ুরিবা ।
নংবু উননিংবনা করিমতা থোশাদে
চৎপ্রে অত্রা অরিবা ॥
নংগী মুরলীখোন্দো নাকোংসুংদা চংবকাল্
গৃহসুখ থাজৈনা১ ।
লম্বেনগীদি অরাবা নাপী য়োনা খন্দেবা
হায়জৈ গোবিন্দদাসনা ॥ ১০ ॥

---

## মিলন

দুহুঁ গুণে নিতি কর অনুরাগ…………

অনীগীদি গুন্দুদা নিতি কয়া লুপ্নজৈ ।
অনীগীদি শকম্‌দো থমোই মশেল উনজৈ ॥
চীন্‌বান্ অনী চীংলাক্লে অনী মশেল কোয়জৈ ।
অনী থাগোনজবদা অনী পুঙ্‌লুপ্ লুপ্নজৈ ॥
লায়রবগী সনাবু অনী মশেল ওইনজৈ ।
নিতি নোবা আরঃ নিতি প্রেম্‌দি মনোজৈ ॥
নিতি নিতি অনুপ্পা বিলাস-কেলি শায়জৈ ।
নিতি নিতি গোবিন্দ দাসিয়ানা ময়েংজৈ ॥ ১১ ॥

---

## কুঞ্জ ভঙ্গ

বৃন্দাদেবী সময় জানিয়া…………

বৃন্দাদেবী দূতীনা মংম্বুদি থঙ হনা
চেক্লা খিবিক কৌরগা অসুম্নবু হায়খিনা ॥
য়েংঙু য়েংঙু অহিংদি হৌথরেদো হৌথরে
মায়কৈ তত্রা শীমবু পুম্‌ভালবুদি ঙান্‌থরে ।
লম্নাই লম্নাই লৈজবা খোন্‌জেন্ থুম্বা পুখোক্লো ॥

---

১। থাজোকজৈনা ।

বৃন্দাদেবী দূতীগী ময়াথংবু কংজুনা
লোয়নমক্তি ভিন্নুনা কৌর কৌর হায়রৈজনা ॥
অব নিংথৌ মপাম্বী ওহে শ্যাম প্রভু-ও
ঐথোয় কৈনো অমতা হকচঙে ইবুঙো ॥
মুখদনি ইবেম্মা পুক্নীং চংনা ভাবিয়ু।
অহিংদিনা থৌখয়ে নোংঙানবদি থেংবিয়ু ॥
লেংথত্লোদা লেংথত্লো যুগলকিশোর্ ভাবোদা
নৌনা হন্দোয়ক্লিবা কুমীৎ মঙাল্ ভম্‌থিদা ॥
থয়ো লৈরাং হন্দোক্ল থোইমু মান্ন চেন্থরে
অহূম অমুক লৈথবা অনীগীদি চুমদয়ে ॥
সখীশিংনা তারগা ইঙক ইঙক ওকচথি
পাম্‌ চেন্থা গোবিন্দ দাসিয়ানা কিজখি ॥ ১২ ॥

---

## বিরহ

পিয়ার ফুলের বনে পিয়ার ভমরা·········

মুংশি মাগী লৈকোন্দা মুংশি মাগী থোইমু লৈ।
মুংশি মহাক্ লৈত্রদা থোইহী থক কোয়রৈ লৈ ॥
পিয়া চৎনি কায়নবু ঐনা খঙবা থোক্লবা।
থবাইদবু থবাই কৎ পুন্দুনবু থম্‌দোবা ॥
বিধি কনা তম্‌থিবা ঐগী মুংশি পুথিবা।
তোয়' থবাই অসিনা হৌজিক কৈগী হিংলিবা ॥
থম্মোইমুংদা ঐরাকী অবাবদা লৈহৌরে।
মুংশি মায়থোং উক্তম্‌দা ঐহাক্ শিবা থোয়দরে ॥
রসিক নাগর্ রাজকো শায়রণী অসিদা।
লৌরে কম্‌দো কনানা বন্ন কনা থাদৈদা ॥
মুংশি মাগী মুংশিবী ঐহাক লৈরে ইথক্তা।
ইকায়দবা থবাইনা লৈরে তোয় হকচাংনা ॥
মথোঙ্ পাম্ন কপ্‌চৈদা গোবিন্দদাসিয়ানা।
দাইবক থীবা ঐহাক্লা মাঙ্‌নু থানা শিলিনা ॥ ১৩ ॥

---

## বাহ্যদশাদা বিলাপ

এই না মাধবীতলে আমার লাগিয়া পিয়া··· ·····

মাধবীগী খোঙ্‌লিদা ঐগীদমক পিয়ানা
যোগী লাইনীং অঙেদো ।
পিয়া মানা নৈত্রদা থম্মোই কাররে করবা
থবাই ইকাই থাত্রিদো ॥
( সখিহে ) থম্মোই য়াম্মা বারেদা ।
ঐবু থাদোক পিয়ানা মথুরাদা নৈথোকরে
তোঙবন্‌বু চাতৈদা ।
ঐবু পুইদো লোয়ননা হয়াও কেলি তৌতৈদো
নৈয়াং হেক্ল বন্দা কোয় ।
নানৌ নৌবা থংতুনা শৈজাবুদি শেম্‌জৈনা
রস-চঙ্‌খোন্‌ মরম্‌ ওয় ॥
ঐবু তম্পাক কোলগা মীংকুপ্তনা মায়থোং মেং
অহিং ঙান্‌খি মিংশেন্‌ থাঙ্‌ ।
শুপ্‌সি চেনবা পিয়ানা কনা লোয়ন কদায়দা
করম নৈরি মতম থাঙ্‌ ॥
মুমীং অন্দুক কুইর কাও প্রাণনাথ লেঙ্‌ঙক্লে
কনাই চৌন্দা তাদে পাও ।
গোবিন্দদাসিয়া নং চংলু শ্যামদা থঙ্‌হল্লু
থাইন মৈচাক্‌ হেন্‌ব পাও ॥ ১৪ ॥

---

মরিব মরিব সই নিচয়ে মরিব······ ····

শিরগেদো শিরগে সখি লেপ্ন শিনিদো!
পিরাগবু কায়নবা অমূক থাঙ্‌বা ঙম্‌ত্রেদো ।
মপোক মপোক ওইসন্থু ঐগী পিয়া মহাক্সি ।
বিধি নখোঙ্‌ নিজগে ঐগী মর থোইবসি ॥
থম্মোইমুংদা ঐহাকী নৈরে বাখা অনাদি ।
শিরমদাদদা ঊত্রেদা মুংশি মাদী মায়থোংদি ॥

গোবিন্দদাসিয়ানা মখোঙ্ খায়র হাবইজেদো।
হৌজিকমক্তো পূবকে নখরাইগীদি হরিদো।। ১৫।।

---

### শ্রীরাধাগী মকমদা দূতী

দূরে কর বিরহিনি দুঃখ……….

কায়নরিবী অরাবা থমত্রো। লাপ্না লাপথদি
ননাক্তবু উরনী সুংশিবগী মায়থোংদি।
ওইননবা থৌরাংবু তৌবো তৌরো তম্মদা।
মাগী মাঙ্দা ঐহাকপু থারকপনী ননাক্তা।।
মতম কুইনা হরাওবা নহাক্কীদি কানুদো।
নহাক্কীদি আশাগা লেঙ লক্কনি থঙ্ঙ্দো।।
অরেম্ববু নত্তেদা ঐনা হায়বা পূকথেম্সে।
গোবিন্দদাসিয়ানা হঙ্গচৈদা রাকমসে।। ১৬।।

---

## প্রেমদাস পদাবলী

### বন্দনা

গৌরচন্দ্র নিত্যানন্দ অদ্বৈত পরমানন্দ……

নিত্যানন্দ গৌরাঙ্গ পরানন্দ অদ্বৈত
হক্তা পূক্তা অমতা।
অহমসিবু খেন্নবা য়েংবা মীদো মাঙ্জনি
মহাক নরক তাইজদা।।
অদ্বৈতগী খৌজান্না কংজৈ জীব কান্ত-প্রেম্
গৌর পুয়া কংভিন্দা।
অদ্বৈতদি থাজনি বিষয় লন্দা লুম্ননা
কংনা শোজ্রে হেন্নাদা।।
শাজৎ-লাপ বা। তোক্লি ঐ।
ওইদজক্তা তিল্লুরে লোয়নথজি কায়েরেনে
অরতাগি লিংজে ঐ।।

ইচম্ ইমুগ্ পুরপগা যমদূতশা থোইৎ খাজ
কনা কৌনি ঐহাক্না।
প্রেমদাস কত্তবা মতি কৈত্নু কংত্রেদো
থৌজালম্ প্রভুনা ॥ ১ ॥

---

হরি হরি আর কি এমন দিন হব..........

হরি হরি অমুক্লে মুমীৎসিগুম্ ওইগত্রা।
গৌরাঙ্গবু শোন্‌বদা হকচাং তুজুং থনুগত্রা ॥
নিত্যানন্দ শোন্‌বদা মীৎলু পীরাং শীহত্রা।
অদ্বৈতবু শোনবদা খোয়রাং মুমীৎ লাকত্রা ॥
নিত্যানন্দ চৈতন্য প্রভু সীতানাথদো।
কৌর রাম্ব লৈওনবা কদৌটৈবু ওইমিদো।
মিংলেন অদু তাবদা চেত্তনবুদি ওইগনি।
গৌর শোম্ন থৌগৎদ গৰ্ভনবুদি তৌগনি।
নন্দ নিংথৌ পারিগা বৃষভানু মযোমগা
বৃন্দাবন্দ। লীলাশিং শাময়বা মকম্‌কা।
লীলা মকম্ পুম্বদো ইমীৎসিনা উদুনা
নিংশিং নিংশিং লীলাশিং মীৎলু থুম্বী পিরাংনা ॥
রাস মণ্ডল কৈদৌটৈ দর্শন তৌবা ফংগনি
লীলা কাওর থম্মোইদা কদৌটৈবু রাম্বনি ॥
হায়জৈ প্রেমদাসনা ঐগী ওইত্রা মুমীত্তো
গৌরভক্ত লম্বীদা চৎল লম্বোইজবদো। ২ ॥

---

## শ্রীগৌরাঙ্গগী সন্ন্যাস

সন্ন্যাস করিয়া প্রভু গুরু নমস্করি..... .....

সন্ন্যাস লৌর প্রভুনা গুরুদবু খুরুমখি।
প্রেমাবেশ ওইনদি গৌর বিদায় লৌজখি।
মুমীৎ হুম্বী চূপ্পবু রাঢ় দেশ্‌তা কোয়রম্মী।
কৃষ্ণনাম্বু তাজবা কংদম্বুনা কপ্পম্মী ॥
শমুজেরহা মচীন্দা হরিনাম্বু তাম্বুনা।

